[illegible] জেসনদা কোনুংগী ৱারী
[illegible]। মীওইবগী পুন্সিদা, হৌখিবা
[illegible] হৌনদে। লৈতে হায়রগদি মী
[illegible] ওইরবনি। অদুগা মী অমগী
[illegible] হৌখিবনিং অদুবু কয়া য়াম্না শেংনা
[illegible]নদে? পুন্সি অমগী হেক
[illegible]না লোইবা ফাওবগী লীবা ওম্বা
[illegible] লৈতে।

—মহারাজকুমারি বিনোদিনী

ঐহাক পূকচেল শেংদনা ইবা ঙমদে, ঐনা
ইগে হায়না ফনা য়াম্না হোৎনবফাওবদা ঐগী
নুংদগী পোক্লকপা, পূক্লিংদগী মশা
মরোমদোম থোকচরকপা নত্তনা কবিমত্তা
ইবা ঙমদে। ঐনা থেংনবিবা অকোযবগী
[illegible]ভম অসিনা ঐবু নমদুনা ইহল্লি।

—শ্রীবীরেন

# ꯁꯛꯂꯥꯏꯕ ꯈꯔꯒꯤ ꯄꯨꯟꯁꯤ

# শক্লাইবা খরগী পুন্সি

ক্ষেত্রিময়ূম সুবদনী



রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল
২০০৮

*Shaknaiba Kharagi Punsi*, a collection of thirty one short-biographies by Kshetrimayum Subadani, published by Khomdram Dorendra Singh on behalf of Linthoingambi Publications, Kwakeithel Moirangpurel Leikai, Imphal West, Manipur in 2008, for the Writers' Forum, Imphal, Manipur, Pin - 795 001



অযোংবা : শ্রী খোমদ্রাম দোরেন্দ্র সিংহ, লিম্থোইঙম্বী পাব্লিকেসন্স,
ক্বাকৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকায, ইম্ফাল ৭৯৫০০১
মণিপুরনা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক যোংবা।

অহানবা যোংবা : ২০০৮
মখূম : ফোটো এলবম
মমল : লুপা ৯৮/-



ISBN . 978-81-89101-17-6

প্রিন্টিং এন্দ পব্লিশিং দিবিজন, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালদা টাইপসেট তৌবগা
সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল কৈথেল, মণিপুরদা নম্বা।

# শক্লাইবা মীওইশিংগী পুন্সিবু শকখঙবগী তঙাযফদবা

মীওইবদি নক্লিঙৈদা মশক মুন্না খঙদে, লাপখোক্লগ্রবা মতমদা হেন্না মযেক শেংনা খঙলকই। ব্লাফম অসি চুমগ্রবা অমনি। ঐখোযগী ইবক্তা হৌজিক হৌজিক লৈবিবা শক্লাইবা মীওই কযাবু ঐখোযনা মখোযগী মবমদা কযা যাম্না থিজিন-হুমজিন্দুনা খঙনবা হোৎনদবগে' নীংবা কাযনীংঙাইনি, মবমদি অদুক হাক্লা ঐখোযনা থিজিল্লুবা তৌদে। অদৃশ্যক থৌব্রা-শাদনা লৈথোকই। ঙসিসু উনৈ, তযেংসু উনখিনি হাযবগী ব্লাখল অমা অসুম্যাক চেনবগুম তৌই। অদুবু ঙসিদি হাযবদি হৌজিক্কী মতম অসিদদি ব্লাখল মিৎযেং অসিদা অতোংবা খবাদি উবা ফংলে। ঙসি মণিপুরী খোবীবোলগী মনুং চন্না মফম লৈববা খুৎই অমা ওইনা পুক্সি ব্লালি অমদি মশাগী পুক্সি বাবীগী মশক ফোংনা থোবকপা হৌবক্লে।

পুন্সি ব্রাবী ইবশিংগী মনুংদ' ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনীগী মিংসু ঐখোযনা মশীং থাদবা যাবরোই। ইবিবা খুৎই স্যাস দা জোন্সনগী *লাইবস ওব দি পোযট্‌স* অদুগুম্বমকসু নত্তে, অমবোমদা শম্লপ্পা পুন্সি ব্রাবোল হাযনমকসু যাদে, মদ্ধ অমদি মতোং অনীমক চাং চানা যাওববা খুৎইনি। পাকবদা এঃ মসিমদি খঙলমদেদনা হাযবা কান্নববা, পূক্লিং লৌশিং ওইনীংঙাই মশক্কী ব্রাবোল কযানা থগ্না যাওবি। হৌফম, শকফম, থৌদাং, পুন্সিগী মাযওন চাং চানা হাপ্পুনা পাবিবগী পূক্লিংবু চোইথোকহন্দবা ঙম্মী। নৌখৎলিবা পুন্সিশিং অসিসু খোবীবোলগী লমদা শক্লাইববা মীওই কযাগীনি। লৈখিদবা খবা যাওববসু, অযাম্বদি হৌজিক ঐখোযগী ইবক্তা তিল্লিবা ঙাক্লি। হিংলিবগী পুন্সি যেকপাসিসু অবাযবা নত্তে। অদুনা অসি গুম্বা খুৎই অসিবু পুন্সিগী খোবীবোল 'লিটবেচব ওব পিপল' হাযনা খঙনবিবা অসিমক মতীক চায।

ঐহাক্লা খঙজবদা যাওবিবা পুন্সি বাবীশিং, ইংবাজীদা হাযবগা 'প্রফাইল' গী খুৎইদা ইবা, অসি *সাহিত্যগী পাউ* কৌবা বাইটর্স ফোবম, ইম্ফালনা পুথোকপা চেফোঙ অদুদা হান্ননা হাপখ্রবনা অযাম্বনি। মসিনা তাকপদি যাওবিবা মীওইশিং অসিগী অমদি অপাবশিংগী অযাবা ফংখ্রবা খুৎইশিংনি। মণিপুব মনুংগীদা নত্তনা মণিপুবগী ব্লাংমদা লৈবিবা মমিং লৈবিবা মৈতৈ মচা অইবশিংগী পুন্সি কযামুকসু হাপ্লি, মসিনা অমুক্কা হেন্না

খঙনীংবশিংদা খঙহনবা ঙম্নবগী থোং অমা শাববনি। খরা অসতনা লোইববনি হায়বদি খক যাদে, যাম্না রাংলি। মথং মথং থৌবাং অসি চখববকখিনি খল্লি। ঙম্নবদি পুন্সি অমমমদা মপূং ফাবা খুৎই কখোবকপসু ওইসনু। মদুনা মণিপুরী খোবীবোলবু থোইনা চাওখৎপা হেনহনগদৌরিবনি।

খনগৎলিবা তুইবশিংগী পুন্সি রাবীশিং অসি চহীগী মথং মনাওদা চথবিবসি মবম চাহ। মইহেবোয়শিং, থরায যাওবশিং অমদি খুৎই অসিবু খোযদাবশিংগী মফমদা লাইবিক অসি অচৌবা খুদোল অমা ওইবগনি। পুন্সি রাবীগী খুৎই মশাং থেক্লুনা পাবা যাবিবা ঐখোযগী খোবীবোলদা অসিগুম্বা মখলগী লাইবিকশিং অসি অইবীদা নত্তনা হীবম অসিদা চঙশিল্লিবা অইবা কযানা মখ তানা শোযদনা চথবকখিনি হাযনা খঞ্জে।

মাইবম চীংমাঙ, নম্বোল
জুলাই ২০০৮

বি এস রাজকুমার

# ৱাহৈ খরদং

হিংদুনা লৈবিবা মীগী পুন্সি ৱাবী ইবা অবাযবা নত্তে। চঙশিল্লবগা যাম্না লুবন্মী। হাযবা যাবা কযা, যাদবা কযা মনুং-মপান নাইবা মীওইবগী পুন্সিনি। অমবোমদা মী অমগী হৌখিবা পুন্সিদুবু কযামুক যাম্না শেংনা হাযবা ঙম্বগে মদুসু খন্থনীংঙাইনি। জগৎকী মপুনি হাযনবিবা শ্রীকৃষ্ণ ফাওবা গান্ধাৰীগী শাপ ফংখি অদুনদি মীওইবগী পুক্রিংনা কবি গুম্বদা অঙাওবা যোং ওইবকপ্দা ঙক্লীংঙাই ওইদে। লৈচীলনা নুমিৎপু ঙহাক কুপশিনবদা পুম্নম মম্বগুম লাক্লা-ফানা ঙমদবা পুক্রিংনা কবিগুম্বদা অচুম্বদগী হেক-হেক নাথৈবক্কে তৌবা মতাংসু যা ওব ত্তবা নত্তে। জাতিগী মপানি হাযবিবা গান্ধীজীবু অহানবদা কবি ওইবম্বগে মমাগী সনা ফাওবা কাযথোক্লগা নিশা চাবম্ননি অদুবু মসি পুন্সিনি। থাদসু মাযহীং কায হাযনবিবনি। অফ ফত্ত যান্নানা লৈবা পুন্সিদা কবিগী অফবা ভাক্তা খন্দুনা পুন্সি ৱাবী ইগদৌবিবনো ৱাহং ওইনা হংবা যাই অদুবু ঐখোযনা যেংগদৌবিবদি মাগী মীৎকুপ অমগী ফত্তবদু নত্তে মানা তৌবম্না শীংথাবা যাবা থবকশিং অদুবুনি। মদুগী লৈনমদুনি মালেম থুংনা যেল্লিবা।

কবিদগী সাহিত্যদা মশক নাইববা অইবশিংগী পুন্সি ৱাবীশিং অসি ইখিবনো হাযবসি ঐঙোন্দা অঙকপা অমনি! শক্লাইববশিং অসিগী পুন্সি ৱাবী ইগে হাযনা কবিগুম্না নুমিৎতসু খনখিবা লৈতে, মঙদা ফাওবা মঙখিদবি। অদুবু খ্ কুম ২০০০ দা আব কে মণিনা রাইটর্স ফোরমগী *সাহিত্যগী পাউ*গী এডিটৰ ওইবা মতমদা ইকজিক্যুটিব বোর্ডিগী মীটিংদা মেম্বরশিংনা *সাহিত্যগী পাউ* গীদমক আর্টিকল অমমম ইনসি, অচেৎপা দাযিত্ব অমমম লৌনসি হাযখি। ঐনা ৱাবীমচাগী দাযিত্ব লৌগে খুমখি। পুক্রিংদা ৱাবীমচাদি ঐনা খবা ই, মীনা খবা ই—মসিনা লাযগনি খনখি। মেম্বরশিংনা মাগী মাগী অপাম্বশিং হাযনবকখি। অদুবু ৱাবীমচাগী শক্লাইববা অইবা লমাবম বীবমনিনা ঐঙোন্দা পুন্সি ৱাবী ইবনা চানগনি হাযদুনা তর্কশিল্লকখি। ঐনা ইবা ঙম্লোই হাযদুনা ফনা কন্না যেৎখি অদুবু দন্দী পান্না হাযবকপা বাদুনা ঐ উপায লৈতনা ইবা তাখি। অতেনবা ওইববসু পুন্সি ৱাবী অমমম ইননবা হোৎনবদা মতম চঙখি। পুন্সিগী কাচিন খুদিংমক শোক্লনবা হোৎনৈ। অহানবদা যাম্না ৱাখি। তামো বীবমণিবু শাউখি। ইবা লোইবগা মীৱা তাবসু যাওখি। অদুবু

পূন্নিংদা খাইদগী নুংঙাইজবদি মশক নাইবা অইবশিংগা উনজবদা মী অমমমগী পুন্সিদা *অঙকপা, নুংঙাইবা, থাজদনা লোৎতুনা লৈবম্বা ৱাবী কয়া খঙলকপা অসিনি।*

পুন্সি ৱাবীশিং অসি *সাহিত্য পাউ* গী ২৯ শুবা মশীং ফেব্রুৱাবী ২০০০ দগী হাপ্পা হৌখিবদুনা ৩১ শুবা মশীং মার্চ ২০০৮ ফাওবনি। চাউবাক্লা চহী নিপালমুক্কী পোৎথোক্লি। মসিদা *সাহিত্য পাউ* দা যাওদবা পুন্সি ৱাবী খবসু যাওবি। *সাহিত্য পাউ* বু মশক থোকপা চেফোঙ অমা ওইনবা হোৎনবিবম্বা যাম্নুং বাজকুমাব মণি লৈখিদবনা হান্দুনা মাগী অমসুং ওজা থোইবীগীগা অনীদি কোন্না ইখিবনি। থোইবী যাওদ্রবদি যোৎশবী মখোঙ তেকপা তাবে হাযদুনা ইমাসি বিনোদিনীনা হাযাববকখি। খোংবাস্তাবম তোলহল অমসুং নোংমাইথেম চিত্তবঞ্জন (পহাবী) গীদি ঐনা হান্না জবনেল অমদি *নহাবোলগী থৌদাং* দা ফোঙজখ্রবনি। মাসিসু লাইবিক অসিদা হার্পচিঞ্জদুনা ফোঙবা যাহনবীবগীদমক মবী লৈনবা ওথোবিতিশিংবু থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

*লাইবিক অসি নম্বা হৌগৎলক্লবা মতুংদা অইবশিং খবা লৈখিদবা অমদি মনা-মথুম ফংলকপা কয়া য়াওবকই। মদুগী শেমদোক শের্মজিনদা অৱাবা অমসু ওইদবা নৱে। অদুগা* অমুক হন্না ইথোক্লীংবা ৱাবীসু যাওবকই অদুবু ঐহাক কিবে। শেম্ববু হৌকববদি শেম্লীংবগী শেমনীংবা ঙাক্তনি অদুনা হান্না ফোঙখিবা শক্তমদুদগী অমুক শোক্লদবে।

লাইবিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা মতম ফনা লৌখি। লাইবিকসি পুথোব্রবা হোৎনবদা লাইবিকসিগী মবমদা ৱাবোল খবা ইবিবিবা বি এস বাজকুমাবনসু মতেং যাম্না পাংবিখি। মিংথোল অসিসু মহাক্লা পুথোকপীবনি। মাগী মফমদা শিংঙমদবা লমন তোনশিঞ্জববনি।

চহী নিপালমুক চঙনা ইবকপা *শক্লাইবা খবগী পুন্সি* লাইবিক ওইনা মীৎমাঙদা চোংথোবকপদা নুংঙাইবা পোকই। মতম অমদা ঐবু ৱাহল্লি হাযদুনা শাউখিবা তামো বীবর্মণিগী মপান্না লাইবিক অসি ওইখিবনি। লাইবিক অসি ক্স্ট ওইনা লৈবিঙৈদ' ওজা *শবতচন্দ্র লোংজোম্বনা কৃপ্না পাবিখিবগা লোযননা সজেসন কয়া তৌবিবকখিবগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচবি। লাইবিক অসিবু সাহিত্যগী পাউদগী লৌথোক্লনা ফোঙদোক্লবগী* অযাবা পীবিবকখিবা বাইটর্স ফোবম, ইম্ফালগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবি লোযননা লাইবিক নম্বগী থৌদাং লৌবিখিবা বাইটর্স ফোবম, ইম্ফাল প্রিন্টিং এন্দ পব্লিশিং দিভিজন অমসুং সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল কৈথেলগী ইচীন-ইনাওশিংগী মফমদা থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী

# সেক্রেটরিগী ৱাবোল

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল খৃষ্টাব্দ কুমজা ১৯৮৮ গী সেপ্তেম্বর ৩ দা মণিপুরগী ৱাখল মান্নবা অইবা খরনা পুনশিন্দুনা শেমখিবা সাহিত্যগী লূপ অমনি। অইবশিংদা ঙসি ঙসিমকসু থেংনবিবা অৱাবা হায়বদি লাইবিক্তি ইবগা ফোঙদোকপা মতমদা মাযোক্নবা অৱাবশিং খরগী মখৈ কোকহন্নবা পান্দমদা মাঙলোমদা চঙশিল্লকখিবা লূপ অসি ঙসিদি মপৃং ফানা চাওখৎলবা, সাহিত্য অকাদেমী, নিয়ু দিল্লীনা শকখঙবিববা লূপ অমা ওইরে। মসিগীসু মথক্তা ফোরম অসিগী মশাগী ওইবা প্রিন্টিং এন্দ পব্লিশিং দিবিজন অমসু লৈরে। মসিনা মতম কয়াগী মমাঙদগী অইবশিংনা থেংনদুনা লাকপা অৱাবা অহাম্বদি কোকহনলা ঙম্লে হায়বসি ঐখোয়গী অচেৎপা থাজবনি।

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা হৌরদগী হৌনা লাইরিক ফোঙবগী স্কিম পাঙথোক্নুনা লক্লি। ফোরম অসিনা হৌজিক ফাওবদা লাইরিক ফোঙবগী স্কীম অসিগী মথাদা ফেজ মনি মাযপাক্না পাংথোকপ্রে। হৌজক হৌজিক ফেজ অহুম অমনা মাযপাক্না চখজরি।

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল লাইরিক ফোঙবখক্তা নত্তনা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিদা মশাম ওইবা সাহিত্যগী পাউ মিংথানবা থা অহুম/অহুমগী ওইবা চেফেং অমসু চাং নাইনা পুখোক্লি। লোয়নবা লপ অসিনা মতম-মতমগা চুনবা সেমিনার, ৱার্কশোপ, সিম্পোজিয়ম, ইন্টরেক্সন সেসন, বুক পব্লিশিং ট্রেনিংনচিংবা থৌরম কয়া তোঙান তোঙানবা লূপ কযাগা লোয়নবা লেপ্পুনা পাঙথোক্লি। মসি পুম্নমক ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা মেম্বরশিং অমাদ লোল অসিবু নুংশিবিবা মীওই খূদিংমক্কী থৌজালনানি হায়বসি ঐখোয়গী অচেৎপা থাজবনি।

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা হৌজিক ফাওবদা পূন্না লাইরিক ৯৫ পুথোকপ্রে অদুগা ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনীগী লাইবিক অসিগা থাবগা অহুম অমসু অথুবা মতমদা ফোঙননবা লৈজরে। অইবী অসিগী হন্দক পুথোকচগদৌবিবা *শক্লাইবরশিংগী পুন্সি খরা* হায়বিবা লাইবিক অসিনা ফোরম অসিগী ৯৮ শুবা লাইবিক্লি। লাইবিক অসি মীয়ামগী মফমদা পাবিনবা অমসুং নৈনবিনবা নোল্লুক্না খুৎশিন্নজবি।

সি ব্রজেশ্বর শর্ম্মা
সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল
জুন ১৮, ২০০৮

## য়াওরিবশিং



## ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ

ঙাইগু হায়বা য়াদবা মতম্মু পাম্মুবা খঙদনা ময়ামগী কান্নগনিবু হায়ববদি মশাগী অচিংবা কয়া লৈববসু চোংথোক্তুনা মায়োঙ য়াখিবা মীশক অমবু থিয়ু হায়বক্রবদি ময়েংবম আনন্দমোহনবু কাউথোকপা ঙম্লোই। অচঙবা মচা হায়বসি শাগৈ অদগী লৈমজনবমদা নংগী লৈবাক্কীসু ওই। অদুগুম্বা অচঙবা মন্দ ওইববা সমাজ সেবক ময়েংবম আনন্দমোহন ইং ১৯১১ গী এপ্রিল ৩০দা কৈশামথোং এলাংবম লৈকায়দা পোকখি। অপোকপা যোগেন্দ্র সিংহ নীংতম্বা মণিপুরগী অরোইবা নিংথৌ কুলচন্দ্রগী কেসিয়র ওইনা থবক তৌবম্মী। ইং ১৮৯১গী আগষ্ট ১৩দা টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙাল জেনেরেলগী ফাঁসি তৌবমদাইদা পোদুনা পুথোকখিবা মীশক্তি অপোকপা খাবলসনা নরসিংহ মহারাজগী মচাইদুংঙো ফাইবোক যাইমনা পোকপনি। মচীন-মনাও তরেৎকী মনুংদা আনন্দমোহন্না নুপা অনীগী মনুংদা অতোনবনি। ময়াম্বা রাধামোহন চুড়াচাংদ মহারাজগী মতমদা টুব ক্লার্ক ওইনা কোনুংগী ওফিসতা থবক তৌবম্মী। মহারাজনা থুপখ্রবা মতুংদা মহারাজগী মচাইবুংঙো বোধচন্দ্রগা নক্না লোয়নদুনা প্রাইভেট সেক্রেটরিগী থবক তৌবম্মী। মতুংদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী মেম্বর ওইবকপদগী কোনুং থাদোকখি। সব-জজ্জ ওইনা পেন্সন চৎখি।

আনন্দমোহনগী অহল লমনশিং ইং কুমজা ১৮৯১গী মমাঙদা কৈশামথোং করুইখুলদা লৈবম্মী। সাহেবনা পাল্লবা মতুংদা মৈতৈগী শাগৈ ময়াম মেজর মেক্সুরেলনা লম মহুৎ পীদুনা হোংদোকহনখিবদগী এলাংবম লৈকায়দা লৈবকখিবনি।

অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা আনন্দমোহন লাইরিক যাম্না ফনা হৌবকই। ক্লাস ফাইভতগী চৈন ফাওবা মকোক্তা ওইদুনা স্কোলারশিপ ফংলকই। ক্লাস কেপ্তেনসু চহী তকক ওইবকই। ইং ১৯৩৩ দা জোনষ্টোন স্কুলদগী ক্লাস টেন ফাষ্ট দিভিজনদা পাস তৌববা মতুংদা

সিলেট (শ্রীহট্ট) হৌজিক্লা বাঙ্গলাদেশকী মুবাবিচান্দ কোলেজদা আই এ তম্লকই। আই এ পাস তৌববা মতূংদা গৌহাটিগী কটন কোলেজদা বি এ তমখখি অদুবু ফেল ওইবদগী তোকখি। সবকাবগী থবক তৌববা মতূং কাইনথংদা দি এম কোলেজদা প্রাইভেটতা থাখি। অথেঙবদা লাইব্রেরী সাইন্সসু কলকত্তাগী নেসনেল লাইব্রেরীদা তমদুনা পাস তৌখি।

আনন্দমোহন অঙাং ওইরিবিদগী হৌনা ব্রাবেং শৈবেং ইদুনা স্কুলগী মেগাজিন্দা হাপ্লকই। ইহান হানবা ইবা হৌখিবদি ক্লাস সেবেন তন্বা অদুরাইদগীনি। কালিদাস, জয়দেব গোস্বামী, সেক্সপিয়াবগী লাইবিকশিং যাম্না পাম্না পাখি। মখোযগী অকনবা ঈথিল মাগী খূৎইশিংদা তাবমগনি হায। ছাত্রগী ঈহৌ কযাদা লুচিংবা ওইবকই। কোলেজগী পুন্সিদা মণিপুরী ষ্টুডেন্টস মেগাজিনগী এডিটবসু ওইবকই।

আনন্দমোহন্না আই এ পাস তৌববা মতুং ইং ১৯৩৬তা কোঞ্জেংবম তোযাইমগী মচানুপী ইবেমহলগা লুহোঙদুনা যূম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদামিন্নবকখি। অদুবু লাইবক থীবদি ইবেমহলনা ঙম্না লৈখিদবদগী নহাকপম মণিগী মচানুপী তম্পাকলৈমগা নৌনা অমুক যূম্বানমিন্নখি।

আনন্দমোহন্না ইং ১৯৪০ দা সবকাবগী থবক ইহান হান্না মণিপুর সেক্রেটবিযেটকী পি এম এস দি (প্রেসিডেন্ট, মণিপুর ষ্টেট দববাব) দা কেবাণী ওইনা থবক তৌই। চহী অনী তৌববা মতূংদা তোক্নুনা জাপান লান্না মণিপুর যৌশিল্লকপদা খোযাথোং নিফুচী কেম্পকী লেবব ওফিসতা অমুক তৌই। লানগী ঈবাংদুদা থবক অমুক তোকই। ইম্ফালদ' বোম থাদখ্রবা মতূং থা মবিবোম লৈবগা পোলিটিকেল এজেন্টকী ওফিসতা কেবাণী ওইনা চহী অনী লৈবল্লগা মহাবাজ বোধচন্দ্রগী সেক্রেটবিযেটতা ইং ১৯৪৪দা লাকই অদুগা ইং ১৯৪৫দা কেবাণীদগী এ দি সি (এইদ-দে-কেম্প) ওইনা প্রমোসন ফংই। মতমদুদা আনন্দমোহনগী চহী কুম্লামবি শুবে। মহাবাজ বোধচন্দ্রগা লোযনবা চহী অসিনা আনন্দমোহনগী পুন্সিদা খ্বাইদগী হেন্না ব্রাবা তাঙ্কক্লি। চহী অমগী মনুংদা থা তবক্তি যূমদা তূম্না চাবা ফংখিদে হায। লুব-লুববা তাংফম কযা মহাবাজগা পুন্না থেংনমিন্নবকখি। মহাবাজগা যাম্না নকশিন্না লোযনখি। ইং ১৯৪৭ ওগষ্টকী ১৪/১৫ লোন্নবা অহীং নোংযাইদা পি এ ক্রাওনগী বিপ্রজেন্টিটিভ ওইনা মণিপুরদা বৃটিশ পেবামাওন্সী লোইবদুনা বোধচন্দ্রদা লৈবাক শিন্নবা অমদি মণিপুবগী ইতিহাসতা অচৌবা ব্রাথোক ওইবিবা ইং ১৯৪৯ গী সেপ্টেম্বব ২১ দা শিল্লোংগী মর্জব এগ্রীমেন্টতা এ দি সি ওইনা য়াওবকই। সহী তৌনবা অদুদা যাওখিবাস মহাবাজ বোধচন্দ্রগী প্রাইভেট সেক্রেটবি সনসম গৌবহবি অমসুং মহাক্তনি। মহাবাজ বোধচন্দ্রবু ঙাক-শেন্দুনা থমখ্রবা সিফাইগী চঙবা থোকপা যাদবা দণ্ডী পানবা থৌদোকশিংদুগী খোঙফম অমা লেঙবা যাদবা কযা কযাশিং অদু হকথেংনবকখি। ১৯৪৯ ওক্টোবব ১৫ গী মপাল কাঙজেবুংদা বোধচন্দ্রনা মণিপুবগী অহানবা চীফ কমিস্নাব অমব

সিংহদা মণিপুবগী লৈঙাক শাসন ভাবত সবকাবদা শিন্নবদা য়াওবকখি।

মণিপুবনা ভাবত্তা তিনশ্রবা মতূংদা মহাবাজ বোধচন্দ্রনা মণিপুবগী বাজ সিংহাসন ঙাকপা অমা ওইনা লৈবাক্কী অহানবা আইন সভা ফোঙবদা হায়খিবদু আনন্দমোহন্না ঙসিসু কাউদ্রি– "ঙসিদি থায়নগী মণিপুব মাঙদা ফাওবকই, পূক্রিংদা থূক লাউবকই। লৈবাক নুংশিবশিংনা হৌজিক্তি লৈবাক্কীদমক লাক্লসনু। মমাঙগী খঙহৌদবা কাঙবুনা থায়নগী নীংথিবা মঙালনা য়ৈবকপদু অমুক্তং য়েংসি। মঙালনা হাইফেত্তা ফংবদা থম্মোযদা চাউথোক্তফম থোক্তে, লাই-গুরুগী মগুণ ঙাক্লোইদফম লৈতে।"

নিংথৌগী শাসন লৈবম্নদগী সবকাবগী শাসন লাকপা, ভাবত্তা তিনশিল্লবা মতূংদা অহোঙবা কয়া লাকখিবশিং অদুগা তোংন-তিন্নবক্লবা আনন্দমোহননি। অদুগীসু মথক্তা, কোনুং মনুংগী অমসুং শ্রীগোবীন্দজীগী সেবা, ধর্ম্ম-কর্ম্ম, উসব মেলা অমদি নিংথেম কীর্ত্তন শ্রাদ্ধনচিংবগী থৌসু পুবম্মী। মহাবাণী অমদি বাণী ইবেম্মশিংগী দায়িত্ব চূম-শোনচিংবা শেন্নবগী লূন্নবা দাযিত্ব ফাওবা পুবকখি। অসুক্কী মতীক লূম্বা শিন্নবকখিবা দাযিত্ব পূন্নমক আনন্দমোহন্না কূপ্না শেন্নবকখি।

অনৌবা শাসন অমা লাক্লবা মতূংদা আনন্দমোহনগী চান্নবা ফম পীদবগী মতাঙদা মহাবাজ বোধচন্দ্রগা ব্রা অমা অনী ঙাঙনবদগী পেন্দবা পোক্লুনা কোনুংগী থবক থাদোক্লগা বামলাল পাল স্কুলদা ওজা ওইবম্মী। স্কুলসিদা চহী তবেৎ নিপাল্লোম ওজা ওইববা মতূংদা ইং ১৯৫৮ দা মণিপুব ষ্টেটকী ডিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেবী লিংখৎলকপদগী অহানবা লাইব্রেবীযান ওইনা সবকাবগী থবক্তা চঙলকখি। নৌবিবা লাইব্রেবী অসি চাউখৎলক্লবা হোৎনবদা অঙম্বা পাঙ্গল শীজিন্নখি। ডিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেবীনা সেন্ট্রেল লাইব্রেবীগী থাক্তা পুখত্তুনা চহী তবামবি চূপ্না থবক তৌবকই। পৈশা খজীক্তং কায়বকপদা যাবিবমখৈ লাইবিক লৈহৌবগা লোইবে হাযবা ব্রাখল্লোনসিদা মাঙ থাদুনা লাইবিক লিশিং তবেৎকা চামঙাগী মথক্তা লাইব্রেবী অসিদা থম্লম্মী। লাইব্রেবীযান আনন্দমোহনগী হোৎনজমন্না ডিষ্ট্রিক্টতগী সেন্ট্রেল লাইব্রেবী ওনবা ঙমখিবনি। লাইব্রেবী অসিদা চহী তবামবি লাইব্রেবীয়ান ওইববা মতূং ইং ১৯৭২দা থবক্তগী পোথাখি। ইং ১৯৬৯দা গান্ধী সেন্টিনবীগা মবী লৈননা গান্ধী সাহিত্য লাইবিক তবামঙাবোম মণিপুবীদা হন্দোক্লুনা ছাপা তৌখি। অতোপ্পা মমিং লৈববা বাংলাগী লাইবিক কুনগী মথক্তা মণিপুবীদা হন্দোক্লুনা ফোঙবগী অচৌবা দাযিত্ব লৌবকই।

থবক্তগী পোথাববা মতূংদসু আনন্দমোহন্না ঙসিগী মণিপুব য়ুনিভর্সিটিনা জব্রাহবলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটি ওইবিঙৈদা এম এগী মণিপুবী সাহিত্যদা ভক্তি সাহিত্য তম্বীনবা অচার্য্য (প্রোফেসব) ওইনা চহী অনী লৈবম্মী। মতূংদা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমীগী অহানবা থবক্কী শেমগৎ-শাগৎপদা (মক ওইনা লাইব্রেবী, ডাইবেক্তবী,

পব্লিকেসন, আর্কাইবসনচিংবা) থবক তৌদুনা চহী মঙামুক (১৯৭৫-৭৯) লৈবম্মী। ইং ১৯৭৯দা ষ্টেট কলা একাদেমী থাদোক্লবা মতুং ইং ১৯৮০দা টি এস পাল ব্লুমেন্স কোলেজগী ফাওন্দব প্রসিডেন্ট ওইবম্মী। কোলেজ অসিদা চহী তবানিথোই থবক পুবম্মী।

সাহিত্য অমদি কলাদা থব্রায় য়াওজবতা নত্তনা শান্ন-খোৎনবগী লমদসু যাম্না থব্রায যাওবকই। ফুটবোল অমদি হোকী য়াম্না পামজনা শান্নবকই। নম্বুল মপাল, যাইস্কুল, ব্রহ্মপুব নহাবমগী অপূনবা নহাবোল তেংবাং মরুপ্পু লুচিংদুনা সেক্রেটবীগী থবক পুবম্মী। মণিপুব ছাত্র সম্মেলনগী অহানবা জেনবেল সেক্রেটবী ১৯৩৫দা ওইবকই। সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগসু খুৎশম্নবকই। নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি অমদি কলচবেল ফোবমগী সভাপতি চহী অনী অনী ওইবকখি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকীসু চহী খবা কেজুয়েল মেম্বব ওইবম্মী।

আনন্দমোহন্না মণিপুবী লোনবু নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং কযামকম লৌখি। লোন অসিবু নিপালশুবা সেদ্যুলদা যাওবদা মতীক চায হাযবগী চেবোল কয়া ইদুনা ফোঙই। মীযাম পূম্নমক খঙহন্ননবা হোৎনখি। মহাক্না মাগী পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইজবা অমসুং পেঞ্জবদি অথেঙবা পুন্সিগী তাঙ্কক্তা চহী তবাবোম চঙনা ব্রানা খোমজীন্দুনা হোৎনখিবা 'নেসনেল বিব্লিওগ্রাফি ওব ইণ্ডিযান লিটবেচব'গী ভোল্যুম ফাইভ মণিপুবী সেক্সন ইং ১৯৯০দা সাহিত্য একাদেমীনা ফোঙলকপা (The National Bibliography of Indian Literature, Fifth Vol 1901–1980) অসিনি। মসিগী মপান্না মণিপুবী লোলবু নিপালশুবা সেদ্যুলদা চনখিবনি অমসুং মহাক্কী হোৎনজমল মহয় যাল্লে হায।

ছাত্র ওইবিঙৈংগী ব্রাবেং শৈবেং ইদুনা মেগাজিন্দা, চেফোঙদা ফোঙবসি যাম্না পামজবা ওইবকই। কলচবেল ফোবমগী *খতু* চেফোঙদা ব্রাবেং কযামকম ফোঙলম্মী। অইবগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি– ১। *ব্রাবেং শৈবেং অবিবা* (১৯৬৭), ২। *গ্রেজুযেট* (ড্রামা, ১৯৬৯), ৩। *অঙাংগী ব্রাবী*, ৪। *ডাক্তব* (ড্রামা), ৫। *ব্রাবেং মবি* (১৯৮৭), ৬। *শিক্ষা* (১৯৭৪, শ্রীমাগী *ওন এজুকেসন*দগী হন্দোকপা) অমদি ৭। *অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ* (২০০০, সাহিত্য একাদেমীনা এসাইনমেন্ট পীবকপদগী দবেন্দ্রজিৎকী পুন্সি অমসুং মানা সাহিত্যদা তৌবম্বা দানগী মবমদা ইংলিসতা ইবা) ৮। ববীন্দ্রনাথ টেগোবগী *বাজা* (১৯৮৭), ৯। *নেসনেল বিব্লিওগ্রাফি ওব ইন্দিযান লিটবেচব, মণিপুবীগী শকক নং ৫-১০ শিল্লোং*, ১৯৪৯, (২০০৪)অসিনচিংবা।

আনন্দমোহনগী অথেঙবা ফোঙলকপা *শিলোং ১৯৪৯* অসিদি ঙসিগী মীবোলদা হৌখিবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অমবু নৈনবদা কান্নবা মচাক কয়া যাওববা লাইবিক্লি। মণিপুবনা ভাবত্তা তিনখিবগী থৌদোক অদুদা য়াওকব্বা মীশক অমনা হকথেংনবকপশিংগী

পাউদম কয়া মবীক চুম্না য়াওবি। মণিপুবগী অহানবা লাইব্রেবিয়ান ওইখিবা আনন্দমোহন্না লাইব্রেবি মৈ থাবগী মতাংদা ওস্লোক্লা থম্মোয় শোক্লা হায়, "অসুক জ্ঞান য়াওদনা লাইব্রেবি মৈ থাবসিদি ইশাগী কোক্তা মৈ থাবনি। ইতিহাসকী লামায়দা অমুবা কালিনা য়েক্নুনা লৈহৌবগদবা থবক অসিদি খক তৌদবনা ফৈ। মসিদি নুংগী যুগকী সমাজদা তৌগদবা থবক্নি।" তশেংনমকসু লাইব্রেবি মৈ থাখিবসে মহাক য়াম্না নুংঙাইখিদে। মসিনা হকচাং য়াম্না শোম্নুহনখি হায়।

ময়েংবম আনন্দমোহন মহাবাজ নবসিংহ মেমোবিয়েল কমিটিগী প্রসিডেন্ট চহী মঙা ওইবকই। শ্রীঅববিন্দ সোসাইটি ইম্ফাল ব্রাঞ্চকী মেম্বব, ওল মণিপুব পেন্সনবস এসোসিএসনগী প্রসিডেন্ট চহী তবেৎ, ষ্টেট কলা একাদেমীগী এসোসিয়েসনগী প্রসিডেন্টনচিংবসু ওইবকই।

আনন্দমোহন্না মণিপুবী সাহিত্যদা তৌবিবা দানবু শকখঙবীদুনা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা 'সাহিত্য ভুষণ' উপাধি ইং ১৯৯৫ দা পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। শিক্ষাগা মবী লৈনবা লমদা মহাক্কী থোইদোকপা দানবু শকখঙবীদুনা মঙোন্দা ইং ১৯৬২ দা কমেন্দেসন সার্টিফিকেট পীখি। মণিপুবগী লাইওন্স ক্লব (১৯৮৮) অমদি বোটবী ক্লব (১৯৯৯) শাখা অনীমক্লা সিনিযব সিটিজন, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী দাইমণ্ড জুবিলীগী অমদি কলচবেল ফোবম মণিপুবগী সম্মান কয়া ফংখি। ষ্টেট কলা একাদমীনসু ফোলোশিপ (১৯৮৯) পীদুনা ইকায় খুম্নখি।

মশাগী চহী মবিফুতবামাথোই শুবক্লবা পুন্সি নুমিদাংবাই ওইশিল্লক্লবা সমাজ সেবক অমদি সাহিত্যকাব অসি ঙহাক্তা শংদে। দেব-কর্ম্ম, মিটিং, অমদি ইবা থবায় য়াওনা চৎলি। মাগী মতুং হৌজিক্কী মীবোম্না ইনবদা ব্রাবগদবা মতৌনি। অহল ওইজববসু নুংগী পাঙ্গন্না, থৌনানা ফোঙদ্রিবা ড্রামা, ব্রাবেংনচিংবা ফোঙনিংবগী আশা লৈবি, ফোঙগে খল্লি। অদুবু মহাক্কী ইকোন কোম্না ইবা লাইবিক *শিলোং* ১৯৪৯ সেপ্তেম্বব ২১, ২০০৪ দা ফোঙলগা আগষ্ট১৬, ২০০৫ গী লৈবাকপোকপা নুমিৎকী নুমিদাংব্রাইবমদা অবোইবা য়াহিপ তানখি। মাগী মাযথোঙ ঐখোয়গী মীৎমাঙদা উববোই অদুবু মাগী থৃৎইশিংদুদি নীংশিংদুনা লৈহৌবগনি।





## বাজকুমাব শীতলজিৎ

মণিপুবী সাহিত্যদা ৰাবীমচা যাম্না থেঙনা ইং কুমজা ১৯৩০গী মতুংদা পোকখি। ১৯৩১ গী *যাকাযবোল* চেফোঙদা ফোঙখিবা আব কে খথিংগী 'ইমা ৰা তান্নবা' হাযবসিনা মৈতৈলোনগী ইহান হানবা ৰাবীমচানি। মণিপুবী ৰাবীমচাগী ওইবা লাইবিক মশক উবা ফংবসি ১৯৪৬ তনি। চহী অসিমক্তদা শ্ৰীবাজকুমাব শীতলজিৎকী ৰাবীমচাগী লাইবিক অনী *লৈকোলনুংদা* অমদি *লৈনুংশি* ফোঙলকখি। মহাক মণিপুবী ৰাবীমচাগী অহানবা যুম্ফম থোনখিবা মীশক্তি হাযনা শীংথানৈ।

বাজকুমাব শীতলজিৎ ইং কুমজা ১৯১৩গী আগষ্ট ১৮ (লাংবনগী ১৭ নি পানবা) নিংথৌকাবা নুমিত্তা কাঙবম লৈকাযদা পোকই। অপোকপগী মিং লক্ষ্মণসনা অমসুং অপোকপীগী মিংনা কামিণীপাল কৌই। অপোকপী কামিণীপাল বামলাল পালগী অনীশুবা মচানুপীনি। শীতলজিৎকী মচীন-মনাও নুপা অনী নুপী অনীনি। মমাতোন গম্ভীনীনা পোকপসু নুপা অনী, নুপী অমনি।

শীতলজিৎ যাম্না নৌনা অপোকপী মমা কাযনখি। মমা লৈত্রবা তুংদা মমাগী মপাম কৈশামথোংদা মধৌগী মযূমদা লাকই। মতমদুদা চহী নিপালদমক শুবি। ইনাকখুনবা ইমুংনি। মধৌ মবোক লৈত্রবনিনা মখুবা, মামতোন্নচিংবনা লুনা-চান্না তৌবিদুনা মমা লৈতবগী নুংঙাইতবা, অৰাৎপা পূম্নমক মেনশিন্নবা হোৎনবী। মপাবুং লক্ষ্মণসনাদগী শেলগী থোইদোকপা মতেঙ লৌবক্তে। মমাতোন গম্ভীনীগা লোযননা লৈখি। মমা মপানা নাউকোন্দ্রবসু মাগী অপান্বা থুংনবা হোৎনবী। অঙাং ওইবিডৈদা লাইবিক মযায ওইনা হৌবকই। চাবা-থকপা থোইনা চীলহাও থিবক্তে।

শীতলজিৎনা চহী তব্দক চঙলকপদা কৈশামপাৎ এল পি স্কুলদা অহানবা লাইবিক তম্বা হৌই। চীংঙা ইউ পি স্কুলদা ক্লাস থ্ৰী পাস তৌববা মতুংদা বেঙ্গলী এম ই স্কুলদা মিং চল্লি।

শীতলজিৎনা বেঙ্গলী স্কুলদগী ক্লাস সিক্স পাস তৌববা মতূংদা জোনষ্টোন হায়স্কুলদা তম্লম্মী। মতমদুদা মণিপুরী সবজেক্টকী লাইবিক অসি ইবিনবা ৱাৎপনা খ্বাইবাকপম চাউবনা ইবা টেক্সবুক অমনা ক্লাস সবেনদগী তেন ফাওবা তম্লম্মী। শীতলজিৎতি বেঙ্গলীনা হেন্না খূৎলোযবকপদগী মণিপুরীগী মহুত্তা বেঙ্গলী ওইনা লৌবকই। মহৈরোয ওইবিরেঁদগী হৌনা ইবগী ৱাখল লৈবকই। ক্লাস তেন তম্লিরেঁদা 'শিবা' হাযবা শৈরেং অমা অইবা আব কে চাউবা হাযনা থাদুনা *যাকাযবোল*দা ফোংঙি। আই এ তম্লিরেঁদা ইংলিসকী ৱাবীমচা অমসু *ললিতমঞ্জুরী পত্রিকা*দা ফোংঙি। অঙম্বনা শেল চাবগী ৱাবীনি। মতমদুদা চুড়াচান্দ মহাৱাজনা ৱাবীমচাদুগী মনুংগী অর্থ কবিনো হাযনা মাবু কৌখত্তুনা হংঙি। ৱাবীমচানিনা থোইদোকপা এক্সনদি লৌখৎপা যাদদুনা তোকখি।

জোনষ্টোন স্কুলদা তম্মদুনা ক্লাস তেন কলকটা য়ুনিভর্সিটিদগী ১৯৩৩দা পাস তৌববা মতূংদা গৌহাটিগী কটন কোলেজদা মখা তম্মখি। মৈত্রিক্তা হিস্তরীদা লেতব ফংঙি। বি এদসু হিস্তরীদা ওনর্স লৌই (ইং ১৯৩৭-৩৮)। হিস্তরীদা ওনর্স ফংবসি মহাক্লা মণিপুরদা অহানবনি। শীতলজিৎনা অযাম্বা মতমদা মাগী মিংগী মমাঙদা বাজকুমাব হাযবসি হা প্তুনা ইদে। ইদবগী মবম খর্বদি কোলেজ তম্লিরেঁদা কোলেজগী ফ্রেশর্স সোসিযেল হাযদুনা থৌদম হমা পাঙথোকই। হোষ্টেলদা লৈবিবা শীতলজিৎপু বাজকুমাব হাযবনিনা নি যৌনম্না এপশা মচা নশুগুম্না হন্দুনা পেশা যাম্না খাযননবা দাবী তৌবকই। শীতলজিৎনা "ঐখোযদি নিংথৌগী মচা মশু নত্তে, ইপা-ইমা নিংথৌ ওইদে, যাম্না লাযবে, পৈশা পাযদে" হাযববসু থাজদদুনা নমদুনা পৈশা খাযহল্লি।" বাজকুমাব হায়বসি নিংথৌগী মচানুপাদা কৌগদবা মিংনি হাযদুনা মতূংদদি বাজকুমাব হায়বসি তোকথোক্তুনা শীতলজিৎতমক ইবকই।

শীতলজিৎ অঙাং ওইবিরেঁদগী হৌনা অচুম্বা পাম্বা, ঈশ্বরবু থাজবা, অবানবা তৌব যাদবা মীশক অমা ওইনা হৌবকই। ঈবাং ফলাং তৌদুনা মতম মাঙহন্দে। তৌগদবা মথৌদা যাম্না পূক্নিং চঙঙি। ঈশৈ-নোংমাই, শাম্ন-খোংনবা যাম্না পাম্মী। গ্রামোফোন বেকোর্দকী ঈশৈ ১০০গী মথক্তা চীনফা ফায। পূং, তবলা, হাবমোনিযম্মচিংবসু য়ৈবা-খোংবা হৈ।

১৯৩৮দা বি এ পাস তৌববা মতূংদা বামলাল পাল স্কুলদা সেকেন্দ মাস্তব ওইনা চঙঙি। থাদা নুপা কুন্থ্রা ফংঙি। মতম খবা স্কুল অসি দিফক্ষ ওইববা মতূংদা বেঙ্গলী স্কুল, তম্ফাসনা অমদি জোনষ্টোনদা মথং মথং ওজা ওইবম্মী। মাগী মতমসিৱাইদা মণিপুরদা নুপীনা লাইবিক তম্বা হৌনবক্লে। নুপী স্কুল অসি অহানবদা কোইজম অমুবীগী মমাঙ শঙ্গোয়দা তম্বা হৌদোকখি। নুপীমচাশিং কোযখোম খোমদুনা লাইবিক তমহল্লি। মতূংদা তম্ফাসনা স্কুল লিংখৎলবা মতূংদদি কোইজম অমুবীগী শঙ্গোয়দা তম্লম্বা ছাত্রিশিং তম্ফাসনা

স্কুলদা তম্লম্মী। মহাবাজকুমাবী বিনোদিনী, খাইদেম প্রমোদিনী অমদি থোইবী দেবীনচিংবশিং অসি তম্ফাসনা স্কুলদা তম্লকপা ঙাক্তেনি।

শীতলজিৎ জবনেলিষ্ট অমা ওইবা পাম্লকই অদুনা থাগী চেফোঙ *ললীত মঞ্জুবি পত্রিকা, তরুন মণিপুব* অমদি *মণিপুব মতম*গী এডিটব ওইবকই। ইংলিস খবব খবগীসু কবেসপোন্দেন্ট ওইবকই। *ষ্টেট্সমেন, আনন্দ বাজাব পত্রিকা, অমৃত বাজাব পত্রিকা* নচিংবা পাউচেগী কবেসপোন্দেস্ট ওইবকই। ওজা ওইনা ওইনা থবক মঙামুক পুবকই।

শীতলজিৎনা ওজা ওইবিঙৈ পুন্সিদা শীংথানিংঙাই ওইবা থবক কযামকম পাঙথোক্লম্মী। ওজাশিংগী অমদি মহৈবোযশিংগী অনৌবা নিযম কযামকম শেম্লম্মী। নিযমগী ৱাংমদা থবক তৌববদি অহকপা দণ্ডি পীবম্মী। ছাত্রশিং লূনা-নান্না কাবকহল্লম্মী। মহৈবোযশিংগীদমক লাইব্রেবী চাওখৎনবা হোৎনবম্মী। মহৈবোযশিংনসু ওজাশিংবু অসুক্কী মতীক কিনা লুনা তৌবম্মী। শীতলজিৎকী হোৎনবা কনবা অমদি হেন্না চাওখৎনবা হোৎনবা অদুমক্তা অফবা স্কুল খবগী মনুংদা বাম লাল পালসু অমা ওইবম্মী। নুপা ঙাক্তগী স্কুল ওইগে খনবনা মাগী মতমদা নুপী ওজা অমত্তা হাপ্লমদে। অদুবু হৌজিক্তি সবকাবনা লৌশিনখ্রে। শীতলজিৎতি স্কুল কনভর্সন তৌখিবদু যাম্না নুংঙাইখিদে, অফবা স্কুল অমা ওইবম্বগী চাংদগী হম্থবক্লগনি হাযনা থম্মোয শোকখি অদুনা এগ্রীমেন্ট অদুফাও সহি তৌখিদে হায়।

শীতলজিৎ স্কুলগী ওজা ওইবতা নত্তনা চেথোঙগী এদিটব্সু ওইবম্মী। মহাক্লা এদিটব ওইবা চযোলগী ফোঙবা *মতম* চেফোঙ অসি *মণিপুব মতম* ওন্দুনা নুংতিগী ফোঙবা ওল্লকই। মতমদুদা চেফোঙ ফোঙবসি অবাযবা থবক নৎলমদে। চে ফংদবগী অৰাবা কযা মাযোক্লবম্মী। শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহাবাজদগী চে নিবগা ফোঙবা ফাওবা যাওখি। মাবৱাৰীনা ফম্বা চে যোনবা দুকান মচা অমদগী হেন্না লৈবমদে। চে ফংদবদগী *মণিপুব মতম* চেফোঙ মূৎখি। এদিটোবিযেল কলমদা থৌনা ফনা অচুম্বশিং ফোঙদোক্লুনা ইন্দবগী দববাব যৌবা যাওখি। সোসিযেল বিফোর্মব অমা ওইনা হৌবকপনা অচুম্বা অশেংবা ইবদা অকিবা মচেৎ অমত্তা পল্লক্তে।

শীতলজিৎ মহৈবোয ওইবিঙৈদগী হৌনা ইনিংবগী ঈথিল লৈবকপদুনা লাইবিক তম্বা লোইববা মতুংদা *থাদোকপা* উপন্যাস ইবকই। ইহান হানবা লাইবিক ওইনা ১৯৪২দা ফোঙণ্ডি। মতমদুদা অইবগী মশীং অসি যাম্লমদে। মাগী অহানবা শৈবেংগী লাইবিক *কেতুকি* অমসুং *থাদোকপা পৃথিবীগী* অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা ইখিবনি। মথংদা *কেতুকি* লান মনুংদা নম্বনি। শীতলজিৎকী ফোঙলবা লাইবিকশিং চাউবাক্লা ক্রিযেটিভ ৱার্কতা কুন (২০) গী মথক্তা লৈবে। নোভেলদা *থাদোকপা, ইমা, বোহিনী, নুংশি ৱাখৈবা*, ৱাবীমচাদা *লৈকোলনুংদা* অমদি *লৈনুংশি*, শৈবেংদা *কেতুকি, বাল্মীকি, ঈথৌলাংবা, শকুন্তলা* অমদি

*শৈবাংবনি*, বাইওগ্রাফীদা *নেতাজী সুভাসচন্দ বসু অমদি আজাদ হিন্দ ফৌজ*, *শ্রীমদ্ভগবদগীতা* (হন্দোকপা), *শ্রীল নবোত্তম ঠাকুব প্রার্থনা*, *বৈষ্ণব পদাবলি শাযোল শৈখন*, (অহানবদগীনা তবাশুবা ফাওবা), *শ্রীশ্রীচৈতন্যচবিতামৃত* (আদি লীলা) খণ্ড অহানবদগীনা খণ্ড মাপল ফাওবা, *শ্রীশ্রীচৈতন্যচবিতামৃত* (মধ্য লীলা) খণ্ড অহানবদগীনা তবা ফাওবা ফোঙখ্রে। মসিদা নত্তনা টেক্সটবুকশিং অমদি ডিক্সনাবী কযাসু ফোঙখ্রে। ফোঙদবা লাইবিকশিংদি *লমজেল* উপন্যাস অমদি শৈবেংগী লাইবিক (শৈবেং ১০০গী মথক্তা যাওবা) লৈবি।

শীতলজিৎনা বাবীমচা, শৈবেং অমদি উপন্যাস ইদুনা ফোঙখ্রবা মতুংদগীদি মখা তানা ক্রিযেটিব বাইটিংদা খুৎ থাবকখিদ্রে। মসিগী অচৌবা মবম অমদি অহল লমনশিংনা টেক্সবুক ইযু হাযবদগী টেক্সবুক ইখি। পৈশাসু যাম্না ফংই। ডিক্সনাবিদি কাযনথংদা ইবনি। অদুগা অমনা চৈতন্যচবিতামৃত পাকবদগী ধর্ম্মগী লাইবিক ইবসি পামখি। ভগবানগী মবমদা ইবা খৃদিংমকসি উত্তম সাহিত্যনি। মসিদা লোল ফজবগী দবকাব লৈতে। মখল অসিগী সাহিত্যদা চঙনিংলকপদগী ধর্ম্মগী লাইবিক্তা খুৎ থাবকপনি। ধর্ম্মগী লাইবিক্ত, মৈতৈলোন্দা শ্লোব যাওদবা গীতা ইবসি শীতলজিৎনা ইহান হাল্লি। হৌজিকসু ইস্লোন্না ধর্ম্মগী লাইবিক খবা হন্দোকপীযু হাযবদগী পৈশা লৌদনা ইবি হায।

শীতলজিৎকী মীৎযেং আদর্শবাদকী মীৎযেংনি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অচেৎপা বাখল চেনবা, যাম্না নোল্লকপা ধর্ম্ম-কর্ম্মদা হকচীন্না থাজবা মীশক্নি। অদুনা মাগী উপন্যাস অমদি বাবীমচাশিংদা অচুম্বা, থাজবা, মপুবোইবা নীংবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা অমদি ফিদম্নফম ওইবা মীওই কযাগী চবিত্র শের্ম্মী। নহা ওইবিঙৈদগী হৌনা মতমদুগী সমাজগী চৎনবীগী মাযোক্তা শীংননিংবগী বাখল ফাওখি। মাগী মতমদুদা মৈতৈলোন্দা ঈশৈ শকপা যাদে হাযবগী ফথিংবা লৈবা মতমনি। অদুনা মাগী বাবীমচা 'ইন্লোকপা'দা চৎনবীগী মাযোক্তা ফোংনা শীংনবকখি।

সাহিত্যদা শীতলজিৎনা তৌবা দানবু শকখঙবা ওইনা ষ্টেট কলা একাদেমীনা ফেল্লোশিপ অমদি মণিপুব যুনিভর্সিটিনা পি ঐচ দি ডিগ্রী (*ওনবিস কোজা*) পীদুনা ইকায খুম্নে। লাইওন্স ক্লবনসু ওন্ড সিটিজনগী মনা লাম্লোকখি। ওজা অমা ওইনা, এদজুকেসনেলিষ্ট অমা ওইনা মীযাম্না শকখঙনববা বাজকুমাব শীতলজিৎপু ১৯৯৯ দা কলচবেল ফোবম্না মাগী সাহিত্যদা তৌবা দানবু শকখঙবা ওইনা থোইবী এৱার্দ পীদুনা ইকাইখুম্নখি। ইং ২০০৬ তসু লৈকোলনা চোংথাম বিমলা বসন্ত এৱার্দ পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। মনা অসি মহাক্কী লাইফ এচিবমেন্টতা পীবনি। ইং ২০০৮ দসু কলচবেল ফোবমগী হুইবেম অমুবা এন্দ যাইমবী এবার্ড ফোব লাইফটাইম এচিবমেন্ট ইন মণিপুবী কলচব পীদুনা ইকাইখুম্নখি।

ওজাগী শিনযমদা পুন্সি কখোক্লবা শীতলজিৎনা থোইদোকপা শীংথানিংঙাই ওইবা

*থৌদাংগীদমক টিচর্স এৱার্দ ১৯৬৭ তা ফংখি।* সাহিত্য পরিষদনা মাগী থোইদোক হেন্দোক্লা সাহিত্যদা তৌবিবা দানশিংবু শকখঙবা অমদি ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা পীবা উপাধি 'সাহিত্য রত্ন' শীতলজিৎনা লৌখিদে। লৌখিদবগী মবমদি মতম অদুদা ঈশ্বরগী প্রেমদা ঙাওজরবা ভক্ত অমগী মফমদা সনা-লুপা, লন-থুম, মিংচৎ অমত্তদা অপাম্বা, মিহৌব' লৈত্রবা রাখলদু পোক্লকখি। পুন্নমক ইবুংঙো মাগী মনাক নক্লা মনাই ওইজবা, নত্তনা অপাম্ব অমত্তা লৈত্রবা পুক্রিংদুনি। শিক্ষাষ্টকত্তা যাওবা "নং ধনং ন জনং ন কবিতা সুন্দরী ন কাময়ে হায়বদুমক্কি।

*মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরী হিজম গুণনা শীতলজিৎতা* সাহিত্য রত্ন পীবে হায়দুনা পুরকপা চেদুগী পাউখুম ওইনা উপাধিদু লৌনিংবগী অপাম্বা লেপ্তে লৌবগোই হায়খি। অদুবু মতুংদদি মহাকপু ইকায়খুম্নবা উত্তুনা পীরকপা মনাবু লৌদবা হায়বসি অচুম্বা খোঙথাঙ নত্তে হায়বা খঙলকপদগী মতুং তাবকপদদি লৌরে। সাহিত্য পরিষদনা ১৯৭৮দা 'শ্রীমদপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্র গীগী নীংশিং মনা' (লোংনৈকাপ্পম যদুনা কচ্চবা) পীখি।

শীতলজিৎ হৌজিক যাওবা ইবগী থৌনা হন্ত্রি। মাঙোলদা টেবল চৌত্র থাদুনা লৈতৌরি। চৌরি। সংস্কৃত-হিন্দি ইবদা পুক্রিং লন্থি। গীতাগী রস চুক্লি। চন্দ্রনী ওইবা লাইরিক বাযা পুন্দোক্লি। মনামক্লা হায়, 'চন্দ্রনী মরমদা ভক্ত লাই ববাশিং লৈদুনা' ফাইদনা মরাংদা থারক্কি অথবা লাইবিরি।" নুংতিগী লাইরিক ত্রা চনদা তক তনাম্না লিদুনা ভাগবত পাঠ তৌবিবা ভক্তনি। ধর্মগী ওইবা লাইরিক কয়া ইবি, পাবি, নৈনবি। অনুবাদ কয়ামু তৌবি। অহল ওইবগী কুচু কুমেল ন ডর্দাবি। হকচাং ফনা লৈরি। খুৎ থাবিদা খুৎই রাদিংমক হেনৈ। মণিপুরদা হৈংদে হায়বগী থোইদোকপা লৈতে। সাহিত্যদদি থাক্লা শোংদোক্লবা লোল (বি. ডি.) শাউমবনা ওইবগী পাম্লবনি। অমসুং ওইবগী মতৌ, পুনশিনদবগী হাংগল-খুঙবগী সমস্যা কয়া থোক্লি বসি নাম্মতা ওইবগী মাংযেংনি। মশাগী ওইদবা তানবদগী থোক্লকপা ভাক্তনি। মীওইবগী পুন্সিদা শান্তি ফংগে হায়ববদি অপাম্বা থাদোক্লবতদা অচৌবা নুংঙাইবা ফংলোইদবগী মরম লৈতে। মদুনা পুন্সিবু অফবা মাথকৈদা চিংশিনবীগনি হায়বগী অচেৎপা রাখল্লোন লৈবা অইননি। পুন্সি নুমিদাংবাইরম ওইশিল্লক্লনা ভক্ত অসিনা অনৌবা মিল্লেনিয়ম লাকপদা অনৌবা খুদোল খনা তম্লমখিগে হায়না আশা তৌবি। অদুবু য়ৌহম্নীংদবা মীংকুপ অদুনা থোঙজাল কানশিল্লক্লবদা কনানা থিংবা ঙম্লগনি। মণিপুরগী লৈশাদা ভাক্ত অসিগী হকচাং জুন ৮, ২০০৮ দা অবোইবা ওইনা তিনখি।

❖ ❖ ❖



# নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং ইতিহাসতা খূদোল চাউনা তম্বিবিবা পণ্ডিত অমনি। খেলচন্দ্র হায়বিবা মিং অসি কোষ্ঠীগী মিংনি। মহাক্কী অতোপ্পা মিংদি ইবোপীশক হায়নসু কৌই। মহাক খৃ ১৯১৭ মে ১৩, নোংমাইজিং নুমিত্তা উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকায়, ইম্ফালদা পোকই। মচান মনাও তরেৎকী মনুংদা মহাক্না ইতোন তোনবনি। মথক্তা মচে অনী লৈ। অপোকপা অঙৌ সিংহ নটকী ঈশৈ শকপা ওজানি। অপোকপীগী মিং শঙ্গায় কৌই।

খেলচন্দ্র অঙাং ওইরিবিঁদগী হৌনা অফবা মহৈরোয় অমা ওইনা হৌবকই। যাম্না পীক্না ক্লাস থ্রী ফোর তম্বা অদুরাইদা লাইরিক তম্না তম্না থাঙ-তা তম্বসু হৌবকই। মশান্নসি থৱায় হকচাং যাওনা পামজবকই। ওজা নাইনা রাজকুমার ফৈজাওসনা, রাজকুমার পাখঙসনা, নিংথৌখোংজম কলাচান্দ, রাজকুমার বাবুসনা, লাইরেনমযুম দামু, অচোম অঙাংজাওনচিংবদা তম্লকই।

মাগী আদি গুরুদি মযাম্বা চাউবনি। প্রাইমারী স্কুল তম্লিঁদগী হৌনা মযাম্বদগী মৈতৈ মযেক তম্বা হৌখি। লৈবাক্না শকখঙবা পাঞ্জিনি। পীক্লিঁদগী মযাম্বগী মতেং পাংদুনা লাকপনা পাঞ্জি হৈবকই। অরিবা লাইরিক কযামরুম পারবগী খুদোংচাবা মযাম্বদগী ফংলকই। পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মদগীসু পাঞ্জি তম্লকই। অসিদসু নত্তনা মৈতৈগী অরিবা মযেক অরিবা লাইরিকশিং অসি পণ্ডিত থোঙাম মাধব, নামৈরাকপম দিনচন্দ্র, পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্র, খরাইবম দেব, অঙোম পরশুরাম অমদি নাওরেম অমুযাইমনচিংবশিংদগী তম্লকই।

পণ্ডিত থোঙাম মাধবনা অরোইবা পুন্সি নুমিদাংৱাইবম ওইশিল্লক্লবদা মাগী লাইরিক অয়াম্বা খেলচন্দ্রদা শিন্নবম্মী। লাইরিকশিং অসিগী মতেংদগী খেলচন্দ্রনা মৈতৈলোন

অবিবগী ডিক্সনাবি ইবদা অচৌবা মতেং ওইখি।

খৃ কুম ১৯৩৮ দা খেলচন্দ্র কলকত্তা য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা মেত্রিকতা ফাষ্ট দিভিজনদা পাস তৌই। মতুংদা গৌহাটিদা আই এ তমদুনা অহানবা চষী পাস তৌববা মতুংদা অপোকপা লৈখিদবদগী মখা তমথখিদ্রে। মতমদুদা মপান্দগী লাকপা ময়াংশিংদগী টেক্স (ফোবেনর্স টেক্স) লৌবন্মী। নুপা অমদা চহীদা লুপা মঙা, ষণ অমদা শিকি মঙা, হূই অমদা শিকি অহুমনি। ময়াংশিংনা মণিপুবগী মপান্দা চৎপা অমদি চঙলকপগী পার্মিসন লোয়ননা লোক্তাক্তা উচেক কাপ্পা ফাওবা টেক্স লৌবন্মী।

খেলচন্দ্রনা খৃ কুম ১৯৩৯দা ফোবেনর্স ডিপার্টমেন্টতা কেবানী ওইনা থবক চঙই। থাদা লুপা তবা তলব ফংই। হৌজিক্কী সেক্রেটবিয়েট ওফিস অসি মতমদুদা দববাব ওফিস ওইবন্মী। মসিবু গাবোৎ নৎত্রগা ষ্টেট ওফিস হায়নসু খঙই। খৃ ১৯৫০দা ষ্টেট ওফিসনা সেক্রেটবিয়েট ওল্লবা মতমদা থবক মথং মথং তৌবকপনা লাইব্রেবিয়ান ওইনা প্রমোসন ফংলকপগী মতম অসি পুন্সিদা খ্বাইদগী মহৈ ফংবা মতমনি। মতম অসিদা মহাক্না বিসার্চ ৱার্ক কয়া চথখি। বেকোর্ড দোকুমেন্ট কযা লগুনদগীফাও খোমজিনখি। লাইবিক কযামকমসু ফোঙখি। খৃ ১৯৭৮দা অন্দব সেক্রেটবি (ফাইনান্স) ওইনা থবক্তগী পোত্থাখি। মাগী পুন্সিদা ডিপার্টমেন্ট কুনমঙাবোমদা থবক তৌবন্মী।

খেলচন্দ্র অন্দব সেক্রেটবি ওইনা ওইনা জে এন য়ুনিভর্সিটি কাঞ্চিপুব সেন্টবদা কলচব তাম্বিনবগীদমক মণিপুবীগী পার্ট টাইম ওজাসু ওইবন্মী। থবক্তগী পোত্থাববা মতুং জে এননা মণিপুব য়ুনিভর্সিটি ওল্লক্লবা ফাওবা তৌবন্মী। পবিমল একাদমী, বোম্বেগী (হৌজিক্কী মুম্বাই) ভিজিটিং গুরু ওইনা খল্লক্লবদা য়ুনিভর্সিটিদগী বিজাইন তৌখি।

খেলচন্দ্রনা ক্লাস আইটতগী স্কুল মেগজিন্দা আর্টিকল কয়া হাপ্লুনা ইবা হৌবকই। মৈতৈগী অবিবা লাইবিকশিংসু মহৈবোই ওইনা ওইনা খিজিনবা লেপ্তে। শান্নবদসু অসুক্কী মতীক থৱায় য়াওবকই। শবিৎ-শবাৎ (খূৎলায় য়াওদনা মশা ঙাকথোক্লবা হোৎনবা) অমদি মূক্লানচিংবসু বাজকুমাব পাখঙসনা অমদি গোপালনচিংবদগী তম্লকই লোয়ননা থেঙ্গৌগী টৈক্রিক অমসুং আর্টনচিংবসু বাজকুমাব ফৈজাওসনা, দেবনচিংবা ওজাশিংদগী তম্লকই।

খেলচন্দ্রনা শোক্তবা মফম লৈতে। সাহিত্য, ইতিহাস, পুয়া, থাঙ-তা, লাইনীং-লাইশোল। থাঙ-তাবু কয়ামুক পামজবগে হায়ববু অহল ওইবফাও থাঙ-তাগী অফাওবা ওজা অমা লৈ হায়বা তাববদি মাবু উনবা চৎলি। মঙোন্দগী খঙদবা কয়া খঙনবা হোৎনৈ। মহাকসি অবিবা সাহিত্যগী ডিক্সনাবি অমনি। মঙোন্দা মখল কয়াগী মী লাক্তুনা হংলৈ, তান্নবৈ। অবিবা লাইবিক ময়ামগী লাইব্রেবী অমসু ময়ূমদা হীবম খূদিং খায়দোক্তুনা থন্মী। মহাক মী অমা ওইনা য়াম্না চন্না, নহা-অহল, অচৌ-মচা খায়দনা তিন্নবা য়াবা,

শীংনবা যাদবা, ফিংবা অমদি কিগন্দবা মীশক অমনি।

খৃ. কুম ১৯৪৬ তা খেলচন্দ্রগী পুন্সিদা অনৌবা পন্দুপ অমা হাংদোক্লুনা হাওবম নিঙোল ভানুগা লুহোঙদুনা যুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদায়। মচা তবামাথোই পোকপগী মনুংদা অমদি লৈখিদ্রে। নুপা মঙা নুপী মঙা লৈবি।

খেলচন্দ্র নহা ওইবিঙেদগী হৌনা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়াগা খুৎশম্নবকই। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ অমসুং কলচবেল ফোবমগী প্রসিডেন্ট, মণিপুব ষ্টেট মিউজিযম কমিতিগী মেম্বব, জবাহবলাল নেহক মণিপুব ডান্স একাদমীগী ভাইস চিয়াবমেন, মণিপুব হিষ্টোবিকেল সোসাইটি, মণিপুব মার্সিযেল আর্ট এসোসিযেসন অমদি অতোম্বাপু বিসার্চ সেন্টবগী প্রসিডেন্টস্ু ওইবম্মী। অসিদসু নত্তনা সাহিত্য একাদমী দিল্লীগী এদভাইজবি বোর্ডকী মেম্বব, ষ্টেট কলা একাদমীগী কাউন্সিল মেম্বব, মণিপুব গেজেট কমিতিগী মেম্বব, মণিপুব স্পেলিং কমিতিগী মেম্বব, মণিপুব ষ্টেট আর্কাইবসকী এডভাইজব, মণিপুব যুনিভর্সিটি অমদি আর্ট এণ্ড কলচবগী এক্সপার্ট কমিতিগী মেম্ববসু ওইবম্মী। মহাক্লা ইণ্ডিযান হিষ্টোবিকেল বেকোর্দস কম্মিশনদা মণিপুবগী মীহুৎ ওইনা কলকত্তা, পাটনা, তিরুবনন্তপুবম অমদি পানাজিনচিংবদা সেসন কযাদা শরুক যাখি। জাতিগী থাক্তা পাঙথোকপা সেমিনাব, সেসন কযাদসু চে পাখি।

খেলচন্দ্র হোৎনবা কনবা, হাযখিবা ব্রা ঙাক্লা চৎপা মীনি। মহাক বাংলা, হিন্দী, সংস্কৃত অমসুং ইংবাজী লোন খঙই। অবিবা (পুযা) লোন হৈবনা মৈতৈগী অবিবা লোন কযামকম অবাযবা লোনদা হন্দোক্লুনা ই। মহাক্লা মণিপুবী সাহিত্য অমদি কলচবদা তৌবিবা দান মযাম অসিবু শকখঙবা ওইনা ১৯৯৯ দা সাহিত্য একাদেমীনা ফেলো পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। ফেলো অসি সাহিত্য একাদেমীগী খ্বাইদগী মগুণ লৈবা অৱাংবা শকখঙবা অমনি। মগুণদা সাহিত্য একাদেমিগী এৱার্ডতগী হেল্লি। হৌজিক ফাওবদা মণিপুবদা ফেলো ফংবা মীশক অসি খেলচন্দ্র মথন্তনি।

মণিপুবী লোন অমদি অবিবা সাহিত্যদা মমিং চৎলবা পণ্ডিত অসি ভাবত সবকাবনা ১৯৮৭তা পদ্মশ্রী পীখি। ১৯৭৭ তা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা গবেষনা ভুষণ অমসুং ১৯৮০দা ষ্টেট কলা একাদেমীনা ফেলোশিপ পীদুনা ইকাই খুম্নখি।

হৌজিক ফাওবদা মশাগী ফোঙলবা লাইবিক ২৬ শুবে। লাইবিকশিং অদুদি— ১। *শবিৎ-শবাৎ* (১৯৫২), ২। *মণিপুবী টু মণিপুবী এন্দ ইংলিশ ডিক্সনাবি* (১৯৬৪), ৩। *চাদ লাইহূই* (১৯৬৫), ৪। *চৈথাবোল কুম্বাবা* (১৯৬৬), ৫। *থাযনগী লৈবাং* (১৯৬৬), ৬। *উত্তবাকাণ্ড* (বামায়ণ, ১৯৬৬), ৭। *অশ্বমেধ পর্ব্ব* (মহাভাবত, ১৯৬৬), ৮। *নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা* (১৯৬৭), ৯। *চাযনবোল* (১৯৬৮), ১০। *ধনঞ্জয লাইবু নিংবা* (১৯৬৮), ১১। *লাঙ্গোই শগোল থাবা* (১৯৬৮), ১২। *অবিবা*

*মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস* (১৯৬৯), ১৩। *খুনুং লিচৎ শাজৎ* (১৯৭০), ১৪। *পবিষদকী অবিবা মণিপুরী ৱাবেং লাইবিক* (১৯৭২), ১৫। *খুমন লোল* (১৯৭৯), ১৬। *মণিপুরী লেঙ্গুএজ- ষ্টেটস এণ্ড ইম্পোর্টেন্স* (১৯৭৫), ১৭। *এ কেটলোগ ওব মণিপুরী মেনুস্ক্রপ্ট* (১৯৭১), ১৮। *খুমন কংলৈবোল* (১৯৮০), ১৯। *চোথে থাংৱাই পাখংবা অমসুং নুংবান পোম্বী লুৱাউবা* (১৯৮০), ২০। *অবিবা মণিপুরী লোনগে* (১৯৭৮), ২১। *বেতল ওব খোংজোম* (১৯৮৩), ২২। *চীঙ্গোইবোল* (১৯৮২), ২৩। *ফমলোন* (১৯৮৬), ২৪। *কপবান* (১৯৯৩), ২৫। *ডোকুমেন্ট ওব এঙ্গলো মণিপুরী ৱাব (ৱান এন্দ টু)* (১৯৮৪, ১৯৯১) অমসুং ২৬। *থাঙ্গাল জেনবেল* (১৯৯৭) নি।

খেলচন্দ্রনা ফোঙলবা লাইবিকশিং অসি বি এ অমসু এম এদা টেক্সট বুক ওইনা তম্না কয়া য়াওবি। ফোঙনবগী থৌবাং তৌবগা ফোঙদোক্ত্রিবা লাইবিকশিংদি *এঙ্গলো মণিপুব ৱাব ১৯৮১ পার্ট ৱান*, ২। *মণিপুরী নিংথৌমচাশিংগী জিনিলোজি*, ৩। *মৈতৈগী যুম্নাক ময়াম*, ৪। *এনসাইক্লোপেডিয়া* (মণিপুবগী), ৫। *হুজ হু*, ৬। *লম মমিং থোনবা*, ৭। *লাইশোন তিনশোল* অসিনচিংবনি।

মশাগী চহী ৮৫ বোম শুববা পুন্সি নুমিদাংৱাইবম ওইশিল্লক্লবা অসিফাওবদসু ইবগী থৌনা হন্দ্রি, লাইবিক পাবা লেপত্রি। অযূক ঙন্না হৌদুনা চন্দন লংত্রিক লংনা খিন্দুনা কোষ্ঠি যেংলি। চিনখ্রবা মবক অদুদসু মণিপুবগী শক্লাইববা অইবা, স্কোলাব অমদি হৌগৎলক্লিবা নহাবোল কয়াসু অহিংবা ডিক্সনাবিগুম্না পণ্ডিতসিদা লেপ্তুনা হংবা লাক্লি, নৈনবা লাক্লি। লৈবাক্কী থৌদোক ৱাথোক সেমিনাবনচিংবা কযাদসু ময়ায তাংবল লৌবীনবা কোযতান তান্নবি। চিনখ্রবা থৌগায় ময়াম অসিগী মবক্তসু ৱাবেং কযা চেফোঙশিংদা ফোঙলি। মাযথোঙ যাম্না লোঙবা, শিন শুবা, বুদ্ধি কূপ্পা, অঙকপা পর্সোনেলিটি লৈবা পণ্ডিতসিনা নহামচাগুম ইগদবা, ফোঙগদবা ময়াম কতিনগুম পবেং লেংদুনা থন্নি, থৌনা হন্দ্রি, আশা মাঙদ্রি। মাগুম্না পণ্ডিত মণিপুব ইমাগী অতাঙবা মচানি।





# খোংবান্তাবম তোলহল

খোংবান্তাবম তোলহল, মণিপুরগী থিয়েটরগী লমদা শক্লাইরবা অইবনি। মহাক ইং ১৯২০ লৈবাকপাকপা নুমিৎতা উবিপোক খোইস্নাম লৈকাযদা পোকই। অপোকপগী মিংনা তোলম্বু মপোকপীগী মিংনা অমুবি কৌই। মমাগী তোমথিন পোকচবা মপানি।

তোলহল মপাগী মংম্দগী মীযোক মীচান মিনুংশি লৈমিন্নবক্তবনা ফংলক্লে। মপাগা লৌনা খাইনবকখিবনা মমাগী মপামদা তাইবং মপুফাওনবকখি। যাম্না রানা শংঙতপ অমদা লেল্লকই। মপাইবুংঙো তোলম্বু, অনৌবা থৃম্বাল পুক্নি অমদা নুংঙাই যাইফনা লৈববসু মমাইবেম্মনা মতেং লৌখিদে। চিংনবগী লানযমদা মচাবু মী ওইনবা যনেক লোন্দুনা, যনেক শাদুনা, জগোইগী পোংলোই শৃদুনা অহীং অথেঙবা ফাওবা থবক শূদুনা চনা নাম্মা লোংথন্নবগা লেল্লকই।

তোলহল অঙাং ওইরিঙৈদগী শেৎপা চাবা নহে মশিং তন্না মনীং থুংলক্লে। লাইবিক লৈবা ঙমদবা অমদি স্কুলগী ফী লুপা অনী হুনবা ঙমদবদগী চুডাচান্দ হায়স্কুলদা ক্লাস সেভেন পাস তৌববা মতুংদা আইত তন্না ঙমদদুনা তোকখি। ওম্লোক্লা বানা নংনা ককঙ্ঙাওননা পুক্নি লেল্লকই। মতম অদুদা মহাক্কী ক্লাসমেট ওইমিন্নবকপা মতম অদগী জেলবগী মচাইবুংঙো মোইবাংথেম মেঘচন্দ্রগা তিংনদুনা মখোযগী মযুমদা হেক হেক চৎপদা জেলগী কম্পাওন্দ মমাঙদা লৈবিবা লাইশ্রম গিরেন্দ্রকুমারগী কা অমদা এম ভি যুগী ড্রামা পোষ্টর যেক্লিবদু পামজনা যেংলম্মী। পূক্নিংদা যেক্লিংবগী তম্মিংবগী ঈথিল ফাওবকখি। মাগী পামজবদু হায়জক্লবদা কমদৌনা পোষ্টর যেক্কদগে হায়বদু তম্বিবকখি। মহাক্না এম ডি যুদা পুশিনবিবদগী ড্রামা কযাসু যেংবা ফংখি। হোলসিদা ড্রামাশিংগী মনুংদা *বিরমঙ্গল* (হস্ত্রোকপা) ড্রামা যেংলুবদা যাম্না নুংঙাইবা ফাওখি। ড্রামা অসি যেংলুবদগী ড্রামা

ইনিংবগী ঈথিল পোকখি।

তোলহলগী যূমগী মনাক্তা চেল্লিবা নম্বুল তুবেলগী হেক ৱাংমদা এবিয়ান থিযেটব লৈবম্মী। মদুদা হাওবম ইবুংঙোয়াইমনা ৱাচেংনা শেম্বা কলম্না পোষ্টব য়েকপা, ইবদু উবদা মদুসু ফজনা তমশিন্দুনা হৈখি। ইম্ফাল আর্ট কোলেজগী ফাওন্দব মেম্বর ওইবম্বা হঞ্জবম শ্যামসুন্দবগী (শ্যামো হাযনা খঙনবা) পেন্টিং হাওসতসু চঙদুনা সাইনবোর্দ য়েকপা হৈখি।

তোলহন্না লাইয়েকপদা পূক্নিং লূপ্পসি উবনা মমাইংবম্মদি নুংশা থীজবম্মী। মহাক্না পাম্বদি মচানা মেট্রিক পাস তৌবনি। অদুনা ৱাবকসু ৱানা কন্না হোৎনদুনা মতৌক খনা লাইবিক তপ্না তোক্লুবকসু মখা অমুক তমথহনখি। ইং ১৯৪২দা মেট্রিক থাদুনা পাস তৌখি।

তোলহল অঙাং ওইবিঙৈদগী থৌনা বাবেং শৈরেং ইবা হৌবকই। চাউবক্লো ক্লাস ফাইভ অদুবাইদগী ৱাবীমচা, শৈবেংনাচংবা ইদুনা স্কুলগী মেগাজিন্দা যোঙলকখি। "অবিকপা" কৌবা শৈবেংদু ইব বদা মীযামগী থাগৎ পাহে বম্না ফংলকখি হায। মসিদগী মথ' তানা অঙাং ওইববসু হেন্না ইনিংবগী ঈথিল লৈবকখি। বান এক্ট প্লে অমসু অঙা ওইনা ইশি। মহাক্না উবিপোক্তা লৈনা নম্বুল থিযেটব, ইম্ফাল থিযেটবদা চত্তুনা ড্রামা ওন্না হেক হেক যেংবদগী খূৎই ফত্তে হাযদুনা ড্রামাগী স্ক্রিপ্ট কপি তৌদুনা ইহল্লে, ড্রামাগী প্রম্প তৌহল্লি। মসিদগী ড্রামা খাওনিংবা পোক্লকখি। শুক সে বোসাইবম ললিত, চাংখাইবা মযুবধ্বজ, নোংমাইথেম থানিল, হাওবম কালাচান্দ শর্মাকবদগী ড্রামা ইবা অমদি ষ্টেজ আর্টিষ্টকী মমি তাবকখি। ইং ১৯৪৪ ডিসেম্ববদা উবিপোক পোলেম লৈকাযদা বোক্সি থিযেটব লিংখৎপদা ফাওন্দব মেম্বব ওইবকখি অমসুং ইহান হানা থাবল্লে ড্রামা ইদুনা বোক্সি থিযেটবদা শান্নখি। বোক্সি থিযেটবনা ইহান হান্না শান্নখিবা ড্রামাদি মধু মালতিনি অদুগা থাবল্লেনা অহুমশুবা ড্রামানি। মতমদুগী মমিং যাম্না চৎখিবা, মশীং খঙদনা ড্রামাগী শো উৎখিবা ড্রামাশিংগী মনুংদা থাবল্লে সু অমনি। ড্রামা অসি মণিপুবগী ৱাংমদসু শান্নখি। মক ওইনা হোজাই, লাইশ্রম খুল, লক্ষিপুবনচিংবদা মখোযগী মীনা কুম্নগা বদ্ধনিনা (তোলহলগী নুপী) দাইবেক্সন পীদুনা মায পাক্লা শান্নখি। মাযপাক্লা উৎখিবা অসিমক্লা অইবগী নুংদা লৈবা থম্মোযগী তাবদগী তপ্না তপ্না চিংথোবক্লুনা লোইবা নাইদনা ইবা হৌবকখি। লোযননা এক্টব অমা ওইনসু ড্রামাগী লমদা খোঙ থাংজিল্লকখি। মশানা ইবা ড্রামা কযাদা কোমেদিযানগী পার্টসু কুম্নকখি।

ড্রামা ইবা অমা ওইনা মায পাক্লবা তোলহলগী মাযথোঙ যাম্মী। ড্রামা ইবা কুম্বতা নত্তনা ঈশৈ শকপা, বাঁশি খোংবা, লাই যেকপনচিংবা হৈ। ড্রামা উৎপা হাযবসিগী কেটেগোবি কযামকম লৈ। মদু তোঙান তোঙানবা মীশকশিংনা তৌই অদুবু তোলহলদি

মেক-অপ হৈ, ওকেষ্ট্রা, সীন, ষ্টেজ, মেনেজমেন্ট, ইলেক্ট্রিক, সাইনবোর্ড, খূবাক ঈশৈ, বাশকনচিংবসু হৈ। মশানসু খীত্তং য়েংবগা হৈবনা হাল্লি।

লান মমাঙদা এম এন বি (মনাওবী নিলমনি বিবমঙ্গল) কৌবা সিনেমা হোল অমা হৌজিক্কী ফ্রেন্দস টোকিজ অসিদা লৈবন্মী। হোলদুগী মেনেজব বাধাচবণ কৌবা অমনা ওইবন্মী হায়। মহাক্না তোলহলবু সিনেমাগী পোষ্টব য়েকহন্দুনা লুপা অমমম থা খূদিংগী পীবন্মী অদুগা লেম্না সিনেমা তোযনা যেংবগী খুদোংচাবসু ফংহল্লন্মী। সিনেমা ড্রামা তোযনা যেংবদগী ড্রামা ইনিংবগী ইনোৎ হেন্না কনখৎলকখি।

তোলহলগী মশাগী চহী কুনমঙা শুবকপদা কাঙবম নিঙোল ইবেমনিগা লুহোঙই। ওল্লকপা চহী ইং ১৯৪৬ তা ওজা ওইনা তোম্বীসনা হায স্কুলদা চঙলকখি। ওজাগী শিনফমদা মীযাম্না পাম্লবা ওজা ওইবকখি। ওজা ওইনা ওইনা আই এ থাদুনা ইং ১৯৭২ দা পাস তৌখি। মতম অদুদা তোম্বীসনা হাযস্কুল এদেদ স্কুল ওইবি অদুবু তোলহলগীদমক্তা হেন্না লাইবক ফবিবদি চহী ৩৩ (কুন্থ্রাহুমদোই) স্কুল অসিদা ওজা ওইবক্তুনা পেন্সন ফংগদৌববা থা অনীখক্তা ঙায়ববা মতম অসিদা সবকাবনা স্কুল অসি লৌখত্তুনা পেন্সন ১৯৭৯দা ফংখি। পেন্সনগী শেলফম অসিনা বি টি বোদতা লৈবা ফোটো প্রোসেস হায়না মিংথোনবা ফোটোগ্রাফিক ষ্টুদিও হাংদোকপদা অচৌবা মতেং ওইখি। মণিপুবগী ফোটো ষ্টুদিও মযাম পূনশিন্দুনা "ওল মণিপুব ফোটোগ্রাফিক ইন্দষ্ট্রিজ লিমিটেদ" শেমদুনা গভর্নমেন্টনা শকখঙখি লোযননা লম অসিদা অনৌ অনৌবা টেক্নোলোজি কযাসু লৌখৎখি।

ড্রামাগী লমদা হেন্না পূক্নিং থিংজিল্লিবা ড্রামাটিষ্ট অসিনা বোক্সি থিয়েটবগী ষ্টেন্দিং হোল লৈতবদগী এক্টবস যুনিযন হাযনা মিংথোন্দুনা মতম খবা খাঙলুবগা এবিয়ান থিয়েটবদা চঙশিনখি। এবিযান থিযেটবনসু মাগী ড্রামা কয়া মাযপাক্না শান্নখি। চহী খবা এবিযান্দা লৈবম্লগা ইং ১৯৬০দা কপমহলদা যাওদুনা হৌজিক ফাওবা মীয়ামগী সেবা তৌবি। থিয়েটব মযাম অসিগী মনুংদা তোলহলনা খ্বাইদগী হেন্না ড্রামা কূমখিবদি এবিযান অমসুং বোক্সি থিযেটবনি। মহাক্না চাউবাক্না ড্রামা নিফুমঙা ইখি। ড্রামাশিং অসি অযাম্বনা শান্নখি। খ্বাইদগী মমিং চৎখিবা ড্রামাশিংগী মনুংদা *থাবল্লৈ, অমম্বদা য়েংউ, লৈকংদা ঈবাক্রবা, লাই ইবুংঙো, ঐ মন্ত্রি ওইনি* অমদি *ইবেমনি ও নঙ ওইবেনচিংবনি*। অইবনা ইজবিবা ড্রামাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী পামজবদি *লৈকংদা ঈবাক্রবা* নি হায।

তোলহলনা ড্রামা ইবতা নত্তনা *ৱাবীমচা*, নোভেল অমদি অঙাংগী টেক্সট বুক কয়াসু ইখি। *ইম্ফাল কাবা* হায়বা উপন্যাস অসিদা এদ্যুকেসন ডিপার্টমেন্টনা এৱার্ড পীখি। ইং ১৯৮১দগী এস সি ঈ আব টি মণিপুবনা লৌখৎখিবা চহী মঙা মঙাগী ওইনা খনগৎপা স্কুলগী টেক্সট বুকশিংদা মণিপুবী সাহিত্যগী লাইবিকশিং তমখি। স্কুলগী ওজা ওইবিঙৈদগী

ক্লাস আইটতগী বি এ থার্ড ইযব ফাওবা মণিপুরী সাহিত্য (টেক্স বুক) হোংবা খৃদিংগী ইলেক্টিভ মণিপুরী যাওনা গাইদ বুক লেপ্তুনা ইবক্লি। মহাক ড্রামা ইবা অমা ওইনতা নত্তনা টেক্স বুক ইবা অমা ওইনসু মমিং চংলি। হৌজিক ফাওবদা অইবগী টেক্সট বুক অমদি গাইদ বুক নত্তনা ফোঙলবা লাইবিকশিংদি ১) *ইম্ফাল কাবা* (ড্রামা), ২। *ব্রাবেপ* (উপন্যাস), ৩। *মধুমতী* (উপন্যাস), ৪। *লৈকংদা ঈবাক্লবা* (ড্রামা), অমদি ৫। *থবাতোন* (ড্রামা) নি।

অইবগী ফোঙড্রিবা লাইবিক কুনগী মথক্তা লৈ। অয়াম্বনা ড্রামা ঙাক্তনি।

তোলহলনা মাগী নুপী লৈখিদ্রবা মতুংদা ইং ১৯৬১ দা থিয়েটবগী লমদা মশক নাইববী ড্রামাগী হীবোইন মশীং খঙদনা কৃন্নকপ্পবী ক্ষেত্রিমযুম বন্ধনিগা যুম্বানমিন্নবকখি। মানা ড্রামা ইবকপদা বন্ধনিনা মতেং য়াম্না পাংখি, ইবগী যৌনা যাম্না হাপখি হায। হেন্নসু ইনিংহনখি। মাগী ড্রামা কযাদসু বন্ধনিনা হীবোইনগী পার্ট কৃমদুনা মায় পাক্লা শান্নখি। ঈপাক্কা লৈবাইগা অমত্তা ওইনা তিনখিবগুম থোকখি। হেন্না মাযপাকপগী খোঙজং অমা চঙশিনবদা বন্ধনিনা উকম ওইখি। মণিপুবগী মপানগী লম কযাদসু মখোয অনী চত্তুনা ড্রামাগী সংস্থানশিং শেমগৎপদা শরুক যাবকখি। খুঙ্গং কয়াদা লৈবা ড্রামাগী সংস্থানশিংদসু হেক ঙম্বমখৈ মতেং পাংখি।

তোলহলনা ড্রামাগী লমদতা নত্তনা মণিপুবগী ইন্দিজিনস গেম্স অমা ওইবিবা কাং শান্নববু চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং য়াবকই। মশান্না অসি নেসনেলগী থাক্তা পুখৎনবা হোৎনখি। ইং ১৯৭২দা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমীনা হীবম অসিদা পাঙথোকখিবা সেমিনাবদা মহাক্লা পুথোকপা পেপবনা ওথোবিটি ওইখি। অদুগা *কাং হাযবা* লাইবিক অসি ইংলিস, হিন্দী অমসুং মণিপুরী ভবসন্দা ওল মণিপুব কাং কন্ট্রোল বোর্দনা ফোঙখি।

তোলহলনা ড্রামা ইবগা লোযননা ড্রামাগী ডিবেক্সন কযাসু মায পাক্লা তৌবকখি। বেডিও ড্রামা সেবিএল কযাসু ইদুনা অকাসবাণী ইম্ফালদা শন্দোকখি। ড্রামাগীনিবু হাযববদি থবক ফনা চিল্লবসু হেক্তা চংলি, অব্রা অনা থিদে। মহাক্লা থিযেটবগী লমদা তৌবিবা দান ময়াম অসিবু শকখঙবা ওইনা ষ্টেট কলা অকাদেমীনা ইকাইখুম্নবা উৎতুনা ইং ২০০২দা ষ্টেট কলা অকাদেমী এৱার্ড পীখি।

হৌজিক্তি অইবা অসি মশা যাম্না শোল্লে, মীৎকী ফীভম ফৎচিল্লক্লে অদুবু ইনিংবগী ঈথিলদুমদি হেক্তা ফাওবক্তুনা তপ্না তপ্না লেপ্তুনা ইবি। মহাক্লা মকওইনা ড্রামা ইবশিংদা হায়, "ইনিংবা মখলগী ড্রামা ইবিযু তৌবতদি ত্রেডিসনবু খঙনা ইবিযু। ইবদা ক্রিযেটিভ আই হায়বসি দবকাব য়াম্না ওই। মসি যাওদ্রবদি মায় পাকপা ঙমলোই।"





## লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার

লিববা লৈকোলগী খুইববা পাম্বীদা ঈশিং চাইদুনা অনৌবা য়েন্নীং চোংনবা হোংনবিবা ম্যুজিকোলোজিষ্ট অমনি হায়না শীংথাবা যাববা লাইশ্রম বীবেন্দ্রকুমাববু অকাওবগী লৈবোম্নুংদা লূপশিনখিবা যাববোই। নীংবু নীংখ্রবদা থৌনা হন্দ্রবা, নীংহন্নবা পোক্তবা নুপা অসি ইং ১৯২০গী ডিসেম্বব ৮দা য়াইস্কুল হিকহনবা লৈকাযদ: পোকখি। অপোকপা লাইশ্রম তোমাল সিংহ অমসুং অপোকপী থিযাম নিঙোল লাইশ্রম ওংবী ইবেমহল দেবীগী  মচানুপা অহলনি। কবি লাইশ্রম সমবেন্দ্রগী ময়াম্বনি। মচিন-মনাও অনীমক অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা লাইযেকপা অমদি ঈশৈ নোংমাই য়াম্না পামজবকই। ঈশৈগী মনুংদা অমুক বীবেন্দ্রনা খ্বাইদগী পামজবদি ফোকসোং (খুন্নুং ঈশৈ) অসিনি।

বীবেন্দ্রকুমাব অঙাং ওইবিঙৈদগী লাইবিক ফনা হৌবকই। ইং ১৯৩৯ দা কোলকত্তা যুনিভর্সিটিদগী মেট্রিক ফার্ষ্ট দিভিজনদা পাস তৌখি। মথাদি ইষ্ট বেঙ্গল (হৌজিক্কী বাংলাদেশ) দা লাইবিক মখা তমথখি। মতমদুদা মখোয়গী কোলেজগী প্রিন্সিপালগী ময়ূমদা মাগী মবীমতা ভদ্রলোক অমনা ছাত্র খববু ঈশৈ শক্লবা কৌবকখি। প্রিন্সিপালদুনা মণিপুবী জাতিগী ওইবা ঈশৈ অমা শক্লবা বীবেন্দ্রদা হায়বকপদা মৈতৈলোনগী ড্রামাগী ঈশৈ শক্লুবদা মহাক্না পেনখিদে অদুনা নশাগী ওইবা ঈশৈ শক্কদবনি হাযবকপদা ঈশৈগী লানবা চুম্বা থিদনা খুন্নুং ঈশৈ অমা শক্লুবদা মহাক্না য়াম্না পেনখি। মহাক্না ঈশৈগী শৈহেক শৈদাশিং অদু য়াম্না কৃপ্না নৈনদুনা তমশিন্নবা উৎশাহ পীবকখি। মহাক্না হায়খি, "নঙনা নজাতিগী শক্তম্বু শক্তাকচগে খল্লবদি নশাগী ফোকসোং (খুন্নুং ঈশৈ) বু মাঙখিদনবা য়োকখৎলু, কল্লু মদুতদা নঙগী ফম্ফম পৃথিবীগী মীৎয়েংদা চাউনা কোন্দুনা লৈগনি।" ভদ্রলোক অসিগী মমল য়াম্নবা মহা মন্ত্রগুন্নবা পাউতাক অসি ওসি ফাওবা কাউদনা চেৎনা কোন্দুনা থম্লি।

ইীবম অসিদদি ভদ্রলোক অদু মাগী গুকনি হায।

বীবেন্দ্রকুমাবনা বেঙ্গল সভে এদুকেসন এদভাইজবি বোর্দ কোলকতাদগী ইং ১৯৪৫ দা সর্ভে ফাইনেল ডিবেক্টব ওভ সর্ভে শিলংদা য়ুবোপিয়ান ওফিসাব অমগী মখাদা থবক তৌখি। চহী অনীবোম শিলোংদা থবক তৌদুনা লৈবিঙৈগী মনুংদুদা মহাক্না পামজবিবা ঈশৈ নোংমাইগী থবক অসি অমত্তা মনীং তৌনা চথবা য়াবক্তবদা মিপাইবা পোক্তুনা থবক থাদোক্লগে খনখি। খনবদা নত্তে থবক থাদোক্তুনা মণিপুবদা হল্লকখি। মহাক্না ফোক ম্যুজিক্তা য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা থিজিনবা হৌবকখি। মহাক্না কোলকতাগী ফোকলোবিষ্ট শ্রীশঙ্কব সেনগুপ্তগা ইং ১৯৭৮ দগী শন্নবা হৌবকখি। মহাক্না ফোকলোব অমসুং ফোক ম্যুজিক্কা মবী লৈনবা লাইবিক কযা থাবিবক্তুনা নৈনবগী খুদোংচাবা যাম্না ফংখি। ফোকলোবগী অশেঙবা মশক খঙলকখি অমসুং মণিপুবদা ফোকলোববু চাওখৎনবা হোৎনবদা অকনবা থৌদাং যাবকখি। মণিপুবগী পবম্পবাদগী লৈবক্লবা ফোকসোং (খুন্নুং ঈশৈ) অসি ঐখোযগা থাদোক্লবা য়াদবা মবী লৈনৈ অমসুং মসিমক ফোকলোবগী চাউববা শরুক অমনি, চীনথাং যৈনা লাক্লবা খুন্নুং ঈশৈদগী মীওইবা সমাজ অদুগী ব্রাখল্লোন, চৎনবী, নাৎনচিংবা খঙবা ঙম্মী, লোযননা ঈশৈ অসি অপীকপা অমসুং অখূবা মীৎয়েং নত্তে, অপাকপা মীৎযেংনি, মীওইবা জাতিবু অমত্তা ওইনা পুনশিনবা ঙম্বা কলানি হায়বা মহাক্না খঙলকখি।

মতম অমদা মমালোনদা ঈশৈ শকপা যাদে থিংই হায়বসি তাবদা হৌজিক্কী মীবোলনদি ঙক্কনি কনাসু থাজবোই অদুবু থোকখি। নট সংকীর্ত্তনবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা শরুই হায়বগীদমক নিংথৌগী চৈবাক ফংখিবা ওজা কযাগী ব্রাবী তাখিদবা নত্তে। অদুনা ঙল্লিঙৈ মতমদদি পেনা নত্তনা মৈতৈলোনগী ঈশৈ শকপসি ইকাযবা অমসুং অচোপ্পা ওইনা খন্নবম্মী হায়। অদুদগী ইশাগী ঈশৈ লৈনা লৈনা মমি শান্নকখি। অদুবু চুডাচান্দ মহাবাজগী মতমদদি মৈতৈলোন্দা ঈশৈ শকপগী শাফূসি কন্না চঙশিল্লকখি হাযববু হৌজিক ফাওবদা আধুনিক ঈশৈগী ফম্বাক্তা মণিপুবী ফোক সোংগী সুব অসি মপূং ফানা লৈশাৎ তন্না ঙমদ্রি। মসিগীদমক্তা হনবা লৈতনা বীবেন্দ্রকুমাবনা হোৎনবি, থিজিনবা লেপত্রি।

বীবেন্দ্রকুমাবনা ঈশৈদা থব্রায় যাওবকপনা ভাবতকী সঙ্গীত ইং ১৯৩৭তা তম্বা হৌখি। মহাক্না অব্রাং ভাবতকী ভজন অমসুং নোংপোক ভাবতকী কীর্ত্তণনচিংবা লাইট ম্যুজিকসু তমখি। মহাক ঈশৈদতা থব্রায যাওবদা নত্তনা থিযেটবসু পামজবকই। মহাক্না মণিপুবগী গ্রুপ কযাগা শন্নবকপশিংগী মনুংদা এম দি য়ু অমসুং রূপমহল থিযেটবগা য়াম্না লোয়নবকখি। ড্রামাগী সীন কয়াগী লাই, পোষ্টবনচিংবা য়েকখি। শিনফম শুবা নুপানি। মশামক্না ষ্টেজগী এক্টবগী বোল কয়ামকম কৃষ্ণগা লোযননা ফোক সোংদা য়ুম্ফম ওইবা ড্রামাগী ঈশৈ কয়া মশামক্না সুব পান্দুনা শকখি। মাগী ঈশৈগী সুবনা ভাবোকপু শুন্দ্বাৎপা

ওমখি। হৌজিক ফাওবদা মাগী ঈশৈ য়াওশঙ ও, হো য়াওশঙ (বেকোর্ড তৌব্রবা ঈশৈ); পাম্মু নুংশিগী কল্লবা চৈনোনা তেঞ্জে ওই, মাওদা চৎলে নাক্কথেংবা, তুংদা চৎলে ফিমুনবা, শাংখবো ওানখবো লৈবাং নওবু লৈনুংশি হায়বা ঈশৈশিং অসি মহাক্না সুব পান্দুনা শকখিবা ওাক্তনি। ঈশৈশিং অসিনা ভাবোকপু শুমদুনা পুবতা নত্তনা মতমদুগী নহাবোলগী চিন্দা ওংদুনতা লৈববা ঈশৈনি। মহাক্না পবম্পবাগী ঈশৈ পেনা, খুল্লং ঈশৈদগী মচাক কয়ামকম লৌশিন্দুনা মৈতৈগী ওইবা ঈশৈ কয়া, সুব কয়া পুথোবকই। মতমদুগী অমেওবা ঈশৈগী সুবদুদদি হৌজিক্কী য়াক্লবা নোংচুপকী বোক অমসুং পোপ ম্যুজিক্কী ঈশৈ যৌবক্তি। অদুবু হৌজিক্কী মায়কৈ কয়াদগী হুমজিল্লকপা নুংশিংনা মণিপুব যৌবক্লে। হিন্দী ফিল্মগী ঈশৈগী সুবগী ইপোম, বাংলাগী ঈশৈদগী চঙলকপা শৈহেক কয়া, ববীন্দ্র সঙ্গীত, নোংচুপলোমগী বোক, পোপনচিংবশিং মণিপুবদা থুংলদবা অমত্তা যাওবক্তে। এনসাইক্লোপেদিয়াদা মণিপুবগী ঈশৈদি মসিনি (খুল্লং ঈশৈ) হায়না হাপ্লুবদা চয়েৎনবা কয়া লৈবক্লি। অসামগী বেঙ্গলগীদি মখোয়গী তোঙানবা অশেওবা ঈশৈগী শক্তম লৈজৈ, খঙজৈ। মসিগীদমক বীবেন্দ্রনা লাউবি। ঐখোয়গী পবম্পাবাগী লৈজবম্বা শক্তম কাউথোকপা চুমদে, মপানগী ঈশৈনা ঐখোযবু মীনাই ওইহনবদি ঐখোয় পূম্নমক্লা পামফম থোক্তে অদুবু থৌনা ফনা থিমিন্নবগী খোঙজংদা চঙশিল্লক্লিবা মশীংদি য়ামদ্রি, খূৎ থেকপা য়াবি।

বীবেন্দ্রকুমাব মথৌদা পূক্লিং লূপ্পা, হোংনবা কনবা নুপানি। জহাজ থৌবশিংনা সমুদ্রদা শীজিন্নবা মেবিন কম্পাসনা অৱাংদত্তা থিন্দুনা লৈবগুম অশেংবা অমসুং অচুম্বা হায়বসিদি মতম চূপ্পদা লেঙদনা লৈ। মীওইবনা মশাবু নুংশিজবা হাযবসি আত্মাদুবুনি। ইশাবু নুংশিজবগুম ঐখোয়গী পবম্পবাদগী চৎনবক্লিবা শক্তমবু মাঙহন্দনা থম্মা হায়বসি ইশাগীতা নত্তনা জাতিগী লেমজনফমগী মশক্লি অমদি চাওখৎপগী লম্বীদা ফিদা ফংগদৌবিৰ্বনি হাযবসিদা চেৎনা থাজবা মীশক্লি।

বীবেন্দ্রকুমাবগী পুন্সিদা অহানবা তাঙ্কক অমগী পন্দুপ হাংদোক্তুনা ইং ১৯৪২দা অসেম ইবেমহল দেবীগা লুহোঙদুনা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাবা হৌই। মচানুপা অহুম, নুপী অনী পোকই। ইং ১৯৫১দা পি দব্রিয়ু দি দা এস ও ওইনা সবকাবগী থবক চঙবা হৌই। মথং মথং প্রমোসন ফংলকপদুনা ইঞ্জিনিযাব এসিষ্টেন্ট সুপবিনটেন্দেন্ট ওইনা ইং ১৯৭৯দা থবক্তগী পোত্থাখি।

মহাক্না মশাগী অচিনবা থবক কয়ামকম লৈনা লৈনা অসাম অমসুং মণিপুবগী অবিবা পালা অমদি বংদেশ পালাগা অসামগী ওঝা পাল্লিগা মবী লৈনবা অদু থিজিন্নবগীদমক অসামদা চৎখি। মহাক্না অপব অসাম, লৱাব অসাম থুংনা মণিপুব অমসুং অসামগী বৈষ্ণব সঙ্গীততা থিজিনবা হৌখি। অসিদসু নত্তনা বোয়েল কোর্ট ম্যুজিক অমা ওইনা লৌনবিবা পেনাগী মবমদসু থিজিনখি অমসুং পেনাগী মবমদা অইবা কয়াসু

লাম্থোবকই। হৌজিক্কী মতমদদি পেনাবু তানিংবা, পেনাবু পামজবা মী ইবৈ লৈশিল্লক্লে হায়বা যাই। মণিপুবদা পেনা খোংবা উবদি লাই হৰাওবা, লাই ঈকৌখৎপদা থেংনবা নত্তনা অতৈদদি য়াম্না তাঙনা থোক্লি। মণিপুবী সমাজদা গুল্লিঙৈগী মতমদগী চৎনবক্লবা পেনাগী থৌবম অসি চুম্নগী মীচম প্রজা অমগী থৌবমদগী নিংথৌকোন্দদি তৌদবা য়াদবা থৌবম অমা ওইনা লৈবকই। নিংথৌশিংগীদি অযুক্তা পেনানা য়াকৈদবা য়াদে, লেঙথোকপা তাববসু পেনানা লমইন মবোল খোঙদুনা লেঙই, চেপ্পা মতমদসু নাউশুমলোন শকই। অদুদসু নত্তনা লৈবাক্কী থৌবম কযাদা পেনাগী থৌবম অসুক্কী মতীক কূংনা লৈবম্মী অদুবু হৌজিক্তি নোংম-নোংমগী শিথবক্তুনা পেনাবু কাউনবক্লি। শিথববা কলা অসিবু হিঙ্গৎনবা হোৎনবদা বীবেন্দ্রকুমাবসু অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাক্লি। ইপাথৌকোক্লসু সেমিনাব কয়া তৌদুনা ইলেক্ট্রোনিক্কী অকনবা শাফু মবক্তা লমদমসিগী শিথববা ফোক ম্যুজিক পেনাবু মপাঙ্গল কলহন্নবা হোৎনবি।

বীবেন্দ্রকুমাবনা মণিপুবগী মনুং অমদি মপানগী থৌবম কযাদা সেমিনাব পেপব পাথোকপগা লোয়নননা যুনিভবসিটিগী বিফ্রেসব কোর্সকী প্রোগ্রাম কযাদসু লেকচব তৌখি। চেফোঙ কযাদসু আর্টিকল কযা মকওইনা ফোক ম্যুজিক ওব মণিপুব, ফোক ম্যুজিক, ত্রাইবেল ম্যুজিক ওব মণিপুব, ম্যুজিকেল ইন্সট্রুমেন্ট ওব সম ওব দি এনসেন্ট মণিপুবী ফোক সোং (Musical qualities of some of the Ancient Manipuri Folk songs) অমদি অতৈ অতোপ্পা আর্টিকল কযা ফোঙখি। সঙ্গীত মহাভাবতী মুম্বাইনা ফোঙবা Concise Encyclopaedia of Music, Dance and Drama in India অমসুং Inter Cultural Research Institute Of Kamsai University of Foreign Studies Japan গী মখাদা Indian and Japanese Folk Literature গী ওইনা ফোঙবা লাইবিকশিংদা মাগী অইবা (ফোক সোং ওব মণিপুব) হাপ্পী। মণিপুব যুনিভর্সিটিনা পাযখৎলিবা লাইবিক, মণিপুবী লাইবিক ইনসাইক্লোপেদিয়া ইবদসু যাওই। ইং ২০০২ দা সাহিত্য একাদেমী কোলকটানা "মণিপুবী লোক সাহিত্য" কৌবা লাইবিক অমসু শিন্নদুনা ছাপা নমলি। ইং ১৯৯৯ দসু সাহিত্য একাদেমী কোলকতানা মঙোন্দা শিন্নদুনা মণিপুবগী খুন্নুং ঈশৈ খোমজিনবা লাইবিক অমসু ফোঙম্রবনি।

মহাক্লা ই জেদ সি সি (ইষ্টর্ন জোনেল কলচবেল সেন্টব) কোলকতা নোর্থইষ্ট জোন সেন্টবগী গোভর্নিং বোদি মেম্বব অমদি একজিক্যুটিভ মেম্বব ওইবকখি। ষ্টেট কলা একাদেমীগী কাওন্সিল মেম্বব অমদি য়ু এস এ সোসাইটি ফোব ইথনোম্যুজিকোলোজিগী এক্টিভ মেম্বব ওইবি। ওল ইন্দিয়া বেডিওনা গৌহাটিদা লৈবিঙৈদগী হৌনা ঈশৈ শক্লকখি। মণিপুবদগী মতম ঈশৈ শকপা ইহান হানবা আর্টিষ্টতি মহাক্লি হায়। মণিপুবদা অকাশবাণী ইম্ফাল লাকপদগীনা হৌজিক ফাওবা ঈশৈ লেপ্তুনা শক্লি। দূবদর্শন কেন্দ্র ইম্ফালগীসু

শৈশকপা অমা ওইখি। মহাক্কা লীলা কুম্ফাগী মথক্তা ম্যুজিক ডিবেক্টব ওইখি। ঈশৈবু পামজখিবনা ঈশৈ শকপা ফংলবোইদ্রা হায়দুনা শকনিংমনখিবদগী ড্রামা য়াওবকখিবনি হায়। মতম অদুগী ড্রামা কৃন্নিবা পাত্র পাত্রীশিং অদু ঈশৈগী মতাং য়াওবক্লবদি মশা মশানা শকপা তাই অদুনা ড্রামা য়াওবিবশিং অদু তঙাইফদনা ঈশৈ হৈতবা য়াদে। ঈশৈগী ঈথিলনা কনখিবনা ঠিয়েটবদা এক্টবগী পার্ট কয়া কৃমলকখি। বীবেন্দ্রকুমাবনা ঈশৈগী লমদা অৱা অনা থিদনা হোৎনবিবা অসিবু শকখঙবা ওইনা ইং ১৯৭৯দা লাইশ্রম গৌবহবি এৱার্ড (অনীশুবা ওল মণিপুব লাইট ম্যুজিক কন্‌ফবেন্স), ইং ১৯৯১ দা সার্টিফিকেট ওব ওনব (মণিপুব ষ্টেট লেভেল কমিটি, মণিপুব গভর্নমেন্ট) পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। অসিদসু নত্তনা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনসু ইং ১৯৯১ দা সঙ্গীত ভূষণ উপাধি অমদি ইং ২০০৩দা যোগেন্দ্রনন্দগীবী নীংশিং মনাসু পীখি। অতৈ ফংখিবশিংনা কলচবেল ফোবমগী থোইবী এৱার্ড, ১৯৯১, গভর্নব এৱার্ড (Horison Life Time Achievement Award) ২০০০ নি।

মশাগী চহী যামশিল্লক্লবা অহল ওইশিল্লক্লবা বীবেন্দ্রকুমাব হৌজিকসু ইবগী থৌনা হন্দ্রি। *পোক্লফম* পাউচেগী বিগুলাব কলমনিষ্ঠ ওইবি। তোঙান তোঙানবা হীবম কযাদা ৱাবেং ইদুনা ফোঙলি। হৌজিক হৌজিক মণিপুবগী বৈষ্ণব সঙ্গীতকী মতাংদসু থিজিন্দুনা ইবি, ফোঙননবা শেম শাবি। পেনা হৈবা ওজাশিংনা থূপত্রিঙৈদা পেনাগী ইন্সটিট্যুশন অমা লিংখৎনিংবগী অপাম্বা ফোঙদোবকই। হৌখিবা যাওদনা হৌজিক ওইবা যাদবগুম হৌখিবগী চৎনবী পবম্পবা কযাবু লেপ্তুনা থিজিন্নবা অশৈবা অসিদগী মগুণ লৈবা ৱাবেং কযা পুথোবকখিগনি হাযবগী আশা থন্নি।





## থোইবী দেবী

মণিপুরী সাহিত্যদা য়োৎশবী মখোঙ অহুম হাযনা খঙনবা অইবী অহুমগী মনুংদা অমা ওইবিবা মণিপুরগী অহানবা নুপী নোভেলিষ্ট কুমারী থোইবী দেবীগী মিং মণিপুরী সাহিত্যদা নৌদ্রে। মহাক খৃ কুম ১৯২০ গী জানুবারী ১ দা পোকই। অপোকপগী মিং প্রশন্নকুমার দাস কৌই। বাঙ্গালীনি। অপোকপীনা খাম্নান নিঙোল খুমন কৌই। থোইবী মথন্তা পোকই। অদুবু মমাহল বাঙ্গালী নিঙোলদুদি নুপী অনী, নুপা অনী পোকই। থোইবীগী য়ুম্লাক তখেল্লম্বম হাযবিবসিগী মবমদি মতমদুদা জাতি তিন্নদবা মশেল চাবৌ-মৌবৌনবসি সমাজনা য়াদে, মাংই হাযদুনা ইম্থোকই, শোক্ল-শম্নবিদে। অদুনা মপাইবুংঙোগী দুকান্দা থবক তৌবিবা তখেল্লম্বম চাউবদা নামাদার ওইহনখিবনি হায। কোয়া চাক খাণ্ডদুনা ব্রহ্ম সভানা শেংদোকখিবনি হায।

থোইবীনা অঙাং ওইবিঙে নুপামচাশিংগতা শান্নমিন্নবকই। কাঙজৈ শান্নে, বোল শান্নে, শম্না হাযববদা নুপামচাশিংনা শান্নবা খুৎশান্না পুম্বা যাওবকই। মতমদুদা নুপীশিংসি অযাম্বনা লাইবিক তম্নবমদে। তম্বা তাববসু নুপী স্কুল লৈতবনিনা ওজাগী য়ুমদা চৎলগা তম্ন বম্মী। থোইবীসু য়ুমদা তম্বা হান্না হৌবম্মী। মতমদুদদি নুপীনবু লাইবিক তম্লগা কবি কান্নগে হাযবিবনো নুপাদা চিঠি ইবদগী হেন্না হাযদুনা মতীন শীৎলি হায। অদুগা মতমদুগী সমাজনা খাইদগী যাদবসি নুপীনা খোঙউপ তোংবসিনি। য়ুমদগী তোংদুনা থোবক্লগা সডক যৌবগা লৌথোক্লুনা শেগাদা যেপশিল্লি হায। অদুগা নুপীনা মপূং-মবৈ ফাবক্লবা মতমদা ফনেকসি খাংদা শেৎপা যাদে, ফিদোন চিংখৎতুনা শেৎকদবনি, শমসু হুগৎপা যাদে, শাই কক্কদবনি। মসি নুপীমচাদুনা পামদ্রবসু লৈকায়গী মচে-মনেমশিংনা নমদুনা তৌবী হায।

থোইবীনা চাং নাইনা লাইবিক তম্বা হৌখিবসি কোইজম অমুবীগী মমাঙ শঙ্গোযদনি। মতুংদা খৃ কুম ১৯৩৫ দা চুডাচান্দ মহারাজনা মচা ইবেম্মা অহলগী মিংদা

তম্ফাসনা গার্লস হায়স্কুল লিংখৎলকপদগী স্কুলসিদা তমদুনা মেট্রিক পাস তৌই। মেট্রিক পাস তৌববা মতুং ইকুই কুইদনা মতমদুগী স্বাইদগী চাউবা ফিবোলগী কাবখানা আর্টস এণ্ড ক্রাফ্টসতা কেবানি ওইনা থবক চঙই। এম কে প্রিয়োব্রতনা কৌবগা হাপ্পীবনি।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঙ্গাও খৃ· কুম ১৯৪২ মেগী তাং ১০, ইম্ফালদা অহানবা বোম তাবা মতমদুদা খুম্বোংদা লান চেল্লি। খুম্বোংদা মতম খবা লৈববা মতুংদা মণিপুব থাদোক্তুনা সিলেটতা লৈবিবা মপাইবুংঙোগী মনাক্তা চৎলগে হায়না লেপ্লম্মী। মমানদি চৎহন্নিংখিদে অদুবু থোইবীনা যাদবদগী চৎখি। মপাগী মনাক্তা মতম খবা লৈবল্লগা হবিগঞ্জদা লৈবা মচেহলগী মনাক্তা লৈবম্মী মতুংদা মচে য়ায়মগীদসু মতম খবা লৈবম্মী। মচে অনীমক য়াম্না ফৈ। মবুং অনী'মসু লৈ। মাবু য়াম্না লুনা তৌবী হায়। মচে যাযমগীদা খবা কুইনা লৈবা মতমসিদা এল পিগী ওজা ফাওবা ওইবকই হায়।

খৃ· ১৯৪৫, অনীশুবা লাঙ্গাও লোইশিল্লক্লবা মতমদুদদি থোইবী মপাবুংঙোদগী বিদায় লৌদুনা মমাগী নাক্তা হল্লক্লে। মপাইবুংঙোনা মহাক্কী নুংশিবদু কাউগনু মবক-মবক্তা চিঠি ইবকউ হাযবকই। থোইবীনা সিলেট চৎপগী খোঙচৎ অসিদা বাংলা ফনা য়াম্না হৈবকখি। মসিগী কান্নবসি বাংলা লোনদগী মৈতৈলোনদা অর্থ হন্দোক্তুনা ফোঙবদা য়াম্না খৃৎলোযনা থোকখি।

থোইবীগী হান্নগী থবক মফম হোংলম্লে। চহী খবা কান্নববনিনা মকোক থোংবশিংদা কন্না হাযনদুনা হঞ্জিল্লে। থবক তৌনা তৌনা আই এ, ডি এম কোলেজদা থাদুনা পাস তৌবে। মহাক্না তৌবম্না ওফিসতু ওফিস অমা পূনশিন্নখিবদগী তম্ফালসনা স্কুলদা কেবানি ওইনা লাক্লে। মসিগী মতমসিদর্নি থোইবীগী পুন্সিদা অনৌবা মাযওল অমা হোংখ্রিবসি। মহাক্কী অপাম্বা থবকশিংগী মনুংদা বাজনীতিগী মবমদা ব্রাবী-ব্রাতায শাবা অসিসু অমনি। অদুনা সবকাবগী থবক তৌববসু ছাত্রশিং অমসুং বাজনীতিগী মীওইশিংগা যাম্না নক্লা তিন্নৈ। হবাও-কৃম্মৈ, উসব-মেলা, দেব-কর্ম্ম যাওবগী মহুত্তা মীটিং যাওবা, খন্ন-নৈনবনা হেন্না মক্ল ওইনা লৌবকই। মাগী বাজনীতিগী গুরু জননেতা ইবাবতনা ওইবকই। মাগী লমজীং মখাদা লোন্না থবক কযা চেল্লকই। মমৈথংদদি হীবম অসিদা মাগা থাদোক্লবা যাদবা মবী অমনা পুনখিবগুম তৌবকই। পার্টিগী শৈহৌ ঈশৈ "হৌবো অব্রাবা অহীংগী অমম্বা কোক্তুনা/থোবক্লে মাঙদা স্বাধিনতাগী নুমিৎ" অমদি মার্চিং সোং "চৎলো-চৎসি ইচীন-ইনাওসা/খৃত্তা থাঙ্গোল/লেংবান্দা লাঙ্গোল " অসিনচিংবা কযাদা শকক যাদুনা শক্লকই।

মৈবু ফিনা কৃপ্তুনা থম্বা যাদবগুম থোইবীগী বাজনীতিগী খোঙথাং অঙম্বশিংগী মনাকোং য়ৌখি। আইননা যাদবা থবক তৌবগীদমক কেবানিগী ফম থাদোকপা তাখি। খৃ কুম ১৯৪৯ গী সেপ্টেম্বব ২১ দা এম ডি যুদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অচৌবা মীফম অমা

তৌবিঙৈদা মীফম অসিদা শরুক য়াগদবা লন্নাই কেন্দ্রগী (সভাযাত্রা লোয়নবা) মীওইশিংগা পুংদোংবমদা পুলিস ফোর্সকা মুক্কবকপদগী পুলিস ওফিসাব নবান শিখি। নুমিৎ অসিদগী জননেতা ইবাবত অমদি পার্টিগী মেম্বব পুন্নমক লোৎপা (অন্দবগ্রাওগু) তাখি। থোইবীগী লৈনুংগী পুন্সিদা অৱাবা খুদোংথীবা থৌদোক কয়া থেংনবকই। চীংগী লম নত্তনা তমগী লমদদি মহাক্কা য়ৌদবা লৈকদবা মফম পংয়াও য়াওদে হায়। মহাক্কা লৈনুংগী পুন্সিদা লৈবিঙৈদা খুদোংচাদবা কয়া লৈবদগী য়ূমদা হল্লকপা তাখি। য়ূমদা মতম খবা লৈববা মতুং নোংমা খঙহৌদনা (১৯৫১) পুলিস লাক্লুনা য়ূমদগী ফাবগা জেলদা থমজিনখি। জেলদা চহী অনীবোম লৈবগা খৃ কুম ১৯৫১ দা থোবকই। জেলদগী থোবকপা মতুংগী পুন্সিদি অনৌবা পন্দুপ অমা হাংদোক্লুনা লৈতাববা পুন্সি অমদা চঙশিল্লক্লে। খৃ কুম ১৯৪৮ দগী ১৯৫৩ ফাওবদি থোইবীগী বাজনীতিগী পুন্সিনি।

বাজনীতিগী পুন্সি থুপচিল্লবা মতুংদা খৃ কুম ১৯৫৩ দা তম্ফাসনা স্কুলদা হান্নগী থবক্তু অমুক হনজিল্লে। কেবানি ওইনা মতম খবা লৈবন্নগা অন্দব গ্রেজুযেটকী ওজা ওই। খৃ কুম ১৯৫৩ দা বি এ থাদুনা পাস তৌই। বি এডসু ১৯৯৫ দা পাস তৌই। ওজা অমা ওইনা চুম্নগী তম্বীবতা নত্তনা অতৈ অতৈ ঈবম কযাদা ছাত্রীশিংবু লমজিংবীখি। ইস্টব স্কুল ফেষ্টিবেলনচিংবদা ছাত্রীশিংনা শরুক যাননবগীদমক জগোয, ঈশৈ অমদি লীলামচানচিংবগী স্ক্রিপ্ট কয়া ইবিবকই। মসিদগী ইবগী হৈনবীসি লৈবকখি।

হোংবা নাইবা সমাজগী ঈচেলদা থোইবীগী পুন্সি ঈচেলসু মাযকৈ হোংনা চেল্লকই। স্কুল ছুটি থাবগা পাউনা বাজাবদা লৈবা ও কে বুক ষ্টোবদা হেক হেক ফস্মী। মসিদা অইবা কয়াগসু শকখঙ-মায়খঙনবকই। ও কে ষ্টোবগী মপু তেলেম আবীবনা লাইবিক ইননবা অকনবা ঈথিল পীবদগী থোইবীনা লাইবিক ইনীংবা পোকখি। অহানবা খৃৎমাবা ওইনা ১৯৫৮ দা *সমাজ শিন্দস্বা* হাযবা অঙাংগী লাইবিক অমা ইদুনা ফোঙই। লাইবিক অসি চহী অসিমক্তদা অঙাংগী সাহিত্যগী চাংদম্নবদা অনীশুবা মনা (এডুকেসন এস) ফংই। মসিগী মতুংদগীদি মাগী নুংদা লোৎতুনা লৈবা ইনীংবগী ঈহুল পুন্নমক যাকাইবকই। মতুংদা চন্দ্রশেখবগী 'উদভ্রান্ত প্রেম' গী ৱাখল মওং লৌবগা ইবা *কাযনা ঈহৌ* (১৯৫৭,ডা আই আব বাবুগী লোয়ননা হন্দোকমিন্নবা), *মীবাবাই* (১৯৫৯), কালিদাসকী *বিক্রমমোৱশী* (নাটক, ১৯৬৩) নচিংবা ইদুনা ফোঙলকই। হায়বিবা লাইবিকশিংসি অয়াম্বা বাংলা অমসুং হিন্দী লোনদগী পাবগা ইথোকপনি। অনুবাদতা *ববীন্দ্রনাঠকী ৱাবী খবা* (১৯৬৭), য়জাববগী *দৃষ্টিপাট* মণিপুবীদা *মীৎযেং অমা* (১৯৬৯), কালকুটকী *শাম্ব* অসিনচিংবনি। সাহিত্য একাদেমি ন্যু দিল্লীনা ১৯৮৯ দগী অহাবনা ওইনা পীবা হৌখিবা অনুবাদ সাহিত্যগী মনা (লুপা লিশিং তবা) *দৃষ্টিপাট* হন্দোকপগীদমক ফংখি।

থোইবীনা অনুবাদ অমসুং এডাপ্টেসন তৌদুনা ইবদা নত্তনা ক্রিয়েটিব বাইটব ওইনা

থোবকপদি মশাগী চহী নিফু হেল্লবা মতমদনি। ইহান হান্না নোভেলদা খূৎ থাবকই। মথংদা নৈন-ৱাবেং, ৱাবীমচা অমদি ঈশৈনচিংবা ইবকই। নোভেল ইনীংবগী ৱাখল অসি ডা কমলগী *মাধবী* পাকবদগীনি হায়। মাগী ৱাবীমচাগী লাইবিক *পোষ্ট মোৰ্টেম* হায়বসিদা ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্দ ১৯৯৫ দা ফংই। অদুবু মণিপুৰী সাহিত্যদা থোইবীগী মফমদি নোভেলদনি। তবেংয়োংকী পীক্লবা মচীন্না লশিং মফোলদগী লং চিংলকপগুম মাগী ৱাখলদগী লোইনা নাইদবা নোভেল কয়া চিংথোবকই। মাগী ৱাবীমচাদা হৌজিক হৌজিক ওইবিবা *থৌদোক-ৱাথোক, নুপীবু ওৎপা, হস্থনা যেংবা, মীওইবগী তোঙান তোঙানবা* মচবিৎ মযামসিদা পেন্দবগী ৱাকৎ অমদি তৌহন্নীংবা ওইহন্নীংবা কয়া উৎলি। অইবীনা হায, *"ঐগী ৱাবীমচাশিংদা নৈনবিবা সমস্যাশিংদি সমাজসিদা নুমিৎ খূদিংগী থোক্লিবা সমস্যাশিংনি। মৰু ওইনা নুপীবু হস্থনা য়েংবিবসিনি। থোইবীগী সাহিত্যদি মীওইবা খূদিংমক ইকাযখুম্ননা খেন্নবা লৈতনা নুংশিবগী ছাতিন অমগী মখাদা পূন্না হিংমিন্নবদুনি, ট্রাফিককী ৱান ৱেদা তোঙান্না চৎখিবদু নত্তে।*

অইবী অসি নোভেলদা নত্তনা ৱাবেংসু ই। 'ভাৰত চনুগী আদর্শ' অমসুং 'মীৎযেং' (১৯৮৩) মমিং লৈবা নৈন-ৱাবেংশিংনি। 'মীৎযেং' দা অইবীনা লাঞ্জাও মযাঙ অমসুং মতুংদা থেংনবকপশিং নৈনদুনা উৎলি। খৃ কুম ১৯৭৫, ইন্টৰনেসনেল ৱুইমেন ইযাবদা 'ৱুইমেন ইন লিটৰেচৰ'গী মনা ফংখি। আৰ্ট এণ্ড কলচৰ ডিপাৰ্টমেন্টনা *চীংদা শাৎপী ইঙেল্লে* গী লাইবিক্কী মখূম ফজবগী মনা পীখি।

অইবী অসি সাহিত্যগী সংস্থান কযাগসু খূৎশম্নবকই। অঙাং ওইবিঙৈগী সমাজ সেবা তৌবা পামজনা লাকখিবদু চহী খবা যামশিল্লক্লবা মতমদা নুপী সমাজগী সংস্থান অমসুং সংস্কৃতিনচিংবগী সংস্থান কযাদসু যাওখি। মণিপুৰ মহিলা কল্যান সমিতি (১৯৬২) গী ফাওন্দৰ মেম্বৰ ওইখি। সমিতি অসিগী মৰু ওইবা পান্দমদি মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাংশিংবু যোকপীবা অমসুং মী ওইনবা শেম্মীবনি। সমিতি অসি শ্রীমতী সবযুগী শঙ্গোয মচা অমদা হৌখিবনি। হৌজিক্তি শীংথানবা যাববা চিলদ্রেন হোম অমা ওইনা দ্যুলালেগু (কবো লৈকায) দা লৈবে। সমিতিসিগী জবনেল *নুপীগী চাওখৎ খোঙথাং* গী এডিটৰ ওইবম্মী। অসিদসু নত্তনা মণিপুৰী সাহিত্য পৰিষদকী কাৰ্যাকাৰি মেম্বৰ অমদি কলচবেল ফোৰমগী ফাওন্দৰ মেম্বৰসু ওইবম্মী। কলচবেল ফোৰমদদি চুম্নগী মেম্বৰ ওইবতা নত্তনা ফোৰম (১৯৫৮) অসি লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং যাবকই। ফোৰমগী ওফিস লৈতদুনা খুদোংচাদবা কযা মাযোক্লবকপদা থোইবীনা মশাগী লম (হৌজিক ওইবিবা ফোৰমগী ওফিস) পুথোক্লনা কৎখি। মশাগী মিংদা "থোইবী এৱার্দ" কৌবা মনা অসি লাম্হোক্লবা ১৯৮৫ দা লুপা লিশিং কুল্লা ফোৰমদা কৎখি। মনা অসি মণিপুৰী সাহিত্য, হেন্দিক্রাফ্ট্স য়াওনা প্লাষ্টিক আৰ্ট অমদি আধুনিক মণিপুৰী ঈশৈদা চহী অনী অনীগী ওইনা থোইদোক

হেন্দোক্লবা মীওইশিংদা পীবি। মহাক ফোবমগী সভানেত্রি অমসুং খতু চেফোঙগী এডিটবসু ওইবম্মী। অইবশিংনা লাইবিক ইবগা ফোঙবা ঙম্লনবগীদমক বাইটর্স ফোবম, (অইবগী মরূপ) লিংখৎলকপদসু অচৌবা থৌদাং য়াবকই। ফোবম অসিগী ওফিস মাগী য়ুমদা মতম শাংনা ওইবম্মী। মহাক্লা ফোবমগী অহানবা প্রেসিডেন্টনি।

*থোইবীনা মণিপুরী সাহিত্যদা তৌবিবা দান ময়াম অসিবু* শকখঙবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'সাহিত্য ভূষণ' হায়বা উপাধিসি ১৯৮৯ দা পীদুনা ইকায়খুম্নবা উৎখি।

মণিপুরদা নুপীনা আধুনিক ঈশৈ ইবসি থোইবীনা ইহান হানবনি হায়। বেদিও দ্রামা অমসুং ফীচর কয়াসু ইখি। ঈশৈদি চনীগী মথক্তা ইখি। মমিং লৈবা পনবা য়াবা ঈশৈশিংদি— 'নঙগী নুংশি ৱাখলদা/ঐগী নুংশি মোংফম ওইবে', 'শাগৈগী মৌনি খঙদববা শ্যাম', 'নঙগা অমুক্তং উনজববদি মহৈ য়াল্লে খল্লম্বনি পুন্সিসে', 'নঙগী নুংশি মচুদা শঙথ্রবা ঐগী থম্মোয়নি', 'কাযনা ফিজং মকমদা য়েংজৈ ঐনা লোন্না লোন্না', 'হো তাদা খূজি যোনবা তাদা' (*লোইনা লৌখৎচদ্রে*) অসিনচিংবা

থোইবীগী ফোঙথ্রবা ক্রিয়েটিব বাইটিংদি— নোভেলদাঃ *বাধা* (১৯৬৫), *নুংশি ঈচেল* (১৯৬৭), *চীংদা শাৎপী ইঙৈল্লে* (১৯৭১), *লমজা* (১৯৭৩), *মীৎযেং অমা* (১৯৮৩, ৱাবেং), *পোষ্ট মোর্টেম* (১৯৯০, ৱাবীমচা) অমদি *নিঙশিংলক্লি ঙসিদা* (পুন্সি ৱাবী, ১৯৯৭) অসিনি। পুন্সি ৱাবী অসিদি অইবীনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ফোঙবনি। জানুৱাবীগী অনীশুবা চযোল ১৯৮৪ দগী ইবদুনা চহী অসিমক্কী এপ্রিল ১ দা লোইশিনখি। পুন্সি অমগী অথূপ-অবোল কয়া লাইবিক অসিদা অকিবা য়াওদনা ইবে।

অইবী অসি তম্ফাসনা হাযস্কুলদগী অতোপ্পা স্কুল কযাদসু ট্রান্সফৰ চৎলি। ক্বাকৈথেল গার্লস হাযস্কুলদা হেড মিষ্ট্রেস ওইনা লাকই অদুগা ১৯৮৪, জানুৱাবী ১ দা পেন্সন ফংই।

সাহিত্যদা মমিং লৈববা অইবী অসিগী পুন্সি অসি অফ-ফত্ত যান্নে। ফত্তবা হৈনবীশিংগী মনুংদা পীক্লিঙৈদগী হৌনা মৈখূ শীজিন্নে। অসি নত্তবা নেশা কযাসু মহাও য়েংখি। নেশা ময়ামগী মনুংদা মহাক্লা তংখিদবসি কানি (আফিং) নি হায়। সিনেমাসু য়াম্না তোযনা য়েংলকই। তাস (জুৱাব) য়াম্না পাম্না শান্নে। বেটমিন্টন অমসুং টেবল টেনিসসু থৱায় য়াওনা শান্নে। অহল ওইশিল্লক্লবা মতমদদি হাবা থুংদুনা মৈখূ থাদোকখি। যুম পানবগী মতাংদা অইবীনা হায, "মসিগী (য়ুমপানবগী) ৱাখল্লোনসিদি অঙাং ওইবিঙৈদগী কয়া লৈবক্তে, থোইদোকপা অমনা য়ুম পাল্লগা অঙাং পোক্লক্কনি হায়বসিদা য়াম্না কিজৈ অদুনা পান্দবনি।" অকা-অকূম নাইবা মীওইবগী পুন্সি ঈচেল তম্বা ঙমদে। মীওইবগী ৱাখল লমচৎ, শাজৎ হায়বসি মানা মানা তিন্নবা সঙ্গ অমসুং অকোয়বগী ফীভমগী মখা য়াম্না পোল্লি। ও কে বূক ষ্টোবগী তেলেম আবেব থেংনবমদ্রবদি মাগী পুন্সি মায়ওল অমা ওইবম্বা য়াই হায়।

থোইবীনা খ্বাইদগী পামজবা অইবদি ববীন্দ্রনাথ ঠাকুব অমদি থোমাস হার্ডিনি হায়। হার্ডিগী *দ মেযোব ওফ কেষ্টবব্রিজ*দা ঙাওখি। শৈবেংগী অবোইবা পবেং—

ঐগী মোংফমদা থাবিগনু,

নৈবাং পাম্বী অমত্তসু,

শীঙ্খবীগনু পিবাং মবীক অমত্তসু।

অইবী অসি খবা খবা ঙল্লমদবদগী ইথা থাজদনা খৃ কুম ১৯৯৬, ওক্টোবব ৯ দা অবোইবা য়াহীপ তানখি।





# মহারাজকুমারী বিনোদিনী

কুনগুবা চহীচাগী তাজীনদা অঙাংহল, চাউবা, কমল, ময়ুরধ্বজ, নবদ্বীপচন্দ্র, দবেন্দ্রজিৎ অমদি ইবাবতনচিংবনা মাগী মাগী কলম পায়নদুনা সাহিত্যগী পাম্বী কয়া থাবা হৌখিবদুনা হেন্না মবীক চুন্নকপনা ১৯৩০ গী অদুরাইদনি। লান মমাঙ ফাওবদি মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙজেলনি ইযাও যাওদনা ঈচেল তপ্না চেন্দুনা লৈখি।

মণিপুরী সাহিত্যদা নুপা অইবশিংনা যৃস্ক্ষম থোনবা হৌনত্ত্রবা মতুংদা নুপী অইবীশিংদি মশীং যাম্না লীক্লা লান মতুংদা থোইবী, বিনোদিনী, প্রমোদিনী চোংথোবকই। মতমদুদা মখোযগী খৃদুং ইনবা অইবীশিং থোক্লকখিদে। কাযনথংদা চহী যাম্না কান্নন অইবীশিং মশীং লীক্লা থোবকখি।

মণিপুরী সাহিত্যদা নুমিৎকুম মঙাল নাইবিবী, মাযকৈ অয়াম্বদা খৃৎ থাবিবী মহারাজকুমারী বিনোদিনীগী মিং সাহিত্যদা নত্তনা ইবম অযাম্বদা নৌদ্রে। সাহিত্যগী পোৎথোক মশীং লীক্লা লৈববসু তোঙান তোঙানবা মখল খৃদিংমক্কী নাচোম শেম্নকপদা নাচোমশিংদুগী লৈহাউ লৈবেল নৎত্রগা চিনি চম্প্রাদি হেক্তা মওইবে। থাখিবা খৃৎথা খৃদিংমক মহৈ মবোং চুম্না জুম জুম লাউনা পালহল্লিবী খৃথা হৈবী বিনোদিনী খৃষ্ট কুম ১৯২২, ফেব্রুরারি ৬ নিংথৌকাবা নুমিৎতা সনাকোনুংদা পোকই। শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজ অমদি ঙাংবী মহারাণীগী ইতোন তোনবী মজাইবেম্মনি। মহারাণী ঙাংবী মচানুপা অমত্তা পোক্তে, নুপী ঙাক্তা মঙানি। মজাইবেম্মা অহল তম্ফাসনা, সনাতোম্বী, তোম্বীসনা (তোম্বীয়াইমা), অঙৌসনা অমদি বিনোদিনী হাযনা মিংগৌনৈ। বিনোদিনীবু রাঙ্গোনসনা, সনারাঙ্গোন নৎত্রগা রাঙ্গোলতোম্বী হায়নসু খঙনৈ। মতমদুদা কৌনবম্না মিংশিংদা সনা হায়বা রাহৈসিনা মাঙ থানা হাপ্লবদি নিংথৌগী মচা মশূনি হায়বা খঙনৈ। মতমদুদদি অঙাংগী মমিং থোনবসি থোন্নিংই হায়দুনা অমা হেক্তা থোনজিনবা য়াদে। মসিগী খেন্নবা

কয়াম চাউনা লৈবগে হাযবদু কনাগুম্বা নুপা অমগী মচানুপা অহল ইবোহল কৌকবদগী যাদে হায়দুনা চাউবা কৌখি। সনা, সনাগী মচা নৈমশীজ নৎত্রবদি ইবোহল, ইবোয়াইমনচিংবা মিংশিং অসি কৌবা য়াদে, অকনবা চৈবাক লৈ।

নিংথৌগী মজাইবুংঙো মজাইবেম্মশিং অসি নিংথৌ মহাবাণীনা কোন্দে। অঙাং খূদিংমক্কী য়োকচবী অমমম থম্মী। য়োকচবীশিং অদুবু মপী নৎত্রগা সনা মপী হায়না খঙনৈ। সনা মপীশিং অসি মীনাইগুম্বা নত্তে। মখোয়গী থাক ব্রাংনা লৈ। ফিবাংজি ফিদা ফাওবা ফম্মী। বেসম ফূবিৎ লীৎলি। মখোয়দা অতোপ্পনফাও ব্রানোম্মী। মখোয়দা চহী কয়া মীয়াৎ তাববা ফাদোকশিং ফাওবা চহী ককথনবা নৎত্রগা থাদোকপীনবা ব্রানোম্নে। মখোযনা হায়জবা ব্রা নিংথৌনা তাবী।

ব্রাঙ্গোনসনা পোক্লবা মতুংদা ঙাংবী মহাবাণীনা মচাবু য়োকচবী তোলচৌবীদা শিন্নে। ব্রাঙ্গোন্না য়োকচবী মমাগা লোযননা তূম্মিন্নে। মাগী খোম্না চাউবকখি। অপোকপী মহাবাণীনা নোংমতসু মচাবু কোন্দুনা মাগী পাম্বোম মখাদা তূম্লক্তে। পুক্নিদা মমাগী খোল্লাং লমন শিংবা তাববদি অপোকপী মমা ঙাংবীদা নত্তে য়োকচবী মমা তোলচৌবীদনি হায়।

সনাব্রাঙ্গোন অঙাং ওইবিঙৈ লাইবিক তম্লকপদা স্কুলিং নাইনা তম্লক্তে। যূমদা ওজা ব্রাইখোম শেলুংবা থম্লগা তম্লকই। মচে ইবেম্মশিংসু যূমদা ওজা থম্লগা তমখিবা ঙাক্তনি। স্কুল কাদ্রবসু লাইবিক যাম্না হৈখি। ইংবাজী, হিন্দী, বাংলানচিংবা নীংথিনা হৈ। মচে ইবেম্মশিংগীদি ইংলিশকী ওজা মেম নুপী মিস ব্রুদ, মিষ্ট্রেস জোন্সিনচিংবা থমদুনা তম্বীবকই। অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা সনা ব্রাঙ্গোন লাইযেকপা যাম্না পাম্লকই। মপাবুং মহাবাজনা ম্লোকব শান্নবিঙৈদা যাম্না অঙাং ওইবিবী সনাব্রাঙ্গোন্না টেবল মখাদা চঙদুনা চোক্লা লাই যেক্কুনা লৈবম্মী। অদুগা কার্পেট মথক্তসু হেক্তা খোৎতুনা লৈবম্মী হাযদুনা লাইবেনমযূম ইবুংঙোহলনা হাযবম্বা লৈ।

মতমদুদা নুপীনা লাইবিক তম্বসি কযা চৎনবমদে, পামসু পাম্নবমদে। পাম্নদবতা নত্তে, নোক্লবিবনা কোঙ্গাযনি। নিঙোল পোকপী মমা মপানা মচানুপীশিংবু নুপীগী শিন খবা তম্বিবগা নুপানা থাকচনি হাযবগী ব্রাখল্লোন্দা অযাম্বা লৈনৈ। মচানুপাবু অসুক্কী মতীক লূম্না লৌনৈ। অদুবু ব্রাখল লৈবী মহাবাণী ঙাংবীদি মচানিঙোল মঙামক লাইবিক হৈতবা যাদে হায়বগী ব্রাখল্লোন্দা য়াম্না চেকশিন্না মহৈ মশিং তমহল্লি। ঙাংবী মহাবাণী শ্রীযুৎ চুডাচান্দ মহাবাজগী তালোই অহলনি। শ্রীযুৎকী তালোই তকক লৈ। মহাবাণী নত্তনা অতোপ্পা বাণী মঙা অদুদি– শ্যামাশখি, প্রিযোশখি (শখিতোম্বী) তম্পাক, তোম্বী অমসুং সুবদনীনি। অহুমশুবী বাণী প্রিয়োশখি মহাবাণী ঙাংবীগী হেক পোকমিন্নবী মনাওনুপীনি। মহাবাণী ঙাংবীগী মজাইবেম্মশিং নত্তনা অতৈ বাণীশিংগী মজাইবেম্মা অয়াম্বা লাইবিক হৈতে। অদুবু মজাইবুংঙোশিংদি লোইনা হৈ।

ৱাঙ্গোনসনা অঙাং ওইবিঙৈদা য়ুমদা মপী লাইবিক্লচিংবা তমদুনা নৈনববা মতুংদা শিল্লোংগী "পাইন মাওন্ট স্কুল" দা ক্লাস ৱানদগী তম্বা হৌই। মপাবুং সনখ্যা অমদি মমাসিনসু লম চংপা খূদিংগী হেক হেক পুবী। অদুনা শিল্লোংদা মতম খবা লাইবিক তম্লবা মতুংদা নবদ্বীপতা মমাসিগী মতুং ইন্দুনা লাকখি। মফমদুদা "ইশানি স্মৃতি মন্দিব স্কুলদা ক্লাস সেভেনদগী টেন ফাওবা তম্মী। স্কুল অসি নবদ্বিপতা লৈবা অহানবা নুপীগী স্কুলনি। মফর্মসিদা লৈবিঙৈদা বেঙ্গলিগী ওজা অম' নেক্কুনা বাংলা তম্লকই। মহাক্লা বাংলাগী উপন্যাস কয়া মকওইনা শবৎচন্দ্র, বঙ্কিমচন্দ্রগী লাইবিক কয়া পাননবা বিনোদিনীদা পীখি। মসিমক্লা মৈতৈলোলগী সাহিত্যগা শকখঙনদ্রিঙৈদা বাংলা সাহিত্যগা হান্না শকখঙনখি। ইংবেজীদগী বাংলা লোল্লনা হেন্না হৈনখি। ক্লাস টেন অহানবা নবদ্বীপতা থাবদা ফেল ওই। থৱায় নুংঙাইতে। ফত্তবা ছাত্র নত্তবনিনা মচানুপীনা মথ্বায় নুংঙাইতবদু উবদা মপাবুং সনখ্যানা "ফেল ওইগে ওইজসনু অমুক থাবগা লোইবে, ইচাবু থবক তৌগদ্রা" হায়দুনা থেমজিনবী। ৱাঙ্গোনসনা মপাবুংগী ৱাহৈশিংদু কাউবা ঙমদে হায়।

নবদ্বীপতগী মণিপুবদা থোবক্লগা তম্ফাসনা স্কুলদা তম্মী। খৃষ্ট কুম ১৯৩৯দা মেট্রিক থাই। মণিপুবদগী নুপীমচা নিপাল থাবগী মনুংদা তরুক পাস তৌই। বিনোদিনী ফাৰ্ষ্ট দিভিজানদা পাস তৌই। তম্ফাসনা গর্লস হায়স্কুল অসি শ্ৰীযুৎ চুডাচান্দ মহাবাজনা লম পীদুনা নুপীশিংতগী তম্নবা স্কুল ওইনা মজাইবেম্মা অহল, তম্ফাসনাগী মিংদা খৃষ্ট কুম ১৯৩৫ দা লিংখৎখিবনি।

বিনোদিনী হায়বা মিংসি ৱাঙ্গোনসনাগী কুঠিগী মিংনি। স্কুলদসু বিনোদিনী হায়না কৌই। মেট্রিক পাস তৌববা মতুংদা সেন্ট মেবি'জ কোলেজ শিল্লোংদা আই এ তম্মী। কোলেজ অসিমক্তদা আই এ পাস তৌববা মতুংদা বি এ তমথৈ। শিল্লোংগী পুক্সি মতেক খবা য়াম্না নুংঙাইনা লেনখি অদুবু বি এ তম্লকপা অদুৱাইদদি অৱাবা কয়া লাকখি। মপাবুং শ্ৰীযুৎ চুডাচান্দ মহাবাজ ১৯৪১গী নবেম্বব থাদা নবদ্বীপতা শাংনা লায়েংদুনা লৈবম্লগা অবোইবা স্বব হোনখি। মপাবুংনা থূপখ্রবা মতুংদা ঙাংবী মহাবাণীগী পুন্সিদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি। থম্মোয় শোকখি। মণিপুবগী হাংদুনা লৈবিবা নিংথৌগী তাংবল অনীশুবা বাণী শ্যামাশখিগী মজাইবুংঙো অহল বোধচন্দ্রদা শিন্নখি।

মসিগী মতুংদা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও থোবকপদগী শিল্লোংদা বি এ তম্লিবী বিনোদিনী ইম্ফালদা থোবকখি। মমাশিগা লোযননা খাবমান্দা লাঞ্জেল্লি। লানগী ঈবাং নেমথখ্রবা মতুংদা নবদ্বীপতা লৈদুনা "বিদ্যাসাগব কোলেজ"দা বি এ থাদুনা পাস তৌই। নুপীলক্তা মণিপুবদা বি এ পাস তৌবসি বিনোদিনীনা ইহান হাল্লি। বি এ লোইশিল্লবা মতুংদা শান্তিনিকেতনদা লাইযেকপা তম্বা চংলি। লাই যেকপগী বিদ্যা অঙাং ওইবিঙৈদগী পামজনা হৌবকপদুনা চাউবফাও কাউথোকপা ঙমদে। মহাক্কী অপাম্বদা ময়াম্বুং প্রিয়ব্রতনসু হেন্না

পৃক্লিং থৌগৎপিখি। লাইয়েকপদা নত্তনা মূর্ত্তিসু শাই। লাইবিক ঙাইহাক পাবা ইবদফাও চেগী (বোই) চেদোনশিংদা কবিনো খঙদনা হেক্তা য়েকখি, অঙাওবা ঈথক্লুম খূৎনা পুবা মায়কৈ অমদা হেক্তা চৎখি হায়। মসিনি বিনোদিনীগী কবিনো খঙদবা লাইয়েকপগী মশক লাইযেকপা মীগী মীহূল খঙবা বিনোদিনীনা ইথোবকই *অশঙবা নোংজাবী*। ড্রামা অসি মৌ ওইববা মতুংদা শেগাদা মচা য়েপ্পা য়েপ্পা ইখি হায়। তশেঙবদি ড্রামা অসি ইনিংবগী ঈথিল অসি মহাক্না শান্তিনিকেতনদা লাইয়েকপা তশ্মীন্নবকপা বামকিনকবনা ইহ্নপাইয়ব তৌদুনা ইবনি হায। বামকিনকব ভাবতকী মমিং লৈবা স্কল্পটবশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক্কী 'পোর্ট্রেট ওব অ লেডি' ব্রোঞ্জনা শাবা অসি মাগী মাষ্টবপীসনি হায়নৈ। মহাক শান্তিনিকেতনদা য়াম্না কুইনা লৈবশ্মী।

*অশঙবা নোংজাবী*দা লাইয়েকপা গৌতমগী ফুইনা হৌবকপা ব্রাখলগী নোংহৌদা ইন্দুনা হেন্না মচু শঙখি। পাকচাউববা ব্রাখলগী লৌবুক্তা গৌতম্না নীংতম্না খোঙদানিংবা অদুবু চৎনবীগী নোংলৈ কয়া হুমজিল্লক্লুনা তাযোন্নবা তাবকপা পূম্নমক অইবীগী কেনভাসতা অমমম্দা ওইনা ময়েক শেংনা ফন ফন চোংথোকহন্দুনা অয়েংবদা সহানুভূতি পোক্না লাম্হোবকই।

বিনোদিনী লাইযেকপদা নত্তনা ঈশৈ জগোইসু হৈ। শগোল তোংবসু যাম্না নীংথিনা হৈ। মাদা নত্তে মচে ইবেম্মা তোম্বীসনাসু, অঙৌসনাদি শগোল তোংবতা নত্তনা নোংমৈ কাপ্পা টেনিস, তাস, ছত্রংনচিংবসু হৈ। মমাঙঙৈদগী হৌনা নিংথৌগী মজাইবেম্মশিং, ধণীশিং অয়াম্বা শগোল তোংবা হৈ। নুপাগী ফিজেৎতা কুমুদিনীনা পীক্লিবা মচা, চন্দ্রকীর্ত্তিবু পুবগা তোংজৈ মবীল লম্বীদা থৌনা ফনা শগোল খূকপ থাদুনা থৌবা কাউবা ঙমদে। পূম্ন মকসি হৈতেবা যাদ্রবা নিংথৌ মচা-মশূশিংগী শিনফম অমগুম লৌনৈ হায।

বিনোদিনী অহানবদা লাইবিক ইবী অমা ওইগে হায়না থক খনখিদে। স্কল্পটব অমা ওইগে, লাইযেকপী অমা ওইগে হাযনা খনখি অদুবু পুক্নিগী অহোংবা খোঙথাং অমদা ইনিংবগী ঈথিলসি কবম্না লাকখ্রিবনো, কবম্না লাইবিক ইবী ওইবকখ্রিবনো ভাব তাহৌদে। সাহিত্যগী থীওবি কবিনো ইবগী আর্টসি কমদৌই খঙদনা হেক্তা ইখিবনি হায়। অহানবা লাইবিক ইবা হৌবকপসি খৃষ্ট কুম ১৯৩৯ ক্লাস টেন তম্বা অদুৱাইদগীনি। ইহান হান্না ইখিবা ৱাবীমচাদি 'ইমাতোন'নি। ৱাবীমচা অসি তম্ফাসনা গার্লস স্কুলগী ওজা সলাম তোম্বী (মীযাম্নদি চক্রি তোম্বী হায়না খঙনবা)না মেগাজিন সেক্রেটবি ওই, মঙোন্দা হাপ্পবা পীকবদা অসিগুম্বা ৱাবীমচাবু ইবা হৌনববা হাপ্পা যাবোই হায়দুনা তথী-তথী চৈবকপদগী ইকায়মনখিদুনা ফনা কুইনা ৱাবীমচা ইবা লেপ্লুই হায। মতমদু মণিপুবী অইবশিংগা শকখঙনদ্রি। মখোয়বু শকখঙনদ্রিঙৈগী মমাঙদা বেঙ্গোলগী অইবশিংগা হান্না শকখঙনবকখি।

বিনোদিনীনা হায, নিংথৌগী মজাইবেম্মশিং অসি নুংশিবগী মতাংদদি কৈগুমশঙগা অমহানি। জগোইদা, ঈশৈদা, গোবিন্দগী দর্শন, সন্ধ্যা আর্তিনচিংবদা ওম্থোক্লা ৱানা গোবীন্দগী নির্মল্য পীনবগা থম্মোযগী মবোল ফোঙদোক্রে। নিংথৌগী ফিজি ফিনা নেৎপা থৌগল্লোন কাযবদা দন্দি অসুক্কী মতীক চাউনা পীবনা নিংথৌগী মজা ইবেম্মশিংদা মীৎয়েং তাবা লুই, কিনৈ। কোনুংগী লোনচৎকা মীচমগসু মান্নদে। লৈশাবীগী মাঙ্গোলদা নৎত্রগা য়োংখম মখোঙদা পাখঙনা লাবৈ পাযদুনা ফম্না কোনুংদদি চৎনদে। পেট্রোমেক্সনা পূমঙাল ঙান্না থাল্লবা অহীংদা লিক্কোল শান্নবা, থাবল চোংবা, ফি মুনবা মীচমগী নুংঙাইববা নীংতম্বদু কোনুংদদি লৈতে। অপোকপমক ওইববসু নিংথৌগা মজাইবুংঙো মজাইবেম্মশিংনা মপাবু হেক্তো উনদুনা ৱা ঙাঙবা, নাউথি শাবা চৎনদে। অপোকপা ওইববসু নিংথৌনি, লৈবাক্কী মপুনি। অদুবু বিনোদিনীদি নহা ওইবিঙৈগী পুন্সিদা য়াম্না নুংঙাইনা হৌবকই। কোনুংদা চাউবক্লবসু পীক্লিঙৈদগী হৌনা মীচমশিংগা তিন্নবকই। মখোযগী অৱা নুংঙাইগী ৱাবীশিং থৌদোকশিং থম্মোযদা ফাওখিবশিংদু মাগী খূৎইশিংদা বিফ্লেক্ট তৌই।

খৃষ্ট কুম ১৯৫০দা বিনোদিনী ডা লাইফংবম নন্দবাবু বোইগা কোনুংদা লুহোংই। মচানুপা অনী পোকই। মহাক্লা হৌজিক লৈবিবা যূম যাইস্কুল হিকহুনবা লৈকাযদা লৈবিবসি মমাসিনা পীবশ্না ইখোলনি। মসি শাবিঙৈ মতমদা যূম শাবগী অবেম্না নৃং, লৈঙোয, বিলামাটিনচিংবা অদুনা মূর্তি মঙা/তকলোম শাখি। মূর্তিশিংদু খবা তেক কাযখ্রবসু হৌজিক ফাওবা লৈবি। বিনোদিনীগী যূম্বানবগী পুন্সিদা নোংলৈ নুংশিৎ কযা লাকখি। তব তকবা অতিযাদা লৈচীল মপৈ পাইশিল্লকখি অদুবু পুন্সিবু লাপ্না হুন্দোকপা মীচেন অদুদি খক ওইখিদে। মঊ লিংবা উপালগুম অকা অকুম লৈবা পুন্সিদা যাম্না মশক থোক্লা হিংলকখি। ফীভম্না তাঞ্জানা ডাক্তব নন্দো বোইগা পেবেলেল ওইবা লৈই অমদা খোঙফম চেৎনা লেপ্ন খি। ডাক্তবনা অনীশুবী নুপী সত্যভামা লৌদুনা যূম্বানমিন্নখি। মচানূপা অনী, নুপী অনী পোকই। শ্রী বোই মণিপুবগী ইহান হানবা এফ আব সি এস (ফেল্লো ওব দ বোযেল কলেজ ওব সর্জ্জন)নি। মহাকা বিনোদিনীগা চহী ১৯ (তবামাপল) বোম লৈমিন্নবকই।

পীক্লিঙৈদগী হৌনা ইঙাও ঙাওনা যাম্না নুংঙাইনা হৌবকখিবী মজাইবেম্মা বিনোদিনী মীনুংশি চাউই, থম্মোয থোৎলি। নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা নিংথৌগী মজাইবেম্মশিং অসি মযূম পান্দ্রিবফাওবা সবকাবদগী লুপা ৪০/৪০ ফংই অদুগা লুহোংলবদি পৈশাদু ককই। নিংথৌগী মজাইবুংঙোশিংসু মজাইবেম্মশিংদগী হেন্না ফংই। বিনোদিনীনা মানা ফংলিবা পৈশাসিদগী অতোপ্পগীদমক মতেং পাংবদসু শীজিন্নবকই। বিনোদিনীনা ঙল্লিঙৈগী মতম মহৈবোয় ওইবিঙৈদগী ইবকপা ৱাবীমচাশিং খোমজিন্দুনা খৃষ্ট কুম ১৯৬৫দা *নুঙ্গাযবক্তা চন্দ্রমুখী* ফোঙই। ফোঙনিংবগী ৱাখল অসি এলাংবম

নীলকান্তনা পূক্রিং থৌগৎপীবকপদগী পোকখি হায়। মাগী ৱাবীমচাশিংদা নুপী নুপা লৈনবিবা থম্মোয়গী মশকশিং অদু চীং-লেম্না উৎলি। মাগী লোলগী তোঙানবা মশক লৈজে, য়াম্না থোৎ-নৌই। ৱাবী খুৎলিদা পানিংবগী তানিংবগী ময়াই অমা চেলহন্দুনা অপাবশিংবু হুমদুনা ঙাইঙমদনা পুই। মীৎয়েং কূপ্পী, মৰৈ মুল্লি। মাগী তোপ তোপ্পা ৱাবী লীবা হৈবগী নীংথিবা শাথেক লৈবনা মাগী *বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী* অহিংবা মান্না লাম্লোবকই। উপন্যাস অসি চহী তবা চঙনা ইখি। বৃটিশকী মখূৎতা মণিপুব মায়থীদুনা মীখা পোনবগী চৈনাখোল লৈবিঙৈদা সুবচন্দ্র মহাবাজগী মচাইবেম্মা, অহল সনাতোম্বীনা যেক্লবদা ওংখিবগী ৱাহং হংলকই, পাউখুম পীনবা হোৎনবকই। উপন্যাস অসিদা কোনুং মনুংগী চৎন-লোনচৎ, থৌদোক ৱাথোক, অবোন অথূপ, ইতিহাসকী শক্তি লৈববা অচৌবা মীওইদগীনা অপীকপা ফাওবা কল্পনাগী মীৎয়েংদগী শাগৎতুনা চঙ চঙ লাউবা তাইবংগী নীংথিবা শক্তম অমা বিনোদিনীনা উৎথোবকই।

বিনোদিনী ৱাবীমচা, নোভেল ইবতা নত্তনা বেদিও ড্রামা অমসুং ফিল্মদসু য়াম্না থৱায় যাওই। বেদিও ড্রামা নিফুগী মথক্তা আকাশবাণী ইম্ফালদা শন্দোকখ্রে। মহাক্কী অহানবা বেদিও ড্রামা 'বাঁশি মবোল চুমদবা' আকাশবাণী ইম্ফালনা গৌহাটিদা লৈবিঙৈদা শন্দোকখি। অইবীনা ড্রামা অসি ফ্লোপ চৎখি হায। ৱাবীমচাগী মথংদা খ্বাইদগী পামজনা খোয়দানা ইবসি বেদিও ড্রামানি হায। বেদিও ড্রামা ইবী অমা ওইনা যাম্না মমিং চৎখিবা প্লেবাইটনি। মাগী *নুঙ্গাযবক্তা চন্দ্রমুখী*দা যাওবা ৱাবীমচা কয়াসু বেদিও ড্রামা ওইনা ওন্থোক্লুনা আকাশবাণী ইম্ফালদা শন্দোকখ্রে। ফিল্ম স্ক্রিপ্ট কযাসু মাগী ৱাখলগী ফিজংদগী লোইবা নাইদনা চিংথোবকই। মাগী স্ক্রীনপ্লে অমসুং দোক্যুমেন্টবিশিংদি– *ওলাংথাগী ৱাংমদসু* (১৯৮০), *ইমাগী নিংথেম* (১৯৮১), *পাউখুম অমা* (১৯৮৩), *ইশানৌ* (১৯৯০), *সঙাই ঃ দান্সিং দীযব ওব মণিপুব* (১৯৮৮), *মযোফিগী মচা* (১৯৯৪), *ওর্কিদস ওব মণিপুব* (১৯৯৪), *সনাবী* (১৯৯৫), *লা* (১৯৯৭), *অশংবা নোংজাবী* (২০০৩)নি। মহাক্না জৱাহবলাল নেহৰু মণিপুব দান্স একাদেমিগী সেক্রেটবি ওইবিঙৈদা ডান্স ড্রামা কয়াসু ইখি। মখোযদুগী মনুংদা *কৈবুল লমজাও, কোং হঙ্গোই, লোক্তাক* অমদি *সঙাই ঃ দান্সিং দীযব ওব মণিপুব* নি। একাদেমিসিদা চহী তবামঙা থবক তৌববা মতুং ইং ১৯৮০ দা থবক্তগী পোখাখি।

মণিপুবী সিনেমাদা ফীচব ফিল্মদগী দোক্যুমেন্টবি ফিল্মনা হান্না পোকখি। বিনোদিনীগী *ওর্কিদ্স ওব মণিপুব* অসি নেসনেল ফিল্ম ফেষ্টিবেল ওব ইন্দিযা ১৯৯৫, বজত কমল এৱার্ড ফংখি। *ওলাংথাগী ৱাংমদসু* ২৭শুবা নেসনেল ফিল্ম এৱার্ড ফংই। *ইমাগী নিংথেম* উৎলকপদা মণিপুবী ফিল্মগী তোপ তোপ্পা মশক থোবকই। ফিল্ম অসি 'গ্রান্দ প্রি' এৱার্ড ফংখি। পৃথিবীগী ফিল্মগী মেপতা মণিপুবী ফিল্মগী মফম অমা *ইমাগী নিংথেম*না কনখি।

বিনোদিনী জগোই ঈশৈগী লম্‌দা পামজবা কয়া লৈবকপনা থবক্কী শিনফমগসু চাননা থোকখি। জগোইগী বেল্লে-স্ক্রিপ্ট কয়ামকমসু ইখি। খবদং পল্লবদা— মোইবাং থোইবী, কোংহঙোই (চিলড্রেনস' বেল্লে) কৈবুল লমজাও (ফোকতা বেজ তৌবা) অমদি লোক্তাক ঈশৈনচিংবা বেল্লেগী স্ক্রিপ্টশিং অসি ইদুনা উৎখ্রবা ঙাক্তেনি। *কৈবুল লমজাও* হায়বা বেল্লেগী স্ক্রিপ্ট অসি ইবা মতমদা ১৯৭৬তা মেক্সিকো চৎপদা মেক্সিকোদা শাবা জগোই 'দ দিযাব দান্স' হাযবদুনা অকনবা ঈথিল পীখি হায়। অইবী অসি লমকোয় ৱাবী অমদি পর্সনেল এসেনচিংবা ইবদসু শীংথানৈ। 'দাজ্জিলিং চৎঙৈদা', 'অহোংযুম্না কৌহৌই', 'থোইবীদো ৱাবৌহৌই', 'যুমগী লৈতেং', 'হো মেক্সিকো মেক্সিকো'নচিংবশিং অসি মমিং লৈবা পর্সনল এসে অমদি লমকোয ৱাবীনচিংবনি। অইবী অসি যু এস এ, মেক্সিকো, কানাদা, জর্মনি, ফ্রান্সনচিংবা লম কযা চৎলুবে।

অইবী অসিনা শোক্তবা মফম লৈতে। সাহিত্য, জগোই, ঈশৈ, থিযেটব, ফিল্ম, পেন্টিং অমদি লাইশাবনচিংবদা। লৈখল খূদিং থাবা হৈবী অইবী অসি অনুবাদতসু খূৎ থাই। বাদল সবকাবগী ড্রামা *এবং ইন্দ্রজিৎ* তগী *অমসুং ইন্দ্রজিৎ* হন্দোক্লুনা ফোঙই। হন্দোক্লগা ফোঙদবা কযাসু লৈবি। সঙ্কবগী 'শকখঙদবা কযানি' অমদি মেক্সিম গোর্কিগী 'মাদব' নচিংবা। *চুডাচান্দ মহাবাজগী ইমুং* হাযবা মেমোযব অমসু ফোঙগদবগী শেম শাবা লোইবে।

লৈবাক্কী ইস্যু কযাগী মবমদসু লেপ্তুনা লোকেল পেপব কযাদা খূৎ থাবিবা সোসিয়েল এক্টিভিষ্ট অমদি এনভাইবনমেন্টেলিষ্ট অসিনা সাহিত্যদা তৌবিবা দান অসিবু শকখঙবা ওইনা ১৯৯৬তা *নুঙ্গাযবক্তা চন্দ্রমুখী*দা যামিনী সুন্দব গুহ গোল্ড মেডল, ১৯৭৯ দা *বড সাহেব ওংবী সনাতোম্বী*দা সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড, ১৯৭৬তা ভাবত সবকাবনা 'পদ্মশ্রী' পীদুনা ইকাযখুম্নবা উৎখি।

ইং ১৯৯১দা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা 'সাহিত্য বত্ন'গী উপাধি পীবকপদা বিনোদিনীনা লৌখিদে। লৌখিদবগী মবমদু সাহিত্য পবিষদকী সেক্রেটবিদা অইবা চেবোল পীদুনা খঙহনখি। "সম্মান অসি ঐগী নত্তে, ঐহাক মতীক মপা চাজদে। অসিগুম্বা অচেৎপা থাজবা অসিনা মবম ওইদুনা ঐনা সম্মাম অসিবু লৌজবা ঙমদে। মতীক মগুণ লৈববা পণ্ডিতশিংগী ৱাবেপ্প থওই উশিৎতবা ওইনা লৌবীগনু। মযাম্না থৌগল্লোন কাযবা পূম্না ঙাকপীগনি নীংজৈ। (তাং ১/৫/১৯৯১) মসিনি বিনোদিনীগী ৱাখল্লোন অমসুং মশক।

নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনসু বাইটব ওব দি ইযব মিংথোল পীদুনা ইকাযখুম্নখ্রে। ইং ২০০৪দসু নিংঙোম্বম ওংবী প্রমোদিনী নীংশিং সাহিত্য মনা *হো মেক্সিকো* হাযবসিদা পীখি। কমলকুমাবী ফাওন্দেসননা শ্রীমতী বিনোদিনী দেবীদা কমলকুমাবী নেসনেল এৱার্ড ফোব আর্ট এন্দ কলচব ২০০২ মেকখোৱাদা লৈবা প্রগজ্যোতি আই টি এ সেন্টবদা নবেম্বব

২৮, ২০০৪দা পীদুনা ইকায়খুম্নখ্রে। এৱার্ড অসিদা শেল ওইনা লুপা লাক্ষ অমা, ট্রোফি অমা লোয়ননা সাইটেসন অমা য়াওবি। মণিপুরগীদি এৱার্ড অসি ফংবা বিনোদিনীনা অহানবনি।

চহী য়ামশিল্লক্লবী অইবী অসি ইবগী থৌনা হন্দ্রি। লেপ্তুনা ইখিগে খল্লি। নংহৌববোইদ্রা হায়বগী মিপাইবা পোক্লি। হৌখিববু হঙৎনা য়েংলক্লি। মহাক্না সাহিত্য অমদি ঈশৈ-নোংমাইগা মৰী লৈনবা সংস্থান কয়াগা শম্নদুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, কলচরেল ফোরম অমদি রূপ রাগনচিংবগী লাইফ মেম্বর ওইবি। অইবী ঙাক্তগী সংস্থান 'লৈকোল' গী ফাওন্দর প্রসিডেন্টনি। জৱাহরলাল নেহরু ডান্স একাদেমিগী ভাইস চেয়রমেনসু ওইরম্মী। ফিল্মগী জুরি মেম্বরসু কয়াবক হন্না ওইবকই।

বিনোদিনীনা হায়, "মণিপুরী সিভিলাইজেশনদা কোনুংগী রাবী য়াওদবা য়াবোই। মীওইবগী পুন্সিদা হৌখিবা মতম লৈতবা হৌনদে। লৈতে হায়বগদি মী অদু এবনোর্মেল ওইববনি। অদুগা মী অমগী হৌখিবা তৌখিবশিং অদুবু কয়া য়াম্না শেংনা হায়দোক্লবগে? পুন্সি অমগী হেক মকোক্তগীনা লোইবা ফাওবগী লীবা ঙশ্না রাবী কনাগীসু লৈতে।"





## খাইদেম প্রমোদিনী

খাইদেম প্রমোদিনী ইং কুমজা ১৯২৪, জানুৱারী, নিংথৌকাবা নুমিত্তা ক্বাকৈথেল থোকচোম লৈকায়দা পোকখি। খাইদেম কমল অমসুং থৌদাম নিঙোল খাইদেম ওংবী শঙ্গায়গী ইতোন তোনবী মচানুপীনি। মচানুপা অমত্তা যাওদে, নুপী ঙাক্তা মবিনি।

প্রমোদিনীনা চহী অহুম হাযবকপদা মপাইবুংঙো লৈখিদ্রে। শক মুন্না খঙহৌদে, নীংশিংবসু থোক্তে। অপোকপা কমল সিংহ, মৈতৈ লাইবিক থীবা- হাযবগী শিনফম তৌবম্মী। খোঙনা তোংজৈ মবীন্দা চৎলগা সিলচব, লক্ষ্মীপুবনচিংবদা ফি ললোল্লি। মহাভাবত, বামাযণনচিংবা মখূৎনা শিন্দুনা ইবগা পৈশা তাল্লিসু হায। মমানা ফৌশু-ললোল্লি, কৈথেল কাদুনা চেঙ তাই। ৱানা হোৎনদুনা মচাশিং মী ওইনবা হোৎনৈ। চহী ৩৪দা নৌনা লুখ্রা ওইহৌই। নুপা যাওদনা নুপী ঙাক্তনা অমদি লাযবকোনগী লুখ্রাবী অমনা যূম লিংনবা হোৎনবদা অৱা অনা কযা মাযোক্লে। লৈকাযগী মচে মনেম, মন্দোল কযা লাক্লুনা হায়বী, "ইবেম্মা শঙ্গায় নঙসে ওল্লোক্লা নবাযবক থীব্রেদকো, নচানুপা অমত্তসু য়াওদে, শিবমদাইদা ওল্লোক্লা ৱাগদৌবিদা।"

শঙ্গায় লু-লূকথনা তায, থোইদোকপা পাউখুম পীদে। অদুবু ৱাহৈশিং অসি পীক্লিবী প্রমোদিনীনা কাউদে, চৈনা ফাওই। নুপী ঙাক্তা পোকপী মমাবু অমুক্তং নুংঙাইহনগে, কৈদৌঙৈদসু মমাবু থাদোক্লোই হায়না চপ য়ুংনা খনখি।

প্রমোদিনীনা অঙাং ওইবিঙৈগী মিংদি পীশক কৌই। কোন্না স্কুল কাববা মতমদা প্রমোদিনী কৌখিবনি। মাগী মতমদা নুপীনা লাইবিক তম্বা স্কুল কাবসি কয়া চৎনবমদে পামসু পাম্নবমদে। অদুবু পীক্লিবী প্রমোদিনীদি মীনা হুন্দোক্লপ্পা স্লেট মচেৎ অমা, শেগাযববা লাইবিক মচেৎ অমা খুন্দুনা ক্বাকৈথেল প্রাইমাবি বালিকা স্কুলদা অহানবা লাইবিক তম্বা হৌই। মঙাশুবদি মোইবাংখোমগী লৈপুং স্কুলদা থাই। মফি মবোল অনী শুনা শেৎনীংঙাই

লৈবক্তে। মাগী মফি মবোলগী অব্রাৎপসি উবদগী মমান্নবী থোঙ্ম্রাম গোমতীনা শেৎন-চানবা ফিবোল ফুখিৎনচিংবা লৈবী। থাংজ পবীক্ষাগী চেনচিংবসু হুনবী।

লৈত-লাযববদগী মতম খবা লাইবিক তন্বা লেপ্পুববা মতৃংদা কোইজম অমুবীনা ব্রাহেংবম লৈকায়দা লিংখৎপা নুপীমচাশিংগী স্কুলদা লাইবিক মখা তন্নবো কৌবকপদগী ক্লাস সবেনদা তম্মী। স্কুলদু নোংলৈ নুংশিত্তা তেক্লকপদগী ক্লাস আইটতা তম্ফাসনা স্কুলদা তম্মী। প্রমোদিনী যাম্না ব্রানা নংনা লাইবিক তন্বদু উবদা ওজা অমুবীনা চেজেৎ অমদা কবিনো খবা ইবী। চেদু এম কে বিনোদিনীদা পীশিল্লি অদুগা খুকম্মী। পাবগা বিনোদিনীনা হাযবকই, "পোব ফগুদগী শিকিমগু৷ ফংলবদি ঐনা থা খৃদিংগী লুপা অমমম পীবগা অনীশিকি শুববদি ফীদু কোন্নবেদনা।"

যাবীবকপদুদা প্রমোদিনী হবাউ-হবাউ হল্লকখি। বিনোদিনীবু পূক্লিংদা ঙমখে লৈতনা থাগৎচৈ। মথং মথং পাস তৌবকপদুনা মেট্রিক পবীক্ষা থাবগী মতম যৌবক্লে। থা অহুমগী ফী পবীক্ষাগী ফী পূল্লা লুপা ২৫ থীগদর্বনি। নিবা কোযচৎ চৎলি। এম কে প্রিয়বর্ত্ত, এম কে তোম্বীসনা, এম কে বিনোদিনী, খোমদ্রাম ধনচন্দ্র অমসুং কে গৌবোনা লুপা ৫/৫ পীবিবক্রুনা পবীক্ষা থাবকই। মেট্রিক পবীক্ষা থাবা মতমদু ইং ১৯৪২দনি। পবীক্ষা লোইবগা ইম্ফালদা বোম তাই। লাল মনুংদা পবীক্ষা হাযদোকই। সেকেণ্ড ডিবিজনদা পাস তৌই। থাগী বৃত্তি লুপা ২৫ ফংই।

নোংমা এম কে তোম্বীসনা (ময়াম্নদি সনাইবেম্মা যাইমা হাযনা খগুনৈ) না প্রমোদিনীগী মমা শঙ্গাযদা হায, "ইন্দোন, প্রমোদিনীসি মেট্রিক পবীক্ষাসু ঙম্লে। স্বাযদা মথোঙ মবম খগুদনা লাল্লক্তা লৈদুনা মাঙগদবৈ মহুত্তা নবদ্বীপতা সনারাঙ্গোনগা লোযননা লাইবিক তমহনগে পুখ্রগে হাযববু ইন্দোন্না কবি হাযবগে?"

শঙ্গাযনা ঙাইহাক তৃম্মিন লৈকবগা খুম্মী, "ইবেম্মা, মচাইবেম্মখোযনা শেম্বীবৈ শেম্বীবা পুবীখো। মহৈবু তমহনবীগে হাযববদি ইন্দোন কৈসু হাযজদে।"

অসুম্না পবীক্ষা হেক হাযদোকপগা সনাইবেম্মগী মতুং ইন্দুনা নবদ্বীপতা লাইবিক তম্বা চৎলি। নবদ্বীপতা নদিয়া বুমেন কোলেজদা আই এ তম্মী। ফেল ওই। আই এ পাস তৌনবা হোৎনবদা চহী মঙা চঙই। থাকবা মফমশিংদি নবদ্বীপ, কৃষ্ণনগব অমসুং টাঙ্গাইলনি। মফম অহুমসিমক পবীক্ষা ঙম্লক্তে। মবিবকশুবা ইং ১৯৪৭ তা গৌহাটিদা থাই। ফাষ্ট দিবিজনদা পাস তৌবকই। বি এ গৌহাটি কতন কোলেজদা তম্মী। ফেল ওই। মঙাবক শুবদা বি এ পাস তৌই। সনাইবেম্মা বিনোদিনীনা হঞ্জিন হঞ্জিন পবীক্ষা ফেল ওইববসু পবীক্ষা থাকনু হাযখিদে। হেক ঙমদ্রিফাওবা শেল পীদুনা থাহল্লি। হন্না হন্না হোৎনৌ হায়বা বোবর্ট ক্রুশকী ব্রাবীদু প্রমোদিনীনা কাউদে।

প্রমোদিনীনা গৌহাটিদা লাইবিক তন্নিঙৈদা হিজম ইবাবতকা শকখগুনবকই।

ইবাবততা মহাক্না খুড়াইবুংঙো কৌই। কম্যুনিষ্টকী মীগা মীগগী খেন্নবা লৈতবা, লায়ববা ইনাকখুনবা চপ মান্ননা হিংমিন্নগদবনি হায়বগী রাখল্লোনদু য়াম্না পামজবকই। মাগী লীচিং মখাদা থবক শূবা নোম্না য়াওবকই। পীক্লা হুন্দোক্লমদুনা মপা মশক খঙজহৌদ্রবসু মপাগী নুংশিবা শরুক খবা ইবাবততগী ফংজবকই। খজীক্তুং শংবা মতমদা মনাক্তা চত্তুনা মাগী তুংইনবা নহাবোলশিংগা শকখঙ মায়খঙনদুনা থবক তৌমিন্নে। লৈকায় মীনদি প্রমোদিনীগী মমাদা মচানুপীসি পঙথাদা থাদোকই, নুপীগী মশিন অমত্তসু তম্বীদে, নুপাগুম্না পঙচত্তা চংহল্লি হাযদুনা চৈবী, থীনা ঙাঙবী। অদুবু মচানুপীগী লমচং মুন্না খঙবী মমানদি মীনা হাযবিবদু মক লূক্লা তাবগদা তোকই।

তশেংবমকসু প্রমোদিনী অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা নুপা শাহৌদা হৌবকই, শাজং-লিচংসু নুপাগুম্না তৌবকই। নুপীশিংনা তৌনবা শিনফম ফি শাবা, ফনেক লোনবা, চাকথোঙ ফৌশুবা কয়া তৌবক্তে। নুপা যাওদবা ইমুংনিনা নুপাগী শিনফম অযাম্না তৌই। যোংপাক তৌই, শীং খায়, কোম্লোঙ পাল্লি, মেবা রা যুংই, চক্রি হকই, রা যাল্লি, লফু লেল্লি। খোঞ্জেলসু নুপা মান্নবা নুপা খোঞ্জেলদা ঙাঙবা তন্নকই।

মতম মতমগী ওইবা হবাও কুমহৈ থোইদোক্লা চংলক্তে। শাবী শানৌগী লিকোল শান্নবা য়াওবক্তে, থাবল চোংলক্তে, কাংগী জযদেব খূবাক ঈশৈ, নিঙোল পালি চংলক্তে, জগোয ঈশৈ যেংলক্তে। মানা তৌগদবা চংকদবা মথৌদুতা তৌদুনা লৈ। লাযববনা ফিবোল ফাওবা শেংনীংঙাই লৈতবনা মীনা থোনবিবনা অযাম্বনি। নোং যুবা যূমদা হোংউ মনা অপাকপা খন্দুনা লেল্লকই।

চাউবক্লগা কুম্মৈ ফিযোং চংলক্তুবসু অঙাং ওইবিঙৈগী মশান্না কযাদদি চীখবক্তে। সেবোত্তি কাওনবা, ফিবুল হাবী, শগোল তোংবী, উবাউবী, খুল্লোকপী লোইনা শান্নবকই। ছাত্রী ওইবিঙৈদা হাযস্কুল অমদি কোলেজগী ফঙ্কশন কযাদা শরুক যাবকই। রান এক্ট প্লে কযাদা বেষ্ট কমেদিযান মনা ফংই। "মীবাবাই" ড্রামাদা পার্ট অহুম কৃন্মী। মা থোবকপদা মযাম রা লাওনা হেক্তা নোকই। চহী অহুম থংন-থংননা মনা ফংই। মহাবাজকুমাবী বিনোদিনীনা মীবাবাই শাই। মহাবাজ চুড়াচান্দস লেঙশিন্দুনা হেক হেক যেংই। মহাবাজনা মনাদু প্রমোদিনীদা পীবীবম্মী।

ইং ১৯৫২ দা প্রমোদিনী তম্ফাসনা স্কুলদা অন্দবগ্রেজুযেটকী ওজা ওইনা চঙই। ওজা অমা ওইনা মথৌ নীংথিনা তৌবগীদমক ওজা হেদ মাষ্টবনা মকওইবা থবক কয়া শিন্নে। ওজা ওইনা ইং ১৯৫৪ দা বি এ প্রাইভেত থাই। পাস তৌই। মথং চহীদা মণিপুব সবকাবনা বি এড তম্নবা দিল্লীদা থাবী। পাস তৌই। ইং ১৯৫৯ দা যু পি এস সিনা ডিবলপমেন্ট কমিস্নবগী (এ ডি সি) ফম অমা লৌননবা এডভবটাইজ তৌবকপদগী ইন্টবভিযু যাওবা দিল্লীদা চংলি। প্রমোদিনী নত্তনা অতৈ কেন্দিডেটশিংদুদি এম এ ঙাক্তনি। অদুনা খল্লক্কনি

হাযবা থোইনা আশা তৌকদে। অদুবু লাইবক ফদুনা খল্লকখি। ওজাগী ফম থাদোক্তুনা ১৯৫৯ দা এসিস্টেন্ট ডিভলপমেন্ট কম্মিস্নাব ওইনা থবক চঙই। মহাক্না মণিপুবগী অহানবা ক্লাস ৰান নুপী গেজেটেড ওফিসাবনি। মতমসিদনি মহাক্না মণিপুবগী কাচিন কোযা শীন-থুংনা চৎপগী খুদোংচাবা ফংখিবা। তৌসেম অমসুং টিপাইমুখ নত্তনা মণিপুবদা লৈবিবা ব্লোক খুদিংমক কোযনা চত্তুনা যেংশিনখি। মণিপুবদা নত্তনা মপাল লম কযাদসু চৎপগী খুদোংচাবা ফংখি। ইং ১৯৭৫ দা ডিবেক্তবগী ফম কায।

প্রমোদিনীগী ইবগী ঈথিল অসি ১৯৪৩দা নবদ্বীপতা লৈবিঙৈদনি। ইহান হানবা ওইনা শৈবেং অমা ইখি। শৈবেংগী মমিং "পোনগী চেক্লা" কৌই। সনাইবেম্মা বিনোদিনীনা বাংলা লোনদা হন্দোক্তুনা বাঙ্গালী মেগাজিন অমদা হাপখি। যাম্না কন্না মখা তানা ইবা হৌখিবদি ১৯৫০ গী মতুংদগীনি। অহানবদা মহাক্না লাইবিক ইবা ফোঙবসি কিবম্মী। অদুগা মীনা ইবা খোমজীন্দুনা অমদি মী হৌবগা ইদুনা ফোঙই। *কবি তর্পন* অখোন্না শৈবেং লাইবিক্লি। মসি ফোঙননবা খোমজীনবদা লমজীং লমতাক পীবিখিবা মীওইশিংদি অশাংবম মীনকেতন অমসুং বাজকুমাব শীতলজিৎনি। মাগী হোৎনজমলনা *লাইবিক অসি ক্লাস আইটকী টেক্সটবুক ওইনা লৌশিনখি। নুজা ফিদম* (১৯৫৭) লাইবিক অসি ইং ১৯৫৯ দা চিলড্রেন্স লিটবেচব কম্পিটিসনদা অহানবা মনা ফংই।

প্রমোদিনীনা ডিভলপমেন্ট ডিপার্টমেন্টতা থবক তৌবমদদুনা ওজা ওইনা অদুম লৈবম্লবদি অসুক যাম্না লাইবিকসি ইবা ঙম্লম্লোই। মবমদি মানা তৌকবিবা ডিপার্টমেন্ট অসি লমচৎপা ওইবনা মখল কযাগী মীওই, যিজেৎ চাকচা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম কযাগী মীওই থেংনবকখি। ভাবত ৰাংমা লাল্লদ্রবসু মণিপুব অমদি ভাবতবর্ষগী মফম অযাম্বা যৌবকখি। মণিপবগী কাচিন কোযাদা লৈবা মীনা তাঙনা যৌনদ্রবা খুঙ্গং কযাদা চৎখি। মদুদা উবকপা খঙলকপা খিবীক্লা ইননবগী মচাক ওইখি। মহাক্না খুৎই খুদিংমক্তা খুৎ থাননবা হোৎনৈ। চাংযেং তৌই। শৈবেং, ৰাবেং, বাবীমচা, নোভেল, লমকোয ৰাবী, ড্রামা, লীলা, ফিল্ম অমদি অঙাংগী লাইবিক্লচিংবা ই। অদুবু অথেঙবদা স্বাইদগী হেন্না পামজনা খুৎ থাবক্লিবদি লমকোয ৰাবীনি। মথংদা মী লক্লদুনা (সেটাযাব) ইবনি। মহাক্না ইবা অযাম্বা অশেংবা অওইবা থোকখিবা ৰাবীশিংদা যুম্ফম ওই। মিং ফাওবা অশেংবা থোকখিবগী শীজিন্নৈ। মানা ইবা লাইবিকশিংদা মকওইনা উৎলিবা ঈবমশিংদি তোল্ল তাববা উপায লৈত্রবা মীওইবগী পুক্সিবু মনুং হুঞ্জিন্না উৎপা, ওৎপী নৈবীববা তুহৎপীববা, মতু শোল্লবা কাঙবুনা সমাজ অসিদা কবম্না হিংদুনা লৈবিবা, ইনাক খুনবনা লাযববু তুহৎপীবা, অকনবনা অশোনববু মী ওইনা থানবীদবগী মাযকৈ সোমদা মীৎয়েং থমদুনা ই।

প্রমোদিনীনা ওজা ওইবিঙে মতমদা লাইবিক মঙা, ওফিসাব ওইবিঙৈদা মঙা অদুগা

থবক্তগী পোখাববা মতুংদা কুম্থা (৩০) বোম ফোঙখ্রে। কবোক ওইগ্রবী কবোক্রে অমদি মমাদো নৈশাবীদো অঙাওবীদো হায়বা ড্রামা অনী অসিসু এম ডি যুগী ষ্টেজদা য়াম্না মায পাক্লা শান্নখ্রে।

প্রমোদিনী অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা মীনা লাকচবা, শীংনবা য়াদবা মীশক অমা ওইনা হৌবকই। মঙোন্দা শীংনববু হৌবক্লবদি লেম্না খক থাদে, মানা ঙমদ্রিবফাওবা অঙম তাম্লি। নোংমা ফিল্মগী মতাংদা কনাগুম্বা ভদ্রলোক অমনা হায়খি, "মানা ইবিনে তৌবিসি নোক্তুম নোক্লীংই, মাগীসিবু ফিল্মগী স্কৃপ্ট ওইবা যাই হায়ব্রো? অদুবুদি মাসু জীবনিনা তৌজবিবা হায়বদুনি।"

ব্রাহৈশিংসিনা প্রমোদিনীগী মফমদা থৌনা অমা পীবকই। ফিল্মগী লাইবিক অনী ইদুনা মচুগী ফিল্ম পুথোবকই। 'লাংলেন থাদোই' মচু শঙবা ফীচব ফিল্মনি অদুগা অমনা 'থবা' ডোক্যুমেন্টবিনি। মণিপুরদদি মহাক্লা মচু শঙবা ফিল্ম পুথোকপা অহানবনি। ভদ্রলোক অদুবু শাউনিংলুবদি লাযবদনা পূক্লিংদা হন্না হন্না থাগৎলি। মানা নোক্লবীবমদ্রবদি ফিল্মগী লাইবিক অনী ইদুনা নম্নম্লোই।

প্রমোদিনী লাইবিক ইবতা নত্তনা ঈশৈসু ই। মশাগী ইস্থোলদা কে পি ষ্টুদিও লিংখৎলি। উইল কনবী অইবীনি। ইনিংবগী মৃদপু লাক্লবদি অহীং নোংযাইদসু হেক্তা হৌগত্তুনা ই। মানা ইবা লাইবিক চাউবাক্লা নিফু (৪০) মুক ফোঙখ্রে।

প্রমোদিনীনা সাহিত্যদা তৌবিবা খানসিগীদমক মণিপুবী সাহিত্য পৰিষদনা ইকাযখুম্ন বা উত্তুনা "সাহিত্য ভূষণ" হায়বা উপাধি অসি ইং ১৯৯৪দা পীখি। মণিপুব ফিল্ম ডিভলপমেন্ট কোর্পোবেশন্না ফীচব ফিল্ম "লাংলেন থাদোই"দা বেষ্ট আর্ট ডিবেক্তবগী মনা ইং ১৯৯৬কী সিলভব জুবিলী সেলেব্রেসন ওব মণিপুবী সিনেমাদা মিমেন্টো অমদি সার্টিফিকেটনচিংবা মনা পীদুনা ইকায খুম্নৈ। ইং ১৯৯৭ তা বোটবি ক্লবনসু মণিপুব সেনিযব সিটিজন এৱার্দ পীদুনা ইকায খুম্নৈ। ইং ২০০৩দা থোঙাম উধব অমসুং থোঙাম থোইবী নীংশিং মনা অমদি নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনসু 'বাইতব ওব দ ইযাব'গী মিংথোল পীদুনা ইকাই খুম্নখি। প্রমোদিনীনা শোত্থনা লৈববা নুপীশিংবু খবতা ওইববসু চিংখৎপা পাম্মী। মণিপুবী সমাজদা নুপীগী থাক ৱাংই। দেব কর্ম্ম থোক্লকপদা নুপীনা তৌগদবা মখোযগী মফম যাম্না চাউনা লৈ। অদুবু শেল-থুমগী ফীভমদদি যাম্না শোত্থনা লৈবি। অযাম্বা নুপীনা শূপ্নগী পৈশা খবগীসু মাগী নুপাগী মখা পোন্দুনা লৈ। অদুনা নুপীনা আইন্না যাবা তোঙান তোঙানবা হীবমদা শেল থোক্লবগী পাম্বৈ কথা থিদুনা শেল থুমগী ফীভম ফগৎহনবা ঙম্নবদি নুপীশিংনা নুপাগী মখা পোন্দনা হিংবা ঙমগনি থাজৈ। মহাক্লা ইং ১৯৯৫দা নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী প্রসিদেন্টতা লুপা লিশিং তবা পীবগা সাহিত্যগী মনা অমা থম্বীনবা হায়জৈ। তৌবতবু মনা অসি মণিপুবী নুপী অইবীশিংদতা পীবিয়ু অতৈদি সমিতিনা

অপাম্বা মওংদা তৌবিয়ু হায়খি।

মহাক হায়খিবা ব্রা হোংগন্দবা, তৌগে নীংখিবা থবক্তু অঙম তান্দুনা পাঙথোক্লবা হোৎনবা মীশক্লি। অদুনা অঙাং ওইবিঙৈদা লেপখিবা ফিবেপ্তু পুল্সি চূপ্পা হোংখিদে। মমাবু থাদোক্তুনা অতোপ্পা কনাগা পুল্সি লৈপুল শেমখিদে, লুহোংখিদে। মমাবু নুংঙাইহনবনা মাগী নুংঙাইবা ওইখি। মমাগীদমক থওইনা কাব অমা লৈদুনা কোইপু পুদুনা চৎখি।

প্রমোদিনীনা ইবা অমদি ফোঙলবা লাইবিকশিংদি *কবি তর্পন* (শৈবেং, ১৯৫০), *নুজা ফিদম* (ব্রবী, ১৯৫৭), *অঙাংগী অনীশুবা অনৌবা* (টেক্সটবুক, ১৯৫৮), *নব্রা শিছা* (বজনিকান্তগা পূন্না ইমিন্নবা ব্রাবেং অমসুং শৈবেং, ১৯৫৮), *লৈমবোল* (অতেনবা পুল্সি ব্রবীশিং, ১৯৫৮), *পুল্সি মৈবা* (ব্রবীমচা, ১৯৫৮), *থবা* (ফিল্ম স্ক্রপ্ট, ১৯৮৩), *লাংলেন থাদোই* (ফিল্ম স্ক্রপ্ট, ১৯৮৪), *খোঙজেংগী মঙলান* (শৈবেং, ১৯৮৪), *লোইজিং লোইয়া শৈবাংলৈ* (শৈবেং, ১৯৮৪), *থিঙেল লাইজ ইবাওখোল* (শৈবেং, ১৯৮৪), *পলেম লৈপাকলৈমা* (ব্রবীমচা ১৯৮৪), *ইমা খুল্লাকপীগী নোঙ্গাংহৈদো* (ব্রবীমচা, ১৯৯০), *অবোক্কী মঙলান* (ড্রামা, ১৯৯০), *মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো* (ড্রামা, ১৯৯০), *কবোক ওইশ্রবী কবোক্লে* (ড্রামা, ১৯৯০), *মহালক্ষ্মীগী খুংপায়শেল* (লীলা, ১৯৯০), *হাওইকো হৈযেন হাওইকো হৈখা* (ড্রামা, ১৯৯০), *নুবা যাইথিংকোনু* (লিজেন্দবি ফোক ষ্টোবি, ১৯৯০), *ইক্রিসাটকী কুলি নুপী* (লমকোয় ব্রবী, ১৯৯১), *হেল্লোই হেল্লোই মী হেল্লোই* (শৈবেং, ১৯৯১), *খুমন খম্বা* (লিজেন্দ, ১৯৯২), *তোর্বুংগী তেবা পাম্বীদা শাৎপা মৈবুল* (লমকোয ব্রবী, ১৯৯৩), *তোকঙা মখুম হাংবা* (১৯৯৪), *কংলবা সনাবৈ মযোম* (নোভেল, ১৯৯৬), *ইবেন মযোগী লৈপবেং* (লমকোয ব্রবী, ১৯৯৬), *তোকঙা চবোং* (১৯৯৬), *ঐ নহোয চঙ্ঙবোই* (ড্রামা, ১৯৯৬), *হযেন চবোং অচুম্বা* (ড্রামা, ১৯৯৬), *মুক্তা পবেং* (১৯৯৬), *ইচে থোইবী অমসুং অতৈ ব্রবীমচাশিং* (১৯৯৭), *এন্টোনি দোলাই পাবা* (নোভেল, ১৯৯৮), *ইঙ্খোল মচেৎ অমত্তংগী* (নোভেল, ১৯৯৮), *শিঙেল লৈবাং* (শৈবেং, ১৯৯৮), *খুন্নাইসিগী থোকলীলা* (১৯৯৮) অসিনচিংবনি। অদুগা ফোঙদ্রিবা লাইবিকশিংদি *নুবা শিন্দম শৈহৌ* (শৈবেং), *খুন্নাইসিগী থোক্লিবা অনীশুবা শরুক* অমদি *অঙাংগী শৈবেং* নচিংবা লৈবি।

প্রমোদিনী মশাগী অনাবা অমদগী থম্মোযদা মখূল অনী হোবদগী দিল্লীদা ওপবেসন তৌখি। অচৌবা ওপবেসননি। ওপবেসন মতূংদা অনাবদি ফখবে অদুবু লাইবক থীবদি য়েৎথংবা খৃত্তি শিথবে। পোৎ পায়বা ঙমদবে। পামজবা কলম পায়দুনা লাইবিক ইবদা অব্রাবা অমা ওইখি। অদুবু ইনীংবগী ময়ায়দুনা যাম্না ব্রানা খৃৎ ওয়না যেৎতা পায়শিল্লগা ইন্দুনা ই। মশাসু অসুক্কী মতীক শোম্বুবে। মথন্তা চৎচবা ঙমদ্রে। অদুবু ব্রাখলগী থৌনা

লিংজেলদি হন্দবি। থৌনাফবী অইবী অসি পুন্সিগী অবোইবা মীকুপ য়ৌবক্লফাও *পোক্লফম* অমসুং *নহাবোলগী থৌদাং* পাউচেগী ফিচব আর্টিকল ইবম্মী। মহাক ডিসেম্বর ৪, ২০০৬ তা থরায়না হকচাংদগী মপান থোক্লুনা অবোইবা যাহিপ তানখি।





## বাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ

বাজকুমাব ঝলজিৎ মণিপুবী সাহিত্যদা শক্তাক্লিংঙাই ওইদ্রবা অইবনি। শঙ্গোমদগী তোঙান তোঙানবা পোৎলম কযা শেম্না যাবগুম লোৎশিন্দুনা লৈবিবা মযাই কযাবু শীজিন্নদুনা মণিপুবনী ইতিহাসপু নৈনদুনা থিজিন্দুনা খূদোল কযা লেপ্লা লৈতনা তন্নক্লিবা ইতিহাসকাব অমনি। শিনযম্না উকীল ওইনা হৌবকপনি। পূক্লিংনা খোযদানা কলম থাবক্লিবনা ইতিহাসনি।

বাজকুমাব ঝলজিৎ ইং কুমজা ১৯২৪গী নোংমাইজিং নুমিত্তা যাইস্কুল হিকহনবা লৈকাযদা পোকখি। অপোকপা লোকেন্দ্র বীবজিৎ (মাযপাকম্না) সিংহ অমসুং অপোকপী কোইজম নিঙোল বজনী দেবীগী মচানুপা অহলনি। মচীন-মনাও তকক্কী মনুংদা নুপা মথন্তনি। ঝলজিৎকী মমাহল থবোলৈমা, মমাযাইমা থানিল মচা অমত্তা পোক্তে। মতম কুইনা মমীত্তা মচা অমত্তা উদনা লৈবদুদা মচা ধাবা পাল্লবোইদ্রা হাযদুনা বানকববা মতুংদা অহুমশুবা তালোয বজনীনা মচানুপা পোক্লকপদা ঈশ্ববমক্লা লেপ্লা থাদবকপগুম হবাওনখি।

ঝলজিৎনা অঙাং ওইবিডঁে সনখ্যাপুবেল নিবদ শাস্ত্রীদা ইহান হানবা লাইবিক তম্না হৌবকখি। মবিশুবদগী পেটিগ্রু স্কুলদা তম্না হৌবকই। স্কুল অসি বৃটিশনা মণিপুব লৌববা মতুং মণিপুব সবকাবনা ইহান হান্না লিংখৎখিবা স্কুলনি। অইবনা অঙাং ওইবিডেঁ মতমদুগী ৱাবী মতেক অমসু নীংশিংবীবকই। মতমদুদদি কেবোসিন, হঙ্গাম থাউ, চুহীনচিংবসি উতোংদা হাপুনা লৈনবম্মী। হৌজিক্কী মতমগী প্লাষ্টিকসিং অসি অমত্তা লৈবমদে। লিক্কী ফাওবা যাম্না তাঙলিডেঁগী ৱানি। ৱাক কৌবা অপীকপা ৱা মখল অমা হৌই। যাম্না যাংই, মদুগী উতোংদনি থাউ চুহীনচিংবা লৈনবিবসি। হাযবিবা উতোং অসি বাজাবদা য়াম্না য়োল্লি।

ঝলজিৎ পীক্লিঙৈদগী হৌনা রামায়ণ, মহাভারত তারা য়াম্না পামজবকই। নুমিদাংদা মপাবুংনা রামায়ণ, মহাভারতকী ৱারী হেক হেক লীবি। মানা চহী তকক মখায়বোম শুবকপদা মাগুবতা ওইনা ৱারী তাকবো হায়বদগী য়ূম্লোন্নবা লৈবী সনাইবেম্মা অমগা নুংতিগী চৎমিন্নদুনা মহাভারত তারা চৎলি। মহাভারতকী ৱারীবু অসুক্কী মতীক খোয়দানা তাবকই। ঝলজিৎ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা অফবা ছাত্র অমা ওইবকই। ক্লাস অয়াম্বা ফার্ষ্ট দিভিজনদা লাকই। ক্লাস নাইদগী বি এ ফাওবা স্কোলারশিপ ফংলকই। নীংশিংবগী শক্তি য়াম্না কল্লি। ইং ১৯৪৩দা মেত্রিকতা ফার্ষ্ট দিভিজনদা পাস তৌদুনা গৌহাটিগী কতন কোলেজদা আই এ তম্মী। ইণ্ডিয়ান নেসনেল কোঙ্গ্রেস অমদি ষ্টুদেন্ট ফেদরেসন্নচিংবসু য়াওবকই। কোঙ্গ্রেসকী নীতি নিয়ম পাম্না হৌবকখি। ইং ১৯৪৭তা বি এ পাস তৌদুনা এল এল বি তমথৈ। ইং ১৯৫১ দা লো পাস তৌদুনা উকীল ওই। উকীল ওইনা ওইনা এল এম এস লো কোলেজগী ওজা ওইনা চঙলকখি।

ইং ১৯৫৩দা হাওবম কুলবিধু সিংহগী মচানুপী ইবেমহলগা যূম্বানবগী লম্বীদা খোঙদাবা হৌখি। মচানুপা অহুম মচানুপী মঙা পোকই। রাজকুমার ঝলজিৎ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ইনিংবগী ঈথিল লৈবকই। ক্লাস ফাইভ অদুৱাইদগী "কোম্বীরৈ" নচিংবা শৈরেং কয়া ইবা হৌবকই। ক্লাস আইটতা "অশিবা" কৌবা শৈরেং অমা *জোনষ্টোন স্কুলগী মেগাজিনদা ফোঙখি। হায়রিবা চহী অসিমক্তদা "নল দময়ন্তী"* কৌবা ড্রামা অমসু ইখি। অহানবা তাঙ্কক অদু ষ্টুদেন্ট ফেদরেসন্না ৱান এক্ট প্লে ওইনা শান্নখি। "গোমতী" কৌবা উপন্যাস অমসু ক্লাস টেন তম্বগী অদুৱাইদা ইখি অদুবু ড্রামাগা উপন্যাসসিগদি ফোঙখিদ্রে।

আইনগী ছাত্র ওইনা হৌবকপনা, শিনফমসু উকীল ওইনা চঙলকপা ঝলজিৎনা উখি– মণিপুরসি মণিপুর ৱাংমা হেক লানখিবগা ময়াম্না ইখঙ খঙবীদে অদুগা মণিপুরগী ইতিহাস অসিসু মণিপুরগী মী ফাওবনা নীংথি-নুংঙাইনা খঙনদে। কনা-কনাগুম্বা ইতিহাসকারশিংনা মণিপুরগী ইতিহাসসি গরীবনিৱাজ মহারাজনা পানবা হাক্তগী ওইনা অয়াম্বা ইনৈ। মসিগী মমাঙগী পিরিওদ অসি অনকাউন্টেট পিরিওদ হায়দনা জে রোইহোযনা ই। মণিপুরগী অনকাউন্টেট পিরিওদ অসি থিদরগী ৱানি, থিবগদি ইবায় লায়না কুম্মাহুমদোইশুবা এ দি পাখঙবনা পানবা মতমদগী অদুম্মক ফংই। অদুনা ময়ামসু খঙননবা হায়বা ৱাখল্লোনসিদা মণিপুরগী ইতিহাসসি ইবা হৌখি।

ইতিহাস অমা ইবা হায়বসি ফিক্সনগুম্না শাগৎপা যাদবনিনা য়াম্না থিবা, হংবা নৈনবা চঙই। অদুবু লাইবক ফবদি পণ্ডিত চন্দ্রসিংহনা লাইরিক কয়া অমদি অইবা মেন্যুস্ক্রপ্ট কয়া পীরীবক্তুনা ইতিহাসকী লাইরিকশিং ইবকপদা অচৌবা মতেং ওইবকখি। অইবনা মাগী *মণিপুর* অমসুং *এ শোর্ট হিষ্টরী ওব মণিপুর* হায়বা

লাইবিকশিংদুদা ঙসিগী মণিপুব অসি মহাভাবতকী মণিপুব অদুনি হায়না অকনবা মোত পীবি। অইবনা হায়বি– "ঐহাক্কা ইবিবা ইতিহাসকী লাইবিকশিংগী মচাকশিং অসিদি ঐগী লনাই মীৎয়েংনা শেমজিন শাজিনবা নত্তে। লৈবম লৈবক্লিবা অমদি ফংলিবা বেকোর্দশিংগী মতেংগা লোযননা মবম চাবা প্রমাণ পীদুনা ইখিবা ঙাক্তনি। ঐখোযগী মণিপুব অসি নত্তনা পৃথিবীগী মফম অমত্তদা মণিপুব কৌবা লম অমত্তা লৈতে। ওবিষ্যাদা মণিপুব কৌবা লম অমা লৈ হায়নবিবদুদি মনফুব হাযবনি। মণিপুব ভাবতকী নোংপোক চিদাযদা লৈ। অর্জ্জুন্না অশ্বমেধগী শগোল মতুং ইন্দুনা লাক্লগা মণিপুব যৌবকখি। মহাক্কা মণিপুবগী নিংথৌ মচানুপী চিত্রাঙ্গদা লৌখি অমসুং মচানুপা বব্রুবাহন পোকখি। শগোলসিনা পৃথিবীগী ঙমখৈ য়ৌবে হাযদুনা হস্তিনাপুবলোমদা মায ওল্লকখি। পৃথিবীগী ঙমখৈ যৌবে হাযবদি ভাবতকী ঙমখৈ যৌবে হাযবনি। ঙমখৈ হাযবিবসি ইঙো অবিযানশিংনা খঙবা লমসিবুনি। চিত্রাঙ্গদাগী কুচু অসি মহুব্রা হাযবা উদুগী মপাল মাল্লি হায। মপাল অদু ঐখোযগী মচুদদি থাউনম মপাল মচুনি। কুচু অসিনা তাক্লিবদি মহাক মোঙ্গোলোইদকী মচা মশুনি।

মণিপুবদগী *হস্তিনাপুবদা হল্লকপগী* খোঙচত্তা শগোলদু পাটনাগী মনাক্তা লৈবিবা জবাসন্ধগী কোনুং বাজগুহ ফাওদুনা লাকই। মসিনা প্রমাণ তৌবিবদি মণিপুব অসি পাটনাগী নোংপোক্তা লৈ, অদুগা অমুকসু মচীন-মনাও মঙানা স্বর্গ কাবা (শিবা চৎপা)গী মতাঙদসু মচীন-মনাও মঙানা চৎখ্রবা মতুংদা চিত্রাঙ্গদাদি মণিপুবদা হল্লকই অদুগা সুভদ্রাদি দিল্লীদা লৈহৌই। হাযবিবশিং অসি কৃপ্না নৈনববা মতুংদা ঐখোযগী মণিপুব অসি মহাভাবতকী মণিপুবদুনি হাযবি। মসি মহাভাবতকী আদি পর্ব্ব, অশ্বমেধ পর্ব্ব অমদি মহাপ্রসাদনিকা পর্ব্বনচিংবদা মযেক শেংনা য়াওবি হায।"

ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী 'চিত্রাঙ্গদা' গী মতাঙদা লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহলনচিংবা খবনা কবি ঠাকুবগী মনাক্তা চত্তুনা 'চিত্রাঙ্গদা'গী মতাঙদা প্রোটেষ্ট তৌকই মবমদি চিত্রাঙ্গদাগী কবেক্তব অসিনা মৈতৈ নুপীগী লমচত্রা যাম্না শোক্লে। মদুদা কবি গুরুনা পাউখুম্লকখি– অর্জ্জুনসি মতম অদুদা ব্রহ্মচার্য্য নিযম ঙাক্রা চৎপা মবম্না অর্জ্জুন্না হৌহল্লবদি ফজদ্রে হাযদুনা ঐগী কল্পনাদা নখোযগী নবেনথৌ চিত্রাঙ্গদানা হৌহনবনি। কবিনা পুবিবা মণিপুব অসি ঐখোযগী মণিপুব অসিনি হাযনা ইতিহাসকাব ঝলজিৎনা হার্যবি। ইংলিসতা অইবগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি– ১। *মণিপুব* (১৯৭৬), ২। *এ শোর্ট হিষ্টোবী ওব মণিপুবী লিটবেচব* (ভোল্যুম ৱান অমসুং টু), ৩। *এ শোর্ট হিষ্টোবি ওব মণিপুব* (১৯৬৫) অসিনচিংবনি। ইতিহাসকী লাইবিক ইবদা নত্তনা অইবনা অঙাং ওইবিবৈঁদগী হৌজিক ফাওবদা শৈবেং কযামকমসু লেপ্তুনা ইবক্লি। লোযননা হন্দোক্লোয অমসু ওইবি। ফোঙলবা

শৈবেংগী লাইবিক *কবিতা নিকুঞ্জ* (১৯৯৬) অমদি *ভাবতকী স্ববাজ* নি (গান্ধীজীগী হিন্দ স্ববাজদগী হন্দোকপা)।

অইবগী ফোঙননবা শেম শাববা লাইবিকশিংদি *কবিতা মাধুবী* (শৈবেং) অমদি *এ শোর্ট হিষ্টবী ওব মণিপুবী লিটবেচব* ভোল্যুম অহুমশুবনি। অদুগা ইগে হায়না খল্লিবনা *হিষ্টবী ওব মণিপুবী লেঙ্গোইজ* নি।

অইবা অসি অহল ওইজববসু ইবগী লমদদি নহামচাগুদ্বনি, নহামচাগুম কলমগী মচীন য়াঙনা চৎলি। সাহিত্য একাদমীগী এসাইনমেন্ট কয়া মক ওইনা মাধব বাম ব্বাহেংবা অমদি অবিবা মণিপুবগী শৈবেং নেসনেল বূক ত্রষ্ট ওব ইন্দিযাগী বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনচিংবা লাইবিক কয়াসু ইবি।

আদর্শবাদকী কবি অমসুনি হাযনা শীংথানবিবা বাজকুমাব ঝলজিৎনা ওল ইণ্ডিযা বেডিওনা ওর্গেনাইজ তৌবা কবি সম্মেলন কযাদসু শরুক যারুবে। কোলকত্তাগী ভাবতিয ভাষা পবিষদতা মৈঠীলি লিটবেচবনা মণিপুবী সাহিত্যদা পীবা প্রভাব হাযবসিদা সেমিনাব পেপব কযাসু পারুবে লোয়ননা মপানগী লমদা সভাপতিসু ওইরুবে।

বাজকুমাব ঝলজিৎনা ইতিহাসকী লমদা থিজিন্দুনা, হোৎনদুনা পুথোবক্লিবা লাইবিক ময়ামসিবু শকখঙবা ওইনা ভাবত সবকাবনা মঙোন্দা লেমজনীংঙাই ওইববা পদ্মশ্রী ইং ১৯৯৯ দা পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। ইং ১৯৮০দসু অইবনা ইতিহাসকী লমদা তৌবিবা দান মযামসিবু ইকাইখুম্নবা উত্তুনা মহাবাণী স্বর্ণময়ি এৱার্দ পীদুনা মহাকপু ইকাইখুম্নখি।

মহাক্লা ছাত্র ওইবিঙৈ বি এ তল্লিঙৈদা প্রতিভা দেবী সিলভব মেদল (অসামগী মনুংদা খ্বাইদগী মকোক থোংবদা পীবা মনা)সু ফংখি।

অইবা অসি মণিপুবগী সংস্থান কয়াগসু খূৎশম্নবকই। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী সেক্রেটবী, প্রসিদেন্ট, মণিপুবী বিসার্স সোসাইটিগী প্রসিদেন্ট অমদি মণিপুব সংস্কৃত পবিষদকী প্রসিদেন্টনচিংবা ওইবম্মী। সাহিত্য একাদেমীগী এদভাইজবী ওইনা লৈবি।

লাইবিকপু চান্নবা মরূপ ওইনা খনবা ঝলজিৎনা এল এম এস লো কোলেজগী লেকচবব ওইনা চহী নিপাল্লোম ওইববা মতৃংদা ইং ১৯৬৩দা প্রিন্সিপাল ওইনা প্রমোসন ফংই। মহাক্লা কোর্টকী অকাদমীক কাউন্সিলগী অমদি গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী ফেকল্টি ওব লোগী মেম্বব মখল কযামুক ওইবকই। ইং ১৯৮২দা মণিপুব য়ুনিভর্সিটিগী কন্ট্রোল্লব ওব একজামিনেসন ওইনা লাকই অদুগা ইং ১৯৮৬তা প্লানিং বোর্দকী ভাইস চিযবমেন ওইনা থবক্তগী পোথাই।

মশাগী চহী ৭৮ বোম শুবক্লবা অইবা অসিগী ইবগী থৌনা যাম্না লৈবি। থবক খূদিংমক নংনবা চেল্লি। মতমগী মমল খঙনা থবক খূদিংমক পাঙথোক্লি। মহাক্লা হায়—

"ৱাখলগা থবক্তা লোয়ননা নুংতিগী পাঙ্গলগী থবকসু শুবা হায়বা মমল য়াম্লবা মন্ত্র অসি ঐনা সনখ্যা পুবেলদগী তমজহৌই। ঐ ৱাখলগী থবকসু শুই, পাঙ্গলগী থবকসু তৌই। ঐনা তমজহৌবা অতোপ্পা মন্ত্র অমনা ইশাগী থবক ইশানা ইকায়বা লৈতবা হায়বসিনি। হৌজিক ফাওবা ইশাগী থবক ইশানা হেক ঙম্বমখৈ তৌই কনাগী খূৎ ঙাইদনা।" মসিনি অইবগী তোপ-তোপ্পা মগুণ।





## লাইশ্রম সমবেন্দ্র

তমিন তূমিন মথন্না নোম্বগা চৎপা, মশা ইপা পাবা, পাবরসু উইবদি মানবা, মানা কবিগুরুবা অমা যেংলবদি মনূং হূৎচিন্না মকোক্তগী মতোন ফাওবা যেংগনবা, মতৌ মান্দনা ফাগী হৈবা, মনম হুনতক তৌবা নুপাদু কনানো? মহাক অদু অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচত্তা অনৌবা খৃৎইগী অনৌবা খৃৎমাবশিংগী মরক্তা অমনি। পীক্লবা ককচেংনা চীংজাওবু মশক খঙদবগুম, মী অমনা মী অমবু পূমখঙ খঙলে হাযবা ওল্লোইদবা মঙাল নাইবা মহাক অদু অতৈ কনাসু নত্তে, লাইশ্রম সমবেন্দ্রনি। ককচেংনা পূক্কৈদগী চীঞাক হোনবদা লোইবা নাইদবগুম সমবেন্দ্রনা তপ্না তপ্না চিংথোবকই, পুথোবকই মাগী পূক্কৈদগী মখল মথেলগী শৈরেং কয়া, রারেং কয়া।

লাইশ্রম সমবেন্দ্র জুলাই ২০, ১৯২৫ গী নিংথৌকাবা নুমিত্তা যাইস্কুল হিকুহনবা লৈকাযদা পোককই। লাইশ্রম তোমাল অমসুং ইবেমহলগী অহুমশুবা মচানি। মচীন-মনাও মঙানি। মথক্তা মচেম অমা, মখাদা মচল অমা লৈ। নুপা অহমনি। মযাম্বা অহল বীরেন্দ্রকুমার লৈবাক্তা শকখঙনবা মীনি। অঙাং ওইরিবঁদগী মচীন-মনাও অনীমক লাই যেকপা অমসুং ঈশৈ নোংমাই পামজবকই।

সমবেন্দ্রগী অপোকপা লাইশ্রম তোমাল নুপীনা লাইবিক তম্বা কযা পামদে। অদুনা মচানুপীশিং মযূমদা ইবা পাবা তমহল্লি। স্কুল কাহন্দে। তৌবদি মতমদুদা নুপীনা লাইবিক তম্বসি কযা পান্নদে, থরায যাওবা খবা নত্তনা। লৈকায অমত্তদা লৈমিন্নবা হিজম অঙাংহলদি তোমালগা রাখল মান্নদে। মাদি নুপীনা লাইবিক তম্ববু পূক্লিং যাম্না থৌগৎলি। অঙাং ওইবিভঁদা সমবেন্দ্রসু এল পি স্কুল কাদুনা মপী লাইবিক তম্লক্তে। যূমদা ইবা পাবা নৈনববা মতুংদা বাম লাল পাল স্কুলদা ক্লাস টু তম্মী। মতমদুদা বাজকুমাব শীতলজিৎনা ওজা ওইরম্মী। মানা তাকপীবা বাংলা শৈরেং কয়া চিনফা পুবম্মী। ক্লাস থ্রীদগী যোব হায স্কুলদা

তল্লবা মতুংদা ক্লাস নাইনদগী চুড়াচান্দ হায় স্কুলদা তল্লগা মেত্রিক থাবকই। সেকেণ্ড ডিবিজনদা পাস তৌই। লাইবিক ময়াই ওইনা ফবকই, অঙ্কদি হৈনবক্তে। অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা শান্নবা যাম্না পাল্লকই। হোকি, ফুটবোল থৱায় যাওনা শান্নে। হোকিগী কেপ্টেন ফাওবা ওইবকই। লৈকায়গী অঙাংশিংগী শান্নবদসু লুচিংবা ওইবকই।

ক্লাস টেন পাস তৌববা মতুংদা নবদ্বীপকী বিদ্যাসাগব কোলেজদা আই এ তম্মী। মতমদুদা নবদ্বিপতদি লাইবিক ফংদদুনা কোলকতা তান্না লাইবিক লৈবা হেক হেক চৎলি। ভাড়া লুপা অমত্তনি। ছাত্র ওইবিঙৈ চিনফা পুবা যাম্না কল্লকই, শাংল-শাংলবা শৈবেং কয়া চিনফা পুবকই।

সেকেণ্ড ডিবিজনদা আই এ পাস তৌববা মতুংদা কোলকতাগী সেন্ট পালস কোলেজদা বি এ তম্মী। বি এদা মৈতৈলোন লৈবমদে। অদুনা ওল্টবনেটিব ইংলিস লৌবকই। টেক্সবুক নত্তবা মৈতৈলোনগী লাইবিকসু লৈবমদে। ছাত্র ওইবিঙৈ মঙাও থীনা হৌবকই। থকপা চাবা পাল্লকই, পুন্সিদা নুংঙাইবা হায়ববু অসিনি হাযনা থকই অদুবু নোংমা বিশাং কৈশিং (মণিপুবগী চীফ মিনিষ্টব ওইবম্বা) না খূদোম্বী শীংলদুনা শাউনা "নঙনা ফত্তবা সঙ্গশিং অসি থাদোক্তুবদি নঙবু পোকপা পাবুংদা হায়দোক্লগনি" হাযদুনা ধমকা তৌবকপদগী কিদুনা যু থকপা তোকখি হায।

বিশাংনা সমবেন্দ্রদগী ক্লাস অনী হেল্লি। মহাকসু কোলেজ অসিমক্তদা তল্বা ছাত্রনি। মহাক সমবেন্দ্রগী পাবুংবু মুন্না খঙবা মীশক্লি। গান্ধীজীনা তৌকবা অবানবা লমচৎশিং অদু মপাদা লাল্লে হাযদুনা মচীন্না হাযজবদি ঙমদ্রদুনা চিঠি ওইনা ইবগা খঙহনখিবদু সমবেন্দ্রনা নীংশিংলকই। নীংশিং ইবেলদা পিগী ঈবা চেল্লকই।

সমবেন্দ্রনা হায, "নহা ওইবিঙৈ পুন্সিদা থাবল চোংলক্তে, লিকোন যাওবক্তে, চেনা পাযবক্তে, ছত্রংগী পো কাঙলক্তে। পামজনা খোযদানা ঙাইনবিবা নুবা পাখঙগী 'হাপচগেনে, হাপ্পীবোনে' হায়দুনা অহীং য়াবেক্লবিবা বসন্তগী লিকোন য়াওবক্তে। পূম্নমকসি পূমতোক তোক্তুনা, অঙাওবা নোংলৈগুম শান্নবদা ঙাওবকই। অঙাওবা মবক্তা ইঙাগী নোংহৌগুম শৈবেং ইবা হৌবকই। ইহান হানবা ওইনা বি এ তল্লিঙৈদা মাগী শৈবেং 'লৈ লাংবা' ইং ১৯৪৬তা কোলকতাদা মণিপুবী ষ্টুদেন্টস এসোসিএশননা ফোঙবা *খোঞ্জেল* কৌবা চেফোঙদা ফোঙখি। অঙাংদি নীংথাদা খঙবগুম শৈবেং অসিদগী মাগী মগুণ খঙবা হৌবকই।

ইং ১৯৪৮দা বি এ পাস তৌববা মতূংদা ইহান হানবা ওইনা শিন্দম শিনশঙ স্কুলদা ওজা ওই। তলব লুপা ১০০ ফংই। মতূংদা তম্ফাসনা স্কুলদা ওজা ওই। মতম অদুদা স্কুল অসিগী হেড মাষ্টব অসি হাওবম ইবুঙোতোম্বীনা পুই। তম্ফাসনা স্কুলদা জিওগ্রাফিগী ওজা ওইননবগী দবখাস্ত অমা থাবকউ হায়বদগী পোষ্টতা থাদখি। খল্লে লাকউ হায়বদগী

অহানবা জোইন তৌবা চৎপা নুমিত্তুদা তম্ফাসনা স্কুলগী গেটতা ছাত্রি ময়াম লৈবম্বদগী ইকায়দুনা স্কুল চঙবা ঙমদদুনা খ্বাইবম্বন্দ বাজাবদা হাইগৎলি। মতমদুগী ছাত্রিশিংদু য়াম্না চাউই, লৈশাবী ফায। ফি ইন্নদুনা লীক-কোলগা য়াম্না শিবদুনা স্কুল কায় হায়।

সমবেন্দ্রনা নুপীগী স্কুলদা ওজা ওইবসি তোক্লসিবা হায়না কন্না থল্লম্মী অদুবু মবোক্লা সবকাবগী থবক তৌবা তলব চাবা হায়বসি অফবা থবক্লি চৎলু হায়না কন্না তকশিনবদগী মথং নুমিৎতা চৎখি। নমদুনা ওজা ওইখি। অদুবু নিংথেমজাউ কৌবা য়াম্না ইকায়থীগনবা নুপা অমখক্তি অহানবা জোইন তৌবল্লগা নীনি শুবদা স্কুল কাবকখিদে। নুপীমচাগী স্কুলদা ওজা ওইবা ঙম্মোই হাযদুনা তোকখি হায।

সমবেন্দ্রনা তম্ফাসনা স্কুলদা ওজা ওইববা মতুং ইকুই কুইদনা হুইদ্রোম বীবহবিগী মচানুপী বীনাপানিগা ইং ১৯৪৯দা লুহোঙই। অহল মশেল হাযনা-শীংনদুনা হোঙবনি। লুহোঙদ্রিঙৈগী মমাঙ নোংমতা নুপীদু মশক যেংবা চৎলক্তে, খঙলক্তে। মমা মপানা শীন্নিবদু ফবে হাযদুনা অয়াবা পী। বীনাপানি তম্ফাসনা স্কুলগী ছাত্রিনি। কোনুংগী খোমদোন লংবী ওইবকই। ঈশৈ শকপসু হৈ। ঈশ্ববু থাজনা নীংজবা মীশক্লি।

সমবেন্দ্রনা ওজা ওইববা ফাওবদসু শান্নবগী নিশা থাদোকপা ঙমদে। তম্ফাসনা স্কুলদা বেদমিন্টন শান্নবা হেক হেক চৎলি। এলাংবম নীলকান্তসু লাক্তুনা শান্নমিন্নৈ। শান্নবদা মতম হৌখিবা নুমিৎ তাখিবা খঙহৌদে। শান্নবদা কা হেন্না থব্বায় য়াওমনবদগী যুমগী মীশিংগা খৎনবসু কোঙ্গাযনি। অদুবু মানা ঙ্মদুনতা লাকখি। শান্নবতা নত্তনা লাইযেকপসু য়াম্না পামজবকই। কেনভাস ফাওবা নৈ। মখল কয়াগী লাইযেকপা তম্মী। লাইযেকপদা নত্তে ঈশৈসু য়াম্না থব্বায যাওনা পামজৈ। মখল খুদিংমক্কী ঈশৈদা বস চুপ্পা ঙম্মী, শকপসু শকই। ঈশৈদা ঙাওদুনা ওজা নাইনা তম্মী। চীংমীশিংগী ঈশৈ কযা শকপা ঙম্মী। মাও, তাংখুল, কবুই, মাব, পাইতেনচিংবগী ঈশৈদা নত্তনা মৈতৈগী পেনা, খুল্লং ঈশৈ, নট সংকীর্ত্তন মসিদগীসু হেন্দোক্লদুনা গজল অমসুং ঠুমবিদসু ঙাওজৈ। ঙাংবম নিমাই, চন্দ্রকলা, পীশকমচানচিংবগী দিস্ক, ইংলিস সোং, পোপ সোংনচিংবগী দিস্ক কযা লৈদুনা তায়, শকই। অদুবু মঙোন্দা খ্বাইদগী নুংঙাইতবা ব্রাফমদি ঈশৈ অমত্তা মপুং ফানা শক্তোকপা ঙমদবসিনি। খ্বাইবাকপম চাউবগী 'শিনফম ওন্নবা' হাযবা ব্রাবেংদুগী ব্রাখল্লোনদু মহাক্কীদমক্তদি শৈবেংদা পূল্লপ থল্লন্নে।

সমবেন্দ্রগী মচানুপী ঙাক্তা তবেৎ পোকই, নুপা অমত্তা য়াওদে। নুপা য়াওদবগী থোইদোক্লা নুংঙাইতবা তৌদে। নুপী পোক্লে বস ফবে হায়দুনা অদুম হবাওই। অদুবু অহল ওইশিল্লক্লবা থবক পাঙবা ঙল্লক্তবা মতমদদি নুংঙাইতবা ফাওবকই। চেনফম থোকপা, তৌদবা য়াদবা নুপাগী মথৌদু নুংশিবকই। মচাশিং অয়াম্বা থবক তৌই। মচানুপী যাইমা গাইত্রি দেবী ডেন্টল সর্জননি। মহাক্লা মণিপুবগী ইহান হানবা নুপী ডেন্টল সর্জননি। মচানুপী

মঙা ময়ূম পানখ্রে, অনী লৈবি।

সমবেন্দ্রনা কন্না শৈবেং, ৱাবেং ইবা হৌখিবসি তম্ফাসনা স্কুলদা ওজা ওইবিঙৈদনি। বি এ লোইববা মতূং ইম্ফালদা থোবকপদা মণিপুরগী রাজনীতিগী অকনবা নুংশিং মাযকৈ শলাই খুঙদনা শীৎলক্ষ্মী। শীৎলিবা নুংশিং, তৌনবিবা ঈবাং ময়ামদু উকল্বদা নোক্লিংবা ফাওবক্সী। মসিদগী মাগী ফাগীগী কবিতা ইবা হৌখি।

*সনাকৈথেলগী লাইফদিবী বাই তোনু দেবী* তম্ফাসনা স্কুলদা ওজা ওইবিঙৈদা অঙাংগী ওইনা ইবনি। মসিদা য়েক্লিবা মনুং অমসুং মপানগী লাইশিং মশামক্লা য়েকপনি। তম্ফাসনা স্কুলদগী ত্রান্সফব থাদুনা মথং মথং ওজা ওইকই উখ্রুলদা, মাওদা, জিরিদা অমদি ইম্ফালগী মফম কযাদা। চৎলু চৎলুবা খূদিংদা মতম মতমদুগী পূক্লিংদা ফাওবা ৱাবেং শৈবেং কয়া ইবকই। ফাগী, কবেম্নবা, থম্মোযনুংগী অনীংবা ফোঙদোকপা, যাম্না সেবিযস ওইবা ষ্টাইল শীজিন্নদুনা অমদি আইবনি, হ্যমবনচিংবগী শৈবেং কয়া পুথোবকই। লোন্দা পুদা অচম্বা ৱাহৈনা অচম্বা মওংদা ই। মীওইবগী পুন্সি অমদি লীচত্তা লোৎলিবা নুংগী অচুম্বা অমদি মসিগী হোংলক্লিবা মশক কয়া পুথোক্নুনা উৎলকই। সমবেন্দ্রগী শৈবেংশিং লৈখল শুববা লৈকোলনি।

সমবেন্দ্রনা শোক্তবা মফম লৈতে— লিটবেচব, থিযেটব, ফিল্ম, পেন্টিং, স্পোর্টস অমদি লম লমগী কলচবনচিংবা। খঙসু খঙই, নৈসু নৈনৈ। অদুবু খঙই হাযদুনা অহে-অপা শাদুনা নাপল তৌদে। ইকাই থীগল্লি। মীমাঙ থোক্নুনা ভাষণ শাংনা পীবা, ৱা ঙাঙবদা হৈথোই শিংথোইবা ওইদে। মশাদা মুদপু লাক্লবা, হৈবু হৈনিংলবা চৎনা চৎনা ঈশৈ শকই, শৈবেং থী। ফাইবেলগী অঙাওবা লৈচীলগা মাগী থম্মোয়গা থেঙ্গাযনৈ। কবিগুরুদা মশাগী মমিং সমবেন্দ্রগী মহুত্তা অমবেন্দ্র হাযবা পেন নেম শীজিন্নদুনা অতেনবা ৱাবীমচা কযামকম ইবক্সী। অমবেন্দ্র নত্তবা অতোপ্পা পেন নেম অমনা অমবনি। 'অমবগী চিঠি' হাযদুনা *পোক্লফম* দা চযোল খূদিংগী ফোঙলি।

সমবেন্দ্র লাইবিক ইবদা নত্তনা ফিল্মদসু থৱায য়াওজে। ইং ১৯৮১দা পুনেদা পাঙথোকখিবা ফার্ষ্ট নেসনেল এমেচব ফিল্ম ফেষ্টিবেলদা মহাক্লা নমখিবা ফিল্ম "নুমিৎযুংবদা" হায়বা ফিল্মদু উৎখি। মসি অঙাং ঙাক্তনা শান্নবা সাওন্দ য়াওদবা ব্লেক এন্দ হ্বাইটকী ফিল্মনি। ফিল্মসিগী মবমদা *টাইমস ওব ইণ্ডিযা* দা ফিল্ম ক্রিটিক পামেলা ফিলিপোসনা শীংথাদুনা ইবকখি। অসি নত্তবা দোক্যুমেন্টবি ফিল্ম "মোইবাং পর্ব্ব" সু নমখি। ফিল্ম দিবেক্সন মহাক্লা তৌবনি। মণিপুবগী আর্ট এন্দ কলচব দিপার্টমেন্ট অমসুং ই জেৎ সি সি কোলকটানা পুথোকপনি। অইবনা অবাম্বম সমবেন্দ্রনি। "খূৎকী লাই" হায়বা মিনিট অনী মখাযমুক্কী ফিল্ম অমসু পুথোকখি। মদু মহাক্লা য়েকপা লাই ঙাক্তনি।

সমবেন্দ্র য়াম্না কপকল্লি। নোংমা ঈশৈ শকপী নুপীশিংনা বাশক শয্যা শকপা তাৰুই

হায়। মবুংঙো কৃষ্ণ লাক্লে হায়দুনা বাধানা থরায় রানা ঈখৌলাংনা ঙাইজবা, শেমজকবা লৈগী শয্যা অবেম্মা তাবে রাবৌগনুকো হায়না খাঙবা ঙমদনা কপ্পকপদা শখিশিংনা বাধাগী অরাবা য়েংবা ঙমদ্রদুনা কৃষ্ণ পুবকই। ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী যুগল রূপ থোবকই। নুংশিবা ঈশৈগী সুবগা, রাবীগা তোৎশিন্নবকই। তাবিবা সমবেন্দ্রসু পি নৌবী নুপীগুম পি শীম্বুবমখৈ কপখি। কাউবা ঙমদে। কৃষ্ণ কোনসসনেস নত্তে কৃষ্ণ কনটেক্টনি। হকথেংনবনি, পি তাখিবনি।

সমবেন্দ্রগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি ১। *রা অমত্তা হাযগে তেলঙ্গা* (শৈবেং, ১৯৬২), ২। *মমাঙ লৈকায থম্বাল শাৎলে* (শৈবেং, ১৯৭৪), ৩। *খুল অমগী রাবী* (শৈবেং, ১৯৮৫), ৪। *সনা কৈথেলগী লাইফদিবী বাই তোনু দেবী* (অঙাংগী শৈবেং, ১৯৯১), ৫। *রাকচিংগী কবিতা* (শৈবেং, ১৯৯৯) অমসুং ৬। *স্বর্গদা অরাবা অমসুং নুংঙাইবা* (রাবেং, ১৯৯৯) অসিনি। ফোঙদ্রিবা লাইবিক থোইনা লৈতে শূপ্নগী অচোইবা শৈবেং খবা নত্তনা।

সমবেন্দ্রনা সাহিত্যদা তৌবিবা দান অসিবু শকখঙবা ওইনা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমিনা ইং ১৯৭৪দা *মমাঙ লৈকায থম্বাল শাৎলে* হাযবা শৈবেং লাইবিক্তা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমি এরার্দ পীদুনা ইকাইখুম্নে। হায়বিবা লাইবিক অসিমক্তদা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা যামিনি সুন্দব গুহ গোল্ড মেদল ১৯৭৫ অমদি সাহিত্য একাদেমিনা সাহিত্য একাদেমি মনা ১৯৭৬ পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎলি। মহাক্না মনা অহুমসি চহী খূদিংগী থংন-থংননা ফংদুনা "হেট ট্রিক" ফংখি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী খ্বাইদগী অরাংবা উপাধি "কবিবত্ন" জুন তাং ১৪, ১৯৯২দা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী ৫৭শুবা মীফমদা পীদুনা মহাকপু ইকাইখুম্নবা উৎখি। উপাধি অসি হিংলিঙৈদা ফংবা অইবশিংগী মনুংদা মহাক্না অহানবা কবিনি। অসিদসু নত্তনা মাগী চোইনা তাববা শৈবেংশিং (জবনেলদা ফোঙখ্রবা অইবা মশাদা লৈহৌদ্রবা) পি এস পব্লিকেশন্সকী শবত খুমন্না খোমজীন্দুনা পুথোক্লিবা শৈবেংগী লাইবিক *রাকচিংগী কবিতা* দসু "খোইবোম তোমচৌ নীংশিং সনাগী মেদল" ইং ২০০০দা পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। মহাক্না মনা অসিগী মতাংদা হায, "ঐঙোন্দা ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা পীবিবিবা মনা অসিমক্তি হৌবক্লিবা অইবশিংদা পীবিবম্বনা হেন্না ফৈ।"

সমবেন্দ্রনা পামজনা পাখিবা, ঙাওজবিবা অইবশিংদি টি পি নন, ববীন্দ্রনাথ, লি হাও চু, কৃষ্ণ মূর্ত্তি, বজনিস অমদি নজরুল ইসলামনি। মখোয়গী শৈবেং, রাবেংশিংনা ঙাওহল্লি, কপহল্লি, নুংঙাইহল্লি। পুন্সিগী শরূক তঙ্খায় হেঞ্জিল্লক্লবা অইবা অসি বজনিসতা কন্না ঙাওবি হায়। অদুবু মখোয়গী অইবশিং ফনা য়াম্না পাববসু মখোয়গী মমি মাগী শৈবেংশিংদা অপাগ্ননা মসিদা লৈবে হাযবা ঙমদে। খা চীক্লুনা চঙদনবা পল ঙাকই

অদুবু পল নমথেক্লুনা খবদি চঙলম্বসু য়াই। মসিনি সমবেন্দ্রগী শৈবেংগী মশক।

সমবেন্দ্র মশাগী মবমদদি য়াম্না চেকশিন্দবা মীশক্নি। মশাগী অফোঙবা লাইবিকশিং অইবা ৱাবেং শৈবেংশিং চেকশিন্না অমত্তা থমদে। অদুনা অইবা কযা মফম খঙদনা মাঙখি। ইদুনা জবনেলদা, খববদা ফোঙস্রবা কয়া মফম খঙদনা মাঙখি। কদায়দা ফোঙখি হায়বা ফাওবা নীংশিংদে। মশাগী চহী ৭৫ বোম শুববা অহল ওইশিল্লকবা অইবা অসি হৌজিক ফাওবা ইবগী থৌনা হন্দবি। ইবি, লেপ্তুনা ইখিগনি। অবোইবা মীকৃপ্তু য়ৌবক্তিবা ফাওবা চোকথবা নাইদনা। হৌজিকসু নহামচা পাখঙমচানা তৌগদবা থবকশিং কোইচেল চেন্দুনা পাঙথোক্নি। ঈশিং ফংদ্রবদা নোঙ্গৌবীনা কুমগী নোং ঙাইবগুম ঈখৌলাংনা তুলু য়াওদ্রবদি তাবক্তবা ঈশিংদু তাবকপা ঙাইবি—

অঙাংগী লৈবাক্তা
অঙাং ঙাক্তনি পূম্নমক
পূক্নিং ৱাখলসু লৌশিংসু অঙাংনি
অঙাংগী লৈবাক্নী উনা শাবা তোটি
ঈশিং তাদে
অঙাংগী লৈবাক্নী উনা শাবা ঈলেক্ট্রিক
মৈ ঙান্দে।

(খুল অমগী ৱাবী, লা. ৯)

হাযবা শৈবেংদু নৌহৌননা নীংশিংহল্লি।





# এলাংবম সোনামণি সিংহ

য়া ঙনা চেন্থবক্লিবা ঈচেলবু থিংলুবা ঙমদে কন্নানসু, ব্রাখলগী ঈচেলনা চেন্থবকপদা থেংলু থেংলুবা হিদেন্দা কবিগী খোৰ্জেল্না অঙৌবা চেবাংদা থেংনকবা কযাগী মচু মখল মখল থোকহল্লকপবু ঙক্লিংঙাই ওইববনে? শৈহৌদা পামজনা ঙাওজবকই শৈবেংদা, ঙাওজবতা নত্তে খূৎ থাবকই। অবোইবা খূৎথাসু শৈবেংনা ওইগে খঞ্জবিবা, অহল ওইজববসু মশা খীংনা উবিবা এলাংবম সোনামণি নৌনা শক্তাক্লিংঙাই ওইদ্রবা মণিপুরী সাহিত্যদা অৱাংবা ফিদা ফংলবা অইবনি।

এলাংবম সোনামণি খৃ কুম ১৯২৫ জুলাই ১১দা মোইবাংখোম লোক্লাওবুং ইম্ফালদা পোকখি। অপোকপগী মিং লৈবেন সিংহ অমসুং অপোকপীগীনা লাইশ্রম নিঙোল এলাংবম ওংবী ইবেমহল কৌই। মচীন মনাও তবাগী মনুংদা মবিশুবনি। নুপা মঙা নুপী মঙানি। অপোকপা লৈবেন সিংহনা মচা তবাবু মী ওইনবা অৱাবা কযা খাঙদুনা হোৎনখি।

অঙাং ওইবিঙেদগী হৌনা সোনামণি লাইবিক ফবা ছাত্র ওইনা হৌবকই। পেটিগ্রু সাহেবনা লিংখৎপা মণিপুরগী ইহান হানবা পেটিগ্রু এল পি স্কুলদা লাইবিক তম্লকই। মথং মথং পাস তৌবক্লুনা তোম্বীসনা হায স্কুলদা তম্লকই। খৃ ১৯৪৪ দা মেট্রিকতা ফার্স্ট দিবিজনদা পাস তৌই। মচীন মনাও যাম্না মবম্না লাইবিক লাইশু তম্বা অমদি শেংপা চাবদা মনীং থুংলক্তে। লায়ববকপনা মবম ওইদুনা মেট্রিক পাস তৌবগা মখা তমথবা ঙমদদুনা তোকখি। মতমদুদা মণিপুরদা কোলেজ অমত্তা লৈতবনা ইনাক খুনবা মমান্নবশিংনা মপান্দা লাইবিক তম্বদু উবগা নুংঙাইতবা ফাওখি। মতুংদা থবক তৌননবা হোৎনখি। হৌজিক্কী সেক্রেটবিয়েট ওফিস অসি মতমদুদদি ষ্টেট ওফিস হায়না খঙনবম্মী। কেবাণীগী ইন্টবভিয়ু য়াওবদা খল্লকপদগী কেবাণী ওইনা ষ্টেট ওফিসতা চঙখি। সোনামণিগী লাইবিক ইনিংবগী

ঈথিল অসি তোম্বীসনা স্কুলদা ক্লাস সিক্স তম্লিঙৈ অদুব্রাইদগী হৌবকই। শৈবেং কয়া ইদুনা তোম্বীসনা স্কুলগী মেগাজিনদা হাপ্লকখি। ইংবাজিগী শৈবেং কয়াসু ইবম্মী। হায় স্কুল তম্লিঙৈ মনুংদা শৈবেংদা নত্তনা ৱাবীমচাসু ইবা হৌবকখি।

মেট্রিক পাস তৌববা মতুংদা লাইবিক তম্বা তোক্লবসু সোনামণিগী লাইবিক তম্লিংবগী ময়াইদি অদুমক লৈবি, মখা তানা তম্লিংলি। লাইবক ফবদগী হায়গদ্রা মতমদুগী ইনাকখুনবা মচাশিংনা মপান্দা লাইবিক তম্বা থানববসু লায়ববা প্রজাশিংদি মখা লাইবিক তমথবা ফংদবগী অৱাবদু উবদগী মহাবাণী ধনমঞ্জুবীনা অচৌবা শেনফম অমা পুথোকপীদুনা খৃ কুম ১৯৪৬কী আগষ্ট তাং ৬তা মহাক্কী মিংদা ধনমঞ্জুবী কোলেজ (ডি এম কোলেজ) লিংখৎখি। থবক তৌনা তৌনা মদুদা সোনামণিসু আই এ তম্লম্মী। ইমুংগী লৈত-লাযব কয়াদসু অঙম্বা মতেং পাংলম্মী।

সোনামণিনা কেবাণী ওইবগী শিনফম অসি থবক চিনমনবদগী তোম্বীসনা স্কুলদা ওজা ওইনা অমুক চঙলম্মী। মতমদুগী কোলেজ তম্লিবা মহৈবোযশিং অসি বাজনীতিগী লমদসু মানা মানা পাম্বা দলদা যাওদুনা অকনবা শক্ক যানৈ। সোনামণিসু ছাত্র কোঙ্গ্রেস যাওবকই। ছাত্র কোঙ্গ্রেসনা পুথোকপা জর্নেল *ছাত্র জগৎ* কী এডিটবসু মহাক্লা ওইবম্মী। লাইবিক ইনিংবগী ফোঙনীংবগী ঈথিল কনখৎলকপা মতাঙনি। তিন্নবিবা সঙ্গসু সাহিত্যদা ঙাওজবশিংনি। থৱায যাওবা অইবশিং খবা পূনশিন্নদুনা চেনা য়াঙ্খ্রেমুক পানবা খৃংনা ইবগা ফোঙবা চেফোঙ *অপোকপী পত্রিকা* খৃ কুম ১৯৪৩-৪৪ অদুৱাইদা পুথোকখি। মদুদা সোন্যামণিসু ৱাবেং শৈবেং কযা লেপ্পুনা হাপখি।

সোনামণিগী নহা ওইবিঙৈগী পুন্সি ঈথক ইপোমগা লোযননা হৌবকই। আই এ পাস তৌববা মতুং খৃ কুম ১৯৪৯ দা পুন্সিগী অনৌবা পান্দম অমা হাংবা হৌদুনা লৈবাক্লা শকখঙনবা কোনুংগী বড সেনাপতি বাজকুমাব সনাতোম্বগী মচানুপী কমলাসনাগা লুহোঙদুনা যুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাবকই।

মচানুপী মঙা নুপা অমা পোকই। হাযবিবা চহী অসিমক্তদা অইবগী শৈবেংগী লাইবিক *ৱাখল শৈবেং* (সোনেট, ১৯৪৯) ফোঙই। অইবগী পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইতবদি ফোঙননবগীদমক শেম শাদুনা থম্লবা শৈবেংগী লাইবিক অমা লান চেনবদা মাঙহৌবা অসিনি।

সোনামণি পীক্লিঙৈদগী হৌনা যাম্না হোৎনবা কনবা, মথৌ মশক খঙবা মীনি। থবক তৌনা তৌনা লাইবিক তমদুনা খৃ কুম ১৯৫০ দা কলকত্তাগী প্রসিডেন্সী কোলেজদগী বি এ পাস তৌববা মতুংদা ১৯৫২দা কলকত্তা য়ুনিভর্সিটিদা এম এ (হিষ্টোবি) লোইশিল্লি, অদুগা ১৯৫৩ দা ডি এম কোলেজদা ওজা ওইনা চঙই।

ৱাঙাঙ থুবা, থবক খৃদিংমক নংনবা হোৎনবা মশা খীং খীং লাউবা সোনামণি

কোলেজগী ওজা ওইবখক্তনা পেম্থোকপা ওমদে। সিভিল সাবির্সতা চঙনিংলকই। চাংয়েং (পরীক্ষা) মখল মখল যাওবকই। লাইবিক পাবা লেপ্তে। ইবা পাবা হায়বসি মহাক্কী হোবীনি। ইউ পি এস সিনা লৌবা পরীক্ষা থাদুনা খল্লকপদগী এক্সত্রা এসিষ্টেন্ট কম্মিসনাব ওইনা কোলেজগী ওজাগী শিনফম থাদোক্তুনা ওফিসতা চঙই। মহাক্লা ওফিসকী থবক তৌবিঙৈগী মনুং অসিদা ত্রান্সফব কুম্লাবক তৌদুনা মণিপুবগী চীং-মান কযাদা মফম হোং-হোংদুনা পোষ্টিং তাবকই। অমেংলোংদা এস দি ও ওইনা লৈব্বা, তেংনৌপল অমদি মাও মবাম্মচিংবদা তাক্বা ময়ামদুনা চৎলু চৎলুবা লমশিংদুগী ত্রাভেলোগ অমদি মখল মথেলগী ৱাবীমচা কয়া ইবকই। মৈতৈ সমাজগী শক্তম, হৌজিক্কী মণিপুবগী তঙ তাদবা ফীভম, মীহাৎ-মীপুন, মীগী মমল লৈবক্তবা, মবাল লৈতবা মীদা মবাল থঙজিনবগী চৎনবী, মাঙথবক্লবা মীওইবগী লীচৎ, শেঙ্গা-থুমজাদা, লৈঙাক্লোন ফম্লাইবশিংনা খোঙনেৎনবগী মতৌ, লায়ববগী পুন্সিবু ইনাকখুনবনা চাথোকপা অমদি হৌজিক হৌজিক্কী ফোং ফোং শাবিবা পুন্সি মহীংবু য়াম্না বিয়েলিষ্টিক ওইনা পুথোবকই। মখল মথেল খূদিংমক্তা খূৎ থাবা হৈবা অইবনি। শৈবেংনা পামজবা শৈহৌ ওইবগসু ৱাবীমচা, উপন্যাস, ৱাবেং, খণ্ড কাব্য, অঙাংগী সাহিত্য অমদি হন্দোকপনচিংবদা খূৎ থাই। চাউবাক্লা লাইবিক কুম্লাগী মথক্তা ফোঙথ্রে। শৈবেংদা হৈনবকপা অইবনা কোলেজগী ছাত্র ওইবিঙৈদা অশাংবা উপন্যাস ইনিংবগী ঈথিল ফাওখি। ফাওবদা নত্তে, ইবসু হৌখি। লোইশিনখিদে, অদুবু চহী কুম্লামুক কান্নববা মতূংদা লোইশিন্দুনা *বসুমতী* (উপন্যাস) ১৯৮৪দা ফোঙলকই। অথেঙবদা *হাজাবী* (উপন্যাস) ১৯৮৮ দা লাম্থোবকই। হাজাবী ইতিহাসকী মবমদা শাগৎলবসু কল্পনানা মপূং ওইবা ৱাবীনি। অইবা অসি হৌজিক মতমগী অইবা কয়ানা টেকনিক, ষ্টাইল, মফোঙদোক অমদি ৱাবীগী প্লোটতা অনৌবা অকনবা চাংয়েং তৌনবিবসিদা অদুক হাক্লা চঙশিন্দ্রগসু মতমগী মীহুন খঙবা অইবনি।

সোনামণি ছাত্র ওইবিঙৈদগী হৌনা সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা শকখঙনবা হৌবকই। সাহিত্য পবিষদকী প্রসিডেন্ট, কলচবেল ফোবমগী এক্সিক্যুটিব মেম্বব, বাইটর্স ফোবমগী ফাউন্দব মেম্বব অমসুং প্রসিডেন্ট, সাহিত্য একাদমিগী কনভেনব, ষ্টেট কলা একাদেমিগী এক্সিক্যুটিভ মেম্বব অমদি ই জেদ সি সিগী মেম্বব ওইবম্মী।

অইবনা হায়বি– "ঙসিগী তঙ তাদ্রবা লৈতাদ্রবা মতমসিদা কলম পায়বখক্তনা পেম্থোক্তুনা লৈবা য়াদে। হীবম খূদিংমক্তা শোকচিল্লক্লিবসি মকওইনা শেল থুমগী ফীবমদা শোথবিবসি মেনখৎনবা হোৎনবগী তঙাইফদবা লৈ। থবক খূদিংমক পূকচেল শেংনা অমসুং চেকশিন্না তৌবগী হৈনবী (হেবিট) লৈববতদা হীবম খূদিংমক্তা মায় পাক্কনি।"

হৌজিক ফাওবদা অইবগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি শৈবেংদা ১। *ৱাখল শৈবেং* (১৯৬২), ২। *শংবান্নবী* (১৯৬২), ৩। *থম্মোয় বীণা* (১৯৬৭), ৪। *কায়নবদা*

(১৯৭৩), ৫। *লৌনম চাওবী* (১৯৮০), ৬। *অনী থোক্লবদা* (১৯৮০), ৭। *পোমশাংনবী* (১৯৮৫), ৮। *মিংনাইদবী* (১৯৮৮), ৯। *অশিবগী লোনবু অহিংবনা খণ্ডববা* (১৯৯৩), ১০। *ওাইজবি নণ্ডবু নীংতম্বা* (১৯৯৬), ৱাবীমচাদা ১। *নির্মল যমুনা* (১৯৬৬), ২। *ৱোমকুদা শিকাব* (১৯৭৩), ৩। *মংশৎ তানবা* (১৯৭৮), ৪। *জগনাথ পূজাবী* (১৯৮২), ৫। *হায়নবিদো* (১৯৯০), ৬। *মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা* (১৯৯৫), ৭। *মৈতৈগী ইজ্জৎ* (১৯৯৫), খণ্ড কাব্যদা ১। *উদ্ধবকী পাউ* (১৯৮৩), ২। *দক্ষ যজ্ঞ* (২০০০), উপন্যাসতা ১। *বসুমতী* (১৯৮৪), ২। *হাজাবী* (১৯৯৮), ৱাবেংদা ১। *বাকগী ৱাবেং শৈবেং* (১৯৭৮), হন্দোকপদা ১। *চণ্ডীদাস* (১৯৯৩), ২। *যাদব টেবেসা* (১৯৯৬), ৩। *মীথা অমসুং মাগী যাদুগী খোণ্ডউপ* (১৯৯৬), ৪। *মঙ্কুগী খুং* (১৯৯৬), ৫। *লৌশিং পোকপা ৱাবী* (১৯৯৬), ৬। *বাপুগী ৱাবী* (১৯৯৬), ৭। *ভাবতকী অথৌবা অঙাংশিং* (১৯৯৬), ৮। *বঙ্কিমচন্দ্রগী কৃষ্ণ চবিত* (২০০০) অসিনচিংবা পূন্না কুপ্লামুক অসিনি।

অইবগী ফোঙদ্রিবা অমদি ফোঙননবগী শেম শাববা লাইবিকশিংদি ১। *ৱাথোক চাউবী* (ৱাবীমচা, প্রেসতা চঙপ্রে), ২। *অবাবিয়ান নাইট*, ৩। *জহেবা* (ইংলিশতা হন্দোকপা) অমদি অচোইবা শৈবেং খবা। হৌজিক হৌজিক অইবনা উপন্যাস অমদি খণ্ড কাব্য অমসু ইননবা থৌবাং তৌবি।

হীবম কযাদা অইবনা মণিপুবী সাহিত্যদা তৌবিবা দান মযাম অসিবু শকখঙবা ওইনা *মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা* হাযবা ৱাবীমচাগী লাইবিক অসিদা খ্ কুম ১৯৮৭ তা ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্ড অমদি খ্ কুম ১৯৮৮ দা সাহিত্য একাদমীগী মনা পীদুনা অইববু ইকাইখুম্নবা উৎখি।

অইবনা এৱার্ড ফংবা কুম ১৯৮৭ অসিদা সবকাবগী থবক্তগী প্রমোসন মথং মথং কাদুনা সেক্রেটবী কম কম্মিসনাব (হোম) ওইনা থবক্তগী পোত্থাখি। মশাগী চহী য়ামশিল্লক্রবা অইবা অসি থবক্তগী পোত্থাববসু ইবগী লমদদি পোত্থাদবি, লেপ্তুনা কলম পায়বি। ইগদবা ময়াম অমা শেম শাদুনা থম্লি। শৈবেংদি মন্ত্রনি। মণিপুবগী সাহিত্যগী সেবা শৈবেংনা হৌখি। পোলোইসু শৈবেংনা ওইগনি হায়বি। থোইদিং মকমুক্তা চাউবা খোংনাংগী মক্দদা চাউখ্রবা ফনখ্রবা খোংনাং পাম্বী লোক্তুনা লৈবগুম অইবগী কলমদগী লেপ্পা নাইদবা পাম্বী কয়া হৌবকখিগনি হায়বগী আশা থম্লি।





## হিজম গুণ

খাওঙহৌদনা পাইবকপা অমুবা নৈচীল নৎত্রগা অমঙবা নোংবু উবদা ৱাহোংনা হৱাও মথোয় কানা জগোয় শাবগুম ৱাখলগী নোংহৌ অমত্তং হেক লাকপগা লেপ্পুনা চুথবকপা নোংগুম অঙৌবা চেবাংদা অমুবা মযেক্লা ওবো ওবো হেক্তা চেপ্পবকপগুম লেপ্পুনা খুৎ থাবক্লিবা উপন্যাসকাব হিজম গুণ পোকপদগী কবিগী গুণ চেল্লকুবা নুপানি। কুচু মুনং তৌই, মবেপকা মঙালগা যেংনবদা মবেপ্পা ঙম্না নুপানি। ৱাখল চেৎলি। ঈশ্বরদা য়াম্না ভক্তি লৈবা নুপানি।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংগী মণিপুবী সাহিত্যদা মশীং লীক্লা লৈবা উপন্যাসকী লমদা ফিদা চাউনা ফংলবা গুণ— হিজম ইবুংঙোহল অমসুং ঙাথেম নিঙোল হিজম ওংবী তোম্বী দেবীগী অমত্তা পোকচবা মচানুপানি। খৃষ্ট কুম ১৯২৬কী জুনগী তাং ২৯, লৈবাকপোকপা নুমিত্তা কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকায়দা পোকই। মখাদা মচল ইবেম্মা অমদগী হেন্না পোক্তে।

অঙাং ওইবিঙে মহৈ মশিং তম্না যুমদা ওইনা নৈনবকই। এল পি স্কুল কাবক্তে। মখুৎ পায়দুনা তম্বিবকখিবা গুরুদি রূপমহলগী মমিং লৈববা আর্টিষ্ট ময়াম্বা লাইশ্রম নেত্রজিৎনি। মমা মমা পোকমিন্নবনি। বামলাল পালদা ক্লাস ৱানদগী তম্লকই। ক্লাস ফাইভ পাস তৌববা মতুংদা ক্লাস সিক্সতা জোনষ্টোন স্কুলদা তম্লম্মী। ছাত্র ওইবিঙে ইঙাও ঙাওনা হৌবকই। হৌজিক লৈবিবা গোভর্নবগী বংলো অসি মতমদুদদি চেকপল খাবমদে। তিঞ্চাং তাবানা খাবম্মী। স্কুলগা পংলাপ লাপ্লদবনা পাল্লিবা হৈ-বা ময়ামদু উবদা হেক্লিংবা চানিংবা ফাওবম্মী। নুংথিলদা লমহূই হেক হেক খোংলম্মী। মী অমত্তনদি মফমদুদা চঙবা ঙম্লদে, কিনৈ। গুণসু মমান্নবা মযামগা লোয়ননা হাপ্তা বংলোগী লৈকোল মনুংদা ছুটিদা হৈনৌ হেকপা হেক হেক চৎলি। হূবানবগী তবানি মপূগী নোংমা হায়গুমদনা পোলিটিকেল

এজেন্ট জিমসন্না মাগী জোন জোন লাউবা ফুবিৎতুমা লীৎশিল্লদুনা লীচৈ অমা পায়বগা কনানো হৈনৌ হূবাল্লিবদু খঙগনি লৈবম্মু হায়না লাউবকপদা খংপ্রেক খংই। য়োংনা উ কাবগুম জব জব কাদুনা মতোন য়ৌপ্পবা ময়ামদু চৈবকপদু তাবদা ইপা পাখত্তুনা কুমথবকই। ফনা ৱাংবা উদগী ফন ফন চোংথবকপদু উবদগী অশোক অপন থোক্লগদ্রা হায়দুনা নুংশা থীবদগী তপ্পা তপ্পা কুম্মু হায়বকই। জিমসন মৈতৈলোন ফজনা ঙাঙবা ঙম্মী। মদুদগী গুণগা ময়ামদুগা জিমসনগা খঙনবা হৌখি।

গুণ শান্নবদা কা হেন্না থৱায় য়াওবা শান্নবোয় অমা ওইনা হৌবত্তে। লাইবিক ময়াই ওইনা ফবকই। ক্লাস ফাইভ ফাওবা বাম লাল পাল স্কুলদা তম্লল্লগা ক্লাস সিক্সতগী টেন ফাওবনা জোনষ্টোন স্কুলদা তম্লকই। ক্লাস আইত-নাইন তম্লিঙৈদগী হৌনা *ইলষ্ট্রেতেদ ৱিকলি* পানিংবগী ঈথিল লৈবকই, পাবকই। অমবোমদা সবজেক্ট অমা ওইনা বাম লাল পাল স্কুলদা বাংলা তম্লকপদুনা লোন নীংথিনা খঙই। ১৯৪২ মার্চ থাদা মেত্রিক পরীক্ষা থাপ্পবা মতুং মে ১০দা ইম্ফালদা বোম তাদুনা মৈত্রমদা লাঞ্জেল্লি। লানগী পাউনা ইম্ফাল শহর পুল্লাং লাঙই। মী পুম্নমক মাগী মাগী খুদোংচাবা মফম যেং য়েংদুনা কোয়চেন চেন্নে। লোৎননবা কোম তৌনৈ। মতম অদুদা হিজম গুণগী চহী তরাতক্ক শুবে। বোম তাবকপদা অশোক অপন মীশি মীনা কয়া যাওই। ইমুং কয়া কাং-খোং চাই। ৱাবনা পন্দোম লোমনৈ। লাঞ্জেল্লুবগা হল্লকপদা যুমদু যুম ওইবমদ্রে। মপূ পান্দবা উবা-হুমদাং নাম্থোক্লবা যুমগা পাঙ্খক ওই। লানগী চৈনা, চৈথেঙদু গুণগী থম্মোয়দা য়ৈদুনা লৈহৌই।

লানগী ঈবাং নেমথবক্কুনা যুম যুমদা হঞ্জিন্নবক্লবসু চবাঙ খোয়বাংবা ঈবাংদি অদুম্মক মরৈবি। অবাংবা মবক অদুদসু মৈতৈগী হবাও কুম্মৈ লীলা, ড্রামানচিংবসু অদুম মতৌই। ভাবোকসু অদুম্মক ৱাত্তে। মণিপুর হবাও কুম্মৈ পান্না লমদম্মি হাযবল্লিবসি ওথোক্লা চান্ননা থোল্লন্নবা মিংনি।

পরীক্ষা ময়ামগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা লুনা লৌনবা পরীক্ষাসি মেত্রিক পরীক্ষানি। মসিবু লাম্থোক্লবদি লাইবিক তম্নগী মহৈ চাবা ফংলনি খন্নে। গুণসু মেত্রিক পাস তৌবক্লে। মপাল লমদা মখা তমথবা পাম্মী, অদুবু মমা মপানদি মথন্তা পোকপনিনা অবাপ্পদা থানিংলমদে। ওথোক্লা লুনা চান্না কেনা য়োক্লকই।

নোংমা গুণনা মৈত্রমদা হল্লকপদা কাঙবু খবসু মালোমদা হল্লকপদা থেংনৈ। মখোয় কাছাবদা থুম লল্লোনবা চৎকদৌবিবনি। হান্না হেক হেক চৎপা কাঙবুনি হায়বদু মখোযগী ৱাবীদগী খঙই। হন্দক্তি থুম হান্নগী চাংদগী খবা হেন্না পুবকসি হায়নৈ। চৎনবা মফম মতম অকক্লবদু লেপ্পবকপা তাবদা গুণনা চৎনিংলদুনা মহাকসু য়াওজগে হাযবম্মী। য়াবীবকপদুদা হবাওনা চৎননবা শেম শাবম্মী। মাগী ৱাখলদি সিলচরদা লৈহৌবগা লাইবিক মখা তমথগে অসিনি।

কাছাব চৎপগী ইহান হানবা চীং কাবগী অসিদা নুমিদাংদা ঈশিং খৌবাংমনখিদুনা লোক অমগী মনাক্তা ঈশিং থকউখিগে হায়দুনা মথন্তা লাকখি। ঈশিং থিবদা অসুম অসুম লাপথোবকখি। লম্বী কদোমদনো, কদোমদা চৎকদবনো হায়বা খঙদদুনা লম্মাওনখি। নুমিত্তি অসুম অসুম থেঙজিল্লকখি। পুন্সিদা অমুক্তা অশাংবা খোঙচৎ চৎখিদবি। মসিনা অহানবনি। মিহুল চোংখৎলকই নুংশা থীজিল্লকই। কোন্নথংদা গুণ মাঙখ্রে হায়দুনা লাকমিন্নবশিংনা থিবীবকপদগী থেংনখি। কবিগী মথন্তা ঈশিং থকপা চৎপনো ওস্থোক্লা মঙাও থীবা নুপামচা ওইবে হায়দুনা ময়ামদুনসু চৈবীবে। মখোয় গুণগী মপাগা খঙনবা মী ওইবন্নে। সিলচবদা মথন্তা লৈহৌবা যাবোই যুমদা থিনবিগনি হায়দুনা য়াদ্রে। ইম্ফালদা অমুক হল্লক্লে। মতা ইচা চাখিদবনা লাইবিক মখা তমথখিদ্রে, অদুবু তম্নিংবগী নিশাদুদি ইকোক কোক্তনা ওমদুনা লৈখি।

খৃ ১৯৪৪দা চৈবাপ কোর্টতা কেবাণী ওইনা থবক চঙবা হৌই। থবক চঙবদা পৈশা তিংদে। পৈশা পীজনবগী চৎনবী থোইদোক্লা লৈতে। খৃ ১৯৪৫ দা পুন্সিগী পন্দুপ অমা হাংদোকপা হৌবে। অহল লম্মন্না হায়ন-শীংনদুনা যুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদাবা হৌবে। মশানদি কয়া ইয়া য়ানীংখিদে। খবা তপ্না লুহোংবা পামখিবনি অদুবু গুণনা কৈদৌঙৈদসু ময়া মপাগী মাযোক্তা শীংনদুনা কবিগুপ্তা থবক অমত্তা তৌখিদে। মপানবু হাযববদি ফবে হেক্তা হাযদুনা থবক খৃদিংমক পাঙথোকই। অহানবগী নুপী কাযনখ্রবা মতৃংদা শীংজমৈদগী অতোপ্পা নুপী অমমুক হাযন-শীংনদুনা লুহোংই। মচানুপী অনী পোক্লবা মতৃংদা মোৎ চান্নবক্তবদগী খাইনখি। ইকোন কোনবা নুপী অসিদি মহাক মশানা চেঞ্জবকপনি। মচানুপা অহুম, নুপী মবি পোকই। হান্নগী অনীগা পূন্না মচা মাপলনি। মচাশিং অযাম্বা থবক তৌই।

অঙাং ওইবিঁঙৈদগী হৌনা গুণ ইবা পাবা পাল্লকই। ছাত্র ওইবিঁঙৈদগী হৌনা ৱাবেং, শৈবেং কয়া ইবকই। ১৯৪৩দা *অপোকপী পত্রিকা* কৌবা (ব্রহ্মপুব নহাবমদা লৈবম্বা লাইব্রেবী অমদা ফোঙবনি।) চেনা ৫০ মুক পানবা খৃংনা ইবগা ফোঙবা চেফোঙদুগী এডিটব ওইবকখি। মদুদসু ৱাবেং, শৈবেং কয়া হাপ্পী। অনীশুবা লাঞ্জাওগী বোম তাবকপা মতম অদুৱাইদা *লমন* ইবা হৌখি। মণিপুবদা মীনাই ফুঙ্গা লিংবগী ৱাবী তাবদা অকি তুজুংবা ফাওখি। অৱাবা নুংঙাইতবা ৱাবী কয়া থম্মোয়গী ফিজঙদগী পাক চৎলু হায়বা য়াখিদে। নৈশিন্দুনা লৈখিবা মৰুদু পোকখাযবকই *লমন* দা। ইঙাও ঙাওনা চৎখিবা কাছাবগী খোঙচৎনা *লমন*গী চীং-মানগী শক্তম শাগৎলকপদা ফিগী মফেল ওইখিবগুম ময়ুং মফেন চাননা থোকখি। মসিদগী লেপ্তুনা খৃৎ থাবকখি। পুন্সিদা থোকখিবা থেংনখিবা, কাউঙমদবা মৰু হকপা ময়াম্না পূনশিল্লগা ৱাবীগী মচাক ওইদুনা অনীশুবা লাঞ্জাওগী অতেক অকায়, থেংনখিবা চৈনা চৈথেং ময়ামদু কাউঙমদনা থম্মোয়গী ফিজঙদগী তপ্না তপ্না হাইদোবকই *খুদোল* দা। থেংনখিবা থৌদোক, থোকখিবা ৱাবী কয়ানা উপন্যাসকী

মচাক ওইনা লাপ্লোবকই। *বীর টিকেন্দ্রজিৎ বোড হকথেংনবা ৱাবীগী পাউদমগুম।* মসিনি উপন্যাসকাবগী অঙকপা মগুণ।

গুণগী শাবেপ ফাবকভে পুন্সি তপ্না চেনবা তুবেলগী ঈচেলগুম্না নত্তে, ফাইবেলগী অঙাওবা লৈচিলগা থম্মোয়গী ঈথিলগা থেঙ্গাযননা হৌবকই। মতম মতমগী হৱাও কৃম্মৈ, যাওশঙগী থাবল চোংবা, শাবী শানৌগী লিকোল, কাং, কৃষ্ণ জন্ম, কযাদা হৱাওনা শক্তক যাবকই। লাপ্লবা মফম কযাদসু মতমগী পাম্মুবা যাওদনা লেল্লকই। মসিমক্কী কাউঙমদবা সুব কয়া মাগী খুৎইদা তাদবা নত্তে।

গুণ হোৎনবা যাম্না কনবা নুপানি। ওফিসকী চিল্লবা থৌগাই মবক অদুদা লাইবিক ইবতা নত্তনা তম্নিংবগী নিশা পাল্লকই। থবক তৌববা চহী ১৫ গী মতৃংদা ওমদুনা লৈখিবা মৈ- চিঙাখম পীশক্লা লমজীং ওইদুনা মণিপুৱ কোলেজদা লাইৱিক মখা তমহনখি। ১৯৬০ দা হোৎনজমলগী মহৈ ফংদুনা বি এ পাস তৌখি।

অঙাং ওইবিঙৈগী পুন্সিদা গুণনা খুদোংথীবা থৌদোক কয়া থেংনখি। চহী তকক্লোমতা ঙাযবিঙৈদা যূম মৈ চাকখি। মীনা থাবনি হায, মথন্তা চাকপনি হায জ্ঞান তাখিদে। নোংঙাল্লমদাই মীকপ থোক্লকপদা যূম মৈ চাকপগী মৈঙাল উবদা পাখত্তুনা যূম মৈ চাক্লে হাযদুনা খংলাউ লাউবন্নগা ফমজাউদগী ফন চোংথদুনা চেল্লি অদুগা খ্বাইবম্নন্দ বাজারগী থোংখোঙদা ফল্লম্মী। সোমদদি মমানা মৈ চাকপদা যাওগ্রে হাযদুনা কপ্পী। নামৈবাকপম তোম্পোক কৌবা অমনা থেংনদুনা মযূম তান্না থিনবীবকই। অমুক্লা চহী ৮/৯ মুক্কী অদুৱাইদা নম্বুল তুবেলদা মিসেস গ্রিমবুদনা লানখিবা হিদেন্নি হাযবা অমা লৈ, মদুদা ঈবাক্লে। নুংথিল তাল্লক মীগা ইচৎ চৎনদবা তাঞ্জানি। ইবোইবদি খবা হৈ। শিবা তাবে হাযনা খঙলবা মীকৃপ্পা অমুক্তং লৈজবী থাদুনা মখোঙনা কাওবকপদা লৈবায ফংই। শবীৎ শবাৎ হৈবা মীৎ-না খবা শিংদুনা শিনীংচিত্তা হিংহৌই হায।

কেবাগী ওইনা চঙখিবা গুণ প্রমোসন মথং মথং কাদুনা ১৯৮৬দা সবোর্দিনেত জুদিসিয়ৰী মণিপুৱগী এদমিনিস্ত্রেতিব ওফিসাব ওইনা থবক্তগী পোখাখি। অদুবু পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইখিদবা কাউঙমদবা থৌদোক্তি নমদুনা পেন্সন পীবিখিবা অদুনি। পৃথিবীগী অচুম্বা চৎপা মীওই কয়া অৱাফম তাখিবা যাওই। শাক্তি লৈতবদগী উনা উনা মীৎ তাঙশন্নবদগী মবাল ইবৈ লৈতনা দণ্ডী ফংখিবা মশীং নাইদে। হঙোই দশা ফত্তবদা উনা ননবগী ফীভম অদুমক্লি। অদুনা পেন্সন ফংবগী মতম শুদনা কোর্টনা বায তাদুনা নমদুনা থবক্তগী পোখাখি। মসিগী নুংঙাইতবগী মৈবী হৌজিক ফাওবা কোক্তনা লৈবি হায।

গুণ মণিপুৰী সাহিত্যবু নুংশিজবা মীওই অমা ওইবনা সাহিত্যগী সংস্থান কযাগা মবী লৈনবকই। মণিপুৰী সাহিত্য পৰিষদ, দি কলচবেল ফোবম, নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি অমদি মণিপুৰী ৰাইটর্স এসোসিএশন্নচিংবগী প্রসিদেন্ট অমদি ভাইস প্রসিদেন্টনচিংবা

ওইবম্মী। মসিদা নত্তনা দি কলচবেল ফোবমগী খুতু চেফোঙগী এডিটবসু ওইবম্মী।

অইবা অসিগী হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা লাইবিকশিংদি– উপন্যাসতা ১) *লমন* (১৯৫৮), ২) *খুদোল* (১৯৬৪), ৩) *অবোইবা পাউদম* (১৯৬৫), ৪) *ঐখোয় তাদ* (১৯৬৬), ৫) *বীব টিকেন্দ্রজিৎ বোড* (১৯৮৩), ৬) *ইপাম মৈহৌবে* (অহানবা শরুক, ১৯৯২), ৭) *ইপাম মৈহৌবে* (অনীশুবা শরুক, ১৯৯২) অসিনচিংবনি।

অইবা অসি উপন্যাসতা নত্তনা ব্রাবীমচা, ড্রামা, অতাংগী সাহিত্য অমদি শৈবেংনচিংবদসু খূৎ থাই। ব্রাবীমচাগী হীবমসিদসু মায় পাক্লা চঙশিল্লক্লি। ফোঙখ্রবা লাইবিকশিং ব্রাবীমচাদা– ১) *ফিজং মকমদা* (১৯৬৯), ২) *লংজিল মাঙখ্রবা কিশি* (১৯৮১), ৩) *খদাংগী শম্লু* (১৯৮৫), ষ্টেজদা ড্রামা ওইনা শান্নখ্রবা ফোঙখ্রবশিং– ১) *হীয়াং অথৌবা* (১৯৭৪), ২) *হবে কৃষ্ণ হবে কৃষ্ণ* (১৯৭৮), ৩) *কলাকাব* (১৯৮২) অসিনচিংবনি। *চঙখোনবা সাহিত্য* (১৯৭৫) কৌবা লাইবিক অমসু অতাংশিংগীদমক্তা ইবিবম্মী।

উপন্যাসকাব অমা ওইনা শীংথানববা গুণগী কবিত্বগী মগুণ অথেঙবদা ফোঙলকপা *তোনু লাইজিংলেম্বী শৈথাবোল* (১৯৯৭) হায়বা খণ্ড কাব্য অসি ফোঙলকপদা খঙলকই। উৎ মনুংদা মৈ ফুম্বগুম লোত্তুনা লৈবম্বা গুণগী কবিগী গুণ মকা ফোংনা শাৎকায়বকই। ১৯৬৪দা ইবা লোইববা ঙল্লিবৈদা ফোঙলম্বা য়াববা লাইবিক অসি মণিপুব সবকাবদা পব্লিকেসন গ্রান্তকীদমক থাগৎপদা খূৎই লাইবিক ওইনা মাঙহনবীখিবদগী ফোঙখিদে। লাইবক থিবনা অইবা কোপীসু থমহৌদে। চহী ৩০গী মতূংদা অমুক নৌনা ফিলেমচা নিংথৌবেম্বা পেনা চৈজিং লাংবদগী ব্রাবীগী মচাক অমুক হন্না লৌজদুনা হান্নগী নীংশিংবা খবগা মচোই মচোইববা খূৎই খবগা য়ানসিন তোৎশিন্নবগা ইথোকখিবনি। কবিগী গুণ নত্তনদি মসিবু ঙম্ফম থোকপবা? কবিগী কল্পনা শক্তি ব্রাংই। থোইদোক হেন্দোক্লা লাইবিকসিগী তোপ তোপ্লা মগুণ লৈ।

হিজম গুণনা সাহিত্যদা তৌবিবা দান ময়ামসিবু শকখঙবা ওইনা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা খৃ· ১৯৬৪দা যামিনী সুন্দব গুহ *গোল্ড মেদল খুদোল* দা পীদুনা ইকায় খুম্নবা উৎখি। *লংজিল মাঙখ্রবা কিশি* দা ষ্টেট কলা একাদেমি এব্রার্ড ১৯৮৩, *বীব টিকেন্দ্রজিৎ বোডতা সাহিত্য একাদেমি এব্রার্ড*, ইং ১৯৮৫ দা ডা. সুকুমাব সেননা ইংবাজি লোনদা ইবা *হিস্তবি ওব বেঙ্গলী লিটবেচব* বু মণিপুবী লোন্দা *বাঙ্গলা সাহিত্যগী ইতিহাস* হায়না অনুবাদ তৌবগী ভাবতকী সাহিত্য একাদেমিনা ত্রান্সলেসনগী মনা ইং ১৯৯২দা পীদুনা ইকায় খুম্ন খি। অদুগা মাঙলুববা মচানা অমুক হল্লকপগুম ইকোন কোনবদা ফোঙলকপা *তোনু লাইজিংলেম্বী শৈথাবোল* দা নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা চহী ৩/৩ গী ওইনা পীবা লেমজনিংঙাই ওইববা "জননেতা ইবাবত মনা" ২০০০দা পীদুনা ইকায় খুম্নবা উৎখি।

অসিদসু নত্তনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা *শ্রী মদ পরমহংশ স্বামী যোগেন্দ্রনন্দ গীরি মেমোরিএল এৱার্দ* ২০০৩ অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অসামনা ইং ২০০৪ দা 'সাহিত্য রত্ন' পীদুনা ইকাইখুম্নখি।

মখল মথেল শুনা খৃৎ থাবিবা অইবা অসিগী ফোঙদ্রিবা লাইরিকশিংদি *চীংদা শাংপীনি* (উপন্যাস), *গোবীন্দ নিরুপোন* (ইংলিস ক্রিটিকেল রাইটিং), *কৃষ্ণ বন্দনা* (শৈরেং), *ঐখোয় তাদ* (ইংলিস ত্রান্সলেসন) চোইনা লৈরিবা রারীমচা অমদি শৈরেংশিংনি।

হনবা নাইদবা থৌনাগা লোয়নননা অইবা অসিগী হকচাংনা মালেমগী লৈশাদা তিন্দ্রবা ফাওবদি থাঙদগী হেন্না থৌববা কলমগী মচীন অসি তুমদ্রিফাওবা অঙম্বা থৌনাগা লোযননা ইখিগে খল্লি। ইবা লোইববা ফোঙদবা কয়া পরেং লেংদুনা থল্লি। শাংকায়রকপা ঙাইরি।





## শিজগুরুময়ুম নীলবীর শাস্ত্রী

পৃথিবীগী লৈমাযদা তাথ্রবা অচঙবা মরুনা কৈদৌঙৈদসু লেপ্পা থক মাঙখিদে। মালেম লৈমাযথক্তগী তপ্পা তপ্পা মশা মবেং ফাক্তুনা কাংদোং ফাবকপগা লোযননা মপাল শাৎলক্তুনা মহৈ যাল্লকপগুম শিজগুরুমযুম নীলবীর শর্ম্মসু লাযববা ইমুংদা পোক্তুনা মহৈ মতীক চানা তমহনবা ঙমদ্রবসু অচঙবা মরু ওইনা হৌবকপনা হীরম কযাদা মশাগী হোৎনজমলতনা মতীক মগুণ লৈবা ফিদা ফংদুনা ইকাযখুম্নবি। অমত্তা ওইবা অতিযাদা থোক্লিবা থৱানমিচাকশিংগী মশক মমিং খেন্নবা লৈবগুম সাহিত্যগী লবৃক্তসু মমিং লৈববা অইবা অমা ওইবকই।

নীলবীর শর্ম্মা, শিজগুরুমযুম মণি শর্ম্মা অমসুং মাইপাকপীগী মচানি। খৃ কুম ১৯২৭ ওক্তোবর ২৮দা ব্রহ্মপুর ভাগ্যবতী লৈকাযদা পোকই। মচীন-মনাও অহুমগী মনুংদা মহাক্না অনীশুবনি। মখাদা মচল অমা লৈ। মযাম্বা অহল মনুং মতম চাদনা লৈখিদে।

নীলবীর শর্ম্মা অঙাং ওইবিঙৈদদি লাইরিক যাম্না ফবা ছাত্র ওইনা হৌবক্তে। মতমদুগী মমা মপা অযাম্বা লাইরিক লাইশুদা থোইনা থৱায় ইযাও যাওবমদে। লাইরিক তমগদবগী শরুক থবক ইঙ্খাং শৃ-নোম্বনা ফৈ হায়না খন্নবনা অয়াম্বনি। অদুনা কৈরোই লৈকায়দুদা ক্লাস টু পাস তৌবা ছাত্র ইবৈ লৈবমদে। অদুবু লাযববা মপা ইবুংঙোনদি মচাবু লাইরিক তমহন্নিংখি, যাম্না হৈহন্নিংখি।

মশাগী চহী মরিরোম শুবকপদা পেটিগ্র এল পি স্কুলদা লাইরিক তম্না হৌবকই। ক্লাস টু পাস তৌববা মতুংদা মোইরাংখোম ইউ পি স্কুলদা ক্লাস থ্রী তম্লকই। মতম অদুদা ইউ পি স্কুল অহুমখক লৈরম্মী। হায়রিবা স্কুল অহুম অদুদি মোইরাংখোম, থাংমৈবন্দ অমসুং চিঙা ইউ পিনি। স্কুলশিং অসি চহী খৃদিংগী কম্পিটিশন তৌরম্মী। স্কুল অহুমদুদগী ছাত্র অনী/অনী খল্লগা সার চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা কোনুংগী দররার হোলদা মণিপুরী অমসুং

ইংলিসতা শৈবেং থীবা তান্নবম্মী। মদুদা অঙাং ওইবিবা নীলবীবসু শৈবেং থীবগী খঙ্গৎপদা য়াওবম্মী।

নীলবীব শর্ম্মা মখাগী ক্লাস মথং মথং পাস তৌবকপদুনা তোম্বীসনা স্কুলদা ক্লাস ফাইভতগী তম্লম্মী। নোংমা মণিপুরী তম্বিবা ওজা অমনা মাগা তম্মিন্নবা ক্লাসকী ছাত্রশিংদা "থম্বাল" গী মবমদা শৈবেং অমমম ইবকউ হায়খি। পীক্লিবা নীলবীবসু ইখি। মকোক মথং তান্নবদা মাগী শৈবেংনা সেকেণ্ড তাবম্মী। মসিনা পুক্সিগী অহানবা ইবা শৈবেংনি। মতমদুদগী শৈবেং ইনিংবগী রাখল (ইন্সপিরেসন) লাকপা হৌবে হায়বা য়াই। মসিনা পুক্সিদা অচৌবা ঈথিল অমা পীবা হৌখিবগা লোয়ননা মখা তানা ইনিংহনখি। অমবোমদা লৈকায়দুদা লাইবিক হৈবা মী ইবে লৈতবনা অঙাং ওইবিবা নীলবীববু লৈকায়গী মচে মনেশিংনা (নুংশি-নুংওলগী) চিঠি ইবিয়ু হায়দুনা নেক্লম্মী। চিঠিগী পাউখুম হন্দোক হঞ্জিল তৌবা অসিমক্লসু মঙোন্দা ইনিংবগী রাখল হেন্না লৈবকখি।

তোম্বীসনা হায় স্কুলদগী ক্লাস ফাইভ পাস তৌববা মতুংদদি লায়ববনা মবম ওইদুনা নীলবীব মখা তানা লাইবিক তমথবা ঙমদবদগী গোবীন্দ চতুর্থপাঠ সংস্কৃত স্কুলদা সংস্কৃত তম্বা হৌবম্মী। সংস্কৃত তম্বা অসি মতমদুদদি পৈশা তিংদে, ফ্রীদা তম্বনি। আদ্য, মধ্যম পাস তৌববা মতুংদা আসামগী নলবাবী সংস্কৃত কোলেজদা শাস্ত্রী তমদুনা ইং ১৯৪৬ তা শাস্ত্রী পাস তৌই। মসিদগী নীলবীব শর্ম্মবু নীলবীব শাস্ত্রী হায়না খঙনখি।

হোৎনবা কনবা লাইবিক্তা থৱায় য়াওবা নীলবীবনা সংস্কৃত্তা নত্তনা হিন্দীসু তমদুনা মথং মথং পাস তৌদুনা রাষ্ট্রভাষা প্রচার সমিতি রার্ধাগী বত্র ইং ১৯৪৯দা পাস তৌই। চহী ১৮দা ঙায়বিঙৈদা মহাক্লা ধর্মালয় হিন্দী স্কুলদা থাদা লুপা নিপাল তলব ফংদুনা ওজা ওইবম্মী। ওজা ওইনা ওইনা মহাক্লা বেনারস হিন্দু বিশ্ববিদ্যালয়দা এডমিসন (মেট্রিক্কা থাক মান্নবা) থাদুনা ইং ১৯৫৪দা সেকেণ্ড দিভিজনদা পাস তৌবকই। ইম্ফাল কোলেজ (মতমদুদা ইম্ফাল কোলেজ অসি তোম্বীসনা হায় স্কুলদা ওইবম্মী) দা আই এ তম্লম্মী। অদুবু পুক্সিগী থবক থৌবম কয়ানা হেনমনখিবনা আই এ থাবা ঙমখিদ্রে।

অঙাং ওইবিবৈদগী শৈবেং রাবেং ইনিংবগী রাখল অসি হেন্না মশা মবেং ফনখিবদি মণিপুরগী শক্লাইববা অইবশিং ওইবিবা মৰূপ-মপাং কয়াগা নক্লা তিন্নবগী, রাবী শানবগী তাঞ্জা কয়া ফংখিবা অসিনসু ওইবকই। লান মনুংদা নীলবীবগী লৈকায় নক্লা ব্রহ্মপুর নহারম লৈকায়দা লৈবা লাইশ্রম নেত্রজিৎকীদা হিজম গুণসু লান চেল্লক্লুনা লৈ। নক্লা থোং রাংমদা এলাংবম সোনামণিসু লৈ। মসিদা মখোয় মশেল উনবগী, তিন্নবগী তাঞ্জা য়াম্মা ফংখি। তোঙান তোঙানবা হীবম কয়াদা মখোয় মশেল তান্নে, খন্নে। রাবেপ কয়া লেপ্পে, তৌগদবা থৌদাং শকক য়ানৈ। অনৌ অনৌবা রাখলগী ময়োল চোংলকই।

ইং ১৯৪৪দা *অপোকপী পত্রিকা* কৌবা চেনা য়াঙ্খেমুক পানবা খুংনা ইবগা ফোঙবা

চেফোঙ অমা পুথোকখি। মদুদা সুবচান্দ শর্ম্মা, কালাচান্দ শাস্ত্রী, সোনামণি, গুণ, নীলকান্ত, নীলবীবনচিংবা ব্রাবেং শৈবেং কয়া হাপ্তুনা ফোঙখি। মদুনা নীলবীব লেপ্তুনা ইনিংবগী ব্রাখল ফাওখি।

ইং ১৯৫১ দা নীলবীব শাস্ত্রী আনন্দ সিংহ্ একাদমীদা হিন্দীগী ওজা ওইনা চঙই। হায়বিবা চহী অসিদা শ্রীমনোহবমযুম অচৌবা শর্ম্মগী মচানুপী জযশ্বীগা লুহোংদুনা পুন্সিগী পন্দুপ অমা হাংদোকপা হৌই। মচানুপা অহুম, মচানুপী মঙা পোকই।

চহী কয়া চোইনা ফোঙখ্রবা শৈবেং কয়াগী অপূনবা লাইবিক *অহীং লিক্লা* (১৯৫১) কবিগী ইহান হান্না ফোঙবা লাইবিক্লি। চাউবা কমলগী ব্রাখল পবীংদা লাকপা অইবনি। আদর্শবাদ হাযবসি শৈবেং অমসুং ব্রাবীমচা অনীমক্তা পান্নকই। পুন্সিগা খূৎইগা নক্লবা মবী লৈনগদবনি লোযননা অইবা মশামক আদর্শ চবিত্র ওইগদবনি হাযবসিদা থাজবা লৈবা অইবনি।

ইতিহাসকী ব্রাবী কযাগা শাগোন্নবিবা খোংজোম তুবেলনা অইববু লৈতাহন্দে, ইখৌ লাংই। অদুনা লাম্থোবকই খোংজোম তুবেলগী শৈবেং কযা। খোংজোম তুবেলগী অতেনবা শৈবেং অমা অনীনা পেন্দদুনা অইবনা হোসপিটালদা নাদুনা কুইনা লৈবিঙৈদা *খোংজোম তীর্থ* খণ্ড কাব্য ইবকই। খোংজোম তীর্থ অইবগী মায পাক্লবা খণ্ড কাব্যনি। মথংদা *বাজশ্রী ভাগ্যচন্দ্র* কৌবা কাব্য অমা ইবা হৌগৎলি, লোইশিন্দনা লৈবি।

অইবনা পুন্সিবু লানফমনি হাযনা লৌবগা লোযননা পুন্সিগী খুদোংথীবা পুম্নমক মায়োক্লগদবনি, পুন্সি অসিদি শীংনবনি, থেংনগদবনি হাযবা ব্রাখল্লোন অসিদা চঙশিল্লি। মসিগী মমি মাগী শৈবেং ব্রাবীমচাশিংদা তাদবা নত্তে। ঙসিগী ওইবিবা মণিপূবী সমাজগী তঙ-তাদবা ফীভম, নুপা নুপীগী লমচৎ মাঙলকপা, উহৈ-তাহৈদেবা কযা তাবকপা উবকপা মযামসিগী পূক্লিংদা ব্রাদবা ঙল্লক্তে। মশাগী ওইজবা থাদোক্লবা ফিদম্লিংঙাই ওইবা চবিত্র কযা লৈতবা যাদে, শাগত্তবা য়াদে হাযবগী ব্রাখল্লোন্দা চঙশিন্দুনা শৈবেংদা নত্তনা ব্রাবীমচাদসু খূৎ থাবকই। ইতিহাসকী ওইবা হৌখ্রবা থৌদোক ব্রাথোক চৎন-লোনচৎ, পুন্সি মবেল কয়া ঙসিগী মীবোলদা খঙহনবা দবকাব ওই। ঙসিগী ওইবিবা সমাজগী অমোৎ-অকায, চবাঙনবা, তঙ-তাদবা অদুতমক য়েক্লুনা লৈগনি হাযবসি অইবদি য়াবা ঙমদে।

অইবগী মফমদদি অমুক্তং উখিবা খঙখিবা হাযবসি নুং ফাওনা উবা ঙস্বা মণিগুম্বনি হায়বগুম ইতিহাসকী ব্রাবী মচেৎ অমদা অইবগী কল্পনা কয়া হাপচিন্দুনা *তৎখ্রবা পুন্সি লৈপুন* ইতিহাসকী ব্রাবীদা যূম্ফম ওইবা নীংথিববা ব্রাবীমচাসি লাম্থোবকই। অইবা খূদিংমক থোক্লিবা থৌদোকশিংগী মব্রুদুদা কৃম্লুদ্রবসু অমুক্তং উখিবা খঙখিবা অদুদা কবিগী কল্পনা হাপচিন্দুনা ইঙ্খি অমনা মাইল নিপালগী পাউ লৌবা ঙস্মী হাযনবিবনি। নীলবীব

শর্ম্মা কবি অমা ওইনা শক্তাকপদগী হেন্দোক্তুনা ৱাবীমচা ইবা অমা ওইনসু মমিং চৎলি। অসিগীসু মথক্তা অইবা অসি সাহিত্য একাদেমিগীসু মমিং লৈবা হন্দোক্লোয় অমসুনি। অইবগী শৈবেংশিং মাযাবাদ অমসুং বহশ্যবাদনচিংবা ৱাখল্লোন কয়াদা ইববসু বীববস অমদি মবৈবাক নীংবগী শৈবেং কয়া মবাঙ কাযনা যাওই। মহাক্কী খুৎইদা মপূং ওইবা খুৎফোঙদোক্কী য়ুম্ফম আদর্শবাদ ওইববসু মাগী ৱাহৈশিংগী তোপ তোপ্পা মশক অমা মণিপুবী সাহিত্যদা থোকহল্লি। মাগী ৱাহৈ ৱাতাশিংদা অকনবা, অযাকপা লোন শীজিন্নদে। যাম্না থোংনা, ঈংনা তপ্না, নাম্না কল্পনাগী ঈথক-ইপোমগা লোযননা চৎলি। পাবা হৌখ্রবদা লেপ্প্রিংদে। অচম্বা অবাযবা লোন্দা প্রমাণ পাঙ্খে তৌদুনা শীজিন্নে।

পুক্সিগী নুমিৎনা চাযথবকপা মতমসিদদি মীওইবগী পূক্লিংনা মিপাইবা পোকশিন্নক্লবদা প্রকৃতি পুক্ষপু মশক খঙনীংলকপা জীব নৎত্রগা জীবাত্মাবু থেংননিংবগী ঈখৌলাংবা ফাওবকই। মীওইবনা থিবগী খোঙচৎ লোইবা নাইদে। ঈখৌলাংনা লাংনা লোইশিনখ্রগদবা মীওই পুক্সিনি। হকচাংনা মালেমদা তিনখিবা মীকুপ্তা মীওইবগী খৌবাংবসু লোইবে। মীওইবগী মাঙবা নাইবা হকচাংদা কাইদোংলিবা জীববু ঈশ্বরগী মনাইনি হাযনা লৌবগা লোযননা জীবগী মপূ ওইবা ঈশ্বরগী নাক্তা মীওই পুক্সিনা মতম কুইনা লৈখিবদুনা পস্থংনি হায়না খন্নবগুম কবি নীলবীবনসু মীওইবগী আত্মাবু নাযিকা অমগুম অমসুং খঙুঙম উঙমদবা জগৎকী মপূবুনা নাযক অমগুম কল্পনা তৌদুনা নুংশি-নুংওলগী ওইবা অচেৎপা লীপুল অমনা পূনশিন্নবা হোৎনদুনা মাগী *সন্ধ্যাগী ঈশৈ* লাঙ্খোবকই। কবিনা হায়বি, "ঙসি নোংজুগী অমম্বা অহীংদা, লাকচবি ইবুংঙো নঙগী মাযকৈদা, নঙগী লাইশঙদি চেৎনা লোল্লন্নে। ননাইদি হল্লবোই, অমুক চৎলবোই।"

*সন্ধ্যাগী ঈশৈ* চহী নিফুবোমগী সাধনানি। বহশ্যবাদনা মপূং ওইবা শৈবেংগী লাইবিক্লি। মসিনা কবিগী মপূং ওইবা শৈবেংগী লাইবিক্লি। মসিদা কবিগী মমাঙদা ফোঙখিবা শৈবেংশিংগা খেন্নবা সুব অমা শৈহেক অমদা চঙশিন্দুনা কবিগী শাংলবা শৈবেংগী খোঙচত্তা অধ্যাত্মিক্কী ৱাখল মীৎযেংগা লোয়ননা মপূং ওইনা চঙশিল্লকই।

থবক তৌববু পোখ্বাবনি হাযনা খনগদবনি হায়বা গান্ধীগী নীতিদা থাজবা অইবনি। থবক অমত্তমক তৌবগা পেঙ্খোক্তুনা লৈবা ঙমদে। ওজাগী শিনফমদসু অচঙবা মগুণ লৈবা ওজা অমা ওইবকই। ছাত্র অমা ফত্তবদি ছাত্র অদুতমক মাঙজে, ওজা অমনা ফৎত্রবদি ছাত্র চাম্মা ছাত্র লীশিংদা মাঙই হাযবা ৱাখল্লোন্দা মাঙ থাবগা ছাত্রশিংবু হেক পোকচবা মচাগুম্মা লোযনদুনা লাইবিক তাকই। ফাগী হৈ। ছাত্রশিংদা মোবেল লেসন কযা তাকপী তম্বী। ছাত্রশিংগা লোয়ননা সোসিয়েল সাবির্স কয়াসু তৌমিন্নৈ। অফবা ওজা অমা ওইবগী গুণদুনা ইং ১৯৮৬তা বাজকুমাবী সনাতোম্বী এৱার্ড অমসুং ইং ১৯৮৭তা নেসনেল এৱার্ড ফোব টীচব পীদুনা ইকাযখুম্নবা উৎলি।

নীলবীব শাস্ত্রি আনন্দসিং একাদেমি স্কূলদা ইং ১৯৫১দগী ১৯৮৫ ফাওবা ওজা ওইবল্লগা খুয়াথোং হায়স্কূলদা ট্রান্সফব লাকই। অদুগা ১৯৮৭ তা পেন্সন ফংই। মী অমগী পুন্সিদা থবক পোত্থাবগী মতম শুবকপসি অসুক্কী মতীক নুংঙাইতে, লৈফম খঙদে, ঙাওচংনৈ হায়নবিবনি। অদুবু নীলবীব শাস্ত্রীদি পেন্সন ফংলগা হেন্নদুম চিল্লি। সংস্কৃত স্কোলাব অমা ওইবা মবম্লা পেন্সন ফংলবা মতুং খবা লৈবগা মণিপুব সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়গী প্রিন্সিপাল ওইনা চঙদুনা প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুবম্মী।

সংস্কৃত স্কোলাব অমা ওইনা ইং ১৯৯৬ তা কেন্দ্রগী হ্যুমেন বিসোর্স দিভলপমেন্ট মন্ত্রালয়না বাষ্ট্রপতি সন্মান (সংস্কৃতকী) পীদুনা ইকাই খুম্মে। লোয়ননা পুন্সি চুপ্পগী ওইনা (শিদ্রিবা ফাওবা) চহী খূদিংগী লুপা লীশিং য়াঙ্খে পীখি। অসিদসু নত্তনা কেন্দ্রিয় হিন্দী সংস্থান, আগ্রানা শ্রীনীলবীব শাস্ত্রিদা "গঙ্গাশবন সিংহ পুবস্কাব" ইং ২০০০দা পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। মনা অসি হিন্দীনা মমাবোল ওইদবা হিন্দী লোলবু শন্দোকপা মীশিংদা পীবা মনানি। মনা অসি লুপা লাক্ষ অমনি। মণিপুবদা হিন্দী প্রচাবগী থবক অসি অনীশুবা লাঞ্জাওগী মমাঙ ইং ১৯৩৫ দগী হৌবক্লে। মসিগী লময়ানবশিংগী মনুংদা ললিতা মাধব শর্ম্ম অমসুং অবিবম বাধামোহন শর্ম্মনচিংবনি হায়। হিন্দী টীচব এসোসিএসন্নসু "হিন্দী সেবকশ্রী" ১৯৮৮ কাঞ্চি ক্যামকোটি শঙ্কবাচার্য্য সংস্কৃত পণ্ডিত সন্মান ১৯৯৪, মদ্রাজনা পীবগা লোয়ননা গোভর্নমেন্ট এডুকেসন ডাইবেক্টোবেটনা সংস্কৃত স্কোলাব ওইনা সার্টিফিকেট ওব ওনব ১৯৮৮ দা পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি।

নীলবীব শাস্ত্রী সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা মবী লৈনবতা নত্তনা অতোপ্পা সংস্থান কয়াগীসু সেক্রেটবি, প্রসিডেন্ট ওইনা থৌ পুবকই। মহাক্না ইং ১৯৫৩দা মণিপুব হিন্দী পবিষদ, ইম্ফাল লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌবকই। মহাক্না সাহিত্য পবিষদকী জেনবেল সেক্রেটবি ওইবিঙেদা মৈতৈলোন্দা ঈশৈ ফাংনবা (নুমিৎ ২০ নি বোম) মফম মবিদা পাঙথোকখি। মণিপুবগী মপান্দা লৈবিবা মণিপুবীশিং থিজিনবা, মকওইনা ত্রিপুবা, কাছাব, হোজাই অমদি হায়লাকান্দিনচিংবদা পণ্ডিত চন্দ্র সিংহ, নন্দলাল শর্ম্মা অমদি মহাক্না লোয়ননা চৎমিন্নখি অমসুং পবিষদকী মশা অমমম হাংদোকখি। মতমদুদা কাছাব লম্বী ফাওনদ্রি।

নীলবীবনা এলাহাবাদ অমদি বেনাবসতা কবিশিংনা শৈবেং থিবা উবকপদগী মণিপুবদসু কবি সম্মেলন তৌবা পামখি। অইবশিংগা খন্ন-নৈনববা মতুংদা ইহান হান্না এবিয়ান থিয়েটবদা জানুৱাবী তাং ১৩, ১৯৫৬তা কবি সম্মেলন তৌখি। মদুদা পাঞ্জি ফাওবা কবি সম্মেলন য়াওবা লাকখি হায়। মদুদা শক্ক য়াদুনা শৈবেং থীখিবা অইবশিংদি গীতচন্দ্র তোংব্রা, সোনামণি, নীলকান্ত, ইবোহল অমদি নীলবীবনচিংবনি।

আদর্শবাদকী মীৎয়েংদা হৌবকপা কবিনা অথেঙবদা ইবকপা শৈবেংশিংদা

বহশ্যবাদলোমদা পূক্লিং লূপ্পকই। হিন্দী সাহিত্যগী ছাত্র ওইনা হৌবকপনা বহশ্যবাদী কবিশিং কবীব, পন্ত, নিবালা অমসুং মহাদেবী বর্মানচিংবা থেংনবদগী বহশ্যবাদতা খূৎ থাবকই। অইবনা শৈবেং, ৱাবীমচাদা নত্তনা অঙাংগী সাহিত্য টেক্সটবুক অমদি হন্দোকপদসু খূৎ থাই। কবিগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি– *অহীং লিক্লা* (শৈবেং, ১৯৫১), *খোংজোম তীর্থ* (খণ্ড কাব্য, ১৯৬০), *কাযস্তবা আশাগী মঙলান* (ৱাবীমচা, ১৯৯৭), *তৎস্ত্রবা পুন্সি লৈপুন* (ৱাবীমচা, ১৯৮৬), *লুচিংবশিংনা নহা ওইবিগে* (১৯৫৩), *বজনীগন্ধা অমসুং অতৈ শৈবেংশিং* (২০০০), *থাগী চীং* (বেঙ্গলীদগী হন্দোকপা), *কম্বন* (ইংবাজীদগী) হন্দোকপনচিংবনি। ফোঙদ্রিবা শৈবেংশিং অমসুং ৱাবীমচা কয়ামকমসু লৈবি। বেডিওদা হিন্দীদা ঙাঙখিবা ৱাবেং খবসু হিন্দীগী লাইবিক ওইনা পুথোক্লবা হোৎনখি অদুবু ঙন্নমদ্রে।

নীলবীব শাস্ত্রীনা সাহিত্যদা তৌবিবা দান ময়ামসিবু শকখঙবা ওইনা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা ইং ১৯৭৩ দা মাগী *ঈথক ইপোম* শৈবেংদা যামিনী সুন্দব গুহ গোল্ড মেডল পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎলি। অসিদসু নত্তনা *তৎস্ত্রবা পুন্সি লৈপুন* ৱাবীমচাদা সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড ১৯৮৯ অমদি ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্ড ১৯৮৯দা ফংখি। অইবনা সাহিত্যদা তৌবিবা খূদোল ময়ামসিবু শকখঙবগা লোযননা এৱার্ডতা নত্তনা উপাধি কয়ানসু লৈতেংখি। অসাম মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা "সাহিত্য বত্ন ২০০০", মণিপুব সংস্কৃত পবিষদনা "সাহিত্য শিবোমণি ২০০১" পীদুনা অইববু ইকাই খুম্নবা উৎখি।

অইবনা হায়, "ঙসিগী চবাঙনববা পৃথিবীসিদা কলম্না অচৌবা মতেং অমা পুবকপা ঙমগনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। মসিদা দবকাব ওইবিবদি পৃথিবীদা লৈবিবা অইবশিং অসিগী অপূনবা শক্তি অমা শেম্না হায়বসিনি। ঙসিগী ৱাববা তঙ-তাদ্রবা অশান্তি ঙাক্তা ঙায়ববা মালেমসিদা অইবশিংগী অপূনবা খোল্লাউতনা শান্তি পুবকপা ঙমগনি।"

মশাগী চহী ৭৫ বোম শুবক্লববনি, চহী য়ামজবক্লবসু মশা খীংনা উবিবনি অমসুং পোত্থাবা লৈতনা লাইবিক ইবিবনি। সংস্থান কয়াগী থবক পুবিবনি। নহা মচাগুম থবক খূদিংমক নংনবা চেল্লি। নোংমদি মপূগী লৈকোলদা তিল্লগদবা পুন্সিনা হিংলিবা ফাওবদি কলমদগী লোইবা নাইদনা ঈচেল চেম্বক্তুনা লৈখল কয়া দান তৌখিগনি হায়বগী আশা থল্লিবনি অদুবু খঙহৌদনা শাথীববা থম্মোযগী লায়না অমনা মবম ওইদুনা ইং ২০০৫গী মেগী তাং ৭, থাংজ নুমিত্তা তাইবংপান থাদোকখি।





## সরাংথেম বরমণি সিংহ

সরাংথেম ববমণি সিংহ মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং যাবকপা অইবনি। মহাক্না মোইবাং শাইওনগী ব্রাবী কযাবু ড্রামা ওইনা ইথোক্তুনা ওল্লিবৈগী থিযেটবগী লমদা অহাঙবা অমা মেনখত্তুনা লাক্লি। মহাক ইং ১৯২৮গী এপ্রিলগী তাং ২৮দা চনম পৃথ্বী মপাল, ইম্ফালদা পোকখি। অপোকপা সবাংথেম অঙাতোন অর্মাদ অপোকপী চিনিলৈমগী মচানুপা অহলনি। মচীন-মনাও নুপা অনী, নুপী অনীনি।

ববমণি অঙাং ওইবিবৈদা চীংঙা ইউ পি স্কুলদা লাইবিক তম্লকই। মথং মথং পাস তৌবক্তুনা জোনষ্টোন স্কুলদা তমদুনা, মেট্রিক থাবকখি। লাইবিক মযাই ওইনা ফবকই। মপা ইবুংঙোনা সনা শাবগী থবক তৌবকপনা মহৈ মশিং তম্বগী অবাবা থোইনা মাযোক য়াখিদে।

ইং ১৯৪৮দা মেট্রিক পাস তৌববা মতুংদা ডি এম কোলেজদা আই এ তম্লকখি। মতমদুদা কোলেজ অসি জোনষ্টোন স্কুলদা ওইবম্মী। নুংথিলগী পুং মবিদগী ক্লাস হৌবম্মী। অদুবু ববমণিদি মেট্রিক পাস তৌববা মতুং ইং ১৯৪৯ গী এপ্রিল থাদা সিভিল সপ্লাইদা কেবাণী ওইনা থবক তৌবা হৌই। থবক তৌনা তৌনা লাইবিক মখা তমথদুনা ইং ১৯৫২দা আই এ পাস তৌখি।

ইং ১৯৫০দা ববমণিনা ইবেমনিগা লুহোঙদুনা যুম্বানবগী লম্বীদা ইহান হান্না খোঙদামিন্নে। মচানুপী অমা পোকই। অদুবু কুইদে যুম্বানবগী পুন্সি কিশি থাংনা লাকই। চযেৎনবা কযা লৈবকই। অদুনা অহানবগী নুপী খাইনথ্রবা মতুংদা পাঙস্কম ইবেমহলগা ইং ১৯৫৩ দা অমুক হন্না লুহোঙদুনা মচানুপা অমা পোকই। মতুংদা অবোইবদা অহুমশুবা নুপী ওইনা নিংথৌজম ভগীবথকী মচানুপী আশালতাগা লুহোঙদুনা যুম্বানমিন্নে। পূন্না মচানুপা মবি, নুপী অনী পোকই।

ববমণি ছাত্র ওইরিঙৈ মতমদদি লাইবিক ইনিংবগী ঈথিল থোইনা লৈবক্তে। শান্ন-খোংনবা অমসুং বাজনীতিগী লম্‌দসু থরায যাওবক্তে। মপালগী অহৈবা কয়াগী লাইবিক থোইনা পাবক্তে, পানিংবগী ঈহুল লৈবক্তে। অদুবু শ্রীনামৈবাকপম তর্পন সিংহ্‌ পণ্ডিতনা ইবিবস্না লম্মিৎ তুম্মিৎকী মবমদা অবিবা লোলদা ইবা থেংনকবদগী মদুবু অবাইবা লোন্দা ইথোক্‌লুনা খগুহন্নীংবা অমা পোক্ককখি। মশামকসু অবিবা ময়েক, পুয়া কযা পাবা, ইবা ওন্নবা হোৎনখি। মহাক্লা *লম্মিৎলোন* কৌবা লাইবিকসি অবিবা লোন্দগী অবাইবা লোন্দা ইননবা হোৎনবদা নামৈবাকপম দিনচন্দ্র পণ্ডিত অমদি থোঙাম মাধব পণ্ডিতকী অচৌবা মতেং লৌখি। লাইবিক অসিগী হীবম অসি চাউমনখিবনা মক ওইবশিংদমক খনগৎলগা ইং ১৯৫৪দা *লম্মিৎলোন* ফোঙখি। মসিনা ববমণিগী পুন্সিদা ফোঙবা ইহান হানবা লাইবিক্লি। লাইবিক অসিমক্লা মাগী তুংগী পুন্সিদা ইনিংবগী ঈহুল পূন্নমক যূম্ফম থোনবা হৌখিবনি।

ববমণিনা অবিবা লোন (পুযা) খবা পাকবা অমদি নৈনকবদগী মণিপুবগী নিংথৌবোল কযাগী ব্রাবীসু থিজিনবা হৌখি। *চৈথাবোল কুম্নাবা*, *নিংথৌবোল লম্বুবা*, *শঙ্গায ফমাং*, নিংথৌবোলগা মবী লৈনবা ব্রাবীশিং অমদি পুযা কযাগী মতেং লৌদুনা *মৈতৈ নিংথৌবোল*গী লাইবিকসি পোত্থাবা লৈতনা শাগৎখি। অবিবা লোন কযা থিজিল্লুবদগী মোইবাং শাইওনগী ড্রামা কযা ইবকপদা মযুং মফেল চানা লৈচল শেন্না ওন্নকই। মোইবাং শাইওনগী ব্রাবী ইবকপদা পেনা শকপশিংগী খোঙ্গুল লীদুনা মখোযদগী ব্রাবী কযা খোমজিল্লি। পেনা শকপা অমত্তং লৈ হাযবদা মহাকপু উনহৌনবা চেল্লি। মোইবাং শাইওন ইবকপদা যাম্না ব্রাখি হায। মসি ইননবা হোৎনবদা মমিং চৎলবা পেনা শকপা কযা মক ওইনা সর্ব্বশ্রী সিনাম সনাজাওবা, হৈস্নাম ইবোমচা, নিঙোম্বম মেবা, এলাংবম মেবা, থোঙাম নিংথৌ (লৌবাল খেকমন), ওজা খেংনাং (বাংঙু), ফাইবেম্বম ইবোতোন (মোইবাং), মাইবম তোম্বী (কোংপাল), থোকচোম তোলমু, হেমাম চাউভল (মোইবাং পাউলৌ লৈকাই) উনদুনা মখোযগী মতেং যাম্না লৌখি হায।

*লম্মিৎলোন* ফোঙখ্রবা মতুংদা অবিবা লোন কয়া যানশিন্দুনা *হাওবং লৈবং শাফবী* ড্রামা ওইনা ইবকই। ড্রামা অসি এম ডি যুনা (মণিপুব ড্রামাটিক যুনিযন) যাম্না মায পাক্লা শান্নখি অমসুং মমিং য়াম্না চৎপা ড্রামা ওইখি। ড্রামা অসি নেসনেল ড্রামা ফেষ্টিভেল, নিযু দিল্লীদা শকক য়াখি। ফেষ্টিভেল অসি নিপালশুবা সেদ্যুলদা চল্লবা কাগুবু নত্তনা অতৈদি যাওবা যাদে। মসিদা ফোক কেটেগোবিদা অহানবা মনা ইং ১৯৬৬ তা ফংলকখি। মণিপুব ফিল্ম ডিভলপমেন্ট কোর্পোবেসন লিমিটেদ ইম্ফালনসু হাওবং লৈশং শাফবী বেষ্ট স্ক্রুপ্ট বাইটব এব্রার্ড ১৯৫৪দা পীখি। অসিদসু নত্তনা *কেগে লমজা* ড্রামাদসু নেসনেল লেভেল ফোক এণ্ড ট্রেডিসনেল ড্রামা ফেষ্টিভেলদসু *তোনু লাইজিংলেম্বী*না বেষ্ট স্ক্রুপ্ট বাইটব তাখি।

ববমণি সবকাবগী থবক্কী মতাংদদি কেবাণী ওইবম্বদগী মথং মথং প্রমোসন ফংলক্তুনা এডুকেসনগী ইন্সপেক্টব ওব স্কুল (হান্না পাউনা বাজার হৌজিক্কা পাউনা মার্কেট লৈবম্মী) দা হেড ক্লার্ক ওইনা প্রমোসন ফংলকই। মসিদা তাবিঙৈগী মনুংসিদা চীং অমসুং তমগী ওজা কয়া উনবগী খুদোংচাবা ফংখি। মখোয়গা তোংন-তিন্নদুনা ৱাবী শাবদগী কবুইগী, তাঙ্খুলগী, কুকিগী, মবিংগী, অনালগী, মাও মবামগী, পাইটেগী, মাবগী ফুঙ্গাৱাবী কয়া মখোয়না লীবিবম্মী। ওফিসতা লাকপা চীংমীশিং অদুগা খঙনদুনা মানা পান্নিবা খঙনীংলিবা পান্দমদু ফংনবা কন্না হোৎনৈ। মাগী হোৎনজমলগী মপান্না *চীং তমগী ফুঙ্গাৱাবী* মীয়ামদা লাঙ্খোবকই।

ববমণিনা ইন্সপেক্টব ওব স্কুলদা হেড ক্লার্ক ওইনা চহী খবা পুবন্নবা মতুংদা সিভিল সপ্লাই ওফিসতা ইন্সপেক্টব ওইনা প্রমোসন কায। অদুগী মতুংদা এসিস্তেন্ট ডিবেক্তব ওইনা প্রমোসন ফংদুনা তমেংলোংদা পোষ্টিং তাই। অদুবু ববমণিদি তমেংলোংদা চৎখিদ্রে, ভোলুন্টবি বিটায়াবমেন্ট ইং ১৯৮২দা লৌদুনা থবক্তগী পোথাখি। সিভিল সপ্লাই ইন্সপেক্টব ওইবিঙৈগী মনুংদসু থা তকক জেল্লব ওইনা পল্লেল জেলদসু পুবকখি।

ববমণি নহা ওইবিঙৈদগী হৌনা সাহিত্যগী সংস্থান কয়া অমদি থিয়েটবগী কাঙবুগা শম্নদুনা লাকখি। এম ডি যুগী সেক্রেটবি ১৯৬০দা ওইবকই। অবিবা মণিপুবী সাহিত্য সব কমিটিগী মেম্বব অমদি মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী লাইফ মেম্বব ওইবকই।

হোৎনবা কনবা, থিজিনবা লেপ্তবা ববমণিনা ড্রামাদা নত্তনা সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা মচল কয়াদা খুৎ থাবকই, মক ওইনা লম্মিৎলোন্দা, ইতিহাসতা, শৈবেংদা, ড্রামাদা, ৱাবেংদা, ফুঙ্গাৱাবীদা, পাউবৌ, পাউতাক, অঙাংগী সাহিত্য অমদি টেক্সটবুকনচিংবসু ই।

ববমণিগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি ১। *লম্মিৎলোন* (১৯৫৪), ২। *হাওবং লৈশং শাফবী* (ড্রামা), ৩। *পুবেন্না* (ড্রামা), ৪। *হাওনু কৈশিতোম্বী* (ড্রামা), ৫। *কেগে লমজা* (ড্রামা), ৬। *মৈতৈগী ফুঙ্গাৱাবী*, ৭। *মণি পবেং*, ৮। *অঙাংগী পাউতাক ৱাবী*, ৯। *মৈন্নে লৈসনা নুংজুমপাল কন্দাম্বদি লৈনুংশি*, ১০। *মৈতৈ নিংথৌবোল*, ১১। *মৈতৈ পাউবৌ ৱাবী*, ১২। *মৈতৈগী লাইনীং লাইশোল*, ১৩। *মৈতৈ ইমা লাইবেম্বী*, ১৪। *চীং-তমগী ফুঙ্গা ৱাবী*, ১৫। *মোইবাং শায়োল* অসিনচিংবনি। অদুগা ফোঙদ্রিবা লাইবিকশিংনা ১। *নুবা ঙাইখোংঙম্বী* (ড্রামা), ২। *গবীবনিৱাজ*, ৩। *শংলৌলেম্বী*, ৪। *খম্বা-থোইবী* (ড্রামা), ৫। *হাওবা কোনু* অমদি ৬। *লোইকুম লোইকা* নচিংবা ড্রামাশিংনি।

ববমণিগী ড্রামাশিং থিয়েটবদতা নত্তনা বেডিওদসু শন্দোক্তুনা লাক্লি। বেডিওগী ড্রামা সিবিএলসু ই। মহাক্না মণিপুবী সাহিত্য চাওখৎনবা অমদি থিয়েটবগী লমদা তৌবিবা দান ময়ামসিবু শকখঙবা ওইনা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা "সাহিত্য ভূষণ" উপাধি ইং

১৯৯৩দা পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি।

অইবা অসিনা হৌজিক হৌজিক সবাংথেম শাগেগী য়ুমদাবোল পুয়াদা চিংথ নাম্নহৌবা শবাংথেম কাগুবুশিং অদু হাপচিন্দুনা নম্নবা থৌবাং তৌবি। নহামচাগুম থবক খুদিংমক নংনবা কোয়চেল চেল্লি। চহী তবেৎ খুন্তাকপদা মণিপুরগী ব্রাংমদা চৎখিবশিং অদুগী মবমদা থিজিন্দুনা অমদি খোমজিন্দুনা লাইবিক ওইনা পুথোক্কে হায়না খল্লি লোয়ননা লাংথবাল কাঞ্চিপুরদা নর্সিং হোম অমা লিংখৎনিংবগী অপাম্বা লৈ হায়না ফোঙদোক্লি।





## খানোৎ কেঙ্গু হিউ (কে কে হিউ)

মী যাম্না কে কে হিউ হায়না খঙনবা শ্রীখানোৎ কেঙ্গু হিউ চীংমীশিংগী মবক্তা মমিং লৈবা অইবা অমসুং সোসিএল রার্কর অমনি। মহাক ইং ১৯২৯গী ওক্তোবরদা উখুল জিলাগী হুমি খুলদা পোকখি। অপোকপগী মিং থিয়ুব কেঙ্গু অমসুং অপোকপীগীনা খামঙলা জিংখায় কৌই। মচিন মনাও তবেৎকী মনুংদা মহাক্না খ্বাইদগী অহল্নি।

খানোৎ কেঙ্গুগী অপোকপা খুলগী খুল্লাকপনি। শাগৈগী পিবানি। পিবাগী মচানুপী অহল লুহোঙবদা কোনশাং (মমল যাম্বা অপাকপা লীক মখল অমা) অমদি পাম্বোমফাবী অনী তঙাইফদনা উনদবা যাদে হায়। চীংমীশিংগীদি যণ (ইবোই, শন্দং ওইববসু) লৌ অমদি উফম (শীং যানফম) লৈববদি ইনাকখুনবশিংদা চল্লি। উফম অসি চীংমী খুদিংমক্কীদি লৈতে। অদুম ওইনমক লাযববশিংগীদমক্তদি কম্যুনিতি প্রোপবতি হাযদুনা খুনগী মনাক্তা উফম নৈ। মদুদগী মখোয়না শেল তিংদনা উ যানবা যাই।

খানোৎ কেঙ্গু অঙাং ওইবিঙৈদা সোমদল ইউ পি স্কুলদা লাইরিক তম্লকই। মথং মথং পাস তৌবক্তুনা শিল্লোংদা ক্লাস টেনদগী তম্লকই। লাইরিক মযাই ওইনা ফবকই। অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা মযামগী থবক্তা থল্লায যাওবা অমদি শাম্ন-খোৎনবা পাম্লকই। ইং ১৯৫১ দা Mawkhar Christian High School Shillong দগী মেত্রিক পাস তৌদুনা St Anthony's College শিল্লোংদা আই এ তম্মী। মাগী লাইরিক তম্নবা বি এ ফাওবগী অচঙবা পৈশা পূম্নমক অসি মশীং অসুক্কি হায়দুনা মপাইবুংঙো থিয়ুব কেঙ্গুনা মাঙজৌননা পীথোকই হায়। মসিদগী রাৎপা অমসুং হেনবদি মশাগী মবন্নাই ওইজগদবনি। পীবিবা পৈশা অসিদগী লোইথোকখ্রবদি অমুক হন্না পীবা ঙম্লোই হায়দুনা পৈশা মযামদু শিন্নবকখি হায়।

খানোৎ কেঙ্গুনা মপানা পীবিবা পৈশা ময়াম অদুদগী খাই খাইদুনা অসুম শীজিন্নবকপনা আই এ পাস তৌদুনা বি এ অবোইবা চহী তম্লকপগী অদুরাইদদি পৈশাশিংদু

লোইথোকখিবশ্মী। অদুনা বি এ তম্বা ঙমদনা ময়ূমদা থোকপা তাবশ্মী। মতম অদুদা ইংলিশ মিশন্নবি অমখক্লা মহাক্কী লাইবিক্তি তম্নিংবা শেলদি লৈতবা অৱাবা ফীভমদু উবদা নুংঙাইত্রদুনা মহাকপু সেলস টেক্স ওফিস, শিল্লোংদা এল দি সি ওইনা হাপ্পীদুনা খানোৎ সবকাবগী কর্ম্মচাবী ওইবশ্মী। থবক তৌনা তৌনা St Anthony's College দা নুমিদাং ওইনা বি এ তম্লশ্মী। কোলেজদুদগী বি এ পাস তৌববা মতুং কেৱাণী ওইনা চহী অহুমলোম লৈবম্লগা টুয়েনসাং অমদি নেফা (নোর্থ ইষ্ট জোন ফ্রোন্টিযাব এজেন্সি) দা য়ু দি সি ওইনা থবক তৌবম্লগা ময়ূমদা হল্লক্তুনা ইং ১৯৫৫ গী ডিসেম্বব ৩১দা নিংখানঙগা লুহোংঙদুনা অনৌবা যূম্বাল পুন্সি অমদা খোঙদাবা হৌই। মচানুপী তবেৎ নুপা অমা পোকই।

লুহোংঙলবা মতুংদা য়ু ডি সিগী ফম থাদোক্তুনা তোল্লোই একাদেমীদা হেড মাষ্টব ওইনা থবক তৌবশ্মী। থবক তৌনা তৌনা দিল্লীদা বি এড থাদোক্তুনা পাস তৌবশ্মী। ইং ১৯৫৮-৫৯দা মহাকপু ডিষ্ট্রিক্ট ইনফোবমেসন অমসুং ফিল্ড পব্লিসিতি ওফিসাব ওইনা খল্লশ্মী। মথং মথং জুনিযাব বি ডি ও ওইবম্বদগী সেনিযাব বি ডি ও অমদি এস ডি ও ওইনা পুবকখি। কাংপোকপীদা এস ডি ও ওইবিঙৈ ইং ১৯৭১দা সেনসস মেডল ফংখি।

খানোৎ কেঙু চীংগী তোঙান তোঙানবা মফম কযামুক্তা মক ওইনা মাও, মবাম, ফুংযাব, কাংপোকপী, তামৈ, তমেংলোং, তেংনৌপলনচিংবদা পোষ্টিং তাবকখি। মহাক্লা তাক তাকুবা মফমশিং অদুগী অহল লমনগসু উনদুনা চীংগী ফুঙ্গাৱাবী কয়ামকম খোমজিল্লশ্মী। মদুগীদমক থওইনা মতম কাইথোক্তুনা চীংমী অহলশিংগা উনদুনা লিববা ৱাবী কযামকমসু লীহল্লশ্মী। অসুম্না মখ্বাযনা তাজবা হীবম অমা ওইনা চীংগী ফুঙ্গাৱাবীশিং খোমজিনবগী অচৌবা খুদোংচাবা অমসু ফংবা ঙমজখি।

খানোৎ কবেল ডিভেলপমেন্ট অমসুং পঞ্চাযেতী বাজগী ডিবেক্তব ওইনসু থবক পুবশ্মী। পব্লিসিতি ডিপার্টমেন্টতসু এডিসনেল ডিবেক্তব ওইনা মতম খবা পুবল্লগা আব এম সি (হৌজিক্লা বিম্স)দা এডমিনিষ্ট্রেটিব ওফিসাব ওইনা লাকখি। ইং ১৯৯৪ গী ওক্তোবব ১ দা এডমিনিষ্ট্রেটিব ওফিসাব ওইনা থবক্তগী পোৎথাখি।

খানোৎনা ইবা লাইবিক মবি তাংখুল লোলদা ফোঙম্রে। লাইবিকশিং অদুদি ১। Awo Ayi-Lam (১৯৭৩, ফোকটেল্স), ২। Rikamara Tui, (১৯৭৪, ফোকটেল্স), ৩। Zingtun Kashung Shang un (২০০০, মাইগ্রেসন), ৪। Sadar Hills (২০০০) অশিনচিংবনি। অদুগা ইবা লোইববা ফোঙদ্রিবা লাইবিক্লা *জবনি ওফ লেন ওফ দ ডেথ* (Journey of Land of the Death) হায়না মিংথোনবা ইংলিশতা ইবা ফুঙ্গাৱাবীসিনি। খানোৎ কেঙুনা ভাবতকী মফম কয়াদা চৎতুনা সেমিনাবগী পেপব কযাসু পাথোকম্রে। পাখিবশিং অদুগী মনুংদা কলচবগা মবী লৈনবা *কষ্টম এণ্ড ট্রেডিসন ওফ মণিপুব বিথ স্পিসিয়েল বিফবেন্স টু তাঙ্খুল নাগা* (Custom and Tradition of

Manipur with Special Reference to Tangkhul Naga) পনবা য়াই। ভাবতকী দূবদর্শনগী মখাদা মহাক্লা ভাবতকী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা ওবিয়েন্টেসন, ট্রাইবেল ওবিয়েন্টেসন, ফিল্ড ষ্টদি অমদি এডমিনিষ্ট্রেটিভ ত্রেনিংনচিংবগী মতাংদা ৱাবী ৱাতাইগী থৌবম (টোক) মবিফুগী মথক্তা পীখি। তাংখুলগী ছাত্রশিংগীদমক আর্টিকল হুম্ফু হেন্না মেগাজিন অমদি জবনেলদা ফোঙম্রে। তাংখুলগী নুংতিগী চেফোঙ "অজা" দসু আর্টিকল কয়া লেপ্তুনা ই। খানোৎ কেঙুনা সিঙ্গাপুবদা থবক তৌদুনা লৈম্রবা মচানুপীগী মনাক্তা চৎলুঙে হোলিলেগুনি হায়না লৌনবিবা জেকসালেমদা চঙলকপদা পুক্সিবু হেন্না ময়েক শেংলকপগুম ফাওখিবদু কাউঙমদ্রবা থৌদোক অমা ওইদুনা লৈহৌবগনি হায়, মবমদি মীওইবনা পুথ্রী নৎত্রগা সমুদ্রদগী ঈশিং শোক্তুনা পাত্র অমদা থম্বদা ঈশিংগী চাংদি পাত্রগী মতুংইন্না খেন্নববসু মহাওদি চপ মান্নে। মীওইবগী হকচাং অসিসু পাত্রদুগা চপ মান্ননা খলহল্লকখিবদু ঙসিসু নৌহৌনা নীংশিংলুই।

খানোৎ কেঙুনা মণিপুবী ট্রাইবেলশিংগী সাহিত্য, কলা অমদি সংস্কৃতিগী লমদা তৌবিবা দান ময়ামসিবু শকখঙবা ওইনা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমীনা ইং ১৯৯৯-২০০০ দা ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্ড পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। অসিদসু নত্তনা নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফালনসু মহাক্লা মখল কয়াগী খুৎইদা খুৎ থাদুনা সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবা অসিগীদমক ইকাইখুম্নবা উৎতুনা "বাইটব ওব দি ইয়াব, ২০০০" হায়বা মিংথোল অসি পীখি।

খানোৎ কেঙুদা মণিপুবী লোলদগী ইংলিস লোলদা অমদি তাংখুল লোলদা ট্রান্সলেট তৌনবা সাহিত্য একাদেমীনসু এসাইনমেন্ট কয়া পীবক্তুনা লৈবি। বাইটর্স ফোবম ইম্ফালনা শিন্নবিবকপা থৌদাংবু হবাও হবাও য়াদুনা নিলবীব শাস্ত্রী, এম কে বিনোদিনী, কে ঐচ প্রকাশ অমদি এ চিত্রেশ্ববনচিংবগী ৱাবীমচা কয়াসু তাংখুল লোলদা ট্রান্সলেট তৌবা লোইদুনা লৈবে।

খানোৎ কেঙুনা তাংখুল নাগা গেজেটেদ ওফিসাবস ৱেলফিয়াব এসোসিএসনগী সেক্রেটবি, তাংখুল লিটবেচব সোসাইটিগী মেম্বব অমদি নোর্থ ইষ্ট জোন কলচবেল সেন্টব, ডিমাপুবগী মেম্বব ওইবম্মী।

খানোৎ কেঙুগী লাইবক থীবা অমনা ইং ২০০৩গী মে থাদা বি পি ষ্ট্রোক তৌবক্তুনা ৱা ঙাঙবা অমদি চৎপা ঙমখিদে। মশাগী চষী য়ামশিল্লকবা অইবা অসিনা নাবা ফবক্লগা ট্রান্সলেট খবদি মণিপুবীদগী তাংখুল লোলদা তৌখিগে লাইৱিক খবসু ইখিগে খনখি অদুবু ফবকখিদ্রে। ইং ২০০৫গী ফেব্রুৱাবী ২২ দা সংসাব থাদোকখি।





# নাওরেম কালিমোহন

নাওবেম কালিমোহন মণিপুরী সাহিত্যদা ড্রামাগী লমদা শীংথানবা য়াবা মশক নাইবা অইবা অমসুং দিবেক্তব অমনি। ঙল্লিঙৈগী মতমদগী হৌজিক ফাওবদা মণিপুরগী মফম কযাদা মাগী ড্রামা কযা শান্নখ্রে। ড্রামাদা নত্তনা শান্ন-খোৎনবা অমদি সমাজগী অতৈ চাওখৎ থৌবমশিংদসু থব্রায যাওবা মীশক্লি। মহাক ইং ১৯২৯, মার্চ ৩০ দা ককচিং নিংথৌ লৈকায়দা পোকই। অপোকপা নাওবেম থম্বৌ সিংহ অমসুং অপোকপী চমু দেবীগী মবিশুবা মচানুপানি। মচীন মনাও তকক্লি। নুপী অহুম, নুপা অহুম। মতম অদুদা ককচিং মাযকৈদা লাইবিক কযা তম্নবমদে অদুনা কালিমোহন্না লাইবিক তম্নকপা গ্রুপ অসিনা অহানবনি। মখোযগী মমাঙদা লাইবিক তম্নকপা অনী অহুম নত্তনা থোইদোকপা লৈতে হায়। কালিমোহনসু যাম্না চাউনা শঞ্জেন শনঙাক ঙম্নকপা মতম মশাগী চহী তবাগী অদুৱাইদগী লাইবিক তম্বা হৌবকই। মথং মথং পাস তৌবক্তুনা ইং ১৯৪৬ তা ক্লাস সিক্সতগী চুড়াচান্দ হায়স্কুল (হৌজিক্কী সি সি হাযব সেকেন্দবি) দা তম্নকই। মতম অদুদা বস চেন্দ্রিবনিনা ট্রকনা ইম্ফাল তান্না চৎলি। চৎথোক চৎশিন্দা অৱাবা অমা ওইবকই। ইম্ফালদগী ককচিং ফাওবা খোঙনা চৎপা য়াওখি হায়। ইং ১৯৫০দা মেত্রিক পাস তৌদুনা ডি এম কোলেজ অসিনা জোনষ্টোন স্কুলদা ওইবিঙৈদা মখা তম্নকখি। ইং ১৯৫২দা আই এ পবীক্ষা পীবগা লাইবিক মখা তমথবা ঙম্নমদে। মবমদি চহী অসি চাকতাঙবা কুম থোক্তুনা ইম্ফালদা মহাক্না লৈবিবা ভাবাগী য়ূমদুদা চহীগী ওইনা ফৌবোৎ ১৫ দগী ১৮ ফাওবা পীগদবদু উপায় লৈবমদে। অসুম্না চহীগী ওইনা ফৌবোৎ কাদুনা ইমুংদুগী মীশিংগা পুন্না চামিন থকমিন্নদুনা লৈমিন্নবনি। লাইবিক তম্বা তোকথোক্তুনা থবক থিবম্মী। সিফাই খল্লগে হায়বা ফাওবা খল্লম্মী। অদুবু লাইবক ফবদি চহী অসিদা ওল ইন্দিয়াগী ফাইভ ইয়াব প্লানগী ওইনা থৌবালদা (মতমদুদা থৌবাল দিস্ত্রিক্ত ওইদ্রি) কম্যুনিতি প্রোজেক্টকী সুপরভা

অনী অমসুং ভিলেজ লেবেল ব্রার্কব মবি কৌবকখি। ভাবতকী ওইনদি থৌবালদা হাংদোক্লিবসি ৫৫ শুবনি অদুগা মণিপুবগী ওইনদি থৌবালনা ইহান হানবনি হায়। কালিমোহন্না ভি এল দল্লিয়ুগী ইন্টবভিয়ু ম্নাওদুনা হেক খল্লকপগা জোবহাটতা ট্রেনিং চৎখি। ইং ১৯৫৩ দা ত্রেন হেন্দ অমা ওইনা গোবর্নমেন্ট সার্ভিস তৌবকপদুনা মথং মথং প্রমোসন ফংলকখি। ইং ১৯৫৮দা এক্সটেন্সন ওফিসব (এগ্রি), ইং ১৯৭৬তা এগ্রিকলচব ওফিসাব, ডিপুটেসন্দা এসিষ্টেন্ট প্রোজেক্ট ওফিসব অমদি ইং ১৯৯২দা এগ্রিকলচব ওফিসাব ওইনা থবক্তগী পোক্লাই।

মযাই ওইনা লাইবিক ফবকখিবা কালিমোহন ছাত্র ওইবিগুঁ ক্লাস আইত/নাইন তন্নকপা অদুব্রাইদগী হৌনা শৈবেং, ব্রাবীমচানচিংবা ইবা হৌবকখি। স্কুলগী মেগাজিন্দা শৈবেং কয়া হাপখি। ড্রামাদি থবক তৌববা মতৃং পোষ্টিংদা লৈবিগুঁদা অয়াম্বা ইবকখিবনি হায। অঙাং ওইবিগুঁদগী হৌনা আওত বৃকসু য'ম্না পাবকই। লিও টোলসটোইগী 'কোফি হাওস এত সুবট' হায়বদু পাকন্বদগী ড্রামা ইনিংবগী ঈথিল পোক্লকখি। মদুদা যুমফম ওইবা মাগী ইহান হানবা ড্রামা *খাইগী হোটেল* ইদুনা মশামক্লা ডিবেক্সন তৌদুনা নহাবোল কাণ্ডবু অমা শেন্নগা শান্নখি। ড্রামাসিবু ইখিবগী মতাংদা মখা তানা অইবনা হায়– "ইং ১৯৬৫ দা ককচিং মাযকৈদা ধর্ম্মদা লাইনীং লাইশোলগী মতাংদা ঐখোয়গী লৈকায়মক্তদা সনামহী চৎপা কাণ্ডবুগা গৌব ধর্ম্ম চৎপা কাণ্ডবুগা খৎন-চৈনবগী থৌদোক কথা থোক্লকখি। ধর্ম্ম মান্নদবা অসিমক্লা মবম ওইদুনা মযূম পানখিবা মচানুপী ফাওবা চঙহন্দবা যাওখি। মসিদগী নুংঙাইতবা পোক্তুনা ধর্ম্ম খূদিংমক চপ মান্নে পন্দুংফর্মদি অমত্তনি, মালেমদা লৈবিবা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎলবসু মীওইবগী হৃকচাংদা চেল্লিবা ঈগী মচুদি চপ মান্নে, যনবী খূদিংমক্কী মচু মান্নদ্রবসু শঙ্গোমগী মচুদি চপ মান্নে হায়বসি খঙহন্নীংখি।" অসুম্না পাকবা লাইবিক্কী ঈথিলগা থেংনকবা থৌদোক কয়াগা তোংশিন্নদুনা ড্রামা কয়াদা চাংয়েং তৌবা হৌবকখিবনি। মসিদগী হৌবকখি *খাইগী হোটেল* সু। কালিমোহনগী অনীশুবা ড্রামা *অপঙ খুজ্জাও* যাম্না মমিং চৎপা ড্রামানি। ড্রামা অসি লৈময়োল আর্টস সেন্টব চীংঙামখানা ইহান হান্না শান্নখি। মথংদা এম দি য়ু, খা মণিপুব ড্রামাটিক য়ুনিয়ন (ককচিং), লোয়ননা ব্রাঙ্গোই, সুগনু, জিবিগী কাণ্ডবুনসু মশীং খঙদনা শান্নখ্রে। এ আই আব অমদি দূবদর্শন কেন্দ্র ইম্ফালদসু শন্দোকখ্রে। সিলভব জুবিলীগী মশীং হেন্দোক্লা শান্নখ্রবা লীলানি। ড্রামা অসি সোসিযেলিজমগী ব্রাখল্লোনদা শাগৎপা ড্রামানি। মাগী *মঙ নত্তে তাইবংনি* হায়বা ড্রামা অসি রূপমহল থিয়েটব ইম্ফালনা ইং ১৯৮১ দা শান্নখ্রে। ইং ১৯৮৩ দা ছাপা তৌবা *নোংমগী নিংথৌ* ককচিং ড্রামাটিক য়ুনিয়ন্না শান্নখ্রে। ড্রামা অসি অবাবিয়ান নাইটসকী ব্রাবীশিংনা পীখিবা ঈথিলদগী ইখিবনি।

হৌজিক ফাওবদা কালিমোহন্না ইবা ড্রামা তবানিপাল শুখ্রে। মাগী ড্রামা অয়াম্বা

মশামক্না ডিবেক্সন তৌদুনা শান্নখিবা ঙাক্তনি অদুগীসু মথক্তা ড্রামাদা শক্লিবা ঈশৈ পুম্নমকসু মহাক্না ইবা ঙাক্তনি। মহাক্না সমাজিক প্লেদা নত্তনা পৌবানিক প্লে *চকপা হয়াইনু* অমদি *শকুন্তলা*-নচিংবসু ই, অদুবু হেন্না খৃৎলোয়বদি সমাজিক প্লেনা হেল্লি হায়।

কালিমোহন হিউমবস অমসুং সেটবিকেল শোর্ট প্লে কয়াসু মায পাক্না ই। মাগী *পাখ্রা লুখ্রা* (১বা অমসুং ২বা), *অঙাং*, *কুমগী নোং* অমসুং *নুংশিবিমল্লিদা* পনবা য়াই। *পাখ্রা লুখ্রা* অইবা মশামক্না ডিবেক্সন পীদুনা ওল মণিপুব শোর্ট প্লেজ কম্পিটিসন, ১৯৮৩ দা শব্দক য়াখি। বেষ্ট স্ক্রপ্ট অমদি ডিবেক্সনগী মনা ফংখি। মসি নত্তবা ড্রামা কয়াসু কম্পিটিসন্দা শব্দক য়াখি।

কালিমোহন থিয়েটবদতা নত্তনা শান্ন-খোৎনবগী লমদসু থব্রায য়াওবকই। অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা শান্নবা য়াম্না পান্নকই। ভোল্লি য়াম্না পান্না শান্নবকই, ভোল্লিগী দ্রোপব হায়না খঙনবকই। ককচিংদা বোক্সিংগী মশান্না ইহান হান্না হৌদোকপা নুপানি। শান্নবগী প্লেগ্রাওন্দ কয়া শেমগৎ শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং য়াবকই। ককচিংগী ডিস্ট্রিক্ট স্পোর্টস এসোসিযেসনগী প্রেসিডেন্ট চহী নিপাল ওইবকই। শান্নবদা নত্তনা সমাজগী অতৈ চাওখৎ থৌবমশিংদসু থব্রায য়াওবকই, কালিমোহন্না ককচিংগী সঙ্গীত নাটক একাদেমীগী প্রেসিডেন্ট চহী নিপাল (১৯৯০-১৯৯৮) ওইবকই। ককচিংদা লৈবা ম্যুজিক কোলেজগী মেম্বব, যোগ ট্রেনিং সেন্টবগী এডভাইজব অমদি লাইওন্স ক্লব ককচিংগী চার্টব প্রেসিডেন্টনচিংবা ওইবকই। অসিদসু নত্তনা ককচিংগী সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগসু খৃৎশম্নদুনা লাকখি। সাহিত্য সেবা সমিতিগী প্রেসিডেন্ট অমদি বাইটর্স এসোসিএসনগী ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইবকই। হৌজিক ফাওবদা অহল ওইজববসু সাহিত্যগী থবক থৌবম কযাদা থব্রায য়াওনা চেল্লি। সাহিত্যগী চেফোঙ কয়াদসু ব্রাবেং, শৈবেং হাপ্পুনা ইবা লেপত্রি। ইং ১৯৮৩ দা ব্রাবীমচাগী কলেক্সন *নিঙোল্লাকপা* ফোঙখি। অইবনা থবক তৌবিবা লোয়শঙগা মবী লৈনবা, কান্নববা মচাক কয়া য়াওবা *খুঙ্গংগী অনৌবা য়াওল* (Accounts of Rural Development Programmes) *কৌবা লাইবিক* অমসু ইং ১৯৮৮ দা ফোঙখি।

অইবা অসি ওল ইন্দিযা বেডিও ইম্ফালগী Rural Programme Advisory Committee গী মেম্বব মতম শাংনা ওইবকই। বেডিওগী মমিং লৈববা টোকব অমসুনি। ষ্টেট কলা একাদেমীগী কাওন্সিলবসু ওইবকই। প্লেবাইত অমা ওইনা মমিং চৎলবা অইবা অসি ইং ১৯৫৮ দা ক্ষেত্রিময়ুম নিঙোল একাশিনীগা লুহোঙদুনা অনৌবা যুম্বাল পুন্সি অমদা খোঙদাবা হৌই। মচানুপা অনী, নুপী অহুম পোকই। অইবগী অপোকপী চমু দেবী সোসিয়েল এক্টিবিষ্ট অমনি। ককচিংদা নিশাবন্দগী ঈহৌ অমা ইহান হান্না শেমগৎখিবসি মহাক্কী অপোকপী মমাননি হায়। নিশাবন্দগী অহানবা ফাওন্দব প্রেসিদেন্টনি। মহাকসু মমাগী মতুং ইন্দুনা য়াওবকখি। ককচিং মায়কৈগী চাওখৎ খোঙথাংগী লমদা মখোয়গী ইমুংসু

মায়বোং য়াদুনা লাকখি। মহাক হৌজিক হৌজিক নিশাবন্দ কমিতিগী এডভাইজর ওইনা লৈবি। মশামক নেশা চাদবা চুকপ বিবি ফাওবা থক্তবা মীশক্লি।

অইবা অসিগী ফোঙত্রবা ড্রামাশিংদি ১। *খ্বাইগী হোটেল* (১৯৬৬), ২। *অপণ্ড খুঞ্জাও* (১৯৬৬), ৩। *মণ্ড নত্তে তাইবণ্ডনি* (১৯৮১), ৪। *নোংমগী নিংথৌ* (১৯৮৩), ৫। *পাগ্রা লুগ্রা পার্টবান* (১৯৮৩), ৬। *পাগ্রা লুগ্রা পার্টটু* (১৯৮৪), ৭। *নিঙোল্লাকপা* (১৯৮৩), ৮। *অঙাং* (১৯৮৪), ৯। *লৈ পোল্লাং* (১৯৮৪), ১০। *চকপা হয়াইনু* (১৯৮৪), ১১। *কুমগী নোং* (১৯৮৪), ১২। *মৈবিক্তগী মৈজাওবী* (১৯৮৫), ১৩। *চন্দ্রপ্রাসি* (১৯৮৬), ১৪। *শকুন্তলা* (১৯৮৭), ১৫। *মৃৎশ্রসনু লম্মৈসে* (১৯৯৮), ১৬। *নুংশিবিমল্লিদা* (২০০০), ১৭। *তবেৎশুবা অঙাং* (২০০১) অমসুং ১৮। *লাকপা* অসিনচিংবনি। ড্রামাশিং অসি *মৃৎশ্রসনু লম্মৈসে* অমদি *নুংশিবিমল্লিদা* নত্তনা অতৈদি শান্নখ্রবা ঙাক্তনি।

অইবগী *লাকপা* হায়বা ড্রামা অসিসু যাম্না মমিং চৎপা ড্রামানি। অইবা মশানা ড্রামা অসিবু humorous and satırical play নি হায়। অইবগী ড্রামাশিংদা খুঙ্গংগী পুন্সি উৎপদা অহিংবা মালহল্লি। সমাজগী অশোযবশিং পুথোক্তুনা উৎপদা নোক্লা নোক্লা খচ্ছহল্লি। ৰাহৈ ৰাতা চন্মী অদুবু নুংঙাইবা পোকহল্লি। মশালা কা হেন্না থাকচিনবা মথেল নত্তে অদুবু থুম মোবোক চপ চাবা মথেল ওই অদুনা মাগী ড্রামানা অযেংবা ভাবোকপু হুমদুনা পুবা ঙম্মী। মসি মাগী অচৌবা মাযপাকপনি। মাগী ড্রামা তবানিপাল অসিগী মনুংদা মানা খ্বাইদগী খোইদাজবসি *অপণ্ড খুঞ্জাও* অমসুং *লাকপা* নি হায়।

থিয়েটবগা শাগোম্নদুনা লাক্লবা প্লেবাইত অসি ইং ২০০২ ডিসেম্বব ২৪ দা ৰূপমহল থিযেটবনা অভিনন্দন পত্র পীদুনা ইকাযখুম্নবা উৎখি। মশাগী চহী ৭৫ বোম শুবক্লবা অইবা অসি ইবগী থৌনা হন্দ্রি। ফোঙগদবা লাইবিক কযা শেম শাদুনা লৈবি। ৰাবীমচা তবাতবেৎকী কলেক্সন অমা, *পঞ্চতন্ত্রগী* ৰাবী কুম্মামাথোই যাওবা অমগসু ইবা লোইদুনা ফোঙগদবদা ঙাযবে। সাহিত্যদা নত্তনা অতোপ অতোপ্পা থবক থৌবম কযাদসু থৱায় য়াওনা পোৎথাবা লৈতনা চেল্লি।





# লৈমপোকপম দামোদর সিংহ

লৈমপোকপম দামোদব মণিপুবগী শক্লাইববা সমালোচকশিংগী মনুংদা মাগুজীল থানা লৈবিবা অমদি হন্দোকলোয অমা ওইনসু শীংথানবিবা অইবনি। অইবা অসি খৃ. কুমজা ১৯২৯ গী ডিসেম্বব ২৩দা যাইস্কুল হিকহনবা লৈকাযদা পোকই। অপোকপা লৈমপোকপম অমুবী সিংহ অমসুং অপোকপী নোংমাইথেম নিঙোল লৈমপোকপম ওংবী ইবেমপীশক দেবীগী অনীশুবা মচানুপানি। মচিন-মনাও অনীখক্তনি। মযাম্বা ভূবোন মোহন্না মনাওনুপাদগী চহী তবানিপাল হল্লি। নাওবোল অসুক্কী মতীক চাউই।

দামোদবগী মপাইবুংঙো ইম্ফাল জেলদা হেডক্লার্ক ওইবম্মী। দামোদবনা চহী অনীতা ঙাযবিঙৈদা অপোকপা লৈখিদে। মমাইবেম্মনা খ্বাইবক্সন্দ কৈথেলদা ফিবোল য়োন্দুনা মচাবু মহৈ-মশিং তমহল্লকই। মমাইবেম্মা জগোয ঈশৈ পামজৈ। নট ঈশৈসু শকই।

দামোদব অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা লাইবিক ফনা হৌবকই। ক্লাস সিক্সতগী টেন ফাওবা স্কোলাবশিপ ফংই। খৃ· কুম ১৯৫০ দা মেট্রিক ফার্ষ্ট দিবিজন্দা পাস তৌদুনা আই এ চহী অনীগী কোর্স ডি এম কোলেজদা তম্মী। ডি এম কোলেজ মতম অদুদা জোনষ্টোন স্কুলদা ওইবম্মী। অঙ্ক কয়া হৈনবক্তে, সাহিত্য পাল্লকই। মপানগী ইংলিসকী জর্নেল কয়া য়াম্না পাবকই। খৃ ১৯৫২ দা আই এ ফার্ষ্ট ডিবিজনদা পাস তৌববা মতৃংদা বি এদা ইংলিশ ওনর্স লৌদুনা মখা তমথৈ। গুৱাহাটি য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা ইংলিসতা ওনর্স ফংবসি শিল্লোংদগী অমা গুৱাহাটিদগী অমা অদুগা মণিপুবদগী দামোদব মথন্তগনি। খৃ ১৯৫৪ দা বি এ পাস তৌই। মখা কোলকত্তা য়ুনিভর্সিটিদা এম এ ইংলিস তমথৈ। এম এ তম্মা তম্না চহী অহুমগী কোর্স এল এল বিসু য়ুনিভর্সিটি অসিমক্তদা তম্মী। এম এ ১৯৫৬ তা অদুগা এল এল বিনা ১৯৫৮দা পাস তৌই।

দামোদবনা কোলকত্তা য়ুনিভর্সিটিদা তম্লিঙৈদা কোলকত্তা মণিপুবী ষ্টুদেন্ট য়ুনিযন্না

পুথোকপা *খোঙ্জেল* চেফোঙগী এডিটব ওইবকই। কোলেজগী পুন্সিদা ৱাবীমচা অমদি শৈবেংনচিংবা ইবকই। অদুবু ফোঙগে হায়বগী আশা থোইদোক্লা তৌকদবনা চোইজাইননা মাওখি। অদুমকপু সাহিত্যদা পামজনা হুনখিবা মকদুদি চাউবক্লগা পোকখায়বা হৌবকখি। মহাক্লা ইং ১৯৫৯ দা বাম লাল পালদা ইংলিসকী ওজা ওইনা থা খবা পুবক্লগা ইম্ফাল কোলেজদা লেকচবব ওইনা চঙই। ইংলিস অমসুং মণিপুবী সবজেক্ট অনীমক চঙই। সবজেক্ট অনীমক্কী ওজা ওইব্বা অসিমক্লা ৱেষ্টর্ন ক্রিতিসিজম অমদি মণিপুবী ক্রিতিসিজম নৈনবদা পূক্লিং চিংশিনখি। কোলেজগী পুন্সিদা ওজা অমা ওইনা চহী কুন্নিথোইবোম লৈবকপনা লাইবিক পাবা অমদি নৈনবদা পূক্লিং লূপখি। ছাত্র ওইবিঙৈদগী ক্রিতিসিজমদা থৱায় য়াওবকপা, ইশনবা কনবা, হিষ্টবি ওব ইংলিস লিটবেচব পাম্লা পাবকপা, ওজাগী লেকচবশিং থৱায যাওনা তাবকপা পূম্নমক অসিনা সমালোচনাগী লমদা খোঙজেল যাওনা খূৎ থাবদা অচৌবা মতেং ওইবকই। চাংদম পাদম্নবদা হৈথোই শিংথোইবগী মমি তাই। মণিপুবদা সমালোচনাগী মতাংদা অইবনা হায, "ভাবতকী লোলশিংগী মনুংদা ইথোক্লবা মণিপুবী সাহিত্যনা খ্বাইদগী লিববা সাহিত্যশিংগী মনুংদা অমা ওইববসু, সমালোচনাদি থেঙনা চঙলকখি। মসি ভাবতকী লোল অযাম্বদসুনি। মতাঙ অসিদা Lascelles Abercrombie না হাযখিবা 'criticism begins when literature begins' হাযবা ৱাহৈশিংসিগী অর্থগা চান্নবক্তবা ৱাফম অমা লাকই। সমালোচনাদি ৱাহং যাম্লা হংদুনা থিজিনবা, মনুং হুঞ্জিন্না নৈনবা, ৱাখলগী নীংতম্বা (a spirit of inquiry, intellectual freedom) দগী থোক্লকই।" মণিপুবদা, নোংচুপকী শিক্ষানা তবামাপলশুবা চহীচা লোইশিল্লকপা মতমদগী চঙলকপদা মণিপুবীশিংগী মীৎযেং পাকথোক চাউথোক্লকখি অমসুং ইংবেজনা ইং ১৮৯১ দা মণিপুববু খূদুম চনখ্রবা মতুংদা কুনশুবা চহীচাগী ওল্লিঙৈগী চহীশিংদা লমদমসিদা বেনেসান্স অমা লাকখি। অসি গুম্বা মকওইবা মতমসিদা লমযানবা অইবশিংনা অনৌবা মণিপুবী সাহিত্য শেমগৎলকখি। মতমগী অহোংবা কযা, মপালদগী চঙলকপা ঈথিলশিং অমসুং মনুং হুঞ্জিন্না থিজিন্দুনা নৈনবা পাম্বগী নীতিনা মবম ওইবদুনা কুনশুবা চহীচাগী অহানবা তঙ্খায ফাওবসিদা মণিপুবী সাহিত্যদা সমালোচনা থোক্লকখি। খূদম খবদং পল্লবদা খ্বাইবাকপম চাউবা (১৮৯৫-১৯৫০) কবি অমসুং প্রবন্ধকাব ওইবতা নত্তনা সমালোচক অমসুনি। সমালোচনাগী লমদদি মহাক লমযানবনি। মহাক্কী ৱাবেংশিং 'কবি', 'কবি অমসুং কাব্য', 'খম্লা থোইবীগী ৱাবী অমসুং মহাকাব্য' অসিনা মণিপুবী সমালোচনা হৌদোকপদা অচৌবা মতেং ওইখি। অদুবু মণিপুবদা হৌজিক ফাওবদা অফবা সমালোচক্তি খূৎ থেকপা ৱাবি। নুপীদদি অমুকসু হেন্না তাওলি।

দামোদব মণিপুবী সাহিত্যগী সমালোচক অমা ওইবতা নত্তনা থিয়েটব অমদি জগোয়গী মবমদসু যাম্লা কূপ্না থিজিনবা অমদি মনুং হুঞ্জিন্না খঙবা সমালোচক অমসুনি।

জগোয়, ঈশৈ অমদি লীলা ড্রামাগী কোল্লুপ্তুগী হৌবকপা দামোদব শৈবেং অমসুং জগোয় পামজবককই। জুলিয়স সিজব ড্রামা ফাওবা শান্ননবগীদমক মণিপুরীদা হন্দোক্লকই। অদুবু অইবা স্ক্রুপ্ট মাঙখিবদগী ফোঙবদি ফোঙখিদ্রে।

মণিপুবী সংস্কৃতিবু ঊথোক্লিবা নট সংকীর্ত্তন, (নট সংকীর্ত্তন হায়বদি শাস্ত্রীয় ওইবা মওংদা জগোয় অমসুং অভিনয় য়াওনা শ্রীকৃষ্ণগী মগুণ শক শোনবনি। মসি প্রার্থনানি। মসি নাট্য, গীত অমসুং বাদ্যনা পূন্না শেন্নবা চঙখোল্লবা নাট্য অমনি। চোলোম, তাল, পূং, অথোংপা অমেঙবা অকনবা ঈশৈ অমদি শাথেক কয়া মসিদা য়াওবি।) মণিপুবী জগোয়, থিযেটব অমদি সাহিত্যগী লমদা ক্রিটিকেল এসে কয়ামকম ই। মাগী এসে অমসুং আলোচনাশিং অসি শাফূ য়াওই। ৱাহৈগী শক্তি চেল্লি, ৱাখলগী মবেপ অমা য়াওই। মপানগী লাইবিক কয়া পাববসু মণিপুবগী লৈহাওগা তোংশিন্নদুনা লৈহীনা থল্লবা লৈশক ওইহল্লি।

দামোদব সমালোচক অমা ওইনা শীংথানবতা নত্তনা হন্দোক্লোয অমা ওইনসু মমিং লৈবা অইবনি। মহাক্না ওল ইণ্ডিযা বেডিওগী মনা ফংলবা মণিপুবী ড্রামা (পূং অমগী) কয়ামকম ইংলিসতা হন্দোকখি। মণিপুবগী মমিং লৈবা কবি অমদি অইবা কয়াগী শৈবেং, ৱাবীমচা অমদি ৱাবেংনচিংবা কয়াসু ইংলিসতা হন্দোকখি। পূন্নমক অসিগী মথক্তা খ্বাইদগী মক ওইনা পামজনা হন্দোকখিবদি সঙ্গীত নাটক একাদেমী এৱার্ড ফংলবা ড্রামাটিষ্ট বিজয় *তেন্দুলকবনা মবাঠী লোলদা ইবা সখাবাম বাইন্দব,* সান্তা শাহনে অমসুং কুমুদ মেহতানা মবাঠীদগী ইংবাজীদা হন্দোক্লবা অদুদগী দামোদবনা মণিপুবীদা হন্দোকপা অসিনি। লাইবিক অসি কবিদগী কবি ৱাখলদগী হন্দোক্লিবনো হায়বগী মতাংদা হন্দোক্লোয় অসিনা হায়, "বিজয *তেন্দুলকবগী সখাবাম বাইন্দব* অসিদা অতে অইবশিংগা ট্রেডিসনদা মান্নদবা, যাম্না মোডর্ন ওইবা আউতলুক অমদি অয়াম্বদা সমাজগা লৈনবিবা মবী অসিদা অকিবা অমত্তা য়াওদনা সোসিএল প্রোব্লেমশিং অসি য়াম্না ইচং থৌনা নৈনৈ। মহাক হৌজিক হিংলি।" মাগী খুৎইসি ইমাবোলদা হন্দোকপগা লোযননা হন্দোক্লোয় অমা ওইবগী মতাংদসু মখা তাবদুনা হায়, "হন্দোক্লোয় অমগীদমক্তদি wide reading যাম্না দবকাব ওই। জাতি অমগা অমগা শকখঙনবা অমদি নুংশিবগী লিপুন অসি চেৎহনগে হাযববদি অনুবাদনসু অচৌবা কিশি (লিপুন) অমা ওইগনি হায়বসি চেংনা থাজৈ অমসুং ইবমদমগী সাহিত্য লৈকোলদা লৈখল শুবা লৈবাং শাৎহন্নীংবগী ৱাখল্লোন অসিনা মাঙদা থন্নগা হন্দোকপগী থবক অসি পায়খৎপনি।"

দামোদবনা হন্দোকপা *সখাবাম বাইন্দব* অইবনা ঊৎনিংলিবা অদু ফাওবদি লোল অমদগী অমদা হন্দোকপগী হৌনবা খবা চীথ-নাম্ববসু ফন্না নীংথিনা পাবা য়ানা হন্দোকপনি খঙহন্দনা হন্দোক্লে হায়বা য়াই।

মহাক্কী পুন্সিদা থবক্লা পীক থনখিবা মতাংদি ইম্ফাল কোলেজদগী ষ্টেট কলা একাদেমীদা সেক্রেটরী ওইনা ডিপুটেসন্দা লাকপা অসিনি। সেক্রেটরী ওইনা থবক তৌবা ডেকেদ (১৯৮২-১৯৯২) অমগী মতমনি। মহাক্কী মতমদা একাদেমী অসিগী চাওখৎ থৌবাং কয়া মাযপুননা তৌবম্মী। মেমোরিএল লেকচর কয়া সাহিত্যদা, থিয়েটরদা, জগোয়দা, ফাইন আর্টসতা অমদি নট সংকীর্ত্তন্নচিংবদা তোযনা পাঙথোক্লম্মী। জগোয অমসুং থিয়েটরগী লমদা অখণ্ড অহে কযা মপান্দগী কৌদুনা খন্ন-নৈনবা অমদি ৱার্কশোপনচিংবা কয়াসু পাঙথোকই। মহাক্কী মতমদা মখল কযাগী ফেষ্টিবেলসু মবাং কায়না পাঙথোকই। আমেরিকাগী ষ্টেট তবামাথোই, কনাদা, জর্ম্মনি, চিনা, মোঙ্গোলিযানচিংবদা কলচরেল ট্রুপকী লীদব ওইনা চত্তুনা আর্টিষ্টশিংনা মখল কযাগী কৃস্মো উৎলুই। মণিপুরগী নট সঙ্কীর্ত্তননা অচৌবা থৌরম ফাওবা হৌদোক্লরগীদমক বার্ত্তন কযা ফংখি। একাদেমী অসিগী ইংলিসতা ফোঙবা *ক্বাটবলি জবনেল*, পব্লিকেসন গ্রান্ট, এৱার্ড, স্কোলারশিপ অমদি অতৈ গ্রান্টনচিংবশিং অসি চাং নাইনা সিষ্টেমেটিক ওইনা তৌবম্মী। শম্না হাযববদা একাদেমীগী ফঙ্কসন এন্দ ডিযুতিশিং ফজনা মাগী মতমদা তৌবম্মী। মহাক্লা সেক্রেটরি ওইবিঙৈদা সঙ্গীত নাটক একাদেমীগী একজিক্যুটিভ বোর্ড মেম্বর চহী নিপাল (১৯৮৩-১৯৯১), ললিত কলা একাদেমীগী চহী মঙা অমদি সাহিত্য একাদেমীগী চহী তরা ওইবকই। মসিমক্রসু ষ্টেট কলা একাদেমীগী জগোয, ঈশৈ, থিযেটর, লিটরেচব অমদি ফাইন আর্টস চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং ওইখিবনি।

মণিপুরগী সাহিত্যগী সংস্থান অযাম্বা মহাক্লা শম্নবকই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, কলচরেল ফোরম, রাইটর্স ফোরম, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি অমদি রোটরি ইন্টবনেশনেল ডিস্ট্রিক্তকী মখাদা লৈবা রোটরি ক্লব ইম্ফালনচিংবা সংস্থান খৃদিংমকশিং অসিগী প্রসিডেন্ট ওইবকই। ই জেদ সি সি কোলকত্তা অমদি এন ই জেদ সি সি ডিমাপুরগী গোভর্নিং বোদী অমসুং জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীগী এদভাইজরি কমিতিগী মেম্বরসু ওইবকই। হৌজিক ইং ২০০৬ তগী হৌদুনা একাদেমী অসিগী ভাইস চেযবমেন ওইনা থৌ পুরি। মসিগী চেযবমেন্না মণিপুরগী গভর্নবনা ওই। ভাবতকী অমসুং পৃথিবীগী সেমিনাব, কনফবেন্স কযাদসু শরুক যাকবে, মেমোরিযেল লেকচব কযাদসু মশীং খঙদনা ৱা ঙাঙখ্রে। সাহিত্য, আর্ট অমসুং কলচবগা মরী লৈননা ইংলিস অমসুং মণিপুরীদা পেপব কযা ফোঙখ্রে।

মণিপুরী সমালোচক অমদি হন্দোক্লোয অমা ওইনা মমিং লৈববা অইবা অসি খৃ কুম ১৯৬৯দা কবাম নিঙোল সবতকুমাবী (নোনী) দেবীগা লুহোঙদুনা যুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদামিন্নৈ। মচানুপা অনী, নুপী অমা পোকই। মহাক্লা ষ্টেট কলা একাদেমীদা চহী তরা সেক্রেটরী ওইনা ডিপুটেসন্দা লৈবম্লগা ইম্ফাল কোলেজদা প্রিন্সিপাল ওইনা খৃ কুম

১৯৯২ দা থবক্তগী পোৎখাখি। মাগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি ১। *ডা কমল সিংহ* (২০০০), ২। *Makers of Indian Literature in English, Sahitya Akademy*, ৩। *মণিপুরী লীলা মচা* (১৯৭৫), ৩। *ডা কমল নৈনবা ৱাবেং* (১৯৮২, এডিটব), ৪। *Medieval Indian Literature An Anthology*, Vol 1, 1997, Vol III, 1999 (Language Editor, Manipuri, Chief Editor, Dr Ayappa Paniker, Sahitya Akademi, New Delhi, ৫। *সখাবাম বাইন্দব* (১৯৮৬, ড্রামা, হন্দোকপা) অসিনচিংবনি। ৬। *Aspects of Manipuri Literature* (Criticism, 2008)। অইবগী ফোঙগদৌবা লাইবিকশিংদি – ক্রিটিসিজমদা ১। *মোদর্ন পোইত্রি*, ২। *মোডর্নিজম অমসুং পোষ্ট মোডর্নিজম*। মহাক্না মণিপুরী কবিতাগী লমযানবশিংগী মবমদসু লাইবিক অমা ফোঙনীংবগী আশা লৈবি। অহল ওইশিল্লক্লবসু ইবা পাবা লেপত্রি। লৈবাক্কী থৌদোক ৱাথোক কযাদা মাঙজীল থানা যাওবি। ফঙ্কসন, প্রোগ্রাম কযাদা মযামগী লুচিং পুবেল ওইবি। হকচাং শোঞ্জিল্লক্লবসু ৱাখলগী শক্তিদি হন্দ্রি। মঙোল্দগী মগুণ লৈবা ক্রিতিসিজমগী লাইবিক কযা পুথোবকখিগনি অমসুং মাযকৈ সোমদা অৱাংপা লৈবিবসি মেনশিনবিবক্কনি হাযবগী থাজবা আশা থল্লি।



## খুমন্থেম প্রকাশ



পাক চাউববা তুবেলগী ঈচেলদি লেপ্তবা যাই অদুবু অচৌ পীশক খাযনা চেল্লিবা মীওইবগী পুন্সি ঈচেলদি মাগী মাগী মতম্না লোইবা মীকৃপ্তা লেপখি। লেপ্পা নাইবা ঈচেলদা চেন্থবিবা পুন্সি ঈচেল অসিদা মাগী মাগী শিন্থা অমমমদি পীবিবকই অদুবু অযাম্বনা শিন্থাদু খঙনা নৎত্রগা খঙদনা ওন্ন-তৈনবা লম্বীদা চৎনদুনা পুন্সিবু কবিসু ওইদনা মাঙহঞ্জবসু কোঙ্গাযনি। অদুবু খুমন্থেম প্রকাশতি শিন্থা মশক খঙনা পাঙথোক্লুনা ৱাবীমচা অমদি ঈশৈ মযেক ইবগী লমদা মাযপাকপগী ফিদা ফংলবা অইবনি।

খুমন্থেম প্রকাশ ইং ১৯৩০, মার্চ ২৭ তা শগোলবন্দ মৈনো লৈবক্তা পোকই। অপোকপা খুমন্থেম কাওমচা অমসুং অপোকপী নিলমনিগী ইতোন তোনবা মচানুপানি। মথক্তা মচে অনী মযাম্বা অমা লৈ। অপোকপা খুমন্থেম কাওমচা ৱাবী লীবদা মমিং চৎপা ওজানি।

প্রকাশনা মশাগী চহী ১২ শুবকপদা মপাইবুংঙো লৈখিদে অদুনা শেৎপা চাবদা মহে-মশিং তম্বদা মনীং থুংলক্তে। অপোকপী মমানা কৈথেলদা ফনেক যোন্দুনা মচাশিং মী ওইনবা হোৎনবকই। ৱাবক ৱাতেম্বীবা অমদি য়েংশিনবীবা ৱাৎপদগী ধোবী যাওদবা তেলঙ্গাগুম মতেক খবদি কোইপাই পাইদুনা মতম মাঙহল্লকই। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস ফাইভতগী সেভেন ফাওবা তম্লকই। ক্লাস সেভেন তম্বদু তোকথোক্লগা ড্রামা য়াওবকই। ড্রামাদা হীবো কৃম্লকই। নীংঙক নীংঙকপদা তৌদুনা য়াম্না ঙাওনা হৌবকই। ড্রামা য়াওদুনা চহী অমবোম লাইবিক তমদনা লৈক্ববা মতৃংদা মমান্নবা মযাম্না লাইবিক তম্না কাবদু উবগা অমুক তম্নিংলক্তুনা বেঙ্গলী হায স্কুলদা অমুক তম্লকই। পবীক্ষাদা মকোক ওইদুনা লাকই। ক্লাস এইটতগীনা তেন ফাওবদি মকোক ওইদুনা স্কুলগী ফী হুল্লক্তে।

ইং ১৯৫৩ দা মেট্রিক পাস তৌদুনা দি এম কোলেজদা আই্‌সি তম্মী। অদুবু লাইবক

থীবদি সাইন্সকী লাইবিকশিং লৈবা ঙমদবদগী পরীক্ষাদা সাইন্সকী সবজেক্টশিং অসি থাবা ঙম্নবোই হায়দুনা আই কোম (কম্মর্স) দা ওন্থখি। কম্মর্সকীদি অনসিন পেপবনা অয়াম্বনিনা মঙোন্দা লায়না থোকখি। অঙ্ক হৈনবকপা প্রকাশনা মেথমেটিক্সতদি চামদা মবিফুতবা ফংদুনা পাস তৌই। আই কোম পাস তৌববা মতুংদা গৌহাটিদা বি কোম তম্লকই। ছাত্র ওইবিঙৈগী পুন্সিদা শান্ন-খোৎনববু য়াম্না পাম্না হৌবকই। গেম্স এন্দ স্পোর্টসকী সেক্রেটরি ফাওবা ওইবকই। লীদবশিপ ওইনিংবগী রাখল্লোন অঙাং ওইবিঙৈদগী লৈবকই। মমান্নবশিংনা লিকোল শান্নবা চৎপদা লিকোলগী থাংমৈ পায়বা চৎপা নুপাদু ওইনীংই, ঙমদবনিনা লিকোল য়াওবক্তে হায়।

প্রকাশকী লাইবিক ইনিংবগী ইন্থল অসি ছাত্র ওইবিঙৈদগী হৌবকই। ইহান হান্না ইখিবা রাবীমচাদি "চা গ্লাস অমা" হাযবসিনি। ডি এম কোলেজদা আই সি তম্লিঙৈদা ইখিবনি। রাবীমচাগী কম্পিটিসনদা ফার্ষ্ট প্রাইজ ফংখি। দি এম কোলেজগী মেগাজিন ১৯৫৪-৫৫দা ফোঙখি। ইনিংবগী ঈথিল অসি এক্সপবিএন্সতা য়ুম্ফম ওইবগা ইবনা অয়াম্বনি হায। মপালগী লাইবিক যাম্না পাদুনা মখোয়দগী ইনফ্লুয়েন্স তৌবা রাবীমচা অমত্তা যাওদে পাবগী হেৰিত লৈতে, মপালগী লাইবিক থোইনা পাদে হায। মহাক্না রাবীগী ষ্টাইল, রাবী খূৎলি অসিদি ময়মদা সেবক মযাম্না মপাইবুংঙোদগী রাবীলীবা তম্বা লাকপদা লঙ্কা কাগুগী মতাংদা চন্দ্রজিনীগী রাবীগা হাপচিন্দুনা মপাইবুংঙোনা রাবী লীবকপদু তাকবদগী রাবীসি সুমাইনা তৌবোইবে হাযবা খঙলকখি হায।

রাবীমচাদা নত্তনা প্রকাশ কবিতাসু ই। মহাক্না বি কোম ১৯৫৭ তা পাস তৌববা মতুং এম এগী অহানবা চহী তম্লিঙৈদা থরানমিচাক্না থবোগা খৎনবগী শৈবেং অমা ইংলিসতা ইদুনা শৈবেংগী কম্পিটিসন যাওবদা মনা ফংলকখি। মসিদগী ইনিংবগী ঈহুল হেন্না লৈবকখি। মহাক্না এম এ অহানবা চহী তম্লিঙৈদা ওল ইন্দিযা রেডিও গৌহাটিগী ষ্টাফ আর্টিষ্টকী ফম খবা কৌবক্তুনা ইন্টবভিয়ু য়াওকই। মতম অদুদা কোলেজগী ওজাগী তলব অসি লুপা ১৭৫ খক্তনি অদুগা ষ্টাফ আর্টিষ্টকী তলবতি লুপা ২০০ নি। অদুনা তলব অহেনবসিনা হেন্না ফবে এম এ তম্মবোই হায়দুনা ইং ১৯৫৮ দা থবকসি চঙবা হৌখি। ইম্ফালদা ওল ইন্দিযা রেডিও ইং ১৯৬৩ গী আগষ্ট ১৫দা লাক্নবা মতমদা প্রকাশসু ইম্ফালদা পোষ্টিং তাবকখি অমসুং স্পোকন রার্দস হাযবদি রা ঙাঙবগী শরুক মখৈ পাউ নত্তনা মহাক্না লোইনা তৌবকখি। অসিদসু নত্তনা অতোপ অতোপ্পা প্রোগ্রাম কযা হাপচিন্দুনা পাকথোক চাউথোক্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকখি। রেডিওগী আধুনিক ঈশৈগী (হৌজিক্কী মতম ঈশৈ) ময়েক ইবিনবা লৈতবদগী ঈশৈ মযেক ইবা কাঙবুদগী ঈশৈ ২৫/২৫ থাবিবকউ হায়দুনা কৌববসু এপ্রুব তৌবা য়াবা হাযবদি সুব পানবা যাবা মযেক ইয়াও য়াওদবদগী নমদুনা ঈশৈ ময়েক ইখি হায়। কবিতা ইনিংবগী রাখল লৈবকপনিনা

মাগী ঈশৈ ময়েক অযাম্বা ফজে। মহাক্কী ঈশৈ ময়েক কয়াদা প্রকৃতিগা মীওইবগগী মবক্তা লৈনবা মবী, ঈশ্বরগী মগুণবু শৈথাবকপদা পীক্লবা খোঙনাং মরুদগী চাউখ্রবা পাম্বী অমা লোৎতুনা লৈবগী শক্তিবু ফোঙদোকপা, শাবী শানৌগী নুংশি-নুংঙল অমদি নুংগী মৈচাকপু য়াম্না থোৎপা নৌবা লোন্দা ফজবা প্রমাণ পীদুনা ই। মাগী ঈশৈ ময়েক কয়া অতাবনা ঙসি ফাওবা কাউদনা লৈবি, সুব কয়া চীনফা পুবি। মহাক্না রেডিওগী ঈশৈতা নত্তনা ফিল্ম ঈসৈ কযাসু ই। *ওলাংথাগী ৱাংমদসু* হাযবা ফিলম অদুদা শরুখিবা ঈশৈ 'লৈচীলগী মৈচাক নোংলীক্লা খঙবিদে/ঈচেলগী মৈচাক ঈবৈনা উবিদে/থম্মোয়গী মৈচাক পিবাংনা খঙবিদে' হায়বদুদা মণিপুরী ফিল্ম দিভেলপমেন্ট কাওন্সিলনা শীনবা ফার্ষ্ট মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিভেল এৱার্ড ১৯৮৪দা বেষ্ট লিরিসিষ্টকী মনা পীখি। ঈশৈগী লমদা মানা তৌজবকপশিংবু শকখঙবা ওইনা মেমেনটো পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি।

প্রকাশ হান্না ষ্টাফ আর্টিষ্ট ওইনা লৈবম্নদগী এসিষ্টেন্ট প্রডুসর ওইনা ইং ১৯৬৯দা প্রমোসন ফংই। মসিদগী অমুক প্রডুসরদা প্রমোসন ফংলকপগা লোযননা প্রোগ্রাম একজিক্যুটিবকী ফম থবা হাঙলকপদগী ইন্টরভিয়ু যাওদুনা ইং ১৯৭৫ দা থল্লকখি। মহাক্না আকাশবাণী ইম্ফালদা লৈবিঙৈদা মণিগুল্লবা চিঠিশিং অদু লৈপবেংগুম্না লেংশিল্লি হাযদুনা মণিমালা থোনখি। নহাবোলগী থৌবম, সাহিত্যগী থৌবম, শোর্ট ষ্টোরি রীক, কবি সম্মেলন, ইপোম, উনদুনা ৱাৰী শাবা (ইন্টরভিয়ু) গী থৌবম খন্ন-নৈনবনচিংবা কযা শন্দোক্লম্মী। অসিদসু নত্তনা ত্রেভেলোগপু লমকোয ৱাবী হাযনা হন্দোক্লুনা সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা মহাক্লা ইহান হান্না ইং ১৯৬৭তা মশামক্লা ইবা লমকোয ৱাবী "কাছাব চৎঙৈদা' শন্দোকখি। মতুংদা এম কে বিনোদিনীগী "দার্জ্জিলিং চৎঙৈদা" অমদি এলাংবম সোনামনিগী "ৱোমকুদা শিকাব" শন্দোকখি হায। মসিদগী লমকোযবগী মবমদা ইবকপা ৱাবীমচাশিংবু লমকোয় ৱাবী হাযনা পাকচাউনা খঙনবকখিবনি হায।

ভাবতকী বিপব্লিক দেগী মাঙওইননা জানুৱাবী তাং ২৫ খুদিংগী সর্ব্ব ভাষা কবি সম্মেলন অমা নিপালশুবা সেদ্যুলদা যাওবা লোনমখৈগী কবি অমমম কৌবগা দিল্লী ষ্টেশনদগী শন্দোবকপদু প্রকাশনা মাঙজৌননা থাবকহল্লগা মণিপুরীদা হন্দোকহন্দুনা আকাশবাণী ইম্ফালদা শন্দোকই। মসি ওইনবা হোৎনবদা অৱাবা কয়া মাযপুনবকই। মসিনা ভাবতকী কবিশিংগী সাহিত্যগী মহাও অমদি থাক খঙবা ঙমহনবদা অচৌবা মতেং ওইখি। হৌজিক্তি মণিপুরী লোনসু নিপালশুবা সিদ্যুলদা য়াওববনিনা মণিপুরী কবি অমমমসু চহী খুদিংগী থৌবমসিদা শকক য়াবে।

প্রকাশনা ইং ১৯৬০ দা ৱাংখৈবাকপম নিঙোল বিমোলা দেবীগা লুহোঙই। মচানুপী অহুম নুপা মঙা পোকই। মহাক্লা আকাশবাণী ইম্ফালদা থবক তৌবিঙৈদা অঙাং অনী নৎত্রগা অহুম্না ওক্লসি হাযনা রেডিওদদি লাউহল্লগা মহাক্তি অঙাং নিপালগী মপা ওইবে

হায়।

প্রকাশকী রাবীমচা অয়াম্বা গৌহাটিগী রেডিও ষ্টেশনদা থেংনবকখিবা থৌদোক রাথোক কযাদা যুম্ফম ওইবগা ইবকখিবনি হায়। "ইচেগী শম" অশেংবা থোকখিবা রাবীদগী ওইবকখিবনি হায়। মাগী রাবীমচাশিংদা ইবমদমগী অশেংবা লৈহাওদগী নুপা নুপীগী কোমথবক্লবা লীচৎ, ময়ি চৎলক্লবা লীপুন, পোৎনা সিম্বল ওইনা মীওইবগী চৎনবী, থাজনবী অমদি অমোৎপা লমচৎ কযাবু পবসোনিফাইদ তৌদুনা উৎলকপদা হৈশিংই। খুলাম্থোক ফজে। মাগী রাবীমচা খবদা পুম্সিগী মমল হন্থবকপা লৈমিন্নবিবা ফাওবা তিন্নবা য়াবক্তবা, শক্তি পাম্বা, কবাম চাউবা বাজনীতিরালাশিংগী মবমদা ইবা কয়াসু য়াওবি। অইবগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি– *ইচেগী শম* (রাবীমচা, ১৯৬৫), *মঙগী ঈশৈ* (রাবীমচা, ১৯৮৪) অমদি *ঈশৈ পবেং* (ঈশৈ, ১৯৯৭) অসিনচিংবনি। ইং ১৯৮৬ তা *মঙগী ঈশৈ* দা সাহিত্য একাদেমী এৱাৰ্ড পীদুনা অইববু ইকাইখুম্নখি।

ইং ১৯৮৮দা ডা আই আব বাবুনা মণিপুবীগী ইংবাজীদা হন্দোকপা *দ ভেল্লি ওফ লোফটি হিলস* হাযবদুদা প্রকাশকী শৈবেংসু যাওই। মপালগী মীনা মণিপুবী শৈবেং পাগে হাযববদি মসিমখক পুথোক্তুনা মায ঙাক্লিবা লাইবিক্লি। মণিপুবদদি হন্দোকপগী লাইবিক যাম্না তাঙলি।

অইবা অসি ওল ইন্দিয়া বেডিও ইম্ফালদা প্রোগ্রাম একজিক্যুটিব ওইনা পুবম্লবা মতুংদা জবাহবলাল নেহরু মণিপুব দান্স একাদেমীদা সেক্রেটবি ওইনা ইং ১৯৮২ দা দিপুটেসনদা লাকখি। অদুগা ইং ১৯৮৫ দা দিবেক্তব ওইনা ওর্দব থোকই। মহাক্লা একাদেমী অসিগী দিবেক্তব ওইবিঙৈগী মনুংদা এমপ্লোযিশিংগী আব আব শেমদুনা স্কেল ফাওবা লৈবমদবদু টাইম স্কেল শেম্লম্মী। ষ্টেট গভর্নমেন্টকী পে স্কেল লৌবম্বদু মানা কন্না হোৎনদুনা সেন্ট্রেল পে ফংহল্লম্মী। রাজবক্লবা আর্টিষ্ট কযা বিগুলাব তাহন্দুনা পেন্সন ফংহল্লম্মী। মপালগী লম ইটলি, ফ্রান্স, ইউ কে, জবমনি, থাইলেণ্ড, ফিলিপিন্স, সোভিযেট ইউনিযন, সাওথ কোবিয়া অমদি বাঙ্গলাদেশনচিংবা কযাদা কলচবেল টুব কযাদা পুদুনা জগোই বাস, নট সংকীর্ত্তণ, পুং, ধোন, চোলোম্নচিংবা কযা উৎখি।

অইবা অসি মপাল লমগী কবি সম্মেলন কযাদসু শরুক যারুবে। ইং ১৯৯৬ কী এপ্রিল থাদা সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লীনা স্পোন্সব তৌদুনা ভাবত্তগী কবি তরুক্লা শরুক য়াদুনা মোম্মোদা পাঙথোকপা 'বাইতর্স বাওণ্ড তেবল' (কবি সম্মেলন বিথ ইন্টবেক্সন) দা প্রকাশসু শরুক যাখি। ইং ১৯৮২, ফেব্রুবাবী ৭ তা ভাবত ভবন ইনোগুবেটে তৌবদসু মণিপুবদগী প্রকাশপু বার্ত্তণ তৌবক্তুনা কবি সম্মেলনদা শরুক য়াকই। অসিদসু নত্তনা সর্ব্বভাষা কবি সম্মেলন অমদি কেবলাদা পাঙথোকপা 'মাই টাইম মাই বাইটিংস' হাযবা খন্ন-নৈনবগী থৌবমদসু শরুক য়াখি।

অইবা অসি মণিপুরগী সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগসু শম্নবকই। কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী প্রসিডেন্ট, ঋতু গী এডিটর, রাইটর্স ফোরম ইম্ফালগী প্রসিডেন্ট অমদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী সভাপতিনচিংবসু ওইবকখি। সাহিত্য একাদেমী নিয়ু দিল্লীগী এদভাইজরি বোর্ড (মণিপুরী) গী কনভেনর ওইবম্মী। একাদেমী অসিগী বোর্ড মেম্বরদি কয়াবক হন্না ওইখ্রে। অসিদসু নত্তনা ষ্টেট কলা একাদেমীগী কাউন্সিলগী মেম্বরসু কয়াবক হন্না ওইদুনা লাকখি। আকাশবাণী ইম্ফালদা মহাক্না তৌজরক্লিবা দান মযামসিবু শকখঙবা ওইনা আকাশবাণী ইম্ফাল কেন্দ্রনা চহী নিফু শুবকপগী থৌরম ইং ২০০৩, আগষ্ট থাদা পাঙথোকখিবদুদা মেমেনটো অমা পীদুনা মহাকপু ইকাইখুম্নখি।

অইবা অসি জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমীগী দিরেক্তর ওইনা ইং ১৯৯৬ কী জুন থাদা থবক্তগী পোত্থাখি। হৌজিক হৌজিক অহল ওইজরবসু অইবা অসিনা শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইবিক অমগা রাবীমচাশিংগী লাইবিক অমগা ফোঙনবা থৌবাং তৌবি, লোয়ননা মেমোযর অমা ইনিংবগী আশা তৌবি। ঈশৈ মযেক ইবা অমা ওইনা হৌজিক্কী ঈশৈ শক্লিবা কলাকারশিং অমদি মযেক ইবিরশিংদা হায়রি— "ঐখোয়না সমাজ অসিগী খুন্নাই অসিগী মশক থীগদবা মওংদা ঈশৈ ইবা অমসুং শকপা অসি তৌদবনা ফৈ। পীকখ্রবা লমদম অসি পৃথিবীনা কলচরদা ইনাক খুল্লি হায়না শীংথানববা মতম অসিদা ঐখোযনা কলচরদা মবিং মরাংবা থবক তৌবোইদবনি। কলচর হাযবসি তৃংদুনা লৈবা ঈশিংগুম্বা নত্তে।"





## ঙারিয়াম্বম নবদ্বিপ

ঙাবিয়াম্বম নবদ্বিপ অসামগী মমিং লৈবা কবিশিংগী মনুংদা অমনি। মশামক দ্রামাগী আর্টিষ্ট অমা ওইবতা নত্তনা ফম্নাক লীলাসু ই। অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা সোসিয়েল ৱার্কর অমা ওইনা হৌবকই। অইবা অসি কছাব দিষ্ট্রিক্টকী বানিপুবদা ওক্তোবর ১, ১৯৩২দা পোকই। অপোকপগী মিংনা ঙাবিয়াম্বম কান্ত অমসুং অপোকপীগীনা কপোবতী কৌই। মচীন-মনাও মঙাগী মনুংদা মহাক্না অনীশুবনি।

নবদ্বিপ মৈতৈমচা অমা ওইনা মৈতৈলোল ঙাঙবদি ঙম্লগা ইবা পাবদি হৈবমদে। মসিগী অচৌবা মবম অমদি মতমদুদা মৈতৈলোল তম্না স্কুল অমত্তা লৈতদুনা বেঙ্গলী ওইনা তম্লকই। ইং ১৯৫৩দা মেট্রিক পাস তৌববা মতুংদা আই এ তমথে। অদুবু লোইশিন্দনা তোকই। বাসকান্দি গোবর্নমেন্ট এম ঈ স্কুলদা ওজা ওইনা ইং ১৯৫৬ তা চঙই। ওজা ওইববা মতুংদা আই এ থাদোক্তুনা ইং ১৯৬৮দা পাস তৌই। মখা তানা বি এসু মথং মথং থাদোক্তুনা ইং ১৯৭২দা পাস তৌই।

মৈতৈমচা অমা ওইনা মৈতৈলোল ঙাঙবদি ঙম্লগা ইবা পাবদি ঙমদবা অদুগা মৈতৈলোল তম্নবা স্কুলসু অমত্তা লৈতবা অদুদা যাম্না নুংঙাইতবা অমা পোক্লম্মী। *খুযোল হাওবা লাইববা* হাযবিবা লাইবিক অসি পাদি পানিংলগা পাবা থোক্তুনা মশেননুপা হেমাঙ্গোনা পাবগা তাকবদগী লাইবিক ইনীংবগী ঈথিল পোক্লকখি হায। ওজা ওইববা মতমদু ফাও নবদ্বিপ মৈতৈলোল ইবা পাবা ঙমদ্রি। লাইবিক্তুনা অচৌবা ঈথিল অমা পীবগা লোয়ননা মৈতৈলোল ইবা পাবা ঙম্নবা কন্না হোৎনবকখি হায়।

মতমদুগী নহাবোলশিংনা হৌগৎলক্লিবা মহৈরোয়শিংবু অমদি মৈতৈলোল ইবা পাবা ঙমদবশিংবু লেম্না শেল লৌদনা মৈতৈলোল তম্নীবম্মী। স্কুলদা মৈতৈলোল তম্নবগী অকন্নবা ঈহৌ কয়ামকম শাগৎলম্মী। ঈহৌ অদুদা নবদ্বিপসু অচৌবা থৌদাং য়াবম্মী। মখোযনা

কন্না হোৎনজবগী মপান্না প্রাইমাবী থাক্তা মৈতৈলোল তম্বা য়াবম্মী। লৈতবা পোৎ অমবু লৈহন্নবা হোৎনবা, তমদবা সবজেক্ট অমবু তমহন্নবা হোৎনবা অবায়বা নত্তে। লিশাং শীৎনা অৱাবা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লরুববা মতুংদা পম্বুং য়ৌবকপনি। চহী কম্মামকম চঙনা হোৎনজবকপগী মপান্না প্রাইমাবী থাক্তগী হায়স্কুল, হায়স্কুলদগী কোলেজ, কোলেজদগী অসাম য়ুনিভর্সিটিদা মণিপুবী সবজেক্ট হাংদুনা তম্বা ফংলে। পূন্নমক অসি ওইবক্লবা হোৎনবদা সোসিয়েল এক্টিভিস্ট অমা ওইনা হৌবকপা নবদ্বিপকী থৌদাং য়াম্না চাউই।

নবদ্বিপ ছাত্র ওইবিঙৈদগী ইনীংবগী ঈহুল লৈবকই। শৈবেং কয়া পামজনা ইবকই। জবনেলদা শৈবেং ৱাবেং কয়া হাপ্তুনা বাংলাদা অমদি মৈতৈলোন্দা ফোঙই। লাইবিক ওইনা পুথোকপদি ইং ১৯৬৯দা *কবিতা কুঞ্জ* (শৈবেং)না ইহান হান্না ফোঙবনি। ববীন্দ্রনাথ ঠাকুব অমদি সেক্সপীয়াবনচিংবগী লাইবিক য়াম্না পাম্না পাবকপনিনা মাগী শৈবেংশিংদা টেগোবগী শৈবেংশিংগী ঈহুল য়াওই। বাজকুমাব সুবেন্দ্রজিৎনা ইবগী লমদা পূক্লিং য়াম্না থৌগৎপী হায। মাগী শৈবেংশিংদা প্রকৃতিগা মীওইবগা লৈনবিবা মবী উৎপদা মনুং হুনজিল্লি। অইবা অসি শৈবেংদা নত্তনা ৱাবেং অমদি টেক্সবুকনচিংবসু ই। *বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র* (১৯৯৩, বাইওগ্রাফি) অমসুং *লার্নিং ওফ টোটেল লিটবেসি* (১৯৯৭) নচিংবা অসিদি টেক্সবুক ওইনা তম্মী। *ৱাবেং হিবেন* (১৯৭৪) কম্পাইলেসননি, সম্পাদক ওইদুনা ফোঙবনি। শৈবেংগী লাইবিক *কাব্য কুঞ্জ* (১৯৮৮) দা ফোঙই। অইবা অসিনা সাহিত্যদা তৌবিবা দান মযামসিবু শকখঙবা ওইনা সাহিত্য পবিষদ অসামনা 'সাহিত্য ভূষণ' উপাধী পীখি। কবি অসিবু ন্যু দিল্লীনা ভাবত এক্সলেন্স এৱার্দ এন্দ গোল্ড মেদলসু পীদুনা ইকায় খুম্নবা উৎখ্রে। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালনসু 'কাব্য ভূষণ' (২০০৪) লোয়ননা জৈমিনি একাদেমী, পানিপত, হবিয়ানানসু স্মৃতি সন্মান, সুভদ্রা *কুমাবী চৌহান ২০০৪ পীদুনা ইকায খুম্নখি।*

অসাম গোভর্নমেন্টতগী থা খূদিংগী লিটবেবি পেন্সন লুপা লিশিং অমা ফংই। ইং ২০০৬তগী লুপা লিশিং অহুমদা হেনগৎখি। মপানগী মৈতৈ মচাশিং লিটবেবি পেন্সনব ওইবসি অসামগী মনুংদা নবদ্বিপনা ইহান হানবনি। সৌগাইজম ব্রজেশ্বব অমসুং খৈকদ্দিন চৌধুবিনা অনীশুবা অমসুং অহুমশুবনি।

নবদ্বিপ সাহিত্যদা নত্তনা লীলা ড্রামাসু য়াম্না পান্নকই। মশামক ড্রামা কয়াসু য়াওবকই। মণিপুবী লোলনা নিপালশুবা সিদ্যুলদা চলহনবগী মতাংদসু শিদ্রিবফাওবা চবা হেনবগী খোঙজং কয়া চঙশিন্দুনা অচৌবা থৌদাং যাবকই। লোলগা মবী লৈননা *লোলগী ঈহৌ* হায়বা ড্রামা ইদুনা শান্নখি। অইবা অসি হিন্দী, ইংলিশ, বেঙ্গলী, অসামীজনচিংবা খঙবনা হিন্দীগী ড্রামা কযাদসু মব্দ ওইবা বোল লৌদুনা কূন্নকখি। মাগী *অদুঙৈগী লীলা*

ষ্টেজদা মায় পাক্লা উৎশ্রবা লীলানি।

ইং ১৯৬২দা নবদ্বিপনা থোকচোম নিঙোল জিনিগা লুহোংদুনা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদামিন্নে। মচা পোক্তে। মহাক খায়নব্রবা মতুংদা সেবাম নিঙোল সনাহনবীগা অমুক ইং ১৯৬৪দা য়ুম্বানমিন্নে। মচানুপা অনী, নুপী মবি পোকই। অইবা অসি হৌজিক হৌজিকসু সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা লোয়নদুনা থবক তৌবি। মহাক মণিপুরী লেঙ্গুয়েজ দিভেলপমেন্ট সোসাইটি, অসামগী ফাওন্দব প্রসিদেন্টনি। গুণমনি একাদেমী, বানিপুবগী (১৯৯৩) সেক্রেটবি, মণিপুব লেঙ্গুয়েজ দিভেলপমেন্ট কো-ওর্দিনেটিং কমিটি, অসামগী চিয়াবমেন, টোটেল লিটবেসি কেম্পেন (১৯৯৫) গী প্রোজেক্ট কো-ওর্দিনেটব, অসাম মণিপুবী কলা একাদেমীগী সেক্রেটবি অমসুং চিয়াবমেন, লাইফ মেম্বব অসাম সাহিত্য সভাগী লাইফ মেম্বব অমদি মণিপুব সাহিত্য পবিষদ অসামগী জেনবেল সেক্রেটবিনচিংবা ওইবকই। *সাহিত্য বিনা* অমসুং *পি থাদোই* নচিংবা চেফোঙশিংগী এদিটবসু ওইখি। *সাহিত্য বিনা* বাংলা, মণিপুবী, ইংলিশ অমসুং অসামীজনচিংবা লোনশিংদা ইবনি।

অইবগী ফোঙদ্রিবা ইবা লোইববা ৱাবেং শৈবেং কয়ামকমসু লৈবি। নোংমা জ্ব য়েংবা চৎপদা কৈ অমনা জ্ব য়েংবা লাকপা অঙাং অমা মখূৎনা লামদুনা হাৎখি। মদু উববদা নুংঙাইতবা পোক্তুনা এনিমেল কিংদমগী কনফ্লিক্ট উৎপা ৱাবী অমা ইবা পূল্লোই লোইবে, ফোঙগদৌবদা ঙাযবে হায়। জননেতা ইবাবতকী মবমদ ইবা লাইবিক (শৈবেং), ঈশৈগী মবমদা নৈনদুনা ইবা *সঙ্গীত মঞ্জবী* নচিংবসু লৈবি। ফোঙগে খল্লি। অৱাবা অমনা অইবা খূৎই লাইবিক কয়া লৈববসু ফোঙবগী খুদোংচাদবা কয়া অইবশিংনা থেংনৈ। মসিগীদমক মতীকচাবা পল্লিশব লৈববদি লাইবিক কয়া মবাঙ কাযনা পুথোকপগী খুদোংচাবা ফংগনি হাযবসি নবদ্বিপকী মোৎনি। কবি অসি বাসকান্দি গোভর্নমেন্ট এম ঈ স্কুলদগী হেদ মাষ্টব ওইনা ইং ১৯৯০দা পেন্সন ফংই।

ঙাবিযাম্বম নবদ্বিপ অহল ওইজববসু সাহিত্যগী সংস্থান কযাগী থবকশিং পোখাবা লৈতনা লেপ্তুনা তৌবি। মবমদম মণিপুবদা তোযনা লাক্তুনা অইবশিংগা উনদুনা সাহিত্যদা থবক থৌবম কয়া ফগৎহন্নবা হোৎনবদা অচেৎপা ৱাখল্লোন থন্নি। মপান্দা লৈববসু ইমা পোক্লফম লমদম কাউবা ঙমদে হেক্তা চৎনিংলকই। মসিগী নুংশিবা লীপুনসিমদি কাউবা ঙমদনা থম্মোয়দা চেৎনা থন্নি হাযনা কবিসিনা ফোঙদোকই।





# নোংমাইথেম পহাবী (চিত্তরঞ্জন)

থা না নুমিদাংদা থোকপগুম, নুমিৎনা নুংথিলদা ঙানবগুম, অফবা মচানা শাগৈগী মৈবা ওইবগুম মীয়াম্না নোংমাইথেম পহাবী হাযবগা খঙনবা নোংমাইথেম চিত্তরঞ্জন ঈশৈগী জগৎতা ধ্রুবতাবাগুম লংনা মগুণ লৈবা শৈশকপা অমগী ফিদা ফংদুনা মীযাম্না মাবু "মেলোদি কিং" হাযনা শকখঙনবি। অসিগুম্বা শৈশকপা অসি ইং কুমজা ১৯৩৭ গী আগষ্টকী তাং ২৮ দা যাইস্কুল চীংঙাখম লৈবক্তা পোকখি। অপোকপা থানিল ড্রামাগী লময়ানবশিংগী মনুংদা অমনি। কলা সংস্কৃতিদা থৱায লুপ্পী মপুংদি নাট্যকলাদনা হেন্না পুক্লিং চিংশিল্লি। অপোকপী কাংঙবম নিঙোল মোইবাংথেম ওংবী তোম্বী দেবী ঈশৈ (মনোহবশাই) অমদি জগোইদা মমিং লৈবা কলাকাবনি। পহাবীগী মচিন মনাও অনীখক্তনি। মথক্তা মচেম অমা লৈ।

পহাবীনা শীশক শীক্লিঙৈদা মীবোল তাদ্রিঙৈদা অপোকপী মমা কাযনখি। মনেসি মনিসনানা লুনা চান্না তৌদুনা মচাদা মচাগুম যোক্লকখি। মাগী হেক পোকপা মমাগী মফমদগী নুংশিবা ফংদ্রবসু মমা অমগী নুংশিবদি পহাবীনা মনেসিগী মফমদগী চপ চানা ফংখি। মমাগী খোল্লাং লমন শিংবা তাববদি মনেসিগী মফমদনি হায়।

পহাবীগী ইমুং ঈশৈ, জগোই, লীলা, ড্রামা পাম্না হৌবকপা ইমুংনিনা মহাকসু ঈশৈ যাম্না হৈ। পীক্লিঙৈদা মনেসিনা মনঙ্গলদা পোদুনা নাউশুম ঈশৈ শক্লা শক্লা তৃপ্না থেম্নবা শকপা ঈশৈদু শীক্লিবা পহাবীনা চিনকা পুবম্মী অদুগা মনেসিগী মতৌ তমদুনা শক্লম্মী। ঈশৈদুদি "থেবা নমা কদাযদা চৎখি/লমাংদোং কৈথেল কাখি/তল কয়ামকম লৈবকপসু/ তাউবা হূইনা মচাখি/নাউশুম্বীসু খাগী/খাগীনা ময়োল চোংবগুম/মালা তিং তিং চাউবো।"

চহী মতাও চাদনা শক্তোবকপা ঈশৈ অসিনা পহাবীগী তুংগী পুন্সিদা কবি ওইবক্লদগে

হায়বগী যুম্ফম অমদি থোনগৎপা হৌখ্রবনি। অঙাং ওইবিঙৈ স্কুল কাদ্রিঙৈদা পহাবীবু মপাবুংনা বেঙ্গলী তন্নীবকই। মতমদুগী স্কুলদা লাইবিক তম্বসু বেঙ্গলীনা অয়াম্বনি। ঈশৈসু বেঙ্গলিদা অযাম্বা শক্লবম্মী। হিন্দী ঈশৈ লাকপদি লান মতুংদনি হায়। গ্রামোফোন বেকোর্ড লৈবনিনা মখল মখলগী ঈশৈ কয়ামকম খোংলম্মী। পীক্লিবা পহাবীসু ঈশৈ কয়া ফাবম্মী। ফাবতা নত্তে শকসু শক্লম্মী। স্কুল কাববা মতুং মথং মথং পাস তৌবক্তুনা চুড়াচান্দ হায স্কুলদা মেট্রিক থাবকই। লাইবিক ময়াই ওইনা ফবকই। ইং ১৯৫৪ দা মেট্রিক পাস তৌদুনা দি এম কোলেজদা ইন্টবমেদিযেট ক্লাসতা মিং চন্দুনা তম্লকই। কোলেজ কাবকপগী মতম ইং ১৯৫৫ অসিদদি পহাবীগী পুন্সিদা অহোংবা কযামকম লাকখি। মাযকৈ কয়াদগী লাকপা ছাত্রশিং লোযননা তোঙান তোঙানবা হীবমদা থব্রায যাওজবশিং পূল্লপ ওইনা কোলেজ অসিদা তিল্লখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা মকওইনা লোযনবকখিবশিংদি হৌজিক হৌজিক ফিল্মদা মমিং লৈববা অবিবম শ্যাম শর্ম্মা, ড্রামা ইবা অমা ওইনা মমিং চৎলিবা অবাম্বম সমবেন্দ্র, ঈশৈ মযেক ইবা খুবাইজম ফলেন্দ্র, ড্রামাদা থব্রায যাওজবা গুরুমযূম বোবিন্দ্রো শর্ম্মা, নিংথৌজম একেন, আব কে বিনোদ অমদি ঈশৈদা থব্রায যাওজবা পহাবী মশামক। মখোয়শিং অসি ঈশৈ ড্রামা লীলাদা থব্রায যাওবা ঙাক্তনি। মখোযনা কোলেজ অসিদা অনৌবা কলাগী যাওল অমা পুবকখি হাযনৈ।

পহাবীবু ঈশৈ শকপা অমা ওইনা খঙনখিবদি কোলেজগী পুন্সিদনি। কোলেজগী ফঙ্কসন কযাদা ঈশৈ শক্লকখি। নহাবোলশিংনা যাম্ন' পাম্লবা কলাকাব অমা ওইবকখি। ঈশৈবু ওজা নাইনা তম্লকখিবদি হিন্দুস্থানি ম্যুজিক্কী ওজা অমুবদনি। অহীং নুংথিল খঙদনা ত্রিনাথ (মহাদেব পূজা) তা ঈশৈ যাম্না শকখি। মতম অদুগী ঈশৈদি ষ্টেজ ড্রামাগী ঈশৈ নত্তনদি অতৈদি ত্রিনাথতা অযাম্বা শকই। হৌজিক্কী মতম ঈশৈ (আধুনিক ঈশৈ) না শাহৌ ফনা শক্লকখিবদি ইং ১৯৬৩, আগষ্ট ১৫ দা মণিপুবদা ওল ইন্দিয়া বেডিও লাক্লবকালদনি। পহাবীদি ওল ইন্দিযা বেডিও ইম্ফালনা গৌহাটিদা ওইবিঙৈ ইং ১৯৫৫ (ছাত্র ওইবিঙৈদগী হৌনা) ঈশৈ শকপা হৌবকখি। প্লে বেক সিঙ্গব অমা ওইনা মমিং চৎলিবা এম দি বফি অমদি মন্না দেগী ঈশৈদা পূমঙাও ঙাওখি। মসিদসু নত্তনা কানন, কে এল সাইগল, সুশিলা অমদি পংকজ মালিক্কী ঈশৈশিংসু য়াম্না পাম্না তাবকখি। শম্না হাযববদু ঈশৈদা পূমঙাও ঙাওবকখি।

তুংদা লাক্কদৌবিবা পুন্সি অমগী চাউববা পন্দুপ অমগী মক হুনখিবা মফমদি ডি এম কোলেজ তম্লিঙৈ মতমসিনি। মক হুনবগী থৌনা অদুনা কেপ্টেন হার্নেটনা পীখিবনি। হাযদ্রবাদ নমফু হাফুদা ভাবত্তা তিনশিনখিবগী ব্রাবী মখোযদা লীখি অদুগা মণিপুবনা ভাবত্তা তিনশিনখিবসি যাম্না চুমদবনি হাযখি। মসিগী মক অসি কোলেজগী পুন্সি থূপচিল্লবা মতুংদা পোকখাযবকখি।

ইং ১৯৫৯ গী নবেম্বব থাদা মহিশুবদা পাওথোক্কদবা যুনিভর্সিটিশিংগী যুঠ

ফেষ্টিবেলদা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী ওইনা দি এম কোলেজগী ছাত্রশিংগী জগোই গ্রুপ অমা খল্লকপদা পহাবীসু য়াওদুনা চৎখি। জগোইদু কবুই গ্রুপ দান্সনি। ফার্ষ্ট প্রাইজ ফংখি। ফেষ্টিবেল লোইবদুনা জগোইগী গ্রুপ মণিপুরদা হন্ননবা শেম শাবক্লবদা পহাবীদি মণিপুরদা থোক্লবোই বোম্বে চৎলগে হায়খি। হান্নবা য়ুমদগী প্লান তৌদুনা বোম্বেদা চৎলগে লৈবিবা মমিং চৎলবা ম্যুজিক দিরেক্তর এস দি ববমনবু ঈশৈগী মতাংদা উননবা চৎকদৌবিবনি। মপাইবুংঙোনসু হান্না মাঙজৌননা চে থাখ্রবনি। কলাবু পামজবকপা ইমুংনিনা পহাবীনা ঈশৈগী লমদা পুক্লিং থিংজিনবদা অযেৎপা পীবক্তে অহোয়নদুম পুক্লিং থৌগৎপী অদুবু নুংঙাইতবা অমত্তংদি হান্না নুংঙাইবশ্বা ইমুং ওইবন্নবসু পহাবীগী মতমদদি ইমুংগী ফীভম ফত্তবনা শেৎপা চাবা অমদি ফীভম কযাদা নীংবা থুংলক্তে।

পহাবীনা এস দি ববমন উন্নববা মতুংদা ঈশৈগী মগুণ হেন্না খঙলকখি অমসুং লক্ষ্ণৌদা চৎলগে হায়না লেপখি। মখুৎতা পৈশা অমত্তা পাযদ্রবা মতাঙ অদুদা মাগী মরূপ অবাম্বম সমবেন্দ্রনা লুপা ১২০ থাবিবক্তুনা লক্ষ্ণৌদা হিন্দুস্থানি সঙ্গীত চহী মঙা ভাটখন্দে কোলেজ লক্ষ্ণৌদা তমখি। মাগী স্কোলাবসিপ লুপা ৬০ (হুস্ফু) ফংবদুনা কোন্ননবা শীনখি। মতাঙদু অৱাবা কযা মাযোক্লখি হায। অদুবু ৱাজবগী মতীক মহে ফংদবদি নত্তে। অবোইবা চহী পরীক্ষা ইং ১৯৬৩দা পীবল্লগা মণিপুরদা থোক্লকখি।

হিন্দুস্থানি ম্যুজিক্তা দিগ্রী ফংলবা মতুংদা ইং ১৯৬৫ দা ওল ইন্দিযা রেডিও, ইম্ফালদা কেজুযেল নিউজ রিদর ওইনা চঙলকখি। চহী অমা নিউজ রিদর ওইববা মতুংদা ভোকেলিষ্টকী (ঈশৈ) পোষ্ট অমা হাঙলকপদগী লোং টার্ম কন্ট্রেক্টতা ইং ১৯৬৬তা অমুক চঙলকখি।

শঙ্গোমগী মবীক খুদিংমক্তা মাখন যাওই হাযবসি পুন্নমক্লা ইখঙ খঙই। অদুবু শঙ্গোমদগী মাখন খাযদোকপদা ওৎপা নৈবা যান্না দবকাব ওইবগুম মীওইবগী পুক্লিং অসি অফবা থবক অমসুং সঙ্গনা নৈখাযগদবনি হাযবগুম পহাবীগী পুন্সিসু নৈখাযবা হৌবকখি। নীংতম্বগী মরু লক্ষ্ণৌদা সঙ্গীত বিসারদ তন্নিঙৈদা পোকখাযখিবদু মযোল চোংলক্তুনা নীংতম্বগী পান্মী অমা (যাওল্লুপ) ইং ১৯৬৪গী নবেম্বর ২৪, লৈবাকপোকপা নুমিৎতা মীওই তবেৎনা থাবা হৌখিবদুদা পহাবীসু সেন্ট্রেল কমিটিগী মেম্বর অমা ওইনা যাওবকখি। অদুবু লাইবক থীবিবদি মীওইবনা মশাদা যাওবিবা মশীং থীঙমদ্রবা অবানবশিং অদুদি খঙননবা হোৎনদ্রগা অতোপ্পগী কবিসু লৈত্রবা অবানবশিং অদুবুদি চাউনা উবিবিবা অদুগা মমীৎ লীশীং পান্দুনা অবানবা থিবি। অদুগা খবনা মশাগী অৱাবা খুদোংথীবা তাবক্লবদা চৈনা খবা খাঙবা ঙমদবগীদমক অতোপ্পদা চৈথেং পীবকপা যাওদবা নত্তে। অদুগুম্বা চৈথেং মবক অদুদা পহাবী ফাবা লাকখি।

মীওইবগী পুন্সিদা নহা ওইবগী পুন্সিবু (যুথ) কাল্লগা চৎতবগুম পহাবীগী পুন্সিদসু

অখাবা, অথুম্বা, অয়াকপা, অশিনবা শুনা লাকই। কায়নবা, থুংনবা, শীংনবা, মাযপাকপা, অমদি মায়থীবগী মহাও তংলদুনা। ইং ১৯৬৮ দা অনৌবা পন্দুপ অমা হাংদোক্তুনা অবাম্বম ইবুংঙোহলগী মচানুপী ইন্দিবাগা লুহোঙদুনা অনৌবা মৃন্বাল পুন্সি অমদা খোঙ থাংজিল্লকই। মচানুপা অহল পাশা পোক্লবা মতুংদা অকনবা নোংলৈ অমা হুন্নক্তুনা তাংথক নাইবা পুন্সিগী পন্দুপ খবদা অহোংবা লাকখি। ইং ১৯৬৯গী নবেম্বব থাদা পহাবীবু মণিপুব বিভোলুসন্নবি আর্মিগী চীফ ওব ষ্টাফনি হায়না ফাখি। ইম্ফাল অমসুং ত্রিপুবা জেলদা চহী অহুম থমখি। ইম্ফাল জেলদা তোঙান তোঙানবা মীওই কয়াগী পুন্সি থেংনবকখি। হুবান চিঙ্খীগা মবী লৈনবা অঙাং কযাগসু তোংন-তিন্নবকখি। মনেনা ওৎপদগী চেল্লকপা অঙাং অমখক্কী ৱাবীদগী "সনা কৈথেল" ফিল্ম স্ক্রপ্ট ওইনা ইবকখি। ইনিংবগী ঈথিল লৈববসু ঙল্লিঙৈগী তাঙ্কক্তা খৃৎতি থাবকখিদে। অদুবু ফীভম্না থেংনবকপা কয়ানা ইদবা ঙমদদুনা ইবকই। লৈনুংদা ফমদুনা লৈবম্বা ঈশিংগী মপাল থংবা শকক্তা খজীক্তং হোগাযকপদা ঈশিংনা চেম্থবকপগুম ঈচেল নাইবকই।

পহাবীনা ঈশৈ হৈকপবগী খুদোংচাবা কয়া জেল মনুংদা ফংখিদবা নত্তে। ঈশৈ নোংমাইবু তানিংদবা মী পৃথিবীদা লৈবমগনি থাজদে। অদুনা পুন্সিগী হিমায পূম্নমক ঈশৈনা ওইবকই হায। অঙাং ওইবিঙৈদগী ঈশৈ নোংমাই পামজবকপা পহাবীনা ফিল্মগী প্লেবেক সিঙ্গব ওইনিংবগী অপাম্বা কন্না লৈখি।

মণিপুবনা ষ্টেটহূদ ফংবগা লোয়ননা জেলদা লালহৌবগী চার্জদা লৈবিবশিংদা এমনেষ্টি পীদুনা থাদোক্লবা খনবদা পহাবীসু যাওদুনা ইং ১৯৭২ গী এপ্রিল ১০ দা থাদোক্লকখি। মতুংদা মহৌশাগী পুন্সি তপ্না তপ্না হঞ্জিল্লকখি। মহাক ফাবগা লোযননা থবক্তগী টবমিনেট তৌদুনা মহাক্না পামজনা শকপা ঈশৈ পূম্নমক থিংজিনখি। অদুনা জেলদগী থোক্লকপা মতম খবদি তৌফম খঙদনা ককঙাওনখি অদুবু লাইবক ফবদগী ইং ১৯৭৫দা য়ুনিযন পব্লিক সার্ভিস কম্মিসনগী পবীক্ষাদা ওল ইন্দিযা বেডিওগী প্রোগ্রাম একজিক্যুটিভ ওইনা খল্লক্তুনা থবক চঙলকখি। মহাক্না জেলদগী থোক্লকবা মতুংদা শিথকপববা ঈশৈগী সুব পূম্নমক অমুক নৌনা য়াকাইবকখি। মণিপুবদা ঈশিং ঈচাওগুম চেম্থবিবা ঈশৈগী নাইট ময়ামসিগী অপোকপদি পহাবীনি। মহাক্কী ইহান হানবা পহাবী নাইট ইং ১৯৭২দা জেলদগী থোক্লবা মতুং ইকুই কুইদনা পাঙথোকখি। মসিনা মণিপুবদা পাঙথোকপা ইহান হানবা নাইটনি। নাইটতুদা পহাবী মশানা ইজবা ঈশৈ "কপ্লুবে মীৎসে কৃৎপমখৈ/নোক্লুবে ইশাসে থগোকপমখৈ" হায়বা ঈশৈদু নব শর্ম্মানা শকখি হায় অদুগা ঈশৈ অসি কোলেজগী ঈশৈ কম্পিটিশনদা নবনা শকপদা অনীশুবা মনা ফংলকখি। অসিদসু নত্তনা মশানা ইবগা শকখিবা "ঐগী থম্মোয় মৈচাক শামল্লে/ঐগী নুংশি ৱাখল হেনমল্লে/ঐগী নুংশি ৱাখল হেনমল্লে/ঐগী পুন্সি ৱাগদৌবে," "চিবোল হৈবী লৌনম্বী/

চংথোকউনে তমথীবী" অসিনচিংবা কয়া শকখিবগা লোযননা মযেক কযাসু ইখি।

পহাবীনা হায– "ঈশৈনা হকচাংনি, থৱাযনা সুবনি অদুনা শৈশকপা কলাকাবগা ঈশৈ ইবগা অফবা মবী লৈনবগা ঈশৈ ফজবা হেল্লি। ঈশৈ শকপদা মযেক যাম্না খল্লি অফংবা অমা হেক্তা শকচিন্দে। ফজবা ঈশৈদি মতম চূপ্পদা হিংদুনা লৈ। বি জযন্তকুমাব শর্মগী মযেক 'তাজমহল অমব ওইবে তাজমহল' হাযবসি সুব পান্নবা হোৎনবদা চহী অমা চঙখি হায। মহাক্কী মযেক্তা পহাবীনা শকখিবা ঈশৈ অযাম্বা ফম্মিন্নদুনা ঈশৈগী সুব চান্নবা চান্নদবা যেংদুনা শকখিবা ঙাক্তনিসু হায। জযন্তকুমাবনা মাগী থম্মোয ঈহুল খঙনা ইখিবা মযেক্তা থৱায চঙনা পামজনা শকখিবশিংগী মনুংদা খবদং লৌখৎলবদা– "নীংশিংলি মেবাগী থাবল, খোল্লাং লমন শিংঙল্লোই, লিববা লৈকোলগী খুইববা লৈবাং, চৎলসিনে মঙলৈবাক্তা, কেল্লবা শমজিগী লৈবাংনি, সনা লৈবাক মণিপুব" অমদি অথেঙবদা শকখিবা ঈশৈশিংগী মনুংদা "নীংঙমহৌদ্রবা নুজাগী নিংঙাই পুদনা লাক্লববা কুমসিসু বসন্ত, ঐগী পীক্লবা আশাগী পান্দোং/ঐগী চন্নবা থম্মোযগী লৈযোল/যেন্নৌ যেন্নীং হুন্দ্রবা কুইবে/পুন্সি বসন্ত লাকপা থেঙলে" অসিনচিংবা মযেকশিংসনি। মানা শকখিবা ঈশৈশিংসিগী মনুংদা মপুন্সিদা কাউবা ঙল্লবোইদবা ঈশৈদি "খোল্লাং লমন শিংঙল্লোই নঙগী/মিনুংশি চাউবী হে ইমা" অমদি "নীংশিংলি মেবাগী থাবল" অসিনি হায। ঈশৈ অনীমক বি জযন্তকুমাব শর্মগী মযেক্লি। মাগা যাম্না লূনা তিন্নবা মকপনি। অথেঙবদা ইবকপা লাইবিক *ঐগী ডাইবিদগী* হাযবা লাইবিক অসিগী ইনিংবগী ঈখিলসু জযন্তকুমাবনা পীখিবনি হায। মসিমক লাইবিকসিগী ৱাহৌদোক্তসু পল্লি।

পহাবীনা মাগী পুন্সিদা চৈনা কয়া ফংলবসু শীংনদুনা লাকখি। শবৎচন্দ্রগী দেবদাসকুম পুন্সিদা, মাযথীবা অমা ফংলে হাযদুনা পুন্সিবু থূপচিনবা পাম্না মীশিংদুদি পাঙদবনি হায। মাগী পুন্সিগী শিথবক্লবা মঙালদা মাগী লোযনবী ইন্দিবানা যাম্না থৌনা পীখি। অৱাবা কয়া খাঙখি হায। নুপানা জ্ঞান লৌশিং ফনা লৈদুনসু ভক্তি অমদি কথোকপগী পূকচেল চেনবা অসিদি নুপীশিংনা হেল্লি। ঈশৈ শকপা কলাকাবশিংন অযাম্বা চাবা থকপা মতম নাইদে৷ অহীং নোংযাইদা হল্লকপনা অযাম্বনি, অদুবু ইন্দিবানা চাবা থকপা অমত্তা তৌবমদনা, মপুবোইববু ঙাইদুনা লৈবমখি। অসিগুম্বা নুপীগী ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধাবু কাউথোকপা ঙমদে। মাগী পুন্সিদা মায পাকপগী পজেং ফীবাল থেৎপদা মাগী নুপীগী চাউববা থৌদাং লৈ হায।

পহাবী ঈশৈগী সংস্থান কযাগা শম্নবকই। ওল ইন্দিযা বেডিও, ইম্ফাল লাকপগা ঈবোযননা ৰূপ বাগ লিংখৎলকপদা মহাকসু মকওইবা মেম্বব অমা ওইনা যাওবকই। মণিপুবগী মতম ঈশৈগী জগৎতা অচৌবা ঈহৌ অমা পীখিবদি ৰূপ বাগনি। ৰূপ বাগগী ম্যুজিক স্কুল অমা বাবু পাডাদা লৈবম্মী মদুগী ইহান হানবা প্রিন্সিপাল পহাবীনা ওইবকই।

ঈশৈগী সংস্থান্দা নত্তনা মণিপুব ড্রামাটিক যুনিয়নগী প্রসিডেন্ট ১৯৯৭-২০০১ অমদি ওল মণিপুব মুাজিক এসোসিএসনগী প্রসিডেন্ট (১৯৯৭-৯৮) সু ওইবকই।

ওল ইন্দিয়া বেডিওগী, প্রোগ্রাম একজিক্যুটিভ ওইনা চঙলকখিবা পহাবী মথং মথং প্রমোসন ফংদুনা ইং ১৯৮১ দা এসিস্টেন্ট ডিবেক্তব অদুগা ইং ১৯৮৩দনা ডিবেক্তব ওইনা প্রমোসন ফংই। ডিবেক্তব অমা ওইনা সিক্কিম ওল ইন্দিয়া বেডিও, ইম্ফাল অমদি কোহিমানচিংবদা পোষ্টিং তাব্ববা মতুংদা ইং ১৯৯২দা দূবদর্শন কেন্দ্র ইম্ফালগী ডিবেক্তব ওইনা চঙলকই। চহী অহুম ডিবেক্তব ওইবন্নগা ইং ১৯৯৫দা ভোলুন্টবি বিটয়াবমেণ্ট লৌথোক্কুনা এম পি ওইনা ভোট লেপ্পী। নেসনেলিজমগী আইডিয়া লৈবকপা পহাবীনা মণিপুব জাতিগী ওইনা এম পি ওইবগা অঙন্না থৌদাং খবা লৌদুনা হোৎনগে খনবদগী ভোট লেপ্পনি হায। ঈশৈবু পামজনা হবাওনা তাবিবা নুংশিবিবিবা মীযাম্না মাবু থাগৎপীবক্কবদি মীযামগী সেবা খবদা ওইববসু তৌবা ঙমগনি খল্লুবা ৱাখলদু লাল্লম্মী। বাজনীতিদি বাজনীতিগীদমক বাজনীতি তৌগদবনি হাযবগী ৱাখল্লোনদু চিনযা পুবক্কুনা পহাবী মাযথীখি অদুনা বাজনীতিদগী লাপথোক্লগে খনখি।

পহাবীগী হৌজিক ফাওবদি ওদিও কেসেট এলবম নিপাল, ঈশৈ কেসেট মবিফু (৮০) পুথোকখ্রে অদুগা ঈশৈ চামঙা (৫০০) গী মথক্তা শকখ্রে। ওল ইন্দিযা বেডিও ইম্ফালনা বেকোর্ড তৌখ্রবা মাগী ঈশৈ কযাসু লেপ্তুনা শন্দোক্লি। মহাক্না বেডিওগী ঈশৈ শ, ক্রমদা যাইবিপোক থম্বালনু, পুন্সি খোঙচৎ, নীংশিংলি ঈশৈদো, শুদ ব্রাইদে, নোংজু ঈশৈ অমদি বুদ্ধ পূর্ণিমানচিংবসু পুথোকখি। অসিদসু নত্তনা মণিপুবগী ফীচব ফিল্ম *ঙকইকো নঙসে, খোঞ্জেল, যাইবিপোক থম্বালনু, খুৎথাং লমজেল, সনাকৈথেল, সনামানবী সনাবৈ, ঐগী পুন্সি* অমদি *মৈচাক মৈচাক-ন*চিংবদসু মুাজিক ডিবেক্তব ওইখি। ঈশৈগী মবমদা ইবা আর্টিকল কযা মেগাজিন অমদি জর্নেলদা ফোঙখি। ষ্টেট কলা একাদেমীনা ইং ১৯৭৭ তা পাঙথোকখিবা মণিপুবী মোদর্ন মুাজিক্কী সেমিনাবদসু 'হিষ্টবি ওব মণিপুবী মোদর্ন মুাজিক' হাযবসিদা চে পাথোকখি।

মহাক্না মুাজিক কম্পোজব অমা ওইনা ফিল্ম অমদি ষ্টেজ প্লেগী মুাজিক ডিবেক্তব অমদি ঈশৈগী লমদা পোত্থাবা লৈতনা হোৎনবিবা দান মযাম অসিবু শকখঙবা ওইনা ১৯৯৫দা মণিপুব ফিল্ম ডিভেলপমেন্ট কোর্পোবেসন (এম এফ দি সি)না শীন্দুনা পাঙথোকখিবা অনীশুবা মণিপুব ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিবেলদা *যাইবিপোক থম্বালনু* ফিল্মদা মহাক্না শকখিবা ঈশৈগীদমক বেষ্ট প্লেবেক সিঙ্গব মনা পীদুনা ইকাযখুম্নখি। ইং ২০০০ দা ব্রাইট ফিল্ম মণিপুবনা 'মুাজিক দাইবেক্টব ওফ দি মিল্লেনিযম'গী মিংথোল পীদুনা ইকাযখুম্নখি। ইং ২০০৪দা বসন্তকুমাব ৱাংখেম নীংশিং মনা পীদুনা ইকাযখুম্নবা ঊৎখি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা ১৯৯৬ তা "সঙ্গীত বত্ন" পীদুনা ইকাই খুম্নবা ঊৎখি। অসিদসু নত্তনা

কলচবেল ফোবমগী "থোইবী এৱার্ড" ১৯৯৭, মৈবা এৱার্ড, ১৯৯২, মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীনবা ওল মণিপুব ড্রামা ফেষ্টিবেল ১৯৭৫ অমসুং ১৯৭৮ দা বেষ্ট ম্যুজিক ডিবেক্তব তাদুনা গোল্ড মেদল ফংখি। অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা মণিপুব ফিল্ম ফেষ্টিভেলদসু বেষ্ট মেল প্লেবেক সিঙ্গব এৱার্ড– "হা থম্বাল নুংশিববী, যাইবিপোক থম্বালনু, ঈশৈ শকখিনি লেপ্তুনা ঈশৈ শকখিনি" অমদি ঐগী পুন্সি হায়বসিদা ফংখি।

শৈশকপা অসি পেবালাইটিক ষ্ট্রোককী লায়নানা নাদুনা চৎথোক খোৎতোকপা অমদি ঈশৈ শকপা ঙমদদুনা যাম্না কুইনা লৈখি।। হাবমোনিযম পাযবা যাদ্রবসু অনাবসিনা হেক ফবকপগা ঈশৈ শকখিনি হাযখিবনি। সনাকৈথেলগী থিমদা নোভেল অমা ইগে খল্লি লোযননা ওটোবাইওগ্রাফি অমা ইবা হৌগৎলি হাযনা ফোঙদোক্লম্মী। ঈশৈ শকপা ঙমদ্রবসু অইবা খবদি থন্নমগে হাযবসি শৈশকপা অসিগী পুন্সিগী অবোইবা তাঙ্কক্তা কন্না ফাওখিবা রাখলনি। হৌজিক্কী নহাবোল শৈশকপশিংনা ঈশৈ মযেক্কী অচোপ অবেম থিদনা পঙশক্তা শকপা অসিদি মণিপুবগী ওইনা লাইবক থীবনি হায। ঈশৈ মযেকশিং অসি ফেক্টবিদা শুংবগা চপ মান্নবে। ত্রেদিসনবু খঙনা ঈশৈ শকপগা লোযননা ঐখোযগী ওইবা শক্তমগী ঈশৈদদি ফোক ইলিমেন্ট যাওদনা পুথোকপা যাবোই হাযনা অকনবা মোৎ ফোঙদোকই।

মীযাম্না সুবগী নিংথৌবেল, সোসিযল এক্টিভিষ্ট অমদি বেভল্যুসনবি লীদব অমা ওইনা খঙনবা নোংমাইথেম চিত্তবঞ্জন ওক্টোবব তাং ১৭, ২০০৬ ইংদা ঈখঙ খঙহৌদনা লৈখিদ্রে। মহাক্না লৈখিদবসি মণিপুবগী মতম ঈশৈগী জগৎতা অচৌবা অবাৎপা অমা ওইহৌবগনি। মহাক্কা যাম্না লুনা তিন্নজবা বি জযন্তকুমাবনা হায, "পহাবী লৈখিদবসি মেনখৎপা ঙম্লবোইদবা মাঙজবা অমনি। মহাকপু শৈবেংবা অমা ওইনা মীযাম্না শকখঙনবিবসি পহাবীগী মপান্ননি। পহাবীদগী হেন্না মখোল ফবা শৈশকপা কয়া মতুংদা মণিপুবদা লাকখিবা যাই। অদুবু মহাক্নুম্বা মবৈবাক নীংবা শৈশকপাদি অমুক হন্না পোক্লবোই।"





## কাংজম পদ্মকুমার

ঈশ্ববু নীংশিংবা অমসুং থাজবা হাযবসি লৈনুংদা ফুমদুনা লৈবিবা ঈশিংবু হূৎলগা ফংনবা শেম্বীবা অদুগুম্বনি হাযবসিদা চেৎনা থাজবা কাংজম পদ্মকুমাব মণিপুবী শৈবেংগী লমদা থোইদোক্লা শকখঙনববা অমদি শীংথানবিবা অইবনি। শৈবেংদা নত্তনা ব্লাবীমচা অমসুং উপন্যাসতসু খূৎ থাই। অহানবা খূৎথাবা হৌবকখিবদি শৈবেংগী লমদনি।

পদ্মকুমাব ফেব্রুবাবীগী তাং ৩, ১৯৩৪ ফাইবেলগী পূর্ণিমা মতূং হূম্নি কোনবদা উবিপোক তখেল্লম্বম লৈকাযদা পোকই। অপোকপা কাংজম তোম্বা অমসুং অপোকপী ককর্মাণগী অহুমশুবা মচানি। মথক্তা মচেম অনী লৈ। নুপা মথন্তা যাওবনিনা যাম্না কেনা মৌনা হৌবকই। অঙাং ওইবিঙৈ মহে মশিং তম্বদা থব্রায যাম্না যাওবকই। শেম্লোক লম্বী মবাঙ কাযদ্রবসু মচাবু মহে মশিং মপূং ফানা তমহনগে হাযবসি অপোকপগী ব্রাখলনি। মতম অদুব্রাইদদি মচা মশুশিংবু লাইবিক লাইশু তমহনবদগীদি লৌউ শিংউবা অমসুং শেল তানবনা হেন্না মপূং ওইনা খন্নবম্মী অমদি অবাপ্পা লমদা শেল তানবসু যাম্না চৎনবম্মী। অদুব্ন পদ্মকুমাবগী অপোকপদি লৌমী ওইজববসু মচাবুদি লৌবুক্তা লাঙ্গোল পাযহনবা পামদবা নুপানি।

পদ্মকুমাব অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা মমীৎ মনা যাম্না শিংবা মীনি। অমুক্তং উখিবা খঙখিবসি পাক কাউগন্দে। অঙাং ওইবিঙৈ লাইবিক ফনা হৌবকই লাইবিক পানিংবা অমসুং তমনিংবগী ঈথিলসি কদায় ফাওবা লৈবগে হায়ববু লান মনুংদা লম্বীদা তাবা খবব শেগায়বা ফাওবা খূন্দুনা য়েংই হায়। লৌউ শিংউবা ইমুং ওইবনা মপা ইবুংঙোনা লৌবুক্তা লৌতাংদুনা লৈবা উনবা ফংদবগী নুংঙাইতবা অঙাং অমা ওইনা ফাওবকই। মমা ইবেম্মসু খ্বাইবম্বন্দ কৈথেলদা ফিবোল য়োল্লি। ব্রানা হোৎনবকপা ইমুংনি। মবিশুবা তম্নবা লাইবিক লৈতবদগী মমান্নবদগী লাইবিক ব্রাযদুনা শিল্লকই। অঙাং ওইবিঙৈ ক্লাস নাইন তম্না

অদুৱাইদগী শৈবেং ইবা হৌবকই। স্কুলগী মেগাজিন্দা শৈবেং কয়া হাপ্লকই। মমান্নবশিংগী মিংদসু মানা ইবা শৈবেং কয়া অতোপ অতোপ্পা মেগাজিন্দসু হাপ্লকই। ইনিংবগী ঈথিলদি অঙাং ওইবিশৈদগী মথক থোংবা মযাম্না কযাগী পানবিবা, তম্নবিবা লাইবিকশিং মকওইনা ডা কমলগী, খ্বাইবাকপম চাউবগী অমদি অতোপ অতোপ্পা অইবা কযাগী লাইবিকশিং থৱায় য়াওনা পাকবদগী পোক্লকখি। মখোযগী ঈথিল মাগী শৈবেংদসু মমি তাবকখি।

পদ্মকুমাব হায স্কুল তম্লিশৈদগী হৌনা সাহিত্যবু যোকখৎপগী লমদা থৱায যাম্না য়াওবকই। মহাক্না "শৈহৌ মৰুপ" কৌবা সাহিত্যগী সংস্থান অমগী সেক্রেটবি অমসুং সম্পাদক ওইদুনা শৈবেংগী খোমজিনবা লাইবিক *পোমশাৎনবী* ইং ১৯৫৩দা ফোঙই। সম্পাদক ওইবা অবাইবা নত্তে অদুবু পদ্মকুমাবদি মশাগী থবক অমদি মতমবু পাম্মুবা লৈতনা *পুন্সি মূর্তি* (ৱাবীমচা, ১৯৬৩), *থম্লাল পবেং* (শৈবেং, ১৯৬৯), *অনৌবা লৈপবেং* (শৈবেং, ১৯৬৯) অমদি *সাহিত্য লৈপুল* (ৱাবেং, ১৯৬৯) অসি ফোঙখি।

পদ্মকুমাব ইং ১৯৫৫দা মেট্রিক পাস তৌদুনা ডি এম কোলেজদা আই এ তম্মী। সাহিত্যদা থৱায যাওবিশৈদা লাইবিক পাবগী চাং নেমখিবনা মেট্রিক্কী ডিভিজন ৱাংবা ঙমখিদে হায। কোলেজ তম্লিশৈদা শৈবেং অমদি ৱাবীমচাগী কম্পিটিসন কযাদা ফাষ্ট তাবকখি। মঙোন্দা ৱাবীমচা অমসুং নোভেল ইনিংবগী মৰু হুনখিবদি অপোকপনা নুংঙাই নুংঙাইবা ৱাবী কযা লীবিখিবদুনা ইনিংবগী ঈথিল পীখিবনি হায। অদুগীসু মথক্তা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুব, মোপাসাঁ, চেকেভনচিংবগী ৱাবী কযা থৱায যাওনা পাবকখি। ৱাবীশিংদনা ইনিংবগী ঈথিলদা মযাই হাপখি।

আই এগী পবীক্ষা পীববা মতৃংদা পদ্মকুমাবনা বাজকুমাবী তম্ফাসনা দেবীগা লুহোঙদুনা যুম্নানবগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনবা হৌই। মচানুপা তবক্ক, মচানুপী তবক্ক পোকই। যুম্নানবগী লম্বীদা চঙশিল্লবসু লাইবিক্তি মখা অদুম তমথদুনা ইং ১৯৫৯ দা বি এ পাস তৌই। বি এগী পবীক্ষা হেক হাযদোকপগী মতৃং নুমিৎ হুম্নিমুক লৈবগা বাম লাল পাল হায স্কুলদা ওজা ওইনা চঙই। ইমুংগী ফীভম ফত্তবদগী মখা তমথখিদ্রে। পদ্মকুমাবনা পুন্সিগী মহাও কয়া অখাবা, অশিনবা, অযাকপা, অথুম্বা কযা শুনা তংলকই। অঙাওবা যণগুম লাক্না ফান ঙমদবা, পূব্লিংগী ঈহুলবু হিমায চুম্বা ৱাৎপদগী পুন্সিদা অৱাবা খুদোংথীবা কয়া নংখিদবা নত্তে। অমুকখক যাম্না কন্না নাদুনা শিবমগদৌবদগী "কৃদগী শত্তুনা হিংহৌই" হাযনবদুমক মাগী মফমদসু থোকখি। মদুগী লম্বী (অশি লমদম) অদুদা চৎলুবগী ৱাখল্লোন্দু মানা শৈবেং অমসুং ৱাবীমচাদা পানশিন্দুনা ইবকই। ৱাবেংদগী শৈবেংনা হেন্না অঙাং ওইবিশৈদগী হৌনা পামজবকই। মহাক্না খোয়দাবা কবিশিংদি– ববীন্দ্রনাথ ঠাকুব, ৱার্ডসৱার্থ, শেলি, কোলবিজ, ইজবা পাউণ্ড, এলিযটনচিংবনি। মখোযগী শৈবেং কয়া চীনফা পুবকই। ববীন্দ্রনাথকী শৈবেং কয়া পামজমন্দুনা *গীতাঞ্জলি* গী শৈবেং কযা হন্দোক্লুনা *ভাবত সেবক* কৌবা চয়োলগী

চেফোঙদা ফোঙই। মপাল লমগী অইবা কযাগী প্রভাব মকওইনা কোলবিজ, এলিযট অমদি তেগোবগী প্রভাব কযা মাগী শৈবেংদা মমি তাই। মাগী শৈবেংগী লৈকাশিংদা মবৈবাক নুংশিবগী ঈস্থল, ঈশ্বব অমসুং তাইবঙ মীগা লৈনবা মবী, লেঙলি পাল্লিবা জগৎকী মনুংদা মফম মতম নাইদনা লৈবিবা তাইবং মপূবু থাজবা, খঙবদি খঙবা উবদি ঙমদবা মীওইবগী ব্রাখলগী ব্রাংমদা লৈবা অথূপ্পা কয়াবু মীওইবনা থেংনবা থৌদোক ব্রাথোক্তা পুশিন্দুনা তাক্লবা হোৎনৈ। মাগী খূৎইদা য়াওবিবা পুন্সিগী অঙকপা মশক (mystic experience) কী মতাংদা অইবনা হায, "জগৎসিদা লৈবিবা অহীংবা পোৎ, উবী-উপাল, ব্রা ফাওবা অসুম যেংশিল যেংশিল্লগা মমীৎ পাল্লকপা, মঙোন্দা যেংলকপদৌনা উবকপা, ব্রা ঙাঙলকপা মমৈথংদা মহাক্কা অমত্তা ওইবকপা ফাওবা যাওবকই মতমদুদদি মশানা কদাযদা, কমদৌবা খঙলক্তে, মসিগী মশক, মওং, মচু, অসিমক মাগী কবিতাদা তাই। অদুনা ঐদি শৈবেং ইবসি অহিংবা পোৎ অমা পুথোকপনি হাযনা লৌই। দাইনামিক ওইবা পুন্সিগা খূৎশম্লদুনা চৎমিন্নবা *ঈচেলনি হাযনা খল্লি। শৈবেংদি পুন্সিগা যাম্না নক্লবা পোৎনি।*" মাগী তোঙানবা শুদ্ধাৎযাই অমা লৈ হাযনা মশানা হাযজে। শৈবেংদা নত্তনা ব্রবীমচাগী অইবা অমসু ওইবিবা পদ্মকুমাবগী ব্রবীমচা অযাম্বা এক্সপিবিযেন্সতগী কল্পনানা হেন্না নম্না শাগৎখিবনা অযাম্বনি। অইবনা হায, মীওইবগী পুন্সিসি ব্রবীগী ব্রবী ঙাক্তনি। পুন্সিগা, থৌদোক্কা থাদোক্লবা যাদবা ব্রবী কযামকম লৈ। পুন্সিসি হৌখ্রবা কাউখ্রবা থৌদোক ব্রাথোক কযানা পীক থল্লবসু কাউবা ঙমদবা কযাদি ফাক্তোক শেৎতোক্লবা যাদনা পুন্সিগা পকশিন্নদুনা লৈবা যাওবি। অদুনা পুন্সিদা *থেংনবা কাউঙমদবা থৌদোকশিংদুনা ঐবু কলম পাযথল্লি।* অদুনা *শঙ্খল অমসুং অতৈ অতোপ্পা ব্রবীমচাশিং* হাযবা বাবীমচাশিং অসিদা পুন্সিদা থোকখিবা হৌখ্রবা মযামদু অনীশুবা নাঞ্জাওগী চৎন-লোনচৎশিংদু উৎকে হাযনা খল্লুই। অদুনা অইবনা মখা তানা হায, "কবিগুস্ম পোৎ অমা উৎপা মতমদা ইশাদা পানশিল্লগা ইবকপদা পোৎতুগী মগুণ হেনগৎলি লোযননা ফজবসু হেল্লি। *হৌখ্রবা পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোকশিংদুনা মণিপুবী সমাজগী মশক* অমা শাগৎলমগে হাযবসি ঐগী অচৌবা মঙনি, নীংজবনি।"

ছাত্র ওইবিঙৈদগী হৌনা সাহিত্যদা থব্রায যাওবকপা পদ্মকুমাবনা সাহিত্যগী সংস্থান কযাগা খূৎশম্নবকই। নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী ফাওন্দব মেম্ববনি। সমিতিগী ওফিস মযূমগী লাইবিকশঙদা ওইবকই হায। সমিতিগী চেফোঙ *ব্রাখল*গী এডিটোবিযেল বোর্ডতা যাওদুনা সমিতিগী চাওখৎ থৌবাং কযাদা অচৌবা শরুক যাবকই। অসিদসু নত্তনা কলচবেল ফোবমগীসু ফাওন্দব মেম্বব ওইদুনা অচৌবা থৌদাং লৌবকই। *মতমগী মঙাল* অমসুং *ভাবত সেবক সমাজ*গী এডিটবসু ওইবকই। চেফোঙ কযাদা মাগী ব্রাবেং শৈবেং কযাসু হাপ্লকই।

পদ্মকুমাব ইবগী লমদা যাম্না নহা ওইনা শক খঙবীদুনা শ্রীঅশাংবম মীনকেতন্না

'কবি মচা' হায়না মিংথোল্দুনা খঙনখ্রবসু মশাগী লাইবিক ওইনা পুথোবকপদি থেঙখি। মদুগী মবম কয়া লৈ। মাগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি ১। *সন্ধ্যাগী ঈশৈ* (শৈবেং, ১৯৭২), ২। *মসিনা ঐগী অবোইবা ৱানি* (শৈবেং, ১৯৯২), ৩। *শম্বল অমসুং অতোপ্পা ৱাবীশিং* (ৱাবীমচা, ১৯৯৬), ৪। *অথোইবা অহীং* (ৱাবীমচা, ২০০২) অসিনচিংবনি।

পদ্মকুমারবনা নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা সাহিত্যদা থৱায় যাওবকপা অমদি তৌবকপা দানবু শকখঙবীদুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ইং ২০০৩দা "কাব্য ভূষণ" উপাধি পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। ইং ১৯৯৫-৯৬ তসু ষ্টেট কলা একাদেমীনা *মসিনা ঐগী অবোইবা ৱানি* হায়বা শৈবেংগী লাইবিকসিদা ষ্টেট কলা একাদেমীগী এৱার্ড পীদুনা ইকাইখুম্নখি। অইবগী ফোঙগে খনবা ফোঙদ্রিবা ইবা লোইদুনা লৈববা লাইবিকশিংদি ১। 'ঐ চৎলগে' (শৈবেং), ২। 'অমনবা ফোটো' (নোভেল) অমদি ৩। চোইনা চোইনা লৈবা ৱাবেং কয়ামকম অসিনি।

মশাগী চহী মরিফু (৮০) বোম শুজিল্লক্লবা থেঙজিল্লক্লবা মতম অসিদা অইবনা তৌগে নীংবা থবক কয়া তৌবা ঙম্লবোইদ্রা হায়বগী মিপাইবা পোক্লক্লি। যাম্না দার্শনিক ওইবা কবি অসিনা হৌজিক্তদা হৌখিবগী পুন্সিবু নীংশিংলুবগা নীংঙমদবা ফাওবক্লি। চহী তবানিপাল বাম লাল পাল স্কুলদা ওজা ওইবম্লগা নোংমৈকাপ্পম গোপাল কোলেজ (এন জি কোলেজ) দা ইংলিসকী ট্যুটর ওইনা চঙলকখি। কোলেজ অসিমক্কী ফাওন্দব মেম্বরসু ওইবকই। অদুগা কোলেজ অসিদা চহী তবানিপালবোম ওজা ওইদুনা ইং ১৯৯৭তা পেন্সন ফংই। চহী কুইনা মহৈবোযশিং লোযনদুনা লাকখি। ওজা অমা ওইনা মহৈবোযশিংগা অফবা মরী লৈনবকই। জাতিগী যুম্নীবেল ওইগদৌরিবা মহৈবোযশিংদা মহৈ তম্বীবগা লোযন-লোযননা তীন চাদবা যুম্নী ওইননবা পাউতাক কয়া পীদুনা লাকখি। মী হায়বসি ঈ মতৃমদগী চাউবকপনি। চাউবক্লগা অকোযবগী ফীভম (এনভাইরনমেন্ট) যাম্না মরু ওই। মসি খঙগদবনি হায়।

হৌজিক্কী মতমগী হোংলক্লিবা ঈচেলসিদা হৌগৎলক্লিবা সাহিত্যগী খুৎমাবশিংদা অইবনা হায়ঃ "ঐখোযগী সাহিত্যদা মনুং হুনজিন্না যেংশিনবা থিজিনবা চঙলি, ক্রিতিকেল এনলাইসিস অমা কৃপ্পা তৌবা তাই। শেংনা শেংনা ইবগা মাগী মাগী অশোয়বশিং, ফজবশিং তাক্লবগা ইবা মথৌ তাই। হৌজিক মণিপুরগী মচীন তুমখৎলক্লিবা অইবশিং যাম্না ইবে, যাম্না তৌপ্রে অদুবু কৃপশিন্না থিজিনবা অমদি চঙলি। লোইবা নাইদবা পুন্সিগী খোঙচৎসিদা লোইবা নাইদনা থিবা তাই, যেংবা তাই।"





## সৌগাইজম ব্রজেশ্বর

সৌগাইজম ব্রজেশ্বব মশক নাইবা কবি অমসুং সমালোচক অমনি। মহাক কছাবগী চিত্রাঙ্গন কৌবা খুল অদুদা ইং ১৯৩৪ দা পোকই। অপোকপা বল্লভ অমদি অপোকপী শেঙ্গোযগী অহুমশুবা মচানি। মচীন মনাও তবানিথোইনি। মচে অনী, মচন মবি অমসুং মনাও মঙানি। মমাইবেম্মা শেঙ্গোযনা পোকচববসু নাউয়োক-না'উকোনবিদুনা যোকপিবকপদি মমাতোন চন্দ্রসখীননি হায়। মপাইবুংঙো নট সংকীর্ত্তনগী লমদা মমিং লৈবা নুপানি। ঈশৈগী লমদা মহাক্না তৌবিবা থৌদাংসিবু শকখঙবিদুনা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা সঙ্গীত ভূষণ উপাধি পীদুনা ইকাযখুম্নবা উৎখি।

অঙাং ওইবিঙৈ সৌগাইজম ব্রজেশ্বব লাইবিক ফনা হৌবকই। খুঙ্গংগী স্কুল ৩৯, নং ঔজানগ্রামদা ইহান হান্না তম্বা হৌবকই। বাজা গোবীন্দ্র চন্দ্র মেমোবিযেল হায স্কুলদা মেট্রিক থাদুনা ইং ১৯৫৩ দা পাস তৌই অদুগা বি এনা গুরুচবণ কোলেজদগী ইং ১৯৫৮ দা পাস তৌই। মখাদি এম এ হিষ্টবীদা চহী অমা মখায, বেঙ্গলি লিটবেচবসু তম্মী অদুবু মপূং অমত্তা ফাখিদ্রে। এল এল বিদসু চহী অনী তম্নম্মী অদুবু লোইশিন্দনা তোকখি। তবলাদা আই এম সি ফাওবা তম্মী। অদুবু trade of all, master of none তাদুনা তোকই।

ব্রজেশ্ববগী শৈবেং ইনিংবগী ঈথিল ছাত্র ওইবিঙৈদগী হৌবকই। শৈবেং কয়া ইব ইবগা পণ্ডথমদা থমখি। ফোঙগে হাযবগী আশাদি লাপখি। তম্নবা লাইবিক্তা নত্তনা মপানগী অইবা কয়াগী লাইবিক পাবকই। মহাক্না য়াম্না পামজনা পাখিবা অইবশিংদি জিবানন্দ, সুভাশ মুখোপধ্যায়, ইলিযট, ববীন্দ্রনাথ অমদি নজকলনচিংবনি। মখোযগী ইনফ্লুযেন্স মাগী অইবশিংদা তাখিদবসু নত্তে।

কুনশুবা চহীচাগী অবোইবা তাক্কক অসিদা মপাল মণিপুবগী মণিপুবী শৈবেং লাইবিক অসি চাউবাক্না ৮০ মুক পুথোকখি। পুথোবকইবা শৈবেংশিং অসি অয়াম্বনা

অসামদগীনি। ইহান হান্না অসামগী মণিপুবী শৈবেং অসি ইং ১৯৩০দা লাইনীংহল ফুলোদগী হৌখি হায। মহাক্কী মতুং চহী ২৭/২৮ মুক কান্নবগা শগোলশেম ধবলগী অহানবা শৈবেং লাইবিক *শনবিক মচু* ফোঙলকখি। লাইবিক অসি ফোঙলকপদগী সৌগাইজম ব্রজেশ্ববনা মাগী হান্না ইদুনা মচোই মচোই তাদুনা লৈখ্রবা শৈবেংশিং খোমজীন্দুনা ফোঙনীংবগী ঈথিল পোকখি। মসিমক্কা লমজীং ওইদুনা চাউবা, কমল, মীনকেতননচিংবা মমিং লৈববা কবিশিংবু শৈথাবগা ইবা শৈবেংগী লাইবিক *পিদোন্না হাযজবা* ইং ১৯৬৯দা ফোঙখি। মতুংদা শৈবেংগী লাইবিক কয়া, উপন্যাস, সমালোচনাগী লাইবিক কয়া মণিপুবী অমদি বেঙ্গলী লোন্নচিংবদা মথং মথং ফোঙখি। ইং ১৯৬৮/১৯৬৯ দগী হৌজিক ফাওবদা লেপ্তুনা অসামগী অইবশিং শৈবেং, ব্বাবীমচা অমদি উপন্যাসনচিংবা ফোঙলক্লি। খবদং পল্লবদা খৈকদ্দিন চৌধুবি, কোঙ্গৌজম কালেঙ্গাও, সনামচা, নীনা, পবিমল, মোইবেংজম দেব (সুব্রাম) অমসুং মযাংলম্বম নীলধ্বজ, খুমোংমযুম বীবেন, লৌখাম অতোল, সহীদ চৌধুবি, ওক্রম মিনা, অতোল নিমাইচান্দ, ক্ষেত্রিমযুম নোবিন, লাইশ্রম মণিন্দ্র অমদি বিশ্বনাথনচিংবা থোবক্লি। মখোযশিং অসি নত্তবা কয়া অমসু নৈবি।

ব্রজেশ্বব আধুনিক কবি অমা ওইনা শীংথানৈ। মাগী শৈবেং *ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনম* দা মীওইবগী পুন্সিদা পুশিল্লকইবা তোঙান তোঙানবা বাখল্লোন, মীৎযেং, পান্দম অমদি ফিদমদা অহোংবা কয়া তপ্না তপ্না পুনশিল্লকপা তিনাশল্লকপদু ইতিহাসকী মনম ওইনা শীংথাবকই। মাগী শৈবেংশিং তোঙান তোঙানবা থিঅদা মূর্তি পান্দুনা ইবকই। *হেক পাবদা খণ্ডদবা, ব্রাখল খন্দুদবা যাদবা* শৈবেং কয়া যাওই। কবিগুম্বা অমত্তা শেম শাকুবা যাওদনা ব্রাখন্দা ফাওবকপশিংদু শৎ শৎ ইথোক্তুনা মথং-মনাও নাইদবা অদুনা শৈবেংগী মশাজৎতা অপাবশিংনা লুনা খনবা অর্থ পুথোকপা ঙমদবা যাওই। অসিগুম্বা শৈবেংগী মতাঙদা অইবনা হায়, শৈবেংদি কবিগুম্বা মতমদা জ্যামিত্রিগী ষ্ট্রেত লাইনগুম্বা চত্তে। কবিগুম্বা মতমদা শমজিন্না ৮ৎখিবা যাওই। কবিতা মীৎনা উবা ডাইবেক্ট উবা ইন্দাইবেক্ট ব্রেদা ফোঙদোকপগী শিল্প মখল অমনি। কবিতা পাবা মতমদা কবিতা পাবিবা মীওইশিংনা পবেং অমমম্না ষ্টেঞ্জা অমমম শাগৎলগা মবক্তা অহাঙবা মফম থম্লিবসি কবিগীনো হাযবা ব্রাহং পুখৎপীদুনা কবিতা পাবিববদি অপাবগী কল্পনা শক্তিনা কবিতা শাগৎলিবা মূর্ত্তি *মযেক শেংনা উবা ফংগনি।* মবমসিনা কবিতাগী যতি চীহ্ন পূম্বা অমসুং ষ্টেঞ্জা অনীগী মবক্তা লৈবা অহাঙবা মফমগীসু অর্থ হন্দুনা থিবগী মথৌ তাই।

তশেংবমকসু ব্রজেশ্ববনা মাগী কবিতাশিংদা মীওইবগী নুংগী খোঙচৎ অমদি শক্তম যেকপদনা হেন্না খোযদাজে। মাগী শৈবেং খবদং লৌখৎলবদা *ওঁ বিষ্ণু বিষ্ণু, হঙোই খোংবদসু লিঙ্গ হোংবদসু, ইতিহাসকী অশেংবা মশক খণ্ডলববা* অমদি *ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনম* অসিনচিংবনি। কবি অমা ওইনা মানা পামজবা কলাদি পাউতাক পীবগী

মহুত্তা অশেংবা মূর্ত্তি অমা অপাবশিংগী মীৎতা শং শং উৎপনি হায়।

ব্রজেশ্বরগী শিনফম ওজা ওইনা হৌবকই। মণিপুরী সাহিত্যদা রাবীমচা ইবা অমা ওইনা মমিং চৎলবা অইবা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগা লোয়নন্না আর্ল হায়স্কুলদা ওজা ওইমিন্নবকই। স্কুল অসিদা ইং ১৯৫৮ দগী ১৯৬৪ ফাওবা ওজা ওইববা মতুংদা এস আই ওইবম্মী। মথংদা ব্লোক ইলিমেন্টরী এজুকেসন ওফিসারদগী ডিপুটি ইন্সপেক্টর ওব স্কুল ফাওবা ওইবম্মী অদুগা ডিপুটি ইন্সপেক্টর ওইনা পেন্সন ফংঙি। ব্রজেশ্বর কাছাবদা এস ই স্কুল, এল পি স্কুল লিংখৎপদা থৌদাং চাউনা লৌবকই। মৈতৈলোনগী লাইবিক তম্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং যাবকই। মৈতৈলোনবু হায়স্কুলগী থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবদা অরাবা কয়া খাণ্ডলকই। অসাম য়ুনিভর্সিটিদা এম এ মণিপুরী সবজেক্ত যাওবমদে। মসিনা লমদম লাপ্পা চৎপা ঙমদবা মহৈরোয়শিংনা মণিপুরী সবজেক্টপু তম্নীংবা ফন্না যাওববসু তস্বা ফংলমদে। মসিগুম্না অরাবসিদগী কোক্লবা লন্নাই মীওই কয়া অমদি সংস্থান কয়ানা হোৎনখি। মসিদা ব্রজেশ্বরসু চাউনা শক্তক য়াখি অমসুং মপুং ফানা মহয় যানখি। মহাক স্কুল কয়াগী মেনেজমেন্ট কমিটিগী প্রসিদেন্ট ওইবম্মী। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অসামগী জেনরেল সেক্রেটরি অমসুং প্রসিদেন্ট ওইবম্মী অদুগা পরিষদ অসিগী জর্নেলগী এদিটরসু ওইবম্মী। বেঙ্গলী লোনগী গণতান্ত্রিক লেখক সংস্থানগী সভাপতি অনীরক ওইবম্মী অদুগা হৌজিক হৌজিক *সপ্তাদর্শন পত্রিকা* গী চীফ এদভাইজরনি।

ব্রজেশ্বরনা সাহিত্য চাওখৎনবা অমদি সাহিত্যগী লমদা থরায যাওনা তৌবিবা দানশিংগী শকখঙবা ওইনা মাগী মঙাঙুবা শৈরেংগী লাইরিক *ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনম* দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা ইং ১৯৯০ দা মপালগী অইবশিংদা পুক্লিং থৌগৎপা ওইনা পীবা মনা "কামিনিকমার অবার্দ" পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। অসিদসু নত্তনা ইং ২০০২দা ডা অম্বেদকর ফেলোশিপ অরার্দ, দিল্লীনা পীবা, ২০০২ দা কাব্য ভুষণ, নহারোল খোরিরোল শিল্লুপ্পা পীবা অমদি ২০০৩দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অসাম্না পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি।

অইবা অসি ইং ১৯৬৭তা দশবাণীগা লুহোঙদুনা অনৌবা য়ুম্বাল পুক্সি অমদা খোঙদাবা হৌই। মচানুপী অহম, নুপা অমা পোকই। অইবা অসি শৈরেংতা নত্তনা উপন্যাস অমদি সমালোচনাগী লাইরিকসু ই। *অনৌবা মণিপুরী কবিতাগী শক্লোন* হাযবা মাগী সমালোচনাগী লাইরিক অসিদা সমালোচক অমা ওইনা হায, "কবিনা কবিতাগী সমালোচনা তৌববদি হেন্না মমূৎ তাই। হেন্না ফবা লম্বেল তাকপা ঙম্মী। কবিতাদদি নম্ফুগী রাযম যাওদে। খোইনা খোইবা শাই, উচেক্লা উচেক মহূম শাই।" মহাক্লা কবি নীলকান্তবু অফবা সমালোচক অমনি হাযদুনা শীংথাবদুনা মখা তানা হায়, কবিদগী সমালোচকনা অমুক্কা হেন্না লূপথদুনা খনবগী মথৌ তাই।

হৌজিক ফাওবদা ব্রজেশ্বরগী ফোঙলবা লাইবিক ১২ শুবে। ১ *পিদোন্না হায়জবা* (শৈবেং, ১৯৬৯), ২ *অশংবা ঈথক* (শৈবেং, ১৯৭১), ৩ *হৃত্তোই খোংবদসু লিঙ্গ হোংবদসু* (শৈবেং, ১৯৭১), ৪ *প্রজাতন্ত্র নুমিৎ য়ৌবক্রে* (শৈবেং, ১৯৭৯), ৫ *অনৌবা মণিপুরী কবিতাগী শক্রোন* (সমালোচনা, ১৯৮৩), ৬ *ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনম* (শৈবেং, ১৯৮৩), ৭ *ওঁ বিষ্ণু বিষ্ণু* (১৯৯৫), ৮. *কংথোকপা* (উপন্যাস), ৯ *হৌগৎলো চান্নবী থোং হাংদোক্রো* (২০০২), ১০ *সুনিতাগী ঈশৈ অসি* (শৈবেং, ২০০৪) অসিনচিংবনি। অদুগা লাইবিক অনী অমদি বেঙ্গলীদা ফোঙবনি। অইবগী ফোঙদবা লাইবিক্তা লমায় চাম্মবি হেন্না পানবা উপন্যাস লৈবি। নৈন ব্রাবোং ইংলিশতা ইবা *A Glimpses of Indian Literature* হায়বসি ইং ২০০৫দা ফোঙখ্রে।

অইবা ব্রজেশ্বরনা কল্লাব লমদমগা মণিপুরগা মান্নবা অমসুং খেন্নবগী মতাঙদা হায, "কল্লাবগী লমদমগা মণিপুরগা হৌন-লোনচৎতা মান্নে। মান্নদবা হাযববু কল্লাবগী লাইফতি যাম্না অকন্বা ফীভমদা লৈবিবনি। সিবিলাইজেসন চাওখৎহনবদা এজুকেসনগী মক ওইবা বোল লৈ। জেনেরেসন কয়াগী মতুংদা কলচরেল হেরিটেজ চাওখৎলক্কনি। পুন্সি হায়বসি খোঙথাঙ খুদিংগী বেলেন্স লৈবা তাই অদুগা এদজষ্টমেন্ট হৈবসু তাই। রবীন্দ্রনাথনা হায, 'Education is nothing but adjustment."

ব্রজেশ্বরগী ফ্যুচর প্লানদি ইরনি। ইরনা মাগী অবোইবা পান্দমনি। মেদিয়মদি মৈতৈলোন ওইববসু ইংলিস, হিন্দী নৎত্রগা বেঙ্গলী ওইববসু কাযদে অইবা হায়বসিদি মাগী ব্রাখল্লোন্দু কম্যুনিকেট তৌবনি। বাইটব ওইধা তাববদি কমিটেদ বাইটব ওইদবা যাদে। ইকনোমীক বেকগ্রাউন্দ শেমগৎপদা পুন্নমক্কী মথৌ তাই। অদু ওইববদি সাহিত্য চাওখৎপদা মতেঙ পাংগনি হায়বসি অইবগী চেৎনা থাজবা ব্রাখল্লোননি।





## বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মা

বাচস্পতিময়ুম জয়ন্তকুমাব শর্ম্মা ঈশৈ ইবগী (লিবিসিষ্ট) লমদা থোইদোক্লা শক্লাইববা অইবনি। মাগী ঈশৈ ময়েক্লা, ঈশৈগী সুবনা মণিপুবগী কাচিন কোযনা থুংনা চৎপতা নত্তনা মণিপুবগী চীংলোন ৱাংমা লান্না চৎখ্রবনি। মাগী ঈশৈ কযা চহী নিফু হেল্লবা ফাওবদা তদেক তদেক্লা হিংদুনা লৈবি, লৈখিগনি। মাগী ঈশৈদা মতম চূপ্পদা চুমদুনতা লৈবগদবা যুনিভর্সৌলিটি অর্মদি হেবিচুযেল ফেষ্ট যাওবি। পূক্লিংগী ইহুল হীবম কযাদা ফোঙদোকপদা নুং যৌই। মসি মাগী কবিত্র শক্তিনি। অসি গুন্না লাইবক ফবা নিপা অসি ইং ১৯৩৫ গী জানুৱাবী ১৪দা ব্রহ্মপুব নহাবম বাচস্পতি লৈবক ইম্ফালদা পোকই। অপোকপগী মিং অঙৌবা শর্ম্মা অমসুং অপোকপীগীনা নৌবী দেবী কৌই। মচিন মনাও মঙাগী মনুংদা মানা অহলনি।

জয়ন্তকুমাব লাইবিক ময়ায ওইনা ফবকই। ইং ১৯৪৫, মহাক্লা ক্লাস টু তম্লিঙৈগী মতম অসি স্কুল ফী শিকি অমতমক হুল্লকই। ক্লাস থ্রীদনা সিকি পৈশা মবি। মতমদুগী মমা মপাশিংনা সিকি অমা ফাওবা পুথোকপা ঙমদদুনা লাইবিক তমহন্দবসু কোঙ্গাযনি। অদুবু জয়ন্তকুমাবগী অপোকপদি ফনা লাযববসু মচাবু লাইবিক হৈহনগে খনখি। অদুনা ইং ১৯৫৩ দা সি সি (চুডাচান্দ) হায়স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌদুনা আই এ ডি এম কোলেজদা তম্মী। মথং মথং লাম্থোবক্লুনা কোলেজ অসিদগী ইং ১৯৫৮দা বি এস পাস তৌই।

জয়ন্তকুমাব অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা ঈশৈ নোংমাই যাম্না পামজবকই। লীলা, ড্রামা যাম্না যেংলকই। যেংখ্রবা ড্রামা ওইববসু হঞ্জিল হঞ্জিল যেংলকই। য়েংনীংবগী মবমদি ড্রামাদা শক্লিবা ঈশৈ অদু থৌওইনা তানিংবদগীনি। মতমদুদদি হৌজিক্কী ক্লাসিকেল নৎত্রগা ঈশৈগী নাইটনচিংবা পোক্ত্রি, অদুনা মতম অদুগী ঈশৈদি ষ্টেজ ড্রামাদা শক্লবশিংদুনা অয়াম্বনি। ত্রিনাথতি কোন্না লাকপনি। ঈশৈদা থৱায় যাওজবকপা লাইশ্রম বীবেন্দ্রকুমাব

ফাওবা ঈশৈ শকপা ফংলবোইদ্রা হায়দুনা শকনিংমনখিদুনা ড্রামা যাওবকই হায়। মতমদুগী ড্রামা কৃল্লিবা পাত্র পাত্রিশিং ঈশৈগী মতাং য়াওবক্লবদি মশা মশানা শকচবা ঙাক্তনি। ঈশৈদা ঙাওজবা জয়ন্তকুমাবনা লাইবিক্তি পাদ্রদনা ড্রামা তোঘনা যেংবদু উবদা মপাবুংনা তত্তনা ফৃই। অদুবু ফৃই কৈদৌনি যেংনিংবগী ময়াইনা চৈনাদু হেক্তা কাউথোকখি। চৈনাগী মহুত্তা ঈশৈগী সুবনা মহুৎ শিল্লকই। মফম মতম নাইদনা হেক্তা ঙংখি, হেক্তা শকই। ঈশৈগী সংস্যাবদা তাউবা নত্তনা অতৈদা থব্বায যাওবক্তে। শান্ন-খোৎনবদা, বাজনীতিদা খোঙদাবক্তে। ঈশৈগী লমদা 'মেলোদি কিং' হাযনা শকখঙনবিবা শৈশকপা পহাডীগা কোলেজদা শকখঙনবকই। অদুবু কোলেজদদি থোইনা তিন্নবক্তে। মঙোন্দগী জয়ন্তকুমাবনা চহী হল্লি, ক্লাসসু হেল্লি। কোলেজগী পুন্সি লোইশিল্লবা মতৃংদা পহাডীগা হেন্না নকশিন্নবকখি। অদুবু ঈশৈ ইবদি কোলেজ তন্নিভৈদগী হৌবক্লে। ইং ১৯৫৮-৫৯ অদুব্রাইদদি তোম্বীসনা, বিমোলা মচা, সনাতোম্বী অমদি পহাডীনচিংবগা পুল্লকপদগী ঈশৈ পাম্বা অমুক্তসু হেনগৎলকখি। মাগী ময়েক মশানা শকচবগী মহুত্তা মীনা শকপীবগা হেন্না নুংঙাইবা পোক্লক্লে। মাগী ময়েক্তা "হাযযু শিংঙেল চান্নবী-ও" হাযবসি ইহান হান্না তোম্বীসনা শর্ম্মনা শকখি। ঈশৈগী লমদা খ্বাইদগী হান্না তিন্নবা হৌখিবসি তোম্বীসনানিহায। ঈশৈ অয়াম্বগী সুব মশামক্লা পাল্লি, শকপদি অতোপ্পনা শকই। সুব পানবা থোইদোক্লা পামজৈ। হৌজিক ফাওবদা জয়ন্তকুমাবনা ইবা ঈশৈ ময়েক অসি লিশিং অমগা চহুম হেল্লে হায। ঈশৈগী লাইবিক অনীসু ফেংঙব্রে।

জয়ন্তকুমাবনা ডি এম কোলেজদগী বি এ লোইশিল্লবা মতৃংদা এডল্ট নাইট হাযস্কুল, খুয়াথোংদা ওজা ওইনা চঙই। মথংদা চুড়াচান্দ হাযস্কুলদা অমুক ওজা ওইবস্মী। ইং ১৯৬১, জুলাই ৯ দা ওল ইণ্ডিয়া বেডিও গুৱাহাটিগী ষ্টাফ আর্টিষ্ট ওইনা ওজা ওইবা তোকথোক্লগা চঙই। গুৱাহাটিদা মাগী মমাঙদা চান্দম গোপাল অমদি খুমন্থেম প্রকাশ হান্নিনা লৈবন্নে। মতমদুদা গুৱাহাটিগী প্রোগ্রামদা মণিপুবীগী ওইনা মিনিট নিফুমঙাখক্তনি। মিনিট তবামঙাগীনা অযৃক্তা অমসুং নুমিদাংগীনা মিনিট কুন্থাখক্তনি। জয়ন্তকুমাবনা মকওইনা তৌবিবা থবক্তি পাউ পাবা অমদি লাউথোকপনি। বেডিওগী থবক অসিবু মহাক্রা কয়ামুক পামজবগে হাযববু মপাইবুংঙোনা মচানিপা অহলবু মীবমদা থবক তৌবদু পামদবদগী থবক্কু থাদোক্লগা মণিপুবদা থোবক্লো হাযবদা এম এ তমথখিনি হায়দুনা থবক্কু থাদোকখিদে। এম এদি মপৃং ফাখিদে অদুবু থবক্তদি হেন্না খোয়জঙখি।

জয়ন্তকুমাবগী পুন্সিদা ঈশৈগী লমদা মায পাকপগী পন্দুপ অমা হাংদোক্কুনা চঙশিল্লকখিবদি ওল ইণ্ডিয়া বেডিওনা ইম্ফালদা লাক্লবা মতুংদনি। ইং ১৯৬৩ ওগষ্ট ১৫ দা ওল ইণ্ডিয়া বেডিও ইম্ফালদা ফুল ফ্রেজেদ ষ্টেসন অমা ওইনা লৈবে। কোলেজগী লাইফতা শকখঙনখিবা পহাডীগা অমুক নৌনা উন্নববে। ভোকেলদা কযা পাঙদবা জয়ন্তকুমাবগী

ময়েকশিং পহাড়ীনা থবায় হাপ্পুনা শক্লক্লে। মখোয় অনী তিন্নবগী মবী অসুক্কী মতীক নকশিন্নবকখি। হিন্দুস্থানী ম্যুজিক্তা দিগ্রী ফংলবা পহাড়ী ওল ইণ্ডিযা বেডিও ইম্ফালনা লোং টার্ম কন্ট্রেক্তা ভোকেলিষ্ট (ঈশৈ) ওইনা চগুলকখি। ঈশৈগী প্রোগ্রাম কয়া পায়খৎলকপদা, ফিচব কয়া পুথোবকপদা মখোয় অনী তাথোক তাশিন তৌনদুনা মায় পাকপগী খোঙজংদা চগুশিনমিন্নবকখি। জয়ন্তকুমাব পহাড়ী থাদোক্লবা য়াদবগুম লাকখি ঈশৈনা কিশি ওইবগা। পহাড়ীগী যন্ত্রগী সুবদা জয়ন্তকুমাবনা ময়েক হাপ্পুনা কাউবা য়াববোইদবা খোযথুন্নববা খোঞ্জেলদা ঈশৈ কয়া লাঙ্খোবকই।

জয়ন্তকুমাবক্লা ঈশৈ ইবকপদা মাগী পুন্সিদা কাউঙমদবা থৌদোক কয়া লৈখি হায়। থৌদোকশিংদুগী মনুংদা অমত্তং লৌখৎলবদা পহাড়ীনা মাগী বেডিও প্রোগ্রামদা শক্ল নবগীদমক জয়ন্তকুমাবগা তান্নদুনা অফবা ঈশৈ অমা শক্লিংবদগী হাবমোনিয়ম পাযদুনা ফজবা ময়েক সুব খল্লে, অদুবু ফনা কুইনা ফম্মিন্নদুনা চানবা ময়েক চানবা সুব থিবদা অমত্তা ফংদবদগী খোযবাংনা মপান্দা থোবক্লম্মী। মতমদু অহীং ফনা থেঙলবনি। নোং কন্না চুবম্বদগী নোং লেপখ্রে, থাবলনা ফিঙৌ ফৌবে। হাংখিবদা ঙায়বিবা নোংগী নোংলীকশিংনা হৌবিবা উবি উপালদগী তপ তপ তাবকপদু লূপা মচুগী থাবলদুদা অসুক্কী মতীক পূক্লিং হূনা নীংথিজে। অতিয়াদা মালেমগী ফজবসু অমত্তা ওইনা তিনশিনখ্রবগুম তৌই। পূক্লিংদা থাবলগী ফজবদুনা থম্মোয়দা ঈথিল পীবদুনা ইবকই– "নীংশিংলি মেবাগী থাবলদো/থাবলনা চামথোক্লবা মায়থোঙদো/ইকায নুংশি য়ান্নবা নঙনা ইমাঙদা লেপখিবা।" ঈশৈ ময়েক্লা তাল্লিবা পূক্লিংগী ঈহুল ফিলিংস অমদি সেন্টিমেন্টশিংগা অসুক্কী মতীক চান্ননা শকখিবনা পহাড়ীগী ঈশৈ অসি কাউঙমদে। মতম চূপ্পদা হিংদুনতা লৈ, হিংখিগনি।

ঈশৈ ময়েক্কী মতাংদা অইবনা হায, "ঈশৈ ময়েক্তি শৈবেংনি, সাহিত্যগী মচাক্লি। শৈবেংসু সুব পান্দুনা শক্লবা মতমদা ঈশৈ হাযনা খঙনবনি। শৈবেংনা থীবগা তাবা নৎত্রগা পাবা, ঈশৈ শৈবেংগীনা শক্লগা তাবনি। মফোঙদোক খেন্নবতনি। ঈশৈ ময়েক ইবদা ঈশৈগী তাল-ছন্দগী চৎনবী, টেক্নিক, ঈশৈ বাগ অমদি নিয়মনচিংবা খবদি খঙদবা য়াদে।"

জয়ন্তকুমাবগী ঈশৈ ময়েকশিংদা ফজবা শৈবেং কয়ানা ইনফ্লুয়েন্স তৌখিদবা নত্তে। নেচববু য়াম্না নুংশিজবা কবি, বার্ডসবৰ্থকী শৈবেং কয়ানা ঈথিল পী হায়। কবিসিগী শৈবেং কয়া পাম্না পাবকই। মাগী মমা লৈবাকপু শৈথাবগী ঈশৈ "খোল্লাং লমন শিংঙল্লোই ইমা/ মিনুংশি চাউবী হো ইমা", "হো ইমা পোক্লফম ইমা/নঙগুণী লৈতে ইমা" অমদি "সনা লৈবাক মণিপুব" হায়বা ঈশৈশিং অসিনা তূমদুনা লৈবম্বা থম্মোয়বু হৌদোক্লুনা মমা লৈবাক মবমদম্সু হেন্না নুংশিবা ঈচেল অমদা পুবক্লুনা তাউথহনবা ঙম্মী। য়াম্না মগুণ লৈবা

ফজবা ময়েক্লি, ফজবা সুবনি।

জয়ন্তকুমারনা ওল ইণ্ডিয়া রেডিও ইম্ফালদা ষ্টাফ আর্টিষ্ট ওইনা লৈবম্বদগী মথং মথং প্রমোসন ফংলক্লুনা প্রদক্সন এসিষ্টেন্ট অমসুং প্রড্যুসর ইং ১৯৭১ দা ওইবকই। মথংদা ইং ১৯৮৯ দা এসিষ্টেন্ট ষ্টেসন ডিরেক্তর ওইনা কোহিমাদা ট্রান্সফর চৎলি। অদুগা ওগষ্ট ৩১, ১৯৯১ দা থবক্তগী পোত্থায।

মহাক্না থবক তৌবিঙৈগী মনুংদা রেডিওগী চাওখৎ থৌরাংগা মরী লৈননা অনৌ অনৌবা প্রোগ্রাম কয়া শেমদুনা পুথোক্লম্মী। মশানা স্ক্রপ্ট ইদুনা ম্যুজিকেল ফিচর কুনমাথোই রূপ বাগনা শকপা ঈশৈ শক্তম, ফিচর কুনমাথোই, রেডিও ড্রামা মচা ইদুনা ওল ইণ্ডিযা রেডিও ইম্ফালনা শকখ্রে, শান্নখ্রে। ঈশৈগা মরী লৈনবা আর্টিকল কযাসু ইদুনা ফোঙখ্রে। অদুগা সেমিনারবগী চে কয়াসু পাখ্রে। মানা ইবা ম্যুজিকেল ফিচরশিংগী মনুংদা ১। 'উমংগী পুন্সি' (১৯৬৫), ২। 'সন্দ্রেম্বী চৈশ্রা' (১৯৬৬), ৩। 'যাইবিপোক থম্বালনু' (১৯৬৬), ৪। 'কৌব্রু চীং' (১৯৬৪), ৫। 'ঙাংবীতোন' (১৯৬৫) পনবা যাই। অইবা অসি ঈশৈ মযেক ইবতা নত্তনা অতোপ্পা হীবম কযাদসু খূৎ থাই। পৃথিবী শীন থুংনা মমিং চৎলবা পাউতাক পাউবৌতনা পীক থনবা জাতক্কী রাবীশিংগী মহাওদু কাউওমদদুনা মণিপুরগী লৈহাওদা তোৎশিন্নিংদুনা রাবীগী যাংলেন শব্দি কাযহন্দনা শৈরেং ওইনা মণিপুরীদা ইথোকই। লাইরিক অসিগী শৈরেংগী লোন্দাশিং থোৎ নৌই, পাখ্রগা লেপ্পীংদবা পোকই। অইবগী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি — ১। *নোংদোল লীক্লা* (১৯৮১, ঈশৈ), ২। *লৈখল লৈচল* (১৯৮৫, ঈশৈ), ৩। *জাতক্কী শৈবোল* (১৯৯২, জাতক্কী রাবীবু শৈরেং ওইনা ইথোকপা), ৪। *মণিপুরগী থৌনা ফবা থৌনা ফবীশিং* (২০০১), ৫। *শম্নপ্পা পুন্সি রাবী* (২০০৩, খোমজিনবা), ৬। *ফুঙ্গা রাবী শীংবুল* (খোমজিনবা), ৭। *পুন্সি ঈশৈ শক্লা শক্লা* (২০০৩, ঈশৈ ওইনা শকখ্রবশিং) অসিনচিংবনি।

অইবা অসি মণিপুরী ফিল্ম ঈশৈ কযাসু ই। ফিল্মশিংদুদি ঙকইকো নঙসে, যাইবিপোক থম্বালনু, ইঙাল্লে, সনামানবী সনাবৈ, খম্বা থোইবী, যেন্নীংথা অমদা, লৈই অমা অমসুং মাধবীনচিংবনি। মহাক্লা মণিপুরী সাহিত্য অমদি ঈশৈদা তৌবিবা দান মযামসিবু শকখঙবীদুনা Best Lyricist Award in the 2nd Manipuri State Film Festival 1994 পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি। অসিদসু নত্তনা Manipur Statehood Award for Culture, 1991, MIMA Award for Lyrical Composition 1993 পীদুনা ইকাই খুম্নখ্রে। মাগী ঈশৈগী লাইরিক *পুন্সি ঈশৈ শক্লা শক্লা* হায়বসিদা মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালনা অকোইজম চাউতোন রাজকুমারী মুক্তাসনা নীংশিং সাহিত্য মনা ২০০৬ পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি।

জয়ন্তকুমার শর্ম্মা ইং ১৯৬৪ দা লাইমযুম মণিশংবী দেবীগা যূম্নানবগী লম্বীদা

খোঙদামিন্নে। মচানুপী অহুম, মচানুপা অনী পোক্লুনা অঙাং মঙাগী মপা ওইবি। মচানুপা অহল বিদ্যাপতি শর্মা ঈশৈগী লমদা মচীন তুমখৎলক্লিবা কলাকাব অমনি। অইবা অসি নহা ওইবিঙৈদগী হৌনা ঈশৈ নোংমাই, লীলা ড্রামা যাম্না পামজবকপদুনা হৌজিক ফাওবা ঈশৈগী, ড্রামাগী অমদি সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা মবী লৈনদুনা থবক তৌবি। খবদং লৌখত্তুনা পল্লবদা রূপ বাগ, সঙ্গীত মন্দল, অপূনবা মণিপুব মতম ঈশৈ কাঙলুপ (AMMIK), ওল মণিপুব ম্যুজিক এসোসিয়েসন (AMMA) গী ফাউন্দব মেম্ববনি। কলচবেল ফোবমগী এক্স প্রসিডেন্ট, সঙ্গীত মন্দলগী প্রসিডেন্ট, এম দি যুগী লাইফ মেম্বব, বাইটর্স ফোবম, ইম্ফালগী ফাওন্দব মেম্বব অমদি মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী প্রসিদেন্ট ওইবম্মী।

অইবগী ইবা লোইববা ফোওগে খনবা ফোঙদ্রিবা লাইবিক কযামকম লৈবি। লাইবিকশিং অদুদি— ১। ভাবতকী শক্লাইববা সঙ্গীতকাব, ২। ক্লিওপট্রাগী ৱাবী (কাব্যগী মওংদা ইবা), ৩। ফিচব অমদি ৪। ঈশৈ শৈবেংনচিংবনি।





## নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন

কাছাবদা চাউবক্লগা মণিপুবদা ওংলকখিবা 'ইলিশা অমগী মহাও'গী অইবা হাযবগা থোইনা হেন্না খঙনবা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন খৃ ১৯৩৫ গী নবেম্বব ১৮ দা পালাববোন্দ কাছাবদা পোকখি। অপোকপগী মিং নোংথোম্বম বতন অমসুং অপোকপীগী কাঙবম নিঙোল নোংথোম্বম ওংবী অপাম্বী কৌই। অপোকপা বতন হোংনবা কল্লি, লৌউ-শীংউবনা মকওইবা শিনফম ওই। ঈশৈ শকপসু হৈ। পালা যাওদুনা দৃহাব চংলি। মাইবসু শাই।

কুঞ্জমোহনগী মচিন-মনাও নুপা অনী নুপী অনীনি, মথক্তা মচে অমা লৈ নুপাদনা মহাক্তা অহলনি। যাম্না নৌনা মমাইবেম্মা অপাম্বী কাযনবগী চৈথেং ফংলকই। মচেগা মাগনা মমাগী মোংফমদা মমাবু কৌদুনা কপখিবদু হৌজিক ফাওবা কাউঙমদনা লৈবি। তেনখ্রবা মতমদা লৈমিন্নখিবা ওইববসু মমাগী মাযথোঙনা নীংশিং মকমদগী চংখ্রবসু নুংশিবদুদি ঙসিসু লেঙদনা নীংশিংদুনা লৈবি হায। মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা মমাতোন অমা পুশিল্লক্তুনা মচানুপা অমা পোকই।

কুঞ্জমোহন অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা লাইবিক ফনা হৌবকই। অহানবা লাইবিক তম্বা হৌবপদি অনকপদা লৈবা স্কুল নং ১০৫ মণিপুব পাঠশালাদা তম্লকই। মতমদুদা নুপীনা লাইবিক হৈবগা নুপাদা চিঠি পীননবনি হাযদুনা লাইবিক তমহন্নবমদে। কুঞ্জমোহনগী অহল-লমনশিংসু মদুগী ৱাখল্লোনদু লৈবনা নুপীনা লাইবিক হৈবগা কৈদৌননি হাযনা মচে মচন অমত্তা লাইবিক তমহল্লমদে। মতমদুদা স্কুলসু মবাঙ কাযনা লৈতবনা লৱাব প্রাইমাবী পাস তৌববা মতুংদা কুঞ্জমোহন অবাপ্পা স্কুলদা তম্বা তাবম্মী। মতমদুদা ইংলিশকী সবজেক্ট নত্তনা অতৈদি বাংলা লোনদা লোইনা তম্বা ঙাক্তনি। কুঞ্জমোহনসু তোলেন খুলদা লৈবা মাগী মামচৌ কালাচান্দ (মমাগী মবুং) গী মযুমদা লৈদুনা লক্ষ্মীপুব আর্ল হাযস্কুলদা ক্লাস থ্রী

তন্নকই। মতমদুদা মৈতৈ মচাশিংগী মনুংদা বি এ পাস তৌবা তবা ফানা লৈত্রি অদুবু কুঞ্জমোহনগী মামচৌদি বি এ লোইদুনা লক্ষ্মীপুব আর্ল হায়স্কুলদা সেকেন্দ মাষ্টব ওইনা লৈ। মতমদুদা কাছাবদদি য়াওশঙদসু, চৈবাওবদসু, কৃষ্ণজন্ম-থৌবাগী জন্মদসু লিক্কোন যাম্না শান্নে। লিক্কোন শান্নফম খূদিংদা গ্রামোফোন খোংই। মৈতৈলোনগী ঈশৈ, বাংলাগী ঈশৈ অমদি অনৌ অনৌবা মখল কয়াগী ঈশৈ খোংবনিনা কুঞ্জমোহনদি লিক্কোন য়াওদ্রবসু ঈশৈ তাননবগীদমক চৎলি, ঈশৈ য়াম্না পাম্মী। অদুনা মতম মতমগী হবাও কৃম্মে অমত্তা চীখদে। মতমদুদা শুমাঙ লীলা, ড্রামানচিংবশিং অসি নুমিদাং পূং ৮/৯ দগী হৌবগা নোংঙানবা ফাওবা শান্নবম্মী হায।

কুঞ্জমোহন ছাত্র ওইবিঙৈদগী হৌনা ব্রাবেং শৈবেং কয়া ইনীংবগী ব্রাখল লৈবকই। বিভোলুসনবি শৈবেং কয়াসু য়াম্না পাম্না পাবকই। মসিগী অচৌবা ঈখিল লৈতবসু নত্তে। কুঞ্জমোহননা লৈবিবা কাছাবগী মৈতৈখুন কমুনিষ্টনা অয়াম্বনি। মখোয়গী ইমুংদা ভোটতা খ্বাইদগী থব্রায় যাওবিবসি মপম্বৌগা মখুবাতোনগনি। ইবাবতনা শিলচব কন্সটিট্যুয়েন্সিদা ভোট লেপ্পা মতম অসিদা কুঞ্জমোহন পূংকক চাউবে যূমগী অহল লমনশিং, ভোটতা থব্রায় য়াওবকপনিনা মহাকসু থব্রায় য়াওই। কয়ামুক যাম্না থব্রায় য়াওবগে হায়ববু 'পাবোগী ফৈজোম অমনবদো শেগাযবগা অঙাংবা বং শঙজিল্লগা ফীবাল মচা মচা শাই অদুগা মচেৎ খবনা পাবোগী ফূবিৎ তূননবা কোন্দা তুপী অঙাঙবা তূই। ঐখোয়গী খুন্দা ইবাবত লাক্কদৌবি তাবদা যেংনিংবনা উনিংবনা লাঙতক্লে। অদুবু তূন্নিঙৈদা উহৌদে মদুগীদমক যাম্না নুংঙাইখিদে' হায়।

কম্যুনিষ্টকী ইমুংদগী হৌবকপদুনা ছাত্র ওইবিঙৈদগী হৌনা কুঞ্জমোহন বিভোলুসনাবি শৈবেং কয়া ইবা হৌবকই। মণিপুবীদসু হন্দোক্লকই। ক্লাস সেভেন তম্বগী অদুব্রাইদা "মৈবিক" হায়বা শৈবেংগী লাইবিক অমা ইখি। ফোঙদি ফোঙখিদ্রে। হন্দোকপগী ব্রাখল অসিদি অঙাওবা নুংশিৎকুম খঙহৌদনা চুবকপা নোংহৌগুম হৌবকখি হায। মতমদু মৈতৈলোনসু স্কুলদা তমদবনিনা নীংথিনা খঙদবা অদুগা বাংলাসু মমূৎ তানা হৈত্রিঙৈগী মতমদুনি। কুঞ্জমোহনগী খুনগা থংননা চা বাগান লৈ। মদুদা দুর্গাপূজা, লক্ষ্মীপূজা অমদি কালিপূজাগী মতমদা লীলা ড্রামা য়াম্না তৌই। উধাববোন্দগী লীলা কাঙবু অমনা মৈতৈলোলদা বামাযণ লীলা শান্নবদু উকবদগী লীলা শান্ননীংবগী অমদি ইনীংবগী ব্রাখল পোক্লকখি। মসিমক্লা লমজীং ওইদুনা বাংলাদা ইবা বামায়ণ লাইবিকশিং লৈদুনা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা দশবথনা নোঙ্গাবদগী হৌবগা সীতা উদ্ধাব তৌবা ফাওবগী শাংলবা ব্রাবীদু লীলা ওইনা শান্ননবা হোৎনবম্মী। অদুবু লাইবক থীবদি লীলাদু নুমিৎ কযানি তমদুনা ফোঙগদৌবা নুমিৎ খবনিদা ঙাইববা কালদা হনুমান শাখিবা মাইম্রাম মোহন খঙহৌদনা নাবক্লুনা লৈখিদে। মহাক লৈখিদবদগী লীলাসু ফোঙখিদ্রে।

ঋপ্টসু মাঙখ্রে। মওং তানা হন্দোকপা নৎত্রবসু মসিনা অহানবা হন্দোকপগী শৈহৌনি হায।

কুঞ্জমোহন্না শিলচর গোভর্নমেন্ট হাযস্কুলদা ক্লাস সেভেন তম্বগী অদুরাইদা মণিপুরদা ফোঙবা মণিপুরী মেগাজিন অমদি লাইবিক্রচিংবা কযা কাছারদসু যৌবকই। অপোকপা বতননসু ইম্ফালদা চৎপা খূদিংগী মেগাজিন হেক হেক লৈবিবকই। মদু যাম্না পাম্না পাবকই। মদুদগী রাবেং শৈবেং ইনীংবগী ঈথিলসু পোক্লকখি। স্কুলদা মৈতৈলোন তমদ্রবসু যূমদা হৈননবা যাম্না কন্না হোৎনবকই। সাহিত্যদা থরায যাওবা ছাত্র খবা পূনশিন্দুনা ইং ১৯৫১ দা *আশা* হাযনা মিংথোনবা খূৎনা ইবগা মশামক্না এডিটর ওইদুনা চেফোঙ অমা পুথোকই। চেফোঙ অসিদা রাবেং শৈবেং রাবীমচানচিংবা কযা যাওই। থোকখিবা থৌদোক্তা যূম্ফম ওইবগা ইহান হান্না বাংলাদা রাবীমচা ইবা হৌবকই। চান্ননা লাইবিক ইবা হৌবকপসি ক্লাস সেভেনগী অদুরাইদনি। লামায হুম্ফুমুক পানবা *মৈরীক* হাযনা মিংথোনবা শৈবেংগী লাইবিক অমা ফোঙগে হাযনা পূমলোই লোইবগা ফোঙখিদে, লাইবিকতুসু মফম খঙদনা মাঙখ্রে হায।

কুঞ্জমোহন্না শিলচর গোভর্নমেন্ট হাযস্কুলদগী মেত্রিক ফাষ্ট দিভিজনদা ইং ১৯৫৪ দা পাস তৌববা মতুংদা আই সি তম্লে। সাইন্সকী সবজেক্টসি কযা হৈনদে, সাহিত্যনা হেন্না পামজে, অদুবু কুঞ্জমোহনগী মামচৌনদি ডাক্তর ওইহন্নিংমনখ্রদুনা সাইন্স তমহল্লি। খ্বাইবাকপম চাউবগী 'শিনফম ওন্নবা' হাযবদুমক থোকখি। হৈনদবা সবজেক্টতা পূক্নিং চঙবা ঙমখিদে। আই সি পাস তৌববা মতুংদগীদি আর্টসতা ওন্থদুনা শিল্লোংদা বি এ ১৯৫৬ তা তম্মী। তাঙ্ককসিদদি লৈত লাযবগী চৈথেং ফংলকপনা কেরাণী (এল দি সি) ওইদুনা নাইট কোলেজদা তম্লকই। রানা রানা হোৎনদুনা বি এ ১৯৫৮ দা পাস তৌদুনা গৌহাটিদা এম এ ইকোনোমিক্স তমথৈ। ইং ১৯৬১ দা এম এ সেকেন্দ ক্লাসতা পাস তৌই। এম এ হেক লোইবগা লক্ষীপুর আর্ল হাযস্কুলদা চহী অমরোম (১৯৬১-৬২) ওজা ওইবম্লগা মণিপুর কোলেজদা ইকোনোমিক্স সবজেক্টকী লেকচরর ওইনা (১৯৬২) চঙলে।

মণিপুর কোলেজদা ওজা ওইববা মতুং ইং ১৯৬৫দা লক্ষীপুরদগী কোন্সম নন্দবাণীগা কাছারদা লুহোংদুনা যূম্বানবগী লম্বীদা খোঙদাই। মচানুপা অহুম, মচানুপী অনী পোকই। কাছারদগী ইম্ফালদা ইংখোল লৈবগা ইং ১৯৬৯ দা হোংগৎলক্লুনা হৌজিক হৌজিক উবিপোক যাম্বেম লৈকাযদা লৈবি।

কুঞ্জমোহনবু রাবীমচা ইবা অমা ওইনা শকখঙখিবসি *ইলিশা অমগী মহাও* হাযবা রাবীমচাগী লাইবিকসি ফোঙলকখিবদগীনি। রাবীমচা ইবদি ছাত্র ওইবিৈঙদগী মেগাজিন চেফোঙনচিংবদা হাপুনা ইবকখ্রবসু লাইবিক ওইনা ফোঙলকপদি *চেনখিদ্রবা ঈচেল* (রাবীমচা) না অহানবা রাবীমচাগী লাইবিক্লি। মহাক্না মণিপুরদা লাক্লুনা লৈববা

মতুংদা নন্দলাল শর্ম্মনা জর্নেল অমা ফোংগসি হায়বদগী *ঈবা* হায়বা জর্নেল অমা ফোংঙই। ৱাবীমচাশিং অসি অয়াম্বনা জর্নেলদুদা ফোংঙখিবা ৱাবীমচাশিংনা অয়াম্বনি। মাগী ৱাবীমচাশিংদা লৈত-লায়ব, অৱা-অনাগী শক্তম য়েকপদা মনুং হুনজিন্না য়ৌশিন্না য়েকই, ট্রেডিসনেল মোবেলিতিগী শক্তম মাঙশিল্লকপগা লোয়ননা মেতবিয়েলিষ্টিক ৱার্ল্ডদা চঙশিল্লকপা, শেল অমসুং শক্তিনা মীওইবগী মমল লেপ্লকপা, লৈত-লায়বগী চৈনাখোল, অকনবনা অতোনববু তুহৎপীবগী শক্তম, শেল অমদি শক্তি পান্দদগী ইজ্জৎপু খোঙ্গাওনবকপা, নোংমৈ মখোলদা লৈতাদ্রবা, লালহৌবা থিবগী নামাদা আর্মিশিংগী কা হেনবা লমচৎ, খুৎলায় পাযদবা মীচম্না কাঙক্রম ওনবা অমদি উপায় লৈজদ্রবশিংগী পুক্নি য়েকপদা অহিংবা মান্না পুথোবকই। মাগী ৱাবীমচাগী মতাংদা অইবা মশামক্না অসুম্না হায়, "ৱাবীমচা অযাম্বা বিয়েলিটিদা য়ুম্ফম ওইবগা ইনবা হোৎনৈ। খুদক খুদক্কী লাকপা ৱাখলদগী, ওইবা অউবা, অথোকপা ৱাবীদগী অয়াম্বা শাগৎলগা ই। 'ইলিশা অমগী মহাও' হায়বিবা ৱাবীমচা অসিদি এলাংবম নীলকান্তনা ঈথিল পীদুনা ইখিবনি। লাইবিক অসিদা সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড ফংলে হায়না বেডিওদা লাউথোবকপদা নুংঙাইমনখিদুনা অহীংচৃপ্পা তৃম্বা যাখিদে। ফংনি হায়না খল্লুবা ৱাখলদা ফাওখিবা নত্তে। অইবনা ইখিবা ৱাবীমচাশিংগী মনুংদা 'থৱানমিচাক অমনা কেনখিবা', *'ইলিশা অমগী মহাও'*, *'ইনে লৈবাক্লে'*, *'কস্তবি গেবেজ'*, *'পাইবকখিদ্রে চেক্লাচাদো'* হায়বিবশিং অসি পুক্সিদা কাউবা ঙমদবা ৱাবীমচাশিংনি হায। অইবা অসি ৱাবীমচাদা নত্তনা লমকোয় ৱাবী ইবদসু মমিং চৎলি। মণিপুবদা মওং তাবা লমকোয় ৱাবীগী লাইবিক ইহান হান্না পুথোবকখিবা *সোভিয়েটকী লৈবাক্তা* (১৯৭৭) অসিনি। ইন্দো-সোভিয়েট কলচবেল সোসাইটিগী মীহুৎ ওইনা সোভিয়েট য়ুনিয়ন চৎপগী নুমিৎ ১০ নিগী খোঙচৎ অমা ফংখি। খোঙচৎ অসি ত্রিপুবাগী কোংগ্রেসকী সেক্রেটবি ওমবগুপ্তগা লোয়ননা চৎখি। বেঙ্গোলিদা ইবা অফাওবা অইবা কয়াগী লমকোয় ৱাবী পাকবগা মণিপুবীদা লমকোয় ৱাবীগী লাইবিক অমত্তা লৈতবদুদা ইনিংবগী ৱাখল পোকখিবদু খোঙচৎ অসিদা য়াকাইবকখি। বামনাথকী সাইকলনা কোয়বগী অমদি সুবলঘোসকী লমকোয় ৱাবীশিংনা শুমহৎখিবদু কাউদ্রি। ছাত্র ওইবিঙৈদা কমুনিষ্টকী *বেসিক ট্রেনিংফাওবা য়াওবকখিবা*, বাংলাদা ফোঙবা *সোভিয়েট লেণ্ড জর্নেল* পাখিবশিং অদুনা লমকোয় ৱাবীসি ইবদা মতেং য়াম্না ওইখি হায়। খোঙচৎ অসিগী মকওইবা পান্দমদি জাৎ অমগা জাৎ অমগা খেন্নবা লৈতনবা, পৃথিবীদা অমুক হন্না লান থোক্তনবা হোৎনবা অমদি শান্তি থম্বা অসিনি। পান্দম অসিগা চপ মান্ননা ইন্দো-জি ডি আব ফ্রেন্দশিপ এসোসিয়েসনগী মী তকক্লা শাবা ভাবতকী ডেলিগেসন অমদা জর্মন ডেমোক্রেটিক বিপব্লিক (জি ডি আব) কোয়বগী খুদোংচাবা অমসু ফংখি। লৈবাক অদুদা

নুমিৎ নিফুনিবোম লৈবকখি। খোঙচৎ অদুদা ইন্দিয়াদগী মী তকক (বেঙ্গোল, পঞ্জাব, মধ্য প্রদেশ, দিল্লী, অসাম, মণিপুব) কুঞ্জমোহন থাবগা চৎখি। অনীমক সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক্সি। চাওখৎপবুদি সোভিয়েটতগী জবমন্না হেল্লি। নুপীগা নুপাগা মান্নে হায়ববসু অনীগী মবক্তা যাম্না ফ্রী ওইবসি সেভিয়েট য়ুনিয়নদগী জবমন্না হেল্লি হায। নুপীগী থাক ৱাংই। মী কিবগী, নুপা কিবগী থোইদোকপা লৈতে। নুপীনা অহীং নোংয়াইদসু মথন্তা চৎলি। নুপীদা ভাইওলেন্স তৌবা, বেপ, এসোল্ট, নুপী নমথবনচিংবা থোইদোক্লা লৈতে অদুবু নুপী/নুপা কাযনবগী চাংদি ইন্দিয়াদগী মখোযনা হেল্লি। সোভিয়েটতদি নুপী অমনা অঙাং তবেৎ নিপালবু পোক্লবদি মাদব হিবোইন হায়বা মিংথোল (উপাধি) পী। ফক্কশন্দা মখোয়গীদমক অখন্নবা ফিদা থাদুনা ইকাযখুম্নে। অঙাং য়াম্লিবমখৈ এলাওয়েন্সসু হেল্লি হায। অদুমওইনমক নুপী অযাম্বা এভবেজদা অঙাং অনীদগী হেন্না পোক্লদে। অইবনা *ডি জি আব ডাইবী* ইবদা চহী অমা অদুগা *সোভিযেটকী লৈবাক্তা*না থা তকক চঙই হায়। লাইবিক অনীমক মক চঙবা লমকোয ৱাবী ঙাক্তনি।

অইবা অসি ৱাবীমচা, লমকোয ৱাবী ইবতা নত্তনা হন্দোক্লোই অমা ওইনসু মমিং লৈবা অইবনি। বেঙ্গলিদগী মণিপুবীদা হন্দোক্লবা লাইবিকশিংদি *সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈবি* (নোভেল, ১৯৭০), *লৈবাং শাংলবসু শাংত্রবসু* (শৈবেং, ১৯৯৮), *হল্লকখিনি অমুক তোৰ্ব্বানসিদা* (শৈবেং, ২০০১); *গোবা* (নোভেল, ২০০১) অসিনর্চিংবনি। তকনকুমাব ভাদুবিগী নোভেল অসি কুঞ্জমোহন্না মৈতৈলোন্দা ফোঙলকপদা যাম্না মমিং চৎখিবা ফজখিবা লাইবিক্লি। হন্দোক্লোই অমগী ফিদা মাগী অহানবা লাইবিক অসিদা ফংখ্রবনি।

কুঞ্জমোহন লাইবিক অমসুং জর্নেল কযাগীসু এডিটব ওইবকই। *ৱাবেং ৱাখল* (১৯৬৬, এসে, বি চিত্রেশ্বব শর্ম্মাগা এডিট তৌমিন্নবা), *অতোপ্পা লোনগী ৱাবীমচা* (২০০৪), *আশা* (জর্নেল, ১৯৫১), *পঞ্জেল* (জর্নেল, ১৯৫২-৫৫), *ৱাখল* (জর্নেল, ১৯৬৮), *মৈবিক* (১৯৭৪-৭৭ জর্নেল) অসিনচিংবা। মহাক্না সাহিত্য অমসুং কলচবদা নেসনেল অমসুং ইন্টবনেসনেল লেভেলদা সেমিনাব অমসুং সিম্পোজিযম কয়াদা চে পাথোক্তুনা শকক যাকবে। দূবদর্শনগী কমিসন প্রোগ্রামদা কলচবেল কন্সলটেন্ট ওইনা লৈবি। দূবদর্শনদা 'ইলিশা অমগী মহাও' হিন্দীদা এক কহানী হায়বা টি ভি সেবিযেলদা ড্রামা ওইনা শন্দোকখ্রে। মণিপুবী ৱাবীমচাদদি কুঞ্জমোহনগী ৱাবীমচাসিনা অহানবনি। হন্দ্রেদ ইয়াবস ওব শোর্ট ষ্টোবিদসু ইলিশা অমগী মহাও য়াওখ্রে।

কুঞ্জমোহনগী হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা লাইবিকশিংদিঃ ৱাবীমচাদা— ১) *চেনখিদ্রবা ঈচেল* (১৯৬৫), ২) *ইলিশা অমগী মহাও* (১৯৭৩), ৩) *থৱানমিচাক অমনা কেনখিবা* (১৯৭৯), ৪) *বসন্ত মমৈগী কোকিল* (১৯৯৫), ৫) *পাইবকখিদ্রে*

*চেক্লাচাদো* (২০০২), *মালেমগী মঙাল* (বাইওগ্রাফি, ১৯৬৮), *সোভিয়েটকী লৈবাক্তা* (লমকোয় ৱাবী, ১৯৭৭), *জি ডি আব ডাইবি* (লমকোয় ৱাবী, ১৯৮৫), *সাহিত্যদা মীৎযেং খবা* (লিটবেবি এসে, ১৯৯৬), *উকবদা খবা নীংশিংলকপদা খবা* (বেলে লেট্রব, ২০০২), *শবৎ-সন্ধ্যা* (নোভেল, ২০০৫) অসিনচিংবনি।

শবৎ-সন্ধ্যা অথেঙবদা ফোঙলকপা লাইবিক ওইববসু ইবদি হায়ষ্কুল তম্লিবৈঙে যাম্না অঙাং ওইবিবৈঙেদা ইখিবনি। চহী মতাঙ অদুদা অসিগুম্বা নোভেল অমা ইবকপা অসিনা মহাকপু তুংদা কবম্বা মীশক ওইবকপা যাবগে হায়বদুদি লাইবিকসিনা তাক্লে।

কুঞ্জমোহন ৱাবীমচা ইবা অমা ওইনা মাগী ৱাবীমচাগী লাইবিক *ইলিশা অমগী মহাও* দা সাহিত্য একাদেমি এৱার্ড ১৯৭৮, লমকোয় ৱাবী ইবা অমা ওইনা *সোভিয়েটকী লৈবাক্তা* সোভিয়েট লেন্দ নেহরু এৱার্ড, ১৯৭৭, হন্দোক্লোই অমা ওইনা *গোবা* দা সাহিত্য একাদেমি ট্রান্সলেসন প্রাইজ ২০০৪ অমসুং লাইবিক অসিমক্তদা তেলেম ইন্দুবালা মনা ২০০৫ পীদুনা ইকাযখুম্নবা উৎখি। অইবা অসি সাহিত্যগী সংস্থান অমদি অতৈ অতোপ্পা সংস্থান কযাগা এসোসিযেট তৌবি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ কাছাব ব্রাঞ্চকী (১৯৬১-৬২) জেনবেল সেক্রেটবি, সাহিত্য একাদেমি, ন্যু দেল্লীগী (১৯৯৭-২০০২) মণিপুবী এডভাইজবি বোর্ডকী মেম্বব, নেসনেল বুক ট্রষ্ট ওভ ইন্দিযাগী (১৯৯১-২০০২) মণিপুবী এডভাইজবি বোর্ডকী মেম্বব, গুরু অতোম্বা ইন্সটিট্যুট ওভ ডান্স এন্দ ম্যুজিককী (২০০১-০৩) সেক্রেটবি, ইষ্টর্ন জোনেল কলচবেল সেন্টব, কোলকাটাগী (২০০১-০৩) গোভর্নিং বোডিগী মেম্বব, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী প্রসিডেন্ট (২০০৩-০৬) ওইবম্মী। অদুগা হৌজিক হৌজিক্লা ভাবতিযা ভাষা পবিষদ, কোলকাটাগী মণিপুবী এডভাইজবি কম্মিটিগী মেম্বব, ভাবতিয়া জ্ঞানপীথ, ন্যু দেল্লীগী মণিপুবী এডভাইজবি কম্মিটিগী কনভেনব, ওল ইন্দিযা বেডিও, ইম্ফালগী প্রোগ্রাম এডভাইজবি কম্মিটিগী মেম্বব ওইবি। হৌজিক হৌজিকসু ইবগী থবক লেপত্রি। ক্রিটিসিজমগী লাইবিক অমা ফোঙননবা তৌবাং তৌবি। পুন্সিৱাবী অমসু থা খুদিংগী গৌহাটিদা ফোঙবা *ইচেম্মা* চেফোঙদা লেপ্তুনা ফোঙলি। লোইশিন্দ্রি। লোইশিন্নবা হোৎনবি।

কুঞ্জমোহনগী সর্ভিস কেবিযব অসি মণিপুব কোলেজ, ইম্ফালদা লেকচবব (১৯৬২-৮১) ওইববা মতুংদা থৌবাল কোলেজদা প্রিন্সিপাল ওইনা মতম খবা পুবম্লগা বোর্ড ওভ সেকেন্দবি এডুকেসন মণিপুব (১৯৮২-৮৯) গী সেক্রেটবি ওইনা লাকই। মথংদা সি আই কোলেজ বিষ্ণুপুবগী (১৯৮৯-৯১) প্রিন্সিপাল, ষ্টেট এডুকেশন কম্মিসন মণিপুবগী (১৯৯১-৯২) সেক্রেটবি অমসুং কাওন্সিল ওভ হাযব সেকেন্দবি, এডুকেসন মণিপুব (১৯৯২-৯৫)গী সেক্রেটবি ওইনা পেন্সন লৌই। থবক্তগী পোত্থাববসু ইবগী থবক্তি পোত্থাদ্রি, হৌজিক্লবু কনখৎলক্লি। লেপ্তুনা ইনিংবা ফাওবক্লি। লম চৎপগী নিশা

লৈবা অইবনা সোভিয়েট, জর্মন, বাংলাদেশ চৎলুববসু অতৈ অতোপ্পা লম কয়া চৎনিংবগী নিশা ফাওবি। পীক্লিঙৈদগী সাহিত্যদা থব্রায় য়াওজবকপা অইবনা সাহিত্যগী মতাংদা হায়, সাহিত্য হায়বসি সমাজগী শকয়েং মিংশেলনি হায়নববসু অইবশিংনা মশাগী শক্তমসি শকয়েং মিংশেলদা তোয়না তোয়না যেংদুনা শেমদোক শেমজিন তৌবগী কান্নবা লৈ।





# চোংথাম যামিনী

চোংথাম যামিনী নুপীগী ইস্যু অমত্তং খন্নবকপদা নৈনবকপদা চীংখবা যাদ্রবা অমদি ইবগী লমদসু মমিং লৈববী অইবী অমনি। মহাক কৈশামথোং তোপ লৈবক ইম্ফালদা ইং কুমজা ১৯৩৬কী ডিসেম্বর ১৫দা পোকই। অপোকপা চোংথাম বেনুধর অমসুং অপোকপী রাজকুমারী সনাতোম্বী দেবীগী অনীশুবা মচানি। মচীন-মনাও তবাহুমদোইনি (নুপা তরেৎ, নুপী তকক) অপোকপা বেনুধর শান্ন-খোৎনবা অমদি ঈশৈ নোংমাইদা যাম্না থরায় যাওবা মীশক্লি। যামিনীগী মচিন মনাও তবাহুমদোই অসিগী মনুংদা মহাক্না অনীশুবা অমসুং নুপীদনা খ্বাইদগী অহলনি।

যামিনী অঙাং ওইরিঙৈ লাইরিক তম্বা হৌবকপদা থেঙনা তম্লকই। অনীশুবা লাঞ্জাওগী লান চেনবা মতমদুদা যাম্না পীক্লি, লাইরিক তমদ্রি। চহী তকক্তমক ঙাযরি। লান হঞ্জিল্লকপদা কা তবা লৈবা চাউখ্রবা ই-না কুপ্পা যুমজাওদু সিফাইশিংনা লানগী মতমদা লঙ্গর (চাবা থকপা থোং থাকপগী মফম) ওইশিন্দুনা লৈবম্মী। মদু শেমজিন শাজিন্দুনা লৈববা মতুংদা ইং ১৯৪৭তা এলাংবম লৈকায বালিকা স্কুলদা ইহান হান্না ক্লাস টুদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্লকই। মচিন মনাও যাম্বনা লাইরিক তম্বদা নীংবা থুংলক্তে। লাইরিক পাবদসু নোংমতা নীংতম্না লাইরিক পাবা ফংলক্তে। মখাদা মনাও তবামাথোই লৈবনা অঙাং পোবা অমদি ইমুংগী মতেং পাংদুনা লাকখি। অঙাং পোনা পোনা লাইরিক পাবকই, শান্নবকই। চাউখ্রবা কা তবাগী যুমজাও মফম খঙদনা মৈ চাকখিবদগী অৱাবা কয়াসু মাযোক্লবকই। বালিকা স্কুলদগী ক্লাস টু পাস তৌববা মতুংদা তম্ফাসনা স্কুলদা ক্লাস থ্রীদগীনা টেন ফাওবা তম্লকই। লাইরিক ফবা ছাত্রী অমা ওইনা হৌবকপনা বৃত্তি ফংদুনা লাকই। ক্লাস নাইন ফাওবদা বৃত্তি লুপা অহুম অহুম ওইরম্বদু ক্লাস টেন যৌবকপদদি লুপা কুন ফংই। ইং ১৯৫৬তা মেট্রিক থাদুনা ফার্স্ট দিভিজনদা পাস তৌই। মখাদি ডি এম কোলেজদা সাইন্সকী

ছাত্রী অমা ওইনা ইন্টবমেডিয়েট তম্মী। মাগী মতমদুদা খ্বাইদগী ফবা, মার্ক য়াম্না ফংবা মহেৎবোয়দা লুপা ৪০ গী বৃত্তি পীগনি হায়না লাউথোক্লম্মী। থবক্লা লাকহৎলবসু লাইবিক ফনা হৌবকপী যামিনীনা কন্না হোৎনদুনা বৃত্তি ফংবা ঙমখি। ইং ১৯৫৮দা ফার্ষ্ট দিভিজনদা ইন্টবমেডিয়েট পাস তৌখি। মতমসিদা ডি এম কোলেজদা ফিজিকেল ইন্সট্রক্টবগী ফম অমা হাঙলকপদগী যামিনীগী মপাবুংনা মচানুপীবু লাইবিক তম্বা তোকহন্দুনা থবক তৌহল্লগা ইমুংগী লৈত-লায়বদা মতেং পাংহনবা পামখি। বৃত্তি ফংলিবা মহে তম্বদা শেলসু তিংদ্রবা যামিনীদি লাইবিক তম্বদু তোকপা পামখিদে। অদুবু মপাইবুংঙোগী ওজা ওইবগী তলব অদুখক্তনা মচা তবাহুমদোই থাকপগী মথক্তা য়ূমসু মৈনা চাকখিবগী অৱাবা কয়া মায়োক্লবিবা মপাইবুংঙোগী অপাম্বগী মায়োক্তা যেৎপসু তৌখিদে অদুনা থবক্তী ইন্টবভিয়ুদু য়াওদুনা খল্লকখি। ইং ১৯৫৮দা ফিজিকেল ইন্সট্রক্টব ওইনা থবক তৌবে অদুগা ইং ১৯৫৯দা হেল্থ এন্দ ফিজিকেল এডুকেশনগী ট্রেনিং পাটনা যুনিভর্সিটিদা চৎলি। ফার্ষ্ট ক্লাস ফংই।

যামিনীনা লাইবিক তম্বা তোক্তুনা বি এ ফাওবা পাস তৌদনা এম এ পাস তৌববা ওজা ময়ামগী মবক্তুদা তলব লুপা ১২০ খক চাবগা থবক তৌবদু নুংঙাইখিদে। মাগা লাইবিক তম্মীন্নবকপা মমান্নবীশিংনা বি এ লোইশিনখিবা, ডাক্তব তমখিবশিংদু উকবগা মহাকসু লাইবিক মখা তমথগে খন্দুনা ডি এম কোলেজদা থবক তৌনা তৌনা বি এ তমখি। ইং ১৯৬২দা বি এ পাস তৌই। বি টিসু ইং ১৯৬৩দা পাস তৌই।

যামিনী অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা হোৎনবা কনবা, বুদ্ধি লৈবা নুপীনি। য়াম্না খঙগনবা, হৈ-শিংবা, কাউগন্দবা অমদি মীনা লাকচবা য়াদবা নুপী অমা ওইনা হৌবকই। মচানুপী অহল পোক্লবা মতুংদা এম এ তমগে হায়না চপ যুংনা খনখি। অদুবু অঙাং পোকপা নৌবিবনিনা মপূবোইবনা অযাবা পীববসু খোঙ থাংদোক্তুনা চৎপদা নীংহন্নবা পোক্লম্মী অদুবু মমাগী ৱাহৈ — *"ইবেম্মা নঙ ৱাদি ৱানি অদুবু নঙগী নগুণদি হেনগৎকনি। অৱাবা য়াওদনা নুংঙাইবগী পম্বুং তানবদা মাযথীবা লৈগনি।"* হাযবসিদগী শিথকববা পাম্বীদা অনৌবা ময়োল চোংলকখি। পীক্লিবা মচানুপীবু মপাদা শিন্নবল্লগা (চহী ফাদ্রিবা মতমনি) এম এ এড্যুকেসন তম্বা এলাহাবাদতা চৎলি। ইং ১৯৬৪দা এম এ পাস তৌই। মতম কুইনা থাদোক্লববা মচানুপীদু মপাগা অসুক্কী মতীক নকশিন্নখ্রে, কপ্পদা ইমা হায়না কৌদুনা কপ্পগী মহুত্তা বাবা হায়না কপ্পি হায়। অদুবু যামিনীদা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইতবা থম্মোয শোকপদি মানা এলাহাবাদতা থোবক্লবা মতুং ইকুই কুইদনা মচানুপী নাদুনা লৈখিদবা অদুনি।

যামিনীনা ডি এম কোলেজদা ফিজিকেল এড্যুকেসন অমসুং স্পোর্টসকী ওজা অমা ওইনা চহী তবেৎলোম (১৯৫৮-১৯৬৫) ফাওবা থবক তৌববা মতুংদা যু পি এস সিগী পবীক্ষা য়াওদুনা খল্লকই। হান্নগী থবক্তু তোক্তুনা জি পি কোলেজদা লেকচবব ওইনা ইং

১৯৬৫দা চঙই। জবনেলিজম পামজবদগী ইং ১৯৭৮দা বৃটিশ ইন্সটিট্যুসনগী মখাদা জবনেলিজমদা ডিপ্লোমা লৌই। লেকচবব ওইনা ওইনা ফিজিকেল এড্যুকেসন অমসুং গাইডেন্স সাবির্সতা পি ঐচ ডি তৌদুনা ইং ১৯৮০ দা ডোক্তবেত ফংই। জি পি কোলেজদা সেলেক্সন গ্রেড লেকচবব ওইনা ইং ১৯৬৫-১৯৯৭ ফাওবা ওইবল্লগা ডি এম কোলেজ ওফ কর্ম্মসতা ফেব্রুৱাবী ২৮, ১৯৯৭ ইংদগী ফেব্রুৱাবী ২৮, ১৯৯৮ ইং ফাওবা প্রিন্সিপাল ওইবল্লগা থবক্তগী পোখাখি। মাগী লমজিং মখাদা পি ঐচ ডি দিগ্রী পীখিবা স্কোলাব অহুম শুগ্রে।

ইবগী লমদা যামিনীনা পামজবসি ৱাবেংনি। ক্লাস VIII তম্লিঙৈদা *নুপীগী ফিভম* হায়বা ৱাবেংসি ইহান হান্না ইদুনা মেগাজিন্দা ফোঙই। মতুংদসু ৱাবেং কয়া ইখি। অদুবু ময়ূম পাল্লবা মতুংদা লাইবিক ইবগী মতাংসিদদি নুপাময়ূমগী ইমুং-মনুং অমসুং মপূবোইবগী মাযকৈদগী থৌগৎ-ৱাহৈ অমত্তা ফংদে হায। মপূবোইবনা হঞ্জিল্লকপদা লাইবিক ইদুনা লৈবম্বা যাদে, হেক্তা চৈ। অদুনা লাকএ হেক খঙবগা ইবম্বা লাইবিক অদু তোক্তুনা ফি অমনা খঙদনবা লোইনা খুমজিল্লি। লাইবিক ইবকপদা অমুক্তা মনীং তম্না লাইবিক ইবা ঙল্লক্তে। ইবা তাববদি অযাম্বা ওড অৱাবদতা ইবকই। যাম্না ওর্থোদোক্স ওইবা ইমুং ওইবকপনা চৎন- লোনচৎতসু অৱাবা কযা থেংনবকই। অদুবু ইমুংনা ফনা ঙাঙলবসু চৈববসু ইদবা অসিতদি মঙমদ্রে হায।

যামিনীনা অঙাংগী লাইবিক অমসুং টেক্সট-বূক কযাসু ঙল্লিঙৈদগী হৌনা ইদুনা ফোঙলকই। ফিজিকেল এড্যুকেসনগী টেক্স-বূক অমত্তা লৈতবদগী টেক্সা-বূক্কী মবী লৈনবা বিভাগনা মঙোন্দা অঙাংগী তম্নবা লাইবিকশিং ইননবা খঙহল্লকপদগী ক্লাস ৱানদগী টেন ফাওবগী ফিজিকেল এড্যুকেসনগী লাইবিকশিং ইদুনা ফোঙলকই। অসিদসু নত্তনা *অঙাংগী বিজ্ঞান-ভূগোল অনৌবা* ইং ১৯৬৮দা ফোঙদুনা চহী কযা তল্লকই।

অইবীনা পাম্বসি ৱাবেংদা নত্তনা লমকোয় ৱাবী ইবসু যাম্না পাম্মী। অদুনা লমবু চৎলুববা অমদি হেক্তা মইবে। অইবী অসি আকাশবাণী ইম্ফালগী ৱা ঙাঙবগী (বেডিও টোক) প্রোগ্রাম অসুক্কী মতীক যাম্না ফংবনা ঙাঙখিবশিং অদুগী অযাম্বা শরুক খোমজিন্দুনা ১। *খোমজিনবা ৱাবেং* হাযনা মিংথোন্দুনা লাইবিক ওইনা ইং ১৯৭৩দা ফোঙই। অসিদসু নত্তনা ২। *ফিজিকেল এড্যুকেসন* (নুপীশিংগী ৱাবেং, ১৯৭৫), ৩। *ঐ অমসুং সমাজগী যাইফবা* (ৱাবেং, ১৯৭৮), ৪। *অঙাংগী লৈকোল* (অঙাংগী লাইবিক, ১৯৮৩), ৫। *খঙনিংলিবশিংদো* (অঙাংগী লাইবিক তান্নবদা অনীশুবা মনা ফংগ্রবা, ১৯৮৩), ৬। *স্বপগী লৈবাক্তুদা* (লমকোয় ৱাবী, ১৯৯৪), ৭। *কোম্বীং ওপবেসন* (ৱাবীমচা, ১৯৯৬), ৮। *নুপীগী যাকাইবোল* (ৱাবেং, ১৯৯৭), ৯। *কোবৌহনবনা ইবোম্নুংদগী খোঙদোযবকপা লমদমদুদা* (লমকোয ৱাবী, ১৯৯৮), ১০। *লোইনাইদ্রবা ৱাবী*

(১৯৯৯), ১১। *কোহিনুবগী মশাইগোন্দা*, (লমকোয় ৱাবী, ২০০০), ১২। *আমেবিকাগী খোঙচৎতা* (লমকোয় ৱাবী, ২০০২), ১৩। *খুবোই হাওবা লমলাংতোং* (লমাংদোং: বিষ্ণুপুবগী মবমদা, ২০০৪), ১৪। *চীংদোন্দুগী ৱাংমদা* (পর্ব্বত কে পাব, হিন্দীদা, ২০০৫), ১৫। *গঙ্গাগী মতম্বাক্তা* (মেমোইয়ব, ২০০৫), ১৬। *শিজ লাইওইবী অমসুং মহাবাস* (২০০৫) অসিনচিংবনি।

*অইবীগী লমকোয় ৱাবীশিংগী মনুংদা আমেবিকাগী খোঙচৎতা হায়বসিনা খ্বাইদগী* ফজবা অমসুং থেংনবকপা উবকপশিং মবীক চুন্না পাউদম ওইবা লাইবিক্লি। *নুপীগী য়াকায়বোল* দা নুপীগী ইসু কয়া নৈনদুনা সমাজদা নুপীশিংনা থেংনবিবা খুদোংথীবা, খুদোংচাবা, নুপীশিংনা চেকশিনগদবা, নুপীগী থৌদাং, নুপীগী ফীভম অমদি তোঙান তোঙানবা নুপীগী হীবমদা ইবা লাইবিকনি।

অইবীনা সাহিত্যদা খোঙ থাংজিল্লকুনা ৱাবীমচা অমসুং লমকোয ৱাবী ইবকপদি চহী যাম্মৈগী মতুংদনি। অইবীগী ৱাবীমচাশিং অসি থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক অমসুং পুন্সিদা হকথেংনখিবা কয়া কয়াশিং অদুদগী ইখিবনি হায। অইবীগী বিসার্শ পব্লিকেসন ওইনা ফোঙখিবা লাইবিকশিংদি— ১) *এড্যুকেসন ইন মণিপুব* (ইংলিশ, ১৯৮৯), ২) *ফিজিকেল এড্যুকেসন ইন দি স্কুলস ওব মণিপুব* (ইংলিশ, ১৯৯১), ৩) *ফিজিকেল এড্যুকেসন এণ্ড এডজষ্টমেন্ট* (ইংলিশ, ১৯৯১), ৪) *ফিজিকেল এড্যুকেসন এণ্ড স্পোর্টস* (ইংলিশ, ১৯৯২) অসিনচিংবনি।

যামিনী অইবী অমা ওইবতা নত্তনা সোসিএল এক্তিবিস্ত অমসুনি। হৌজিক হৌজিক *পোক্লফম* পাউচেগী কলমনিষ্ট ওইবি। সাহিত্যগী সংস্থানশিং অমসুং অতৈ অতোপ্পা সংস্থান কয়াগী মেম্বব ওইবি। মহাক্না মনুং অমসুং মপানদা পাঙথোকপা সেমিনাব, ৱার্কশোপ অমদি কন্‌ফবেন্স কয়াদা শরুক য়াম্খ্রে। ওদিও ভিজুএল মেডিয়াদসু বিগুলাব ব্রোডকাষ্টব অমা ওইনা স্ক্রিপ্ট বাইটব, এ আই আব ইম্ফাল অমসুং ডি ডি কে ইম্ফালগী কমেন্টেটব ওইনা কন্ত্রিবুসন তৌখ্রে। *লৈ লাংবা* (১৯৮৬-১৯৯০) চেফোঙ পুথোক্তুনা মদুগী এডিটবসু চহী মবি ওইবম্মী। জুবেনাইল ৱেলফিযাব বোর্ডকী চিযাবমেন, ৱুইমেন্স ৱেলফিযাব ওর্গেনাইজেশনগী সেক্রেটবি, শ্রী শ্রী গোবিন্দ বাশেশ্ববী পালা মব্দপকী সেক্রেটবি, বাইটর্স ফোবমগী প্রসিডেন্ট, লৈকোলগী ভাইস প্রসিডেন্টনচিংবা ওইবম্মী অদুগা হৌজিক হৌজিক ৱুইমেন্স ৱেলফিয়াব ওর্গেনাইজেসন, সগোলবন্দগী প্রসিডেন্ট, শ্রীওববিন্দো সোসাইটি মণিপুব, ওল ইন্দিয়া ৱুইমেন্স কন্‌ফবেন্স, মণিপুব ষ্টেট ব্রাঞ্চ, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল, মণিপুব ষ্টেট লিগেল সাবির্স ওথোবিতি, সেন্ট্রেল এডভাইজবি কমিটি ফোব এন সি সি, ন্যু দিল্লীনচিংবগী জোইন্ট সেক্রেটবি অমসুং লাইফ মেম্বব ওইবি। ইং ২০০০ (জুন ১৫-জুলাই ৮) দা য়ু আব আইগী গ্লোবেল কাওন্সিলনা

বার্তন তৌবক্নুনা আমেবিকাগী পিটসবর্গতা গ্লোবেল পীস কন্ফবেন্সতা শকক যাকই। যামিনীগী বিসার্চ আর্টিকল কয়া মণিপুবী অমসুং ইংলিশতা ফোঙপ্লে। হৌজিকসু লেপ্তুনা ইবি। ফোঙদ্রিবা ইবা লোইববা লাইবিক কয়া লৈবি। ৱাবীমচাগী লাইবিক অমা ফোঙনবা শেম শাবি। *মণিপুবী সংস্কৃতি অমসুং মৈতৈ নুপী* হায়বা ৱাবেংগী লাইবিক অমসু প্রেসতা লৈবি।

যামিনীনা তৌবিবা শীংথাবা যাবা থবকশিং অসিগীদমক ইং ১৯৯৮দা ডিষ্টিংগুইস লীদবশিপ এৱার্ড অমেবিকান বাইওগ্রাফিকেল ইন্সটিটুাসন, য়ু এস এনা পীদুনা ইকায়খুম্নখি। মাগী বাইওডাটাশিং Who's Who Reference Asia–1984 দসু ফোঙপ্লে। ভাবত সবকাবগী মিনিষ্ট্রি ওব এড্যুকেসন্না, মহাক্না ফিজিকেল এড্যুকেশনগী থৌবম কয়াদা ফজনা পাঙথোকপগী – "থ্রি ষ্টাবস" পীখি।

অইবী অসি নুপীগা মবী লৈনবা থবক, থৌবম কয়া খন্ন-নৈনবদা য়াম্না থৱায য়াওই অমসুং শক্নাইববা ৱাঙলোই অমসুনি। *নুপীগী যাকাইবোল* নুপীগা মবী লৈননা নৈনদুনা ইবা লাইবিকনি। মণিপুবদা নুপীগী ষ্টদি সেল হাংনবা হোৎনবা অমদি ৱুইমেন কমিশন লিংনবা হোৎনবগী মতাংদা অচৌবা থৌদাং লৌবকখিবা অইবীনি। ৱুইমেন কমিশনগী মতাংদা অইবীনা হায– *নেসনেল ৱুইমেন কমিশন* অসি ইং ১৯৯২ দা লিংখৎখিবা স্তেচুর্তবি বোডি অমনি। মসিনা নুপীদা নমজা নমথেক্লবা ওৎপী-নৈবিবা, নমথবিবগী মাযোক্তা অচুম্বা বিচাব ফংহন্নবা হোৎনবগা লোযননা নুপীগী ফীভম ফগৎনবা হোৎনবদা অচুম্বা বিচাব ফংহন্নবা তৌই। অদুবু মণিপুবদদি বিল কয়া পাস তৌখ্রগা থবক ওইনা হেক্তা ওন্থোবক্তে। মসি তশেঙবমক্তি লাইবক থীবনি। অইবী অসি মণিপুবগী ইহান হানবা ৱুইমেন কমিশনগী চিযাবপার্সন ওইনা থৌ পুবি। মহাক্না হায– নুপানা মকোক থোংবা মণিপুবী সমাজদা হান্নগী চৎনবী অদুদগী হোংদোকপা লৈতে। নুপাগীদমক্তদি নুপীনা য়াম্না কৎথোকই অদুগা নুপানা নুপীগীদমক্তা কৎথোকপদি ইবৈ লৈতে। নুপীনা আওটস্তেনদিং (outstanding) ওইদ্রগদি নুপাগা কম্পিট তৌবা ঙমদে। নুপীশিং আওটস্তেনদিং ওইবা দবকাব ওই। থবক খনবদা ভেটো মেথদতা খনবা অচান মীবাই নাইবা অমদি বাইত পার্সন খন্দবগী হৈনবী অসিমত্তং থাদোক্লবদি অফবা ওইগনি হাযবসি মহাক্কী মোতনি।

সাহিত্যনা সোসিযেল চেঞ্জ পুবক্তনি হাযবগী মতাংদসু অইবীনা হায– সাহিত্যদা চঙবসি মী খূজোক অমত্তনি। সাহিত্যনা সমাজ শেংদোকই হাযবসি ঐগী মোৎতদি মোবোক শাম্রবা য়েনশাংদা চিনি বিন্দু অমা থাকপগুম্বনি। সাহিত্যনা লোইনা শেংদোকপা ঙম্লোই। সাহিত্যবু এপ্রেসিয়েট তৌবা মী ইযাম যামদে। সাহিত্যদি য়াম্না মেঙই অদুনা মায়কৈ কয়াদগী কন্না হুমজিল্লক্লিবা নোংলৈ নুংশিৎ অসি সাহিত্যনা লোইনা শীংতোকপা ঙম্লোই।

অইবীনা ইবকপা ৱাবীমচাশিং অসি মাগী পুন্সিদা থেংনবকপা এক্সপবিয়েন্সতা যূম্ফম ওইবগা ইবা ঙাক্তনি। ইমুং মনুংনা ইবগী লমদা পূক্লিং থৌগৎপিদ্রবসু মপূবোইবনা মাগী অবোইবা শকক্তদি মাগী অপান্থদা অথিংবা অমত্তা পীববোই হায়বকই। যামিনীনা মাগী তলবকী ইনক্রিমেন্টশিং তূংশিন্দুনা প্রেস লিংখৎপদা মপূবোইবনা অচৌবা মতেং পাংলকই। মাগী লমন তোল্লে হায়বকই। মহাক্না মাগী পেন্সনগী শেনফমদুদগী ডা যামিনী আশ্রম হায়দুনা চঙাংগৈ, উচেক্কোন্দা লিংখৎলি। আশ্রমসিগী মতাংদা অইবীনা হায়–নুপীগী চাওখৎ খোঙথাংদা মতেং পাংবা ঙম্নবা অমদি অহল ওইববশিংগীদমক্তনি। অহল ওইববা কালদা অহলশিংনা যাম্না নুংঙাইতনা হিংবা থেংনৈ। অহল ওইববশিংগী সেবাগী দবকাব লৈবকপদা মী ফংদবগী অৱাবা কযা থেংনবা অসিদগী খবদং মতেং পাংবা ঙমগদ্রা হায়দুনা আশ্রমসি লিংখৎপনি। আশ্রমসিগী মখাদা থবক ফংদবা ময়ামগী নেটৱার্ক অমা লিংখৎখ্রে। শেল লৈতবা কাঙবুদা সাবির্স পীখ্রে। সেল্ফ হেল্প গ্রুপ লিংখত্তুনা নুপীমচা কয়াদা লং নাইবগী ট্রেনিং পীখ্রে। আশ্রম অসিগী চহীগী থৌবম কযা য়াৎতুনা থম্বগা লোযননা মতম মতমগী ওইবা থবক থৌবম কযাসু লেপ্তুনা পাঙথোক্লি। আশ্রম অসিদা মেডিটেসন হোল, লাইব্রেরি, মীতিনফম হোল অমদি শান্নফমনচিংবা চাউনা লৈ। নুপীশিংগী স্তদি সেল অমদি নুপী ঙাক্তনা ইবা লাইবিক্কী লাইব্রেরি অমা লৈ। নুপীগী মবমদা ইবা, ঙাঙবা অমসুং নোমজ-চেঞ্জবা য়াম্না পান্না অইবী অসিনা পোৎথাবা শংদবমখৈ নুপীশিংগী য়াইফনবগীনিবু হাযববদি অকিবা পোক্তনা মাযবোং য়াবি।





## রাজকুমার মণি সিংহ

অহীংগী অমম্বদা অতিযাদা তগুপ তবংনা থোকপা থৱানমিচাকপু নুমিৎকী মঙালনা লাকপদা থৱানমিচাক্কী অবংবা পুন্নমক উদ্রবসু অতিযাদা লৈৰে হাযবদি য়াবোই। মীকৃপ অমত্তা ওইববসু তগুপ তবংনা থৱানমিচাকুম ঙাল্লম্বা বাজকুমাব মণি ফিক্সনিষ্ট অমা ওইনা, হন্দোক্লোয অমা ওইনা অমদি অঙাংগী সাহিত্যদা থৱায য়াওজবা শক্লাইববা অইবা অমনি। মহাক খৃ কুম ১৯৩৭ কী জানুৱাৰীগী ২৬ তা কৈশামথোং তোপ লৈবক্তা পোকই। বাজকুমাব তোমালসনা অমসুং কামিনী দেবীগী অহানবা মচানুপানি। মচীন মনাও মঙানি। মখাদা মচল অমা, মনাওনুপা অহুম লৈ। অপোকপা তোমালসনা মমিং লৈবা মৈতৈ পুং যৈবনি। জগোয়গী ওজাসু ওই। বাসনচিংবা জগোয় মখল কয়া তম্বী। খৃ: কুম ১৯৬০ দা মণিপুব সবকাবনা তোমালসনাবু মহাত্মা গান্ধীগী সেবাগ্রামদা মণিপুব জগোয়গী ওজা ওইনা চহী অমা থায়। বৈষ্ণব ধৰ্ম্মদা পুক্লিং লুপ্পবা তোমালসনা সেবাগ্রামদগী ময়ুমদা হল্লকখিদ্রে। বাধাকুণ্ডদা বেষ ওন্দুনা, লম্বোইদুনা লৈখ্রে। গোপালদাসকী মফমদগী দীক্ষা লৌখিবনি হায়।

মপাইবুংঙোনা ময়ুমদা হল্লক্রবদা মণিগী অপোকপী ৱাহেংবম নিঙোল কামিনীনা মচাশিং মপাম (সয়াং) দা পুবক্লুনা লৈখি। মপা লৈনা লৈনা লৈতবগা চপ মান্ননা য়াম্না ৱানা মচাশিং য়োক্লকখি। মণি অঙাং ওইবিঙে মপা পোকপা মধৌগী ময়ুম কৈশামথোং তোপ লৈবক্তা চাউবকই। অঙাং ওইবিঙে লাইবিক যাম্না ফনা হৌবকই। শান্ন-খোৎনবসু যাম্না পান্নকই। জেব্লিন লংবা, ফুটবোল অমসুং ভোল্লিবোল শান্নবদা শীংথানৈ। ডিবেট কম্পিটিশনদা মকোক তাদুনা মনা কয়াবক ফংদুনা লাকই। ময়ামগী ওইবা থবক্তা মাঙজীল থাদুনা য়াওবকই। সোসিয়েল সার্ভিস, শৈবেং থীবা তান্নবা, দিবেট তৌবা, কোচিং অমদি উষা ভবন ক্লব লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং য়াবকই। মণিপুবগী মনুংদা ফ্রী কোচিং সয়াং

(উষা ভবন ক্লবতা তৌবা) মণিপুবদা অহানবনি হায়। মণিনা মসিদা মৰু ওইবা থৌদাং লৌদুনা লাইবিক তম্বীবকই হায়। হায়স্কুল তন্নিৰৈঙেদগী হৌনা ৱাবেং, শৈবেং কয়া ইবকই। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস টেন থাবকই। স্কুল অসিদা তন্নিৰৈঙে মতমসিদা সাহিত্যদা থৱায় য়াওবা কাণ্ডবুশিং পূনশিন্দুনা ৱাবেং শৈবেং কয়া ফোগুননবা হোৎনবকই। কবি কাংজম পদ্মকুমাবগা পূন্দুনা "শৈহৌ মৰুপ" কৌবা সাহিত্যগী সংস্থান লিংখৎপদা য়াওবকই। মখোয়না *পোমশাংনবী* কৌবা শৈবেংগী খোমজিনবা লাইবিক অমা ইং ১৯৫৩ দা ফোগুই। লাইবিক অসিদা মণিগী শৈবেং অহুম য়াওই। ইং ১৯৫৫ দা জোনষ্টোন স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌববা মতুংদা ইম্ফাল কোলেজদা আই এ নুমিদাংদা তম্মী। ইম্ফাল কোলেজদগী আই এ লোইশিল্লবা মতুংদা দি এম কোলেজদা বি এ তম্মী। মণিনা ইবা "ফংলবোইদ্রনে হে ইমা ভাবত মহাসাগব" হায়বা শৈবেংসি ১৯৫৭-৫৮ ইংগী শৈবেং প্রতিযোগীতাদা ফাষ্ট প্রাইজ ফংদুনা দি এম কোলেজগী মেগাজিনদা যাওবকই। মাগী 'উনাগী তাজমহল' মতমদুদা যাম্না মম্মিং চৎখিবা ৱাবীমচানি। স্কুল অমসুং *কোলেজদা* শান্নবা লীলা কয়াদসু যাওবকই। গৌহাটি যুনিভর্সিটিগী মখাদা বি এ (ফোব ইযব) খৃ ১৯৫৯ দা মবিশুবা পোজিশনদা লাকই। শেল-থুমগী ফীভম ফত্তবনা বি এ পাস তৌববা মতুংদা সি সি হাযস্কুলদা ওজা ওইবম্মী। মতমসিদা সোইবম নিঙোল সুলোচনাগা লুহোংদুনা (১৯৬০, মে) অনৌবা যুম্বাল পুন্সিদা খোঙদামিন্নৈ। লুহোংবগী চহী অসিদা বেনাবস হিন্দু যুনিভর্সিটিদা এম এ তম্বা চৎলি। খৃ কুম ১৯৬২ দা এম এ (ইকনোমিক্স) পাস তৌদুনা চহীসিমক্তদা ডি এম কোলেজদা লেকচবব ওইনা চণ্ডই। কোলেজ অসিদা চহী অহুমলোম থবক তৌবল্লগা তোকথোক্লুনা মণিপুব ষ্টেট কো-ওপবেটিভ বেঙ্কতা এসিষ্টেন্ট মেনেজব ওইনা জোইন তৌই। মতমদুদা কোলেজগী ওজাগী তোলোবসি লুপা লিশিং অহুমদমক ফংই হায। অদুগা বেঙ্কীনা ওজাগী তোলোবতগী লিশিং অমা হেল্লি হায। চহী অহুমলোম বেঙ্ক অসিদা লৈবম্লগা ইম্ফাল অববান কো-ওপবেটিব বেঙ্ক লিংখৎলকপদা (খৃ ১৯৬৭) মেনেজব ওইনা ডিপুটেসনদা লাকই। বেঙ্ককী থবক তৌনা তৌনা গৌহাটি যুনিভর্সিটিগী মখাদা এল এল বি তমদুনা খৃ কুম ১৯৬৮ দা পাস তৌই। মাগী মতমদা বেঙ্ক অসিগী মশা (ব্রাঞ্চ) কযামকমসু হাংদোক্লম্মী, খবদং পল্লবদা—ইম্ফাল অববান কো ওপবেটিভ বেঙ্ক, বি টি বোড, লমশাং, শীংজমৈনচিংবনি। মেনেজবদগী জেনবেল মেনেজব ওইনা প্রমোসন কায। ইং ১৯৯৭ তা জেনবেল মেনেজব ওইনা পেন্সন চৎলি।

বাজকুমাব মণি নহা ওইবিঙৈদগী সাহিত্যদা যাম্না থৱায় যাওনা হৌবক্লবসু বেঙ্ককী চিল্লবা থবক ময়ামসিনা ইবগী মতম ইফং ফংলক্তে অদুবু কবিগুম্বদা ইনিংবগী মূড লাক্লবা নৎত্রগা ফজবা থীম অমা ফংলবা খৃদক্তা চেজেৎ অমদা নৎত্রগা ডায়বিদা ইশিন্দুনা থমহৌই। মাগী মতমদা সাহিত্যগী সংস্থানসি খৃ কুম ১৯৩৫ দা লিংখৎখিবা মণিপুবী

সাহিত্য পবিষদ নত্তনা অতে সংস্থান লৈবমদে। মসিসু অহল্লোন ঙাক্তা ওইখিবনা নহাবোলশিংনা চঙশিল্লুবা ঙমদবনা বাজকুমাব মণি, খুমন্থেম প্রকাশ, ডা আই আব বাবু, কাওজম পদ্মকুমাব অমদি নিংথৌখোংজম তোম্বীনচিংবা নহাবোলশিং খবা পূনশিল্লগা কলচবেল ফোবম খৃ· কুম ১৯৫৮ লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌবকই। ফোবম অসিগী অহানবা প্রসিডেন্ট নিংথৌখোংজম তোম্বী, এক্স এম পি অদুগা আব কে মণিনা অহানবা সেক্রেটবি ওইদুনা থবক চেল্লকই। ফোবমনা পুথোকপা ঋতু চেফোঙ মতমদুদা খ্বাইদগী মমিং চৎপা সাহিত্যগী চেফোঙ ওইখি। শক্রোন অনী পুবা বেঙ্ককী মণি নাম্থোকপা য়াদবা থবক্কী থৌবীনা পুনখিবনা ঙল্লিঙৈ মতমদা লাইবিক ইদুনা ফোঙবা ঙমখিদে। পেন্সনগী মতম *নকশিল্লকুবা, মশাগী চহী যাঙ্খে হেল্লকুবা* মতমদা ব্রাবীমচাগী লাইবিক *ময়াই কাববা শামু* খৃ ১৯৮৯ দা ফোঙলকই। লাইবিক অসিদা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমী এব্রার্ড ১৯৯০ ফংই। মহাক্কী ইবগী লমদা ইনফ্লুয়েন্স তৌখিবা মনুং অমসুং মপানগী অইবশিংদি ডা কমল, সঞ্জেনবম নদিযা, ববীন্দ্রনাথ ঠাকুব, চার্লস দিক্কন্স, টোলষ্টোই অমসুং আর্নেষ্ট হেমিংৱেনচিংবনি হায। মহাক্কা সাহিত্যগী লমদা পামজবদি ব্রাবীমচা অমসুং পাউবৌনি। অথেঙবদদি হন্দোকপগী থবক্তা পূক্লিং থিংজিনখি। 'হোনী' হায়বা পেননেমদা লোকেল খবব অমদা পাউবৌ ব্রাবী অমমম ফোঙলম্মী। মবক মবক্তা অখন্নবা ব্রাবেংসু ই। শক্রোন অনীশুবা মণি নুমিদাংদনা সাহিত্য তৌই, অযূক নুংথিলদনা বেঙ্কংকী থবক্তা পূক্লিং লূপ্পী, ওফিসতা যূমগী থবক পুশিন্দে, যূমদা ওফিসকী থবকসু পুদে হায়। মহাক থবক তৌবদা যাম্না চেকশিনবা, হোৎনবা কনবা, থিজিন হুমজিনবা অমসুং নৈনবা কনবা অইবনি। অথেঙবদা লেপ্তুনা লাইবিক ইদুনা ফোঙলকই। মাগী ফোঙলবা লাইবিকশিং—১) *ময়াই কাববা শামু* (ব্রাবীমচা, ১৯৮৯), ২) *হনুবা অমসুং সমুদ্র* (হেমিংৱেগী *দ ওল্ড মেন এন্দ দ সী* দগী হন্দোকপা, ১৯৯২), ৩) *ব্রাবী লী খোঙ্গুল লী, অহানবা শরুক* (অঙাংগী সাহিত্য, ১৯৯১), ৪) *মালিকা মমা* (ব্রাবীমচা, ১৯৯৩), ৫) *কাযববা ঈশিং পুন* (ওক্টাভিও পাজগী খনগৎলবা শৈবেং খবা হন্দোকপা ১৯৯৫, – ওক্টাভিভ পাজ মেক্সিকোগী বচনা অমসুং শৈবেং ইবদা মমিং চৎলবা অইবা অসি ইং ১৯৬২ দগী ১৯৬৮ ফাওবা মেক্সিকোগী বাষ্ট্রদূত ওইনা ভাবত্তা লৈবম্মী), ৬) *ব্রাবী লী খোঙ্গুল লী, অনীশুবা শরুক* (অঙাংগী সাহিত্য, ১৯৯৭), ৭) *যুগান্ত* (ইবাবতী কার্বেগী *যুগান্ত*দগী হন্দোকপা, ১৯৯৭), ৮) *গীত গোবীন্দ* (জয়দেবগী *গীত গোবীন্দ*দগী হন্দোকপা); ৯) *মতমগী মণিপুবী ব্রাবীমচা* (খোমজীনবা ব্রাবীমচাগী সম্পাদক, ১৯৯৯), ১০) *নীংতম ব্রাবী* (ব্রাবেং, ১৯৯৯), ১১) *খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহ* (মোনোগ্রাফ ইন ইংলিশ), ১২) *ওডিসী* (হোমবগী *ওডিসী* গী হন্দোকপা, ২০০৪) অমদি ১৩) পান্দুবঙ্গবাওগী *বাল্মীকি* (হন্দোকপা) অসিনচিংবনি। *সাহিত্যগী পাউ*দা মহাবাষ্ট্রগী মমিং চৎলবা উপন্যাসকাব আব আব বোব

দেগী উপন্যাস *পচোলা* (কেল্লবা ঊনা) মণিপুরীদা হন্দোক্লুনা ফোঙবা হৌবন্মী। রাইটর্স ফোরম, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, মণিপুর কো-ওপরেটিভ পব্লিসিং সোসাইটি, মঞ্জুরি মেমোরিএল একাদেমী, শগোলবন্দ, কানন দেবী মেমোরিএল কোলেজ ওফ এদ্যুকেশন, পাঙ্গৈনচিংবগী মেম্বর, লাইফ মেম্বর, সেক্রেটরী অমদি প্রসিদেন্টনচিংবা ওইবন্মী। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী এডভাইজরি বোর্ডকী মেম্বর, নোর্থ ইষ্ট জোনেল কলচরেল সেন্টর, ডিমাপুরগী, সাহিত্য একাদেমী, ন্যু দিল্লীনচিংবগী জেনরেল বোডি অমদি প্রোগ্রাম কমিটিগী মেম্বর ওইরম্বগা লোয়ননা মক্ত ওইবা থৌ কয়াসু পুরন্মী। মণিপুরগী অইবীশিংতগী ওইবা সাহিত্যগী সংস্থান লৈকোলগীসু এডভাইজরনি। মহাক্না মরাঠিগী মমিং চৎলবা অইবী ইরাবতী কার্বেগী *যুগান্ত*বু ইংলিশতগী মণিপুরীদা হন্দোকপগীদমক ভারত সাহিত্য একাদেমীনা ট্রান্সলেসন প্রাইজ ২০০১ দা পীদুনা ইকায খুম্নখি। মহাক্না ভারতকী অইবশিংগী সাহিত্যবু হন্দোকপগী মথক্তা নোংচুপকী সাহিত্যবু মণিপুরীদা পুশিন্নবা, গ্রীককী অইবা হোমরগী মহাকাব্য *ওদিসী*বু চহী মরিরোম চঙনা ই ভি রিয়ুগী ইংরাজী অনুবাদতগী মণিপুরীদা হন্দোক্লুনা ফোঙলম্বা অসি শীংথানিংঙাইনি। *ওদিসী* নোংচুপলোমগী সাহিত্যদা শৈরেংদা ইবা অহানবা উপন্যাসনি হায়না ই ভি রিয়ুনা হায। লাইরিক অসি পৃথিবীগী লোন কযাদা লেপ্লা লৈতনা হন্দোক্লরি। অইবনা নোংচুপ সাহিত্যগা মণিপুরী সাহিত্যগা শম্নবগী থোং অমা শাদুনা থম্বীরম্বসি মমল নাইদ্রবা খুদোলনি। মহাক্কী *মযাই কাববা শামু* ৱারীমচাগী খোমজিনবা লাইরিক অসিদা সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ ১৯৯৪ দা পীদুনা ইকায়খুম্নবা উৎখি। অঙাংগী সাহিত্যদসু থৱায় যাওবা অইবসিগী *ৱারী লী খোঙ্গুল লী* অহানবা শরুক্তা মণিপুর সরকারগী অঙাংগী সাহিত্যগী মনা ১৯৯২ অমদি লাইরিক অসিগী অনীশুবা শরুক্তা নেসনেল কাওন্সিল ওফ এদ্যুকেসনেল রিসর্চ এণ্ড ট্রেনিং, নিযু দিল্লীনা নেসনেল প্রাইজ ১৯৯৫ দা পীখি। ডিপার্টমেন্ট ওফ আর্ট, কলচর এণ্ড য়ুঠ, গভর্নমেন্ট ওফ বিহারনা ১৪শুবা পাতলিপুত্র নাট্য মহোৎসবতা থ্বাইদগী ফবা স্ক্রিপ্টরাইটরগী মনা পীদুনা ইকায়খুম্নখি।

মশানা মশাগী পুন্সিবু শেমজদুনা লাক্লবা অইবা অসিগী ৱারীমচাশিংদা সমাজগী তোঙান তোঙানবা মশক, নুং অমসুং পান, পুন্সিগী মনুং হুঞ্জিনবা শক্তম কযা কুপ্না য়েক্লবা হোৎনৈ। ৱাহে য়াম্না ইকনোমি ওইনা শীজিন্নৈ। ৱাখল য়াম্না খনগনবা, ফাগী তৌগন্দবা, ৱাসু কয়া ঙাঙগন্দবা অইবা অসিগী খুৎইদা অচুম্বা অমসুং অশেঙবগী মশক বুদ্ধিনা বিচার তৌদুনা লাম্থোকই। পুন্সিগী লোইবমদাই শরুক খবদা তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংগী নোংপোক অমসুং নোংচুপকী মিথোলোজিশিং নৈনবদা পুক্রিং থিংজিনখি।

অইবা অসিগী হকচাংদা চৈনাদি ফাওবক্লবা অরোইবা মীকুপ য়ৌবক্রিঙৈগী মাঙওইননা পাঙথোক্লিংবা থবক কয়া পাঙথোকপা ঙমদনা পুন্সিসি মপুগী লৈকোলদা

তিনগদৌবমাল্লে হায়বগী নীংশিং হীবি কোল্লকপা অমদি পোকপা শিবা নাইবা মীওইবা পুক্সিগী ঈচেলদগী থাপ্না নৈদুনা লোইবা নাইদবা অহাঙবদা তিনখিবা পাম্বগী শৈবেং অমা ইদুনা থম্লম্মী।

হৌখিবা চহী কয়া অসিদা
ঐনা কবিবু পাঙথোকপা ঙমখ্রবগে
কবিবু পাঙথোকপা ঙমখ্রবগে?
মপোক অসিমদি
অসুম্না অসুম্না হৌখবে।
মখা তানিংঙাই অমুক নৈতবে।
ঐ অঙাং অমুক ওইববোই
মপোক অমমুক পোক্নুনা
পোক্লবোই কপ্লবগীদমক।

শৈবেং অসি অইবনা জানুৱারী ৩১, ২০০৫ দা অবোইবা খুৎই ওইনা থম্লম্লগা ২০০৫ গী এপ্রিল ২৫, নিংথৌকাবা নুমিৎতা অবোইবা য়াহীপ তানখি। মাগী হকচাংনা মালেমগী নৈশাদা তিনখ্রবসু মাগী খুৎফম, মাগী খোঙ্গুল থম্লম্না অসিদি মূৎপা লৈববোই। অতিয়াগী ফজবনা লৈবিবমখৈ, লৈগী নুংশিবা লৈনম্না মাঙদ্রিবমখৈ পুক্সিগী মহৈ, পুক্সিগী মমলদি লেঙদনা লৈহৌবগনি।





# পুখ্রম্বম কুঞ্জো

সমাজ সেবক অমদি অইবা অমা ওইনা শীংথানবিবা পুখ্রম্বম কুঞ্জো খৃষ্ট কুম ১৯৩৮, সেপ্তেম্বর ৩০, ইবাই নুমিৎতা ককচিং খুল্লেন নিংথৌ লৈকাযদা পোকই। অপোকপগী মিং য়াইমা, অপোকপীগীনা থোকচোম নিঙোল পুখ্রম্বম ওংবী ইবেমচা কৌই। মচীন-মনাও নুপা তবেৎ, নুপী অমা পোকমিন্নদবা মচল অমগা পূন্না মাপলগী মনুংদা মহাক্না তবেৎশুবনি। মহাক্না যাম্না পীক্লিঙৈ শৃপ্নগী চহী মবিতা ঙাযবিঙৈদা অপোকপী মমা কাযনখি। মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা মপাইবুংঙোনা অনীশুবা নুপী ওইনা কপ্পী লৌদুনা মচানুপী অমা পোকই। বাজনীতিদা থৱায যাওবা গান্ধীজমদা পূক্লিং লূপ্পা মীনি। শিনফমদি ফৃবিৎ তূবনি। বাজনীতিগী ইমুং অসিগা কুঞ্জোগী মমাতোন কপ্পীগদি চাশিন-চূশিন্নবা ঙমদবনা মচানুপী থন্নল্লগা মপামদা লৈখি। মতুংদা যেংখোম যাইমবী অহুমশুবা মমাতোন পুশিল্লক্তুনা তুং কৌইনা লৈমিন্নবকখি।

কুঞ্জোগী মযাম্নশিং লাইবিক লাইশুদা থৱায যাওবকই। অদুবু কুঞ্জোদি মমা লৈখিদ্রবা মতুং, মচেনা মযূম পানখ্রবদা ইমুং কোইবগী থবক্তা মাযপূনদুনা অৱাবা কযা নংলকই। মপাইবুংঙোনা বাজনীতিদা, সমাজনীতিদা অমদি লৈবাক্কী থবক থৌবমদা হেন্না থৱায যাওখিবনা কুঞ্জোগী লাইবিক-লাইশু তম্বগী মতাংদদি পূক্লিং চঙবা ৱাৎখি। ইমুংগী চাকথোং-ফৌশু, মন শেন্নবা, মীটিংগী পাউ চেনবা, হীদাক হানবা অমদি খবর য়েনবগী থবকশিংদা শীজিন্নবীবদুনা লাইবিক তম্বদা মকোক থোংবা ঙম্লক্তে। স্কুল নীংথি নুংঙাইনা কাবক্তে। ইং ১৯৫৭ তা তোম্বীসনা হায স্কুলদা মেত্রিক থাই, সবজেক্ত মবি ফেল ওই। মদুদগী য়াম্না কন্না হোৎনদুনা মেত্রিক থার্দ দিভিজনদা ১৯৫৮ দা পাস তৌই। মখা তমথদবে। ইমুংগী ফীভমসু মমা লৈত্রবা মতুংদগী নোংম-নোংমগী মৱাই চাইথবে। ইং ১৯৫৯ দা নোংমাইথেম নুপীমচাগা লুহোংদুনা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদাবা হৌই। মচানুপা মবি

পোকই। কুঞ্জো ছাত্র ওইবিঙৈদগী হৌনা ব্রাবেং-শৈবেং ইবকই। ক্লাস টেন তম্বা অদুরাইদগী কবিতা ফজনা ইবা হৌবে। ঈশৈসু য়াম্না পান্নকই। মশানা ইবা কবিতাশিং ঈশৈ ওইনা শক্লকই। ক্লাসিকেল অমদি পেত্রিওটিক সোংদনা হেন্না থরায় য়াওবকই। ক্লাস ফাইভ তম্লিঙৈদগী হৌনা স্কুল অমদি পব্লিক ফঙ্কসন কয়াদা ঈশৈ শক্লকই। ওজা তোম্বী, ওজা কুঞ্জবিহারী, ওজা বৈকুন্থ, ওজা ব্রজবিধু (নোংমাই পণ্ডিতকী মপাইবুংঙো) নচিংবদা ঈশৈ তম্লকই। ইম্ফাল ম্যুজিক কোলেজদসু চহী অনী তম্লকই।

কুঞ্জোনা মেট্রিক পাস তৌববা মতুং লাইবিক তম্বা লেপ্লুববা মতুংদা মখা অমুক তমথদুনা ইং ১৯৬৫ দা পি য়ু সি সেকেন্দ দিভিজনদা পাস তৌই। ইং ১৯৬৮ দা বি এ (টু ইযব কোর্স) তা দিষ্টিংসন ফংই। মতম খবা লাইবিক ইবা লেপ্লুববা মতুং সাহিত্যদা থরায য়াওবকপসি মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালদা ইং ১৯৬৮ দা ককচিংদা লাক্লগা কবি সম্মেলন অমা য়ূম্বীমচা হায়স্কুলদা পাঙথোকখিবা অদুদগীনি। মদুদা কবিতা পাখি, ঈশৈসু শকখি। ময়াম্না পূক্লিং থৌগৎপীবকপদুনা সাহিত্যদা হেন্না থরায য়াওশিনখি হায়। এম এম মণিপুবীসু জবাহবলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটি, মণিপুবদা তমদুনা ইং ১৯৭৪ দা ফাষ্ট ক্লাসতা পাস তৌখি। ইং ১৯৬৫ দা সেনিযব বেসিক ট্রেনিংদা থীওবি, প্রেক্টিস অমসুং প্রেক্টিকেল অহুম্মক্তা মকোক ওইদুনা পাস তৌখি। কুঞ্জো ওজাগী শিনফমদা মতম শাংনা থবক তৌবকখি। ইহান হান্না ইং ১৯৫৭-৫৮ দা বোনিষ্টব স্কুলদা (অঙাংগী স্কুল) ওজা ওইদুনা ঈশৈ শক-শক্লুনা লাইবিক তাক্লকই হায। মথংদা ইং ১৯৫৮-১৯৬৫ ফাওবা ককচিং বোযজ এম ঈ স্কুলদা ওজা ওইবকই। অইবগী অপোকপী ইবেমচা লাইবিক হৈজদ্রবসু সমাজগী চাওখৎ থৌবাংদা পূক্লিং লূপ্লী নুপীনি। মহাক্লা ককচিং বোযজ এম ঈ স্কুল অসি লিংখৎখিবনি হায়। স্কুল অসি য়ূম্বীমচা হায়স্কুলদা অপগ্রেদ তৌখি। এগ্রুভ তৌববা ওজা মণ্ডাগী তলবনা ওজা তবামঙা য়েন্নদুনা থবক তৌমিন্নবকই। স্কুল অসিদা এসিষ্টেন্ট টীচব ওইনা ১৯৭০-৮৯ ফাওবা তৌবম্লগা ককচিং গার্লস কোলেজদা লেকচবব ওইনা ১৯৮১-৮৪ ফাওবা থৌ পুবকই। মতুংদা ১৯৮৫-১৯৯৭ তা প্রমোসন ফংদুনা প্রিন্সিপাল ওইবম্লগা থবক্তগী পোত্থাই।

কুঞ্জো সোসিএল এক্টিভিস্ত অমনি। ককচিংগী চাওখৎ-থৌবাং কয়াদা থরায় য়াওবকই। সংস্থান কয়াগী সেক্রেটবি, প্রসিডেন্ট কয়াবক হন্না ওইবকই। বাজনীতি পাম্বা ইমুংদগী হৌবকপনিনা বাজনীতি পাম্মী। গান্ধীজমদা অচেৎপা থাজবা থম্মী। মাগী পুন্সিদি গান্ধী ঙাক্তনি হায়। *গান্ধীজীগী অচুম্বগী চাংয়েং* অমসুং *নোবেল প্রাইজ লিংখৎলম্বা* আলফ্রেড নোবেলগী পুন্সি ব্রাবী পাকবদগী মাগী পুন্সি অমসুং অইবদা (বাইটিং)দা ইনফ্লুয়েন্স তৌখি হায়। হৌগৎলকপা পুন্সিদা লাইবিক যাম্না পাবক্তে অদুবু কোন্নথংদদি বঙ্কিমচন্দ্র, টোলষ্টোই, ববীন্দ্রনাথ ঠাকুব অমদি শবৎচন্দ্রচিংবগী লাইবিক য়াম্না পাম্না

শাবকখি।

ককচিং লমদমদা কবিতাগী লাইবিক ওইনা পুথোকপা অসি কুঞ্জোগী *ইজনিংই পবেং অমত্তং কবিতাগী* হায়বা লাইবিক অসিনা ইহান হাল্লি। লাইবিক অসিদা য়াওবা 'পামজৈনে ইমা আপত্তি লৈত্রবা পোৎলূমদো' হায়বা কবিতাসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোঙবা শৈরেং লাইবিক (এম এ মণিপুরীগী টেক্সবুক) তা য়াওদুনা তল্লি। অসিদসু নত্তনা অইবগী শৈরেং কয়া সাহিত্য অকাদেমি দিল্লীগী অমদি সাহিত্য অকাদেমি কোলকটাগী খোমজিনবা লাইবিকশিংদা ফোঙখ্রে। পীস এন্দ হারমোনি (এডিটর টাইমস) তসু ফোঙখ্রে লোযননা আমেরিকাদা ওফিস ওইবা দব্লিয়ু দব্লিয়ু দব্লিয়ু দোত রেলকম টু মণিপুর দোট কোম, ঈ-মেল পুখ্রম্না সেক্সনদা মণিপুরী লাই হৱাওবা, ক্লাসিকেল মণিপুরী বাস জগোয অমদি মণিপুরদা বৈষ্ণবীজম হায়বা আর্টিকলশিংসু ফোঙখ্রে।

অইবা অসিবু শকখঙবীদুনা ন্যু দিল্লীদা ফোঙবা *হুজ হু* কয়াদা অইবগী মিং যাওখ্রে। খবদং পল্লবদা *এসিয়ান রাইতর্স হুজ হু* (১৯৮৬), *রর্ল্ডস হুজ হু ফোর রার্ল্ড পীস* (১৯৯৫), *ইন্দো য়ুরোপীয়ান হুজ হু* (১৯৯৫), *ইন্দো-অমেরিকান হুজ হু* (১৯৯৫) অসিনচিংবনি। হৌজিক ফাওবদা অইবগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি– *ইজনিংই পবেং অমত্তং কবিতাগী* (কবিতা, ১৯৭২), *বাণীগী থম্মোয কাযবা গ্লাস* (রারীমচা, ১৯৭৯), *অনৌবা যাওলগী মৈরী* (কবিতা, ১৯৭৯, ১৯৮১), *বিপ্লবকী ঈশৈ* (কবিতা, ১৯৮১), *মৈশা লাংবা* (রারীমচা, ১৯৮১), *The Goddess of Dawn* (Poetry 1981), *থোঙনাওসিগী শক্তম, ইপাম খাম্বী মৈহৌবে ইদুনিংথৌ মৈকল্লো* (শৈরেং, ২০০৩), *আমেরিকাগী পুন্সি* (ত্রেভেলোগ, ২০০৭), *যোগগী লমজিং* (স্বামী শিবানন্দ, হন্দোকপা, ২০০৬), *ছাত্রগী পুন্সি মাযপাক্লবা লম্বী* (স্বামী শিবানন্দ, হন্দোকপা, ২০০৭) অসিনচিংবনি। অদুগা অইবনা পব্লিসর ওইদুনা ফোঙবা লাইবিকশিংদি– *ককচিং* (১৯৭১), *ককচিংগী খবদং* (১৯৭৬), *ককচিং হৱাওবা* (১৯৭৬), *ককচিং খুম্থোকলোন* (১৯৭৬) অসিনচিংবনি।

কুঞ্জোগী শৈরেংশিংদা হৌজিক্কী নে তাদ্রবা সমাজ, অকনবনা অশোনববু তুহৎপা, রাজনীতি, ধর্ম্মনীতি, সমাজনীতি অমদি মতম্না পীবকপা পোৎলূম ময়ামসিনা শাফু পীবকপদগী খোয়শাওনবা শৈরেং কযাসু লাম্থোবকই। *ইপাম খাম্বী মৈহৌবে ইদুনিংথৌ মৈকল্লো* হাযবসিদা মৈ হৌবগী শৈরেং কয়াগী লক্তা মৈ কনবগী শৈরেং কয়া য়াওবি। মমালৈবাক মরমদমবু নুংশিজবা কবি অসিনা ফনা রাববসু, নুংনাংলবসু, পেন্দবা কয়ানা পীক থল্লবসু আশাদি মাঙদ্রি, মণ্ডালগী লীক্লমদা চঙশিল্লক্লিবা কবিনি। মপূমদা কবিগী মীৎযেং আদর্শবাদনি। মহাক্কী শৈরেংগী লোন্দা-পুদা, থওইনা শেম শাকদবা পূক্লিংগা নক্ল বা লোননি। হায়নিংলিবা ফোঙদোক্লিংলিবদু ইতিং তিংনা তক তকনা ফোঙদোকই। মহাক্কী

ইকোন কোনবা ফোঙবা লমকোয় ৱাবী *আমেবিকাগী পুন্সি* দা চাওখৎলবা লৈবাকসিগী অঙাংশিংদা তন্নিবা মহৈ খৃৎতম্বী অদু ঐখোযগীসিদসু পুশিন্দুনা অঙাংগী তুংগী পুন্সি শেম্বদা হেন্না মায় পাকপা লম্বী লৈববদি লৌবদা কায়দে। ফত্তবা পুন্নমক হন্দোক্লগা মচং ওইবা পোৎতি লৌগদবনি হায়বগী অকনবা মোৎ থম্মী। মসি পৃথিবী পুম্বনা তৌনবিবা থবক্লি। লাইবিক অসি অইবনা প্রোগ্রাম শেম্নগা ২০০৪গী আগষ্ট ২০দগী ওক্তোবব ২১ ফাওবা আমেবিকাদা লৈদুনা মফমদুদা থেংনবকখিবশিং অদু ইশিনবনি। খোঙচৎ অসিদা অইবনা লৈবাকসিগী মহৈবোযশিংগী লাইবিক খৃৎতম্বী (Education System) অদু কূপ্না থিজিল্লকই। অইবগী পাউদম মীৎনা উবকপা অমদি লাইবিক্কগী ফংবা নোলেজগা তোৎশিন যানশিন্নদুনা লাম্থোবকই। মশলা য়াম্না থাকপা যেঙ্খাং মথেলদি নত্তে।

অইবা অসি হৌজিক হৌজিক মচীন-মনাও সেবাশ্রম ককচিংদা ১৯৭৭তগী লৈবক্লি। স্বামী শিবানন্দ সবস্বতীনা ইং ১৯৩৬তা লিংখৎপীবম্বা ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী ব্রাঞ্চ অমা ককচিংদা ১৯৫৪দা লিংখৎখি। সোসাইটি অসি লিংখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবসি তেলেম যোগেন্দ্রজিৎনি। মণিপুবগী ওইনদি ককচিংদা লিংখৎপা অসিনা অহানবনি। হৌজিক্তি ব্রাঞ্চ নিফুনিথোই লৈবে। মণিপুবদা বোধচন্দ্র মহাবাজনা ইহান হান্না ডিভাইন লাইফ সোসাইটি অসি মক হুনবা হৌখি হায়। কুঞ্জোনা সোসাইটি অসিগী সেক্রেটবি টার্ম অনীবক ১৯৮৫ (চহী অনী অনীগী ওইনা) দগী ওইখি। স্বামী চিদানন্দ সবস্বতীনা আশ্রম অসিদা লৈবিবা ভগবান শিবগী মন্দিব অসিদা ইং ১৯৮৫দা শিব অমদি পঞ্চদেবতা পূজা অভিষেক অঙ্গীনাস তৌবিবম্মী। নুমিৎ অদুদগী ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা পূজা তৌদুনা মন্দিব অসি অধ্যাত্মিকী নৈনফম ওইবি। যোগ ট্রেনিং কয়া পীবি। আশ্রম অসিদা আশ্রমবাসি (ময়ূমগা মবী লৈনদ্রবা) তকক অতে কুনমবি (নুপী তবেৎ, নুপা ১৭) লৈবি। আশ্রম অসিদা মহৈবোয কয়াসু লাক্লুনা তোঙান তোঙানবা হীবম কয়াসু নৈনবি। স্বামী চিদানন্দনা মণিপুবদা ১৯৯৫ দা লাক্লুনা নুমিৎ মবিনি লৈবম্মী। জোনষ্টোন স্কুলদা নুমিৎ মবিনিগী ফঙ্কশনদা মহাক্লা ডিসকোর্স পীবম্মী। মহাক্লা কুঞ্জোদা God Bleseth You (ঈশ্ববনা নঙবু থৌজালবিববনি) হায়বা আশির্ব্বাদ পীবমখি। নুমিৎ অদুদগী কুঞ্জোগী পুন্সিদা অহোংবা লাক্লুনা ডিভাইন লাইফতা হেন্না পূক্লিং লূপশিনখি হায়।

হৌজিক ফাওবদা কুঞ্জোগী ইবা লোইববা লাইবিক কযামকম লৈবি। *শাইওন তবেৎ* হায়বা মহাকাব্য (ভোল্যুম তবেৎ) অমা ইবা লোইবে; *মণিপুবী অবিবা লাইনীং* (ৱাবেং), *শৈবেং অচোইবা* (ভোল্যুম কুপ্লাতবেৎ), ৱাবেং অমদি ঈশৈনচিংবা (ফোঙদ্রিবা) কয়া লৈবি। হন্দোকপদসু *নাবদ ভক্তি সুত্র* (শিবানন্দ), *পুন্সি মায়পাক্লবা অমসুং ঈশ্বব ফংনবা লম্বী* (শিবানন্দ) অসিনচিংবা। ইবা লোইববা লাইবিকশিং অসি ফোঙগে হায়বগী আশা

তৌবি।

সোসিয়েল এক্টিভিষ্ট ওইনা হৌবকপা কুঞ্জো. ককচিংগী সাহিত্যগী সংস্থান কয়া লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং য়াবকই। রাইতর্স এসোসিয়েসন ককচিংগী (১৯৭২) ফাওণ্ডব প্রসিডেন্ট, লিটবেবী এণ্ড কলচবেল সোসাইটি (১৯৭৫), সঙ্গীত বিদ্যালয়, দিব্য জীবন সেবা সঙ্ঘ অসিনচিংবগী ফাওণ্ডব সেক্রেটবি অমসুং ফাওণ্ডব মেম্বব ওইবকই। বাইটর্স এসোসিয়েসনগী জর্নেল *মণ্ডাল* (হৌজিক্লা *নতিক নণ্ডাল*)গী এডিটবসু ওইবকই। অইবা অসিনা তৌবিবা থৌদাং ময়াম অসিবু শকখণ্ডবা ওইনা পীবিবকখিবা অৱার্ডশিংদি- - ভাবত এক্সেলেন্স (১৯৭৭), ভাবত গৌবব (১৯৯৮), বিজযশ্রী (১৯৯৭), গ্লোবী ওভ ইণ্ডিযা (১৯৭৭), প্রাইদ ওব ইন্দিয়া (১৯৯৮), দ ওনার্দ বাইজিং পর্সোনেলিটি ওব ইন্দিয়া (১৯৯৯); মেন ওব এচীভমেন্ট (১৯৯৯) অমদি ইন্দিয়া গোল্ড ষ্টাব অসিনি।

অইবা অসি হৌজিক ফাওবা ইবগী থৌনা হন্দ্রি। মহাক্কী ফ্যুচব লাইফতা মণিপুবসে শান্তি লৈবা নহাবোল ময়াম অমা পুথোক্কে হায়বগী অচেৎপা থাজবা থন্নি। ঙসিগী মহৈবোয়শিং হয়েংগী জাতিগী যূম্বীনি। যূম্বীশিং অসি ফহন্নবা হোৎনবদা অইবগী অকৃপ্পা মীৎয়েং চিংশিল্লি। মহৈবোয়শিংদা পীক্লিঙৈদগী সেল্ফ কন্‌ফিদেন্স লৈননবা, গ্লোবেল কম্পিটিসন তৌনবা অমদি য়ুনিটি ওভ প্লেস খঙনা থবক তৌননবগী পাউতাক কয়া স্কুল স্কুলদা স্পীচ পীবি। মতম মাঙনা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা অঙম্বা থৌদাং লৌবি। অইবা অসিগী পামজবা হৈনবী ভজন শকপা, লাইবিক ইবা, লাইবিক তাকপা অমদি শান্তিগা মবী লৈনবা থবক পাঙথোকপদা খূমাঙ চাওশিল্লি। হোৎনবা কনবা অইবা অসিদগী তুংগী আশা কয়া থন্নি।





## অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা খ্ৰী কুম ১৯৩৮গী জানুৱারী ৫দা খোংমন মংজিলদা পোকই। অপোকপগী মিং অঙৌবী শর্ম্মা অমসুং অপোকপীগীনা শংলাকপম নিঙোল অরিবম ওংবী চিন্তা কৌই। অপোকপা নট সংকীর্ত্তনগী লম্‌দা মশক নাইবা নুপানি। মহাক্না ঈশৈগী লম্‌দা চঙশিল্লিবা থৌদাং মযাম্বু শকখঙবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা সঙ্গীত বত্ন উপাধি পীদুনা ইকাইখুম্নখ্রবা কলাকারনি।

চিত্রেশ্বরগী মচীন-মনাও মথন্তনি অদুবু মমা তিন্নদবা মচীন-মনাওদি মথক্তা মযাম্না অমা অদুগা মখাদা মনাও অমা লৈ। অপোকপা 'অঙৌবী শর্ম্মাগী অহানবা নুপী ঙস্তানা লৈখিদ্রবা মতুংদা গুকময়ুম মোতি অনীশুবী নুপী ওইন' লৌই। মৌ ওইনা লৌই হায়দুনা মনেম্না মখুৎ চাখিদবদগী মপামদা মচা পুদুনা চৎখি। মসিগী মতুংদা শংলকাপম চিন্তা অহুমশুবা নুপী ওইনা লৌদুনা চিত্রেশ্বর পোকই। অদুবু লাইবক থীবদি চিত্রেশ্বরনা য়াম্না অঙাং ওইবিঙৈ শূপ্নগী মঙাশুবা তম্বদা ঙায়দিঙৈদা অপোকপী মমাগা কায়নখি। মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্না লাইগী সেবা, চাকথোং ফৌশু তৌদুনা লেল্লকই। লাইবিক তম্বদা নীংবা থুংলক্তে। অহানবা, অনীশুবা যুমদা ওইনা তম্লকই। মবিশুবা ক্লাসতগীদি শীংজমৈ থোকচোম লৈকাযদা লৈবা পেট্রিগ্রু সাহেবনা লিংখৎলম্বা পেট্রিগ্রু স্কুলদা তম্বা হৌবকই। মঙাশুবা ক্লাস অসি ষ্টেট লেভেলগী ওইনা কম্পিটিশন তৌই। মদুদা সেভেন্থ পোজিসন তাবকই। অদুবু লাইবিক তম্বগী ৱাখলসি ইমুংনা পূক্লিং চঙবা ৱাৎলকপা অমদি তৌবিনিংঙাই লৈত্রবনিনা থবক্না হেন্না মক ওইবকপদগী লাইবিক্তা অসুম অসুম শোত্থবকই। বামলাল পালদা ক্লাস সেভেন তমদুনা আইট পাস তৌববা মতুং তোম্বীসনাদা নাইন তম্লম্মী। নাইন পাস তৌববা মতুংদা টেনদি থাখিদ্রে। ইমা ঙন্না লৈখিদবনা মেটবনেল লভ ফংলক্তে। অবোক্তগী ফংবা নুংশিবা অদুনা ইমাগী মহুৎ লোইনা শিনবা ঙমদে হায়।

ইমুংগী চাকথোং ফৌশু, লাইগী সেবা, শন শেন্নবা থবক পুম্নমক চিত্রেশ্বরগী মথক্তা লোইনা তাবকপা অসিদগী মপাবুংনা মবিশুবী মমাতোন শামুবাইলাংফম মনি পুশিল্লকুনা লুহোংই। মচানুপা অমা পোকই। মপাইবুংঙোগী মীৎ উবক্তবদগী নট সংকীর্তনগী ঈশৈ হনবা কাবমদাইদা তোকখি। ইমুংগী ফীভমসু নোংম-নোংমগী শোকচিল্লকখি।

চিত্রেশ্বর অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা লাইয়েকপা য়াম্না পাল্লকই। মদুমক্তা আর কে সি এসতা লাইয়েকপা তল্লকই। চহী অমবোম তল্লবা মতুংদা পাউনা বাজাবদা লৈবা আর কে ষ্টুদিও (আর কে সি এসকী দুকান) দা য়াওবম্মী। মদুদা মকওইনা তৌবিবা থবকসি সাইন বোর্দ য়েকপা, পোষ্টর, লাইশাবা অমদি য়েকপগী থবক্লি। পৈশা খবা খবা ফংই। ইমুং মনুংগী ফীভম ফত্তবদগী পৈশা তান্দবা য়াদবগী ফীভমদা লৈবকই। আর কে সি এসতগী থোবক্লগা পাউনা বাজাবদা আর্ট ষ্টুদিও অমা আর কে সি এসকী মনাওনুপা সনাতোম্বগা তৌমিন্নবকই। লাইয়েকপা অমসুং শাবগী থবক্লি। ওর্দর য়াম্না ফংলকই। মতমদুদা সবকাবগী লাইয়েকপগী থবক কৌবকপদা পৈশা পীজনিংঙাই লৈতবদগী মঙোন্দগী হুম্বা (লাইয়েকপা ইহৈ হৈতবা) মী খনখি হায়। অদুবু সবকাবগী থবক অমত্তদি তৌগে হায়দুনা পুক্লিংদা চপ য়ুংনা খল্লি হায়।

চিত্রেশ্বর ওল্লিঙৈ মতমদা লাইবিক ইনিংবগী ঈথিল থোইনা লৈবক্তে। মশাগী শর্ম্মা ষ্টুদিও হাংলকপা মতম (১৯৬০) অসিদদি ফোটো য়েকপা অমসুং লাই শাবগী থবক্কী মরী লৈননা অইবা কয়াগী ওর্দর লাকপদগী অইবশিংগা শকখঙ-মায়খঙনবা হৌখি। মখোয়গা তিন্ন-তোংনকবদগী লাইবিক ইনিংবগী ঈথিল ফাওবকখি। ইনিংবগী ৱাখলদা হেন্না ইনোং হাপ্পকখিবনা মরূপ-মপাং, ইচল-ইচেনচিংগী নুংশি চিঠি ইবিয়ু হায়বকপদগী মশীং খঙদনা ইরুবদগীনি। ইনখংলকপগী পুন্সিদদি মী খুদিংমক শৈবেংগী ঈথিল ফাওবকই। লাইবিক ওইনা ফোঙদোক্তবসু শৈবেং কয়া ইবকই। অইবশিংগা নকশিন্না তিন্নরুবদগীদি সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা খুৎশম্নবা হৌবকখি। ডা কমলগী *মাধবী* পাকবদা অনৌবা ৱাখল কয়া পোক্লকখি হায়। নেচবেল লাইফতা মসিবু ওইথোকপা য়াব্রনে? মাধবীনা স্বার্থত্যাগ তৌবগী অৱাংবা ৱাখল্লোনগী কেরেক্টর শাগৎলম্মীবা অসি ওইথোকপা য়াবা পোংতা শাগৎলগা কথোকপগী থাদোকপগী মওংদা শেল্লগা নোভেল অমা পুথোক্কে হায়না খনখি। অদুনা অইবনা হায় *লৈপাক্লে* ইনিংবগী ঈথিল অসি *মাধবী* না মরু হুল্লগা পোকখায়বকখিবনি। উবিবৈ, মাধবী, বীবেনগী কেবেক্টব অসি মায়পাকপী, অঙৌসনা অমসুং জ্ঞানেশ্বরদা পানশিন্দুনা শাগৎপনি। অঙৌসনানা মাগী মরূপ মায়পাকপীগীদমক মাগী নুংশিববু কংথোকখি। *মাধবী* দা উবিবৈগীদমক মাধবীনা সেক্রিফাইস তৌই। *মাধবী* দদি মাধবীনা মাগী নুংশিবদু মচীন লেঙদ্রবসু চিত্রেশ্বরগী 'লৈপাক্লে' (মায়পাকপী) দি মচীন লেঙই। মাগী নুংশিবদু জ্ঞানেশ্বরদা থয়াইননা ফোঙদোকই। অইবগী অহানবা ফোঙবা

লাইবিক অসিনা অইবা অসি মগুণ নৈবা সাহিত্যকাব অমা ওইগনি হায়না শক্তাকই। মসিগী মতুংদা অইবগী কলমদগী ৱাবীমচা কয়াসু খুৎ থাবকই। লাইয়েকপগী লম্‌দা শেন্দাল লম্বী ওইনা চঙশিল্লকখিবা অইবা অসিনা মীপূম খুদিংমক লাই য়েকপা খবতা ওইববসু হৈগদবনি, হৌজিক্কী মতমদদি খুৎ-শা হৈবা হায়বসি মীপূম খুদিংমক্লা তঙায়ফদনা ওইদবা য়াদ্রবনি খন্দুনা হৌগৎলক্লিবা নহাবোলশিংগীদমক *লাইয়েক পথাপ* ইদুনা ফোঙই।

চিত্রেশ্বরনা ইবিবা ফিক্সনশিং অসি মাগী পুন্সিদা থেংনখিবা এক্সপেবিয়েন্স কযাদা ফ্রেভব হাপ্লগা ইখিবা ঙাক্তনি হায়। পুন্সিসে তম্বা ঙমদে। য়াম্না ৱানা হৌবকপা অদুনা *থবোশংবী* দা থবোশংবীগী কেবেক্টবদা মাগী পুন্সিগী অৱাবা তাক্কক কয়াসু চঙখি হায়। লাইবিক অসিদা অইবনা মৈতৈ নুপীগী তোঙান তোঙানবা কেবেক্টবশিং উৎতুনা নৈনৈ। সহবগী পুন্সিগা চন্নবা খুঙ্গংগী পুন্সি মবেলগা অনীগী খেন্নবা অপাবগী মীৎতা তবং তবং উহল্লি। প্রকৃতিগী শক্তম যেকপদা চঙখোল্লি। খুৎইদি ৱেল-মেদ নোভেলগী পবীংদনি। লোল চম্না ফজে। থবোশংবীনা পুন্সিদা স্বগল কয়া তৌবগা অবোইবদা মায় পাক্লকই। অৱাবগী তুংদা নুংঙাইবা লৈ হাযবদুদা পাদম লাকই। লাইবিক অসিদা ভাবত সবকাবগী লেমজনিংঙাই ওইববা সাহিত্য একাদেমি এৱার্দ-২০০২ ফংই। অসিদসু নত্তনা অইবা অসিগী ৱাবীমচা *লুপথস্তবা হিনাউ* দা ষ্টেট কলা একাদেমি এৱার্দ-১৯৮৯ ফংই। অইবা অসিনা ৱাবীমচা, নোভেল ইবতা নত্তনা ৱাবী লীবা তম্ফাজাউগী বাইওগ্রাফিসু ই। তম্ফাজাউ অইবগী মমা পোকপা মধৌনি। বাইওগ্রাফি অসি ইবগী মতাংদা অইবনা হায়, "ঐ ইধৌগী ৱাবীদা অঙকপা কযা পোকখিবদগী ইনিংবা ফাওখি। মাম্মা অতোনবদগী ৱাবী তাবগা ইখিবনি। মতমদুদা ৱাবী লীবশিংগী বাইওগ্রাফি অমত্তা লৈতবদগী লাইবিকসি ইখিবনি।" লাইবিক অসিদা মণিপুব ষ্টেট গভর্নমেন্ট এৱার্দ ফোব নীও-লিটবেসি ফংখি।

লাইয়েকপা অমসুং লাইশাবদা থৱায় য়াওবা চিত্রেশ্বরনা শ্রীবাজকুমাব চন্দ্রজিৎ সিংহ (আব কে সি এস) কী চিত্রলাযাদা মিং চন্দুনা ওজাসিগী খুৎ চাবা ছাত্র ওইবকখিবগা লোযননা চিত্রলায়াগী থবক চহী তকক পুখি। দোল্‌স এন্দ টোই মেকিংগী ট্রেনিংসু মধ্য প্রদেশকী ইন্দোবদা ১৯৬৩দা চৎখি। ট্রেনিং অসিদা প্লষ্টব অমসুং খুৎশেমগী লৈবাক্লা শাবা মূর্ত্তি অমসুং শান্নপোৎকী খুৎশা কয়াসু তম্লকখি।

*তেবাকোট্রা আর্ট এন্দ গ্লেজ পোষ্টবগী ট্রেনিংসু বেঙ্গলোবদা ইং ১৯৮২দা চৎলি।* মহাক্লা বিলীফ টাইপতা (ৱাল লিভিং টাইপ) শাবা লাই 'নুপীলাল'দা ষ্টেট মাষ্টব ক্রাফ্‌টসমেন এৱার্দ-১৯৯২ ফংই।

চিত্রেশ্বরগী ইমুং অহল-লমন হাক্তক্তগী নট সংকীর্ত্তনগী লম্‌দা থৱায় য়াওবকপা ইমুং ওইবকই। মপাইবুংঙোনা অহল ওইশিল্লকপা অমদি মমীৎ উবক্তবদগী মচানুপা

চিত্রেশ্নবদা সংকীর্তনগী মবমদা ইবা খৃৎই লাইবিক কয়া শিন্নবম্বগা লোয়ননা ৱাবী ৱাখোঙ কযাসু লীবিবশ্মী। ইংবেজি শিক্ষা পামদবা মপাইবুংঙোগী লমজীং মখাদা সংস্কৃত অমসুং হিন্দী তম্লকই। হিন্দীদি প্রবোধ ফাওবা তম্লম্লগা তোকখি অদুগা সংস্কৃতসু মপুং ফানা তমখিদ্রে। অমসু অমসু মপুং ফাখিদ্রবসু সংস্কৃত অমসুং হিন্দী খবদা ওইববসু তম্লকখিবা অদুনা নট সংকীর্তনগী মবমদা নৈনবকপদা উপায যাম্না ওইখি। মোইবাংথেম চন্দ্রসিং, পণ্ডিত অচৌবদা মৈতৈ ময়েকসু তম্লকই। মযেক চৎলকপদা *হুইযেন লানপাউ*দা য়াওবা মৈতৈ ময়েক্কী শকক খবদু নুংতিগী পাবদগী তপ্না তপ্না হৈবকখি হায়। ওজা নাইনা তম্লকখিবসিনা পুযা পাবদা য়াম্না কান্নবা ফংখি। অবিবা লোন্দগী অনৌবা লোলদা ইথোকপদা মতেং ওইখি। *কলচবেল ফোবম্না ফোঙবা ঋতু চেফোঙদা* নট সংকীর্তনগী মবমদা ইবা আর্টিকল অমা পীকবদা হাপ্লকখি। মদুনা অইবদা যাম্না নুংঙাইবা অমদি মখা ইনিংবগী ইনোৎ অমা পীখি। তঙাইফদনা ইদবা য়াদবা মতাং কয়া লাকপদগী বিসর্চ ৱার্কতা মায ওনশিন্দুনা *সংকীর্তন বিচাব* অহানবা অমসুং অনীশুবা শকক ইদুনা ফোঙখি। লাইবিক অসিদা সংকীর্তনগী নুংগী ৱাবোল, অথবা ভাব, তত্ত্ব কথা নৈনবি অমসুং মসিনা লমজীং পীদুনা হীবম অসিদা নৌনা চঙশিল্লকপা সঙ্গীত ভক্তশিংগী থোইদোক্লা কান্নববা অমসু ওইবি। *কবম্না মতমদগী সংকীর্তন মণিপুবদা মব্ধ হুনবা হৌখিবা*, নট সংকীর্তনগী মশক মণ্ডপ, সংকীর্তনগী মূর্তি শাগৎপা, বাগ, ফিজেৎ-লৈতেং অমদি সংকীর্তন অমা লিংখৎপদা যাওবিবা মচাক মযাম যাম্না কূপ্না মচা খাযনা যাওবি। চুডাচান্দ মহাবাজগী মতম অসিনা মণিপুবদা নট সংকীর্তনগী খ্বাইদগী নীংথিবা পূম্নমক থোকখিবা সনাগী যুগনি হায। অইবা অসিনা মোইবাংথেম নবেন্দ্রগা কো সম্পাদক ওইদুনা মৈদিংঙু চবাইবোংবা (খৃ ১৬৯৭-১৭০৯) মতমদা ইবম্ননি হাযনবা *লৈবোল তেঙথা* বু অবিবা লোলদগী অনৌবা লোন্দা হন্দোক্কুনা ফোঙই। লাইবিক অসি সাহিত্যগা মবী লৈনবা খ্বাইদগী ফজবা লাইবিকশিংগী মনুংদা অমনি হায। লৈবোল হাযবগা লৈতবু খণ্ডনবা নত্তে। লৈগী পুন্সিগা মীওইবা পুন্সিগা চাংদম্নদুনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী শক্লোন কয়া মবীক চূম্না লৈবোল তেংথাদা উৎলি। মীওইবগী ইনখৎলকপা পুন্সিগা লৈনা লৈশাৎ তম্লকপগা চাংদম্নে, লৈবাংনা লৈমন চল্লকপগা মীওইবগী পুন্সি লোইশিল্লকপগা খেন্নবা লৈতবদু উৎলি।

অইবা অসি ৱাবীমচা, নোভেল ইবতা নত্তনা দ্রামা অমদি দোক্যুমেন্টবি ফিল্মনচিংবসু ই। *দোলাই তোংবীগীসু ৱাইকূপ পুবীগীসু* (এক্সপেবিমেন্টেল প্লে) শান্নখ্রবা দ্রামাশিংগী মনুংদা অমনি। *গোবিন্দ নিকপোন* দোক্যুমেন্টবি ফিল্ম ওইনা ইদুনা নোংইন প্রোদক্সননা দূবদর্শন কেন্দ্র ইম্ফালদা শন্দোকখ্রে। ভাগ্যচন্দ্রগী দোক্যুমেন্টবি ফিল্ম অমসু ইদুনা মণিপুব ফিল্ম দিভেলপমেন্ট কোর্পোবেসন, ইম্ফালনা পুথোকখ্রে। অইবা অসি ইং ১৯৬৮ দগী ১৯৯১ ফাওবা ক্রীযেটিব বাইটব ওইনা লৈবম্লগা মখা তাবকপদি কলচব অমসুং বিসার্চ

রার্কতা ওইনা মায় ওনশিল্লক্লি। কলচবগা মবী লৈনবা, থৌবম কযাদা সেমিনাব পেপব কয়াসু পুথোকপগা লোযননা লাইবিক কয়াসু ফোঙখ্রে। হৌজিক ফাওবদা অইবগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি : ১ *লৈপাক্লে* (নোভেল, ১৯৫৮), ২. *ঙসিদি লাক্লে* (রাবীমচা, ১৯৭০) ৩ *ভাবাদা* (রাবীমচা, ১৯৭২), ৪ *মীচেল* (নোভেল, ১৯৭২), ৫ *লাইয়েক পথাপ* (আর্ট, ১৯৭২), ৬ *সনা কৈথেল* (নোভেল, ১৯৭৭), ৭ *লূপথম্ববা হিনাউ* (রাবীমচা, ১৯৮৭), ৮ *সংকীর্তন বিচাব* (রাবেং, ১৯৮৮), ৯ *মণিপুবী রাবী লীবগী ইতিহাসতা তম্ফাজাও* (বাইওগ্রাফি, ১৯৯১), ১০ *থবোশংবী* (নোভেল, ১৯৯১), ১১ *মৈতৈ বামোন হৌবকফম* (হিষ্টবি, ১৯৯৫, এন ইবোচৌবা, চিত্রেশ্বব শর্মা অমসুং বি কুলচন্দ্র শর্মা পূল্লগা ইবা), ১২ *লৈবোল তেংথা* (আর্কাইক লিটবেচব, ১৯৯৬, কো সম্পাদক), ১৩ *মৈদিংগু নোংদা লাইবেল পাখঙবনা মমা-মপা থিবা* (হিষ্টবি, ১৯৯৬), ১৪ *মণিপুবী নট সংকীর্তন বিচাব* (অহানবা শরুক, অনীশুবা শরুক), ১৫ *শ্রী শ্রী গোবীন্দ নিরুপন অমসুং বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র* (হিষ্টবি, ২০০২), ১৬ মণিপুবী নট সংকীর্তন, ১৭ *মৈতৈ নট সংকীর্তন নৈনবা* (ইংলিশ অমসুং মণিপুবী), ১৮ *মৈতৈগী হোংনেম্বা অমসুং উক্রোং হোংবা* (২০০৩) অসিনচিংবা। অইবগী ইবা লোইববা ফোঙগে খনবা লাইবিক খবসু লৈবি। ১ 'মশিনলোন' (রাবেং), ২ 'উমংলোন' (রাবেং), ৩ 'পেলোন তেংথা' (রাবেং), ৪ 'মীযাৎ' অমদি অতৈ ইবা লোইশিন্দ্রিবা কয়ানি। পেলোন তেংথাগী খূৎইদি ঈশৈ ওইনা শকপা য়াই।

ইং ১৯৬৭তা অইবা অসি ব্রহ্মচাবিমযুম বাধামনি দেবীগা লুহোংদুনা যুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদাই। মচানুপা অনী, মচানুপী মবি পোকই। লুহোংলবা মতুং ইং ১৯৬৯দা ইন্দষ্ট্রি দিপার্টমেন্টতা আর্টিসিযন ওইনা থবক চঙই। ইং ১৯৭৮ দা ইন্সট্রক্টব ওইনা প্রমোসন ফংই, ১৯৯৪দগী সুপবভাইজব ওইনা প্রমোসন কায, ২০০০দা পেন্সন ফংই। অইবা অসি হৌজিক হৌজিক মান্দব মপূ ওইবা চৎলি। মণিপুবদতা নত্তনা অসাম, ত্রিপুবানচিংবা কযাদসু মান্দব মপূ ওইনা চৎলুবে। মশানা পামজনা চঙশিল্লুবা শিনফমদি নত্তে, অওনবা মযাম অমদা যাওবকপনি হায। মান্দব মপূ ওইবগী মকওইবা দাযিত্ব পূম্নমক অসি হৌজিক্তি অবাংফমদা শিন্নবগা তেনশিন্নবে। ঈশৈ হৌবমদাইদা মান্দব মপূনা জযধ্বনি লাউগদবনি অদুবু চৎনগদবা নিযম অমত্তা ইন্নদ্রে। মসিদা অইবনা নুংনাংবা ফোঙদোকই।

চিত্রেশ্বব সাহিত্যগী সংস্থান কযাগা খূৎশম্নবকই। আর্ট সোসাইটি মণিপুবগী ফাওন্দব মেম্বব, মণিপুব কলা কেন্দ্র ইম্ফালগী সেক্রেটবি, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী এক্সিক্যুটিভ মেম্বব, নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী প্রসিদেন্ট, মণিপুব সাহিত্য সভা, ইম্ফালগী মেম্বব, *খোঙথাং* অমসুং *রাখল*গী এদিটব, মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমিগী মেম্বব অমসুং

বাইটর্স ফোবম ইম্ফালগী ফাওন্দব মেম্বব ওইবকই। হৌজিক হৌজিক মণিপুব য়ুনিভর্সিটিগী এক্সটর্নেল একজামিনব, আর্ট এন্দ কলচব, গভর্নমেন্ট ওফ মণিপুবগী কন্সলটেন্ট; গোবিন্দজী টেম্পল বোর্দ ইম্ফালগী কন্সলটেন্ট, জে এন মণিপুব দান্স একাদেমিগী কন্সলটেন্ট, গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমি, ইম্ফালগী এদভাইজব অমসুং গুরু, তৌজাত্রিক মণিপুব কলা বিকাশ কেন্দ্র নট কোলেজগী কন্সলটেন্ট ওইবি।

অইবা অসি অহল ওইশিল্লক্লবসু ইবগী থবক লেপত্রি। কলচবগী লম্দা নৈন-ন্নাবেং কয়া ইবি। অইবা কয়া ফোঙগে হায়বগী আশা তৌবি। আশা হায়বসি মীওইবনা হেক লৈবিমখৈ শাগোন্নবক্লবা অমনি। মসিবু য়াওদ্রবদি, মঙবু মঙদ্রবদি অশিবগা পাংখক্লি। অদুনা অইবনা হায়, মীওইবনা মীওইবদা পীগদবা পাউজেলদি তোঙান্দ্রববা খল্লি। মজাতিগী, মবমদমগী মবমদা খঙনা চৎপা, থম্মোয় শেংনা অচুম্বা পাউজেল পীবা ঙম্বা, তুংগী মীবোলদা কান্নবা পীবা ঙম্বা অইবদি ওইহন্নীংই।"





# য়েংখোম বিহারী

অশাওবদগী হেন্না চাউবা যেক্লবা লৈতে, অফবা মিংচৎতগী হেন্না চাউবা লন-থুম লৈতে, নুংশিবদগী হেন্না চাউবা ধর্ম্ম লৈতে হাযবা জ্ঞানীশিংনা হাযবম্বা ৱাবোলসিদা পূক্নীং লূপ্না থাজবকপা য়েংখোম বিহারী মণিপুরী সাহিত্যগী লবুক্তা বহস্যবাদকী শৈবেং ইবা অমা ওইনা ফিদা ফংলবা অইবনি। মহাক খৃ কুম ১৯৩৯দা থৌবাল জিলাগী মনুং চনবা ককচিং খুলেন মখা লৈকাযদা পোকই। অপোকপা য়েংখোম ভৈবজিৎ মণিপুবগী মশক নাইবা লাইবিক হাযবনি, পণ্ডিতনি। মমাইবেম্মা কৈন্যা দেবী যাম্না হোৎনবা কনবী নুপীনি। মচা মাপল পোকই। নুপা মবি, নুপী মঙাগী মনুংদা বিহারীনা তবেৎশুবনি। মহাক গৌবীয বৈষ্ণব ধর্ম্ম, কলা অমদি সংস্কৃতিদা মতম শাংনা থাজবকপা ইম্নংদা চাউবকই। মপা পোকপা মবুধৌ পঞ্জাওবোকপা ঈশৈ শকপনি। মখুডা যাইমসু ঈশৈ তৌর্বনি। মখুডাতোন কন্দ্র লাইবিক থীবা অমসুং হাযবনি। মযাম্বা বিজযসু ঈশৈ শকপনি। অয়াম্বা মীবোল অনী/অহুমলোমদি সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিদা ঈচেল তত্তনা চেম্বকখিবা ইমুংনি। মপাইবুংঙো ভৈবজিৎনা লাইবিক হাযবা চৎপা খুদিংগী মচে ইবেম্মা লক্ষ্মনাবু পুদুনা লাইবিক থীবী ওইহল্লকই। মণিপুবদা নুপীনা লাইবিক থীবী ওইবদি লক্ষ্মনানা ইহান হানবনি হায।

বিহারী অঙাং ওইবিঙৈ লাইবিক তম্লকপদা স্কুলিং নাইনা তম্লক্তে। স্কুলদা লাইবিক তম্বদি (অংগ্রেজি শিক্ষা) মাংই হাযদুনা মপাইবুংঙোনা তমহন্দে। খোঙগ্রাও শেৎহন্দে, খোঙউপ তোংহন্দে। অঙাং ওইবিঙৈ চহী মঙা শুবকপদগী তবাতবেৎ ফাওবদি মপাইবুংঙোগী লমজীং মখাদা অহানবা শিক্ষাগুরু ওইদুনা বেঙ্গলি, সংস্কৃত তম্লকই। মতমদুদা বেঙ্গলি, সংস্কৃত তম্ববু ভাষা তম্বা হাযনা খঙনৈ। ভাষা তম্ববু সনাবৈ চাবা তম্বা হায়না পাউথোক্লে, নোক্লে। মাগুবতা লাইবিক তাবা অহল-লমনশিংগী সেবা ফিঙাং

শেত্তুনা তৌবকপদুদ্গী নাম্ভোকপা পান্নকই। মপাইবুংঙোনা লাইবিক হায়বা, থীবা নৎত্রগা ঈশৈ তৌবা ওইহনগে হায়বা ৱাখলদু মচানদি পামজদবনিনা লম্বী তোঙানবা তাবকই। অদুনা বিহারীনা স্কুলগী শিক্ষা, হিন্দী, ইংরেজি তম্লিংবা ফাওখি। শোল্লি মাল্লি মবনাই হোৎনজদুনা তম্লকই। মপাইবুংঙোনা অবাপ অবাপ্পা খুঙ্গংশিংদগী ছাত্র কয়া লাক্তুনা বেঙ্গলি সংস্কৃত তম্বীবস্মী। মখোয়শিংদুগী মবক্তা বিহারীসু যাওদুনা বেঙ্গলি, সংস্কৃত তম্বতা নত্তনা বৈষ্ণব সাহিত্যগী নুংগী তত্ত্ব কয়াসু তম্লকখি। মসিমক্লা বিহারীনা শৈবেং ইবকপদা বৈষ্ণব সাহিত্যগী মমি তাবকখি।

বিহারীনা স্কুলগী শিক্ষা তম্লিংবগী ইহুলদুনা হিন্দী তমদুনা ইং ১৯৬২দা ৱার্ধাগী রাষ্ট্রভাষা বত্র পাস তৌখি। জেনেরেল লাইন তমদুনা ইং ১৯৬৫দা ককচিং হায়স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌই। মখা থৌবাল কলেজদা পি যু আর্টস তমদুনা ইং ১৯৬৭ তা পাস তৌববা মতুং ইম্ফাল কলেজদা বি এ তমখৈ। বি এ লোইশিন্দিঙৈদা বিহারী হিন্দীগী ওজা ওইনা তৌপোকপি জুনিয়ার হায়স্কুলদা চঙই। ওজা ওইনা ওইনা বি এ থাদোক্তুনা ইং ১৯৭১ দা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালযগী মখাদা পাস তৌই। চহী কুল্লামরিবোম হিন্দীগী ওজা ওইববা মতুং ইং ২০০৩ ফেব্রুৱারীদা গ্রেজুযেট টীচর ওইনা থবক্তগী পোথাখি।

ইং ১৯৬৫ দা বিহারী ক্ষেত্রিমযুম তোলহলগী মচানুপী প্রমোশখিগা লুহোংদুনা যুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদাই। মচানুপা অনী, নুপী অনী পোকই। বিহারীনা লাইবিক ইনিংবগী ঈথিল অমসুং ইবা হৌবকপসি মশাগী চহী ২৫ বোম শুবকপা (ইং ১৯৬৫) অদুৱাইদগী ইবা হৌবকই হায়। মতম অসিৱাইদা সাহিত্যগী সংস্থান "সাহিত্য সেবা সমিতি" ককচিং লিংখৎনবা হোৎনবদা য়াম্না কন্না চেন চোংলকই। ওর্গনাইজেসন অসি ইং ১৯৬৭ কী জানুৱারী তাং ১৫দা লিংখৎখিবনি। মসিগী ফাওন্দব সেক্রেটরি ওইদুনা সাহিত্যগী থবক তৌবা হৌবকখি। থংন থংননা টার্ম তকক্লক চহী তরানিথোই সেক্রেটরি ওইবকই লোযননা সাহিত্যগী চেফোঙ *চুমথাঙ* গীসু সম্পাদক ওইবকই। অইবগী শৈবেং কয়া লাইবিক ওইনা ফোঙদোক্লিঙৈগী মমাঙদা জবনেলদা শৈবেং খবা ফোঙবা হৌখি। ইখিবা শৈবেং কয়াসু ফোঙদনা থমখি। কোন্নথংদা হুন্দোকপা যাবা হুন্দোক্লগা খনগৎপা য়াবা খনগৎলগা ইখিবা মতমদুদগী য়াম্না কান্ননা ইং ১৯৭৯দা অহানবা শৈবেংগী লাইবিক *অনৌবা পৃথিবী অনৌবা আকাশ* ফোঙখি। হৌজিক ফাওবগী ওইনদি অইবগী শৈবেং তকক ফোঙলে। ঙমখৈ *অমা ৱাংমা লিশিং* (১৯৮৩), অহুমশুবা, *অথুম্বা লমদম অথুম্বা চৈনা* (১৯৯২), *হি অসি ঐগী* (১৯৯৭), *লাক্লে জগৎ অপূম্বা ইনাক্তা* (২০০১), *অচিকপগী খোম্থাং* (২০০৬)। অইবগী শৈবেংশিং অসি মাম্নবা পরীং অমদা লেপ্তুনা চঙশিল্লক্লি। মশক, মচু মহাওগী খেন্ন-খেন্নবা শক্তম লৌবদুনা।

বিহারীগী শৈবেংশিং অসিদা যথার্থবাদ অমসুং আদর্শবাদকী শৈবেংশিং খবা

য়াওববসু বহস্যবাদলোমদা হেন্না মীৎয়েং চিংশিল্লি। মমাঙদা ফোঙখিবা শৈবেং লাইবিক অহুমদুদদি পুন্সিগী মীৎযেং অসি ইখল খল্লুদনা ইয়াং যাংনা চৎলবসু *হি অসি ঐগী* হায়বা শৈবেং লাইবিক অসিদা দর্শনগী মীৎয়েং য়াম্না মনুং হুনজিল্লকই। অধ্যাত্মিক্কী ঈশুল ফাওনা মাগী অহানবা শৈবেং ইবকই। মাগী শৈবেংশিংগী ব্রাহ্মেশিং অসি থম্মোয়দগী থোবকপা ঙাক্তনি। মীগী লোল অমসুং ষ্টাইল পৃদে। টেক্নিক অমদি ক্রাফ্‌টমেনশিপতা থোইনা চেকশিন্দে। পূক্লিংদা ফাওবকপদু হেক্তা ই। মপাম্হোংগী শক্তমদা মীৎয়েং থম্বগী মহুৎতা নুংদা ওইনা মীৎয়েং চিংশিল্লি। মসিগী ব্রাখল্লোন অসি মহাক্না গুল্লিঙৈদগী ভাবতকী দর্শন শাস্ত্র, বেদ উপনিষদ অমদি গীতাবু থাজবা মীশক অমা ওইনা হৌবকপনা মাগী শৈবেংশিংদা পুন্সিগী মশক থিবকপদা মখোযনা ঈথিল পী।

অইবনা হায, শৈবেং ইবা মতমদা বুদ্ধিদগী থম্মোযনা হেন্না লূপশিল্লগা ই। অহানবগী শৈবেংশিংদনা ইনটেলেক্ট খবা য়াওবমগনি, মযায়গী শৈবেংদনা থোট অদুগা অকোনবগী শৈবেংশিংদনা থম্মোয (soul) গী শকক্লা হেল্লি। অইবনা পুন্সি লম্বীবু লাযনা লৌদে। হৌজিক্কী সমাজগী থোক্লিবা থৌদোক ব্রাথোক, ফূন-চৈনবা, মীশি-মীনা মযামসিদি ঙসি ঙবাংদগী নত্তে, মতম কযাদগী লিশাং শীৎনা লাকপনি। থম্মোযদা নুংশিবা হেনগৎহল্লগদি নুংশিবা পীবগদি য়েংথীবা মাঙখিনি, ফত্তবা মযাম, অবানবা মযাম লৈহৌগনি, অচুম্বদি অদুম চৎখিনি। অইবগী মীৎযেংদা জগৎসি নুংশিবনা পীক থল্লি। পুন্সিসি জগৎকী অপীকপা নমুনানি হাযনা লৌই। পৃথিবীসি ফজবা কল অমনা চলাইবি হাযনা খল্লি। মী মশামকসি ঈশ্ববনি হাযনা লৌই। জগৎসি চুম্বা তাববদি পুন্সিসি চুম্মী হাযনা অইবনা খল্লি। মঙোন্দদি পুন্সিসে মপাল নাইদবা ওইনা উই। অপীকপা ঈবিকসি সমুদ্রগী অপীকপা নমুনানি। অদুনা হায, পুন্সিনা ঐঙোন্দদি পূমশুম শুদ্ধৎপগুম তৌই। অইবা মশামকসি জগৎ মশামক্নি হাযনা লৌই। পৃথিবী পূম্বসি মাগী পুন্সিগী শকক্নি। পুন্সি মশামক বোমান্টিক ওই, আইদিযেলিষ্টসু ওই, বহস্যবাদিসু ওই, ওইবগী চাংদা খেন্নবগী ব্রাতনি। পূম্নমক পুন্সিগী ইফৃত্তগী হৌবকপনি হায়। মাগী *লাক্লে জগৎ অপূম্বা ইনাক্তা* হায়বসিদা তাইবংপানবা মপুগা কবিগা অমত্তা ওইবা জগৎকী পোৎশক পূম্নমক্লা মাগী মনাক্তা লাক্লুনা অমত্তা ওইনা তিনশিনবগী মওং উৎলি। মণিপুবী সাহিত্যগী অনৌবা মীকপ থোকপগী বহস্যবাদি কবি হব্রাইবম নবদ্বীপচন্দ্রসু নুংঙাইবা হাযবসি ঈশ্বব ফংবনি হায়। বাজকুমাব শীতলজিৎনসু নুংঙাইবা অমসুং শান্তি ফংবদি ঈশ্ববগী মায়কৈদা লৈশিল্লক্লবা মতমদতা ফংই। নীলবীব শাস্ত্রিনসু মসিগী ব্রাখল পবীং অসিদা জীবাত্মানা পবমাত্মাদা তিন্দুনা অনীগী নুংশি নুংওনবা অমসুং নুংঙাইবদু উৎলি। বিহাবীসু মাগী *অচীকপগী খোম্থাং* য়ৌবকপা মতমদদি তাইবংপানবা মপুগা কবিগা, জগৎ ঈপাক মশাগা চাংজৌ নাইদ্রবা ঈথক্লা অমত্তা ওইখিবগা লোয়ননা নুংঙাইবনা থনবা সংসাব অমদা চঙলকই। বিশ্ব কবি ববীন্দ্রনাথ

ঠাকুরগী খোঞ্জেল অমসুং খোম্থাং মখোল বিহ্রবীগী শৈরেংদা তাই।

অঙনবা মতমদগী রহস্যবাদকী মায়কৈদা লেপ্তুনা চৎথরক্লিবা শৈরেংগী খূৎই খূৎফোঙদোক, নুংগী মীৎয়েংদা মনুং য়ৌনা য়েংশিল্লক্লিবা ঊশিল্লক্লিবা অসিদি মৈ চঙল চঙলগা সনানা ফজরকপগুম্বনি। হীরম অসিদা লেপ্তুনা চঙশিল্লকপা কবিদি য়েংখোম বিহ্রবীনা অহানবনি। মাগী শৈরেংশিংগী লোন্দা পুদা, ওইহন্নীংবা পামজবা পূম্নমক হায়দোকপদা ইমেজরি সিম্বোল যাম্না শীজিন্নদ্রবসু মচেক্লা য়ৈদুনা ফোঙদোকপদা মায় পাকই। মাগী শৈরেংশিং মগুালগী মশক তম্না চঙশিল্লি।

বিহ্রবী শৈরেংদা নত্তনা রাবীমচা, এসেনচিংবসু ই। রাবীমচা এসে খবা চেফোঙদা ফোঙশ্রে। আলোচনাসু অতোপ্পগী লাইবিক্তা খবা ফোঙশ্রে। শৈরেংগী লাইবিক্তা নত্তনা এসেগী (রাবেং) লাইবিক অমা ফোঙনিংবগী আশা লৈরি।

মহাক্লা সাহিত্যগী থবক থৌরম কযাদা অৱা-অনা থিদনা থৱায য়াওনা মশাগী অচিনবা কয়া কাইথোক্তুনা হোৎনরিবা অমদি মশীং লীক্লা লৈরিবা রহস্যবাদগী শৈরেং কযা ফোঙদুনা সাহিত্যগী পূক্কে থনগৎহল্লিবা অসিবু শকখঙবা ওইনা রাইটর্স এসোসিযেসন ককচিংনা *হি অসি ঐগী* হায়বা শৈরেং লাইবিক্তা লিটরেচর এৱার্দ ১৯৯০, সাহিত্য সেবা সমিতি ককচিংনা মাগী সাহিত্যগী থবকশিংবু শকখঙবা ওইনা "শকখঙ চে" ১৯৯২, জানুৱারী ১৫দা পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। অসিদসু নত্তনা সাহিত্য সেবা সমিতি ককচিংনা *লাক্লে জগৎ অপূম্বা ইনাক্তা* হায়বা শৈরেংগী লাইবিক্তা য়াম্বেম মণি সাহিত্য মনা ২০০৩ অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা লাইবিক অসিমক্তদা যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেদল, ২০০৪ পীদুনা ইকাযখুম্নখি। পরিষদনা মনা পীরগী রাবোলদা অসুম্না পল্লি, লাক্লে জগৎ অপূম্বা ইনাক্তা (২০০১) হাযবসি মণিপুরী শৈরেংগী ইতিহাসতা মখল অমা ওইরিবা রহস্যবাদকী মীৎয়েংদগী পুন্সিবু শৈথাবা ফজবা শৈরেংগী লাইবিক অমনি। ঙসিগী লৈতাদ্রবা মতম অসিদা মসিনা পূক্লীংবু আধ্যাত্মিক ওইবা রাখল্লোন্দা পুশিন্দুনা শান্তিবু থিরগী লম্বী অমা উৎলি। রাহৈগী ফজবা, লোনগী অমেঙবা মশক্কা লোযননা খূৎফোঙদোক্কী ফজবা অমসু যাওই। হৌজিক্কী মতমগী শৈরেংশিংগী মরক্তা কবিগী শৈরেংশিং অসিগী তোপ তোপ্পা মশক অমা লৈ।" মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চনা অইবগী *অচিকপগী খোম্থাং* দা সলাম ইবোমচা লসমী সাহিত্য মনা ২০০৭, *চূমথাঙ* ২০০৮ দা ফোঙবা রাবেংশিংগী মনুংদা 'নুংশিবা: খ্বাইদগী চাউবা রাবেল লমজিং' বু খ্বাইদগী ফজবা রাবেংনি হাযনা খনগৎতুনা অইবা অসিদা চন্দ্রশখি লাইশ্রম চূমথাঙ সাহিত্য মনা ২০০৮; *অচিকপগী খোম্থাং* দা য়েন্দ্রেম্বম সুবলতা সাহিত্য পুরস্কার ২০০৮ অমদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা 'কাব্য ভূষণ' উপাধি ২০০০ পীদুনা ইকায় খুম্নবা উৎখি।

হৌজিক হৌজিক অইবা অসি সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা শম্নবি। সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিংগী এক্সিক্যুটিভ মেম্বর অমদি রাইটর্স ফোরমগী মেম্বর ওইরি। সমিতিগী সেক্রেটরি অমসুং প্রসিডেন্ট ওইনা চহী কয়া থৌ পুবম্মী। সাহিত্যগী থবক থৌরম কযাদা থরায় য়াওনা চেল্লি। কবি সম্মেলন কয়াদা শরুক যাবি। শৈরেং ইরদা অৱাবা কাউবি। শৈরেং ইরনা মাগী ফিরেপ ওইরি। শৈরেংনা পুন্সি ওইরি, পুন্সিনা শৈরেং ওইরি। অদুনা কবিনা হাযবি, পোকপা শিবা অনীনা লৈবাযগী নাকল নাকল ওইরগা লৈবায অনীগী কাগুপতা পুন্সিগী ঈচেল চেন্থরি। আত্মা লেঙদে, শিবসু নাইদে, পুন্সি ঈচেলদি চৎখি। ঐনা ঐগী তুংদা ফজবা জগৎ অমা লাকপগী, ওইথোকপা য়াবগী খোঙথাং মখোল অমা তাবি। *পোকপা শিবা অনীগী ৱাংমদা, লাক্কদবা পুন্সি ঈচেল অমগী। ঐগী শৈরেং 'পুন্সি' থিবগী খোঙ লম্বীনি। ঐগী শৈরেং ঐগী পুন্সিগী শৈরেংনি। ঐগী অচুম্বা ঐগী অচুম্বনি অদুবু ঐগী অচুম্বা ঐগীতা নত্তে, পূম্নমক্কী পুন্সিগী অচুম্বনি।"*

ঈশিংগী মপান থংবা ঈমায হাযদোকখ্রগা অমোংপা যাওদবা ঈশিং ফংবগুম নুংশিবা ৱাখলনা থূম্না লৈববদি পুন্সিদা মপান নাইদবা নুংঙাইবা ফংই। নুংশিবনা অৱাবা খঙহন্দে। নুংশিবগী পাঙ্গল লিশিং লিশিংনি। অদুনা কবিগা জগৎগা (ঈশ্বর) অমত্তা ওইদুনা চৎমিন্নে।

> "জগৎকা ঐগা চুমিন্নবে
> জগৎকী অচুম্বদা ঐ চুম্লে
> ঐগী অচুম্বদা জগৎ চুম্লে
> শন্দোকখ্রে ঐগী নুংশিবা লাপ্পা লাপ্পা।"





## নোংথোম্বম শ্রীবীরেন

লৈহীনা থল্লবা খোইবাদা যাম্বুবক্লি নীক-নীক লাউববা নীংথিববা খোইহী, খোইহীনা লীবকই মীওইবগী চীনবান্দা অদুগা শ্রীবীবেনগী শৈবেংনা লীবকই মীওইবগী থম্মোযদা। শ্রীবীবেন মণিপুবী সাহিত্যদা নৌনা শক্তাক্লিংঙাই ওইদ্রবা কবিনি। কবিদা নত্তে ৱাবীমচা ইবা অমসুনি, ড্রামাটিষ্টনি, ক্রিটিকনি। শ্রীবীবেন হাযবা মিংসি সাহিত্যদা শীজিন্নবা (পেন নেম) মিংনি। অশেংবা মমিংদি নোংথোম্বম বীবেন সিংহ কৌই। খৃ কুম ১৯৪২ গী জুন ২৭ থাংজ নুমিৎতা অনীশুবা লাঞ্জাওগী লান কাযবদা লমলোঙ্গৈদা পোকই। অপোকপগী মিং নোংথোম্বম মনিকচান্দ, অপোকপীগীনা তম্পাক কৌই। মচীন মনাও মবিনি, নুপী অহুমগী মনুংদা নিপা মথন্তনি। অপোকপা মনিকচান্দ অসাম ব্যেপাব চৎলি। যাম্না ৱানা নংনা হৌবকই।

বীবেন অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা মশা পানা হৌবকই। নুপী মযামগী মবক্তা নিপা মথন্তা যাওবনা কেনা মৌনা য়োক্লকই। পীক্লিঙৈদগী খনখিবা নীংখিবদু চুম্মী খনবা মবৈ চাউবা, মীনা লাকচবা যাদবা নিপামচা অমা ওইনা হৌবকই। তৌগে খনখ্রবা থবক্তা নীংহন্নদবা মীনি। মীনা শাউগদবা লৈববদি ৱাহৈগী মনীং মমাঙ ওন্থোক্লুনা হাযগদবনি হায়না গীতচন্দ্রগী মন্ত্রদু বীবেন্দদি তায়োন্নবনি। অচুম্বা হাযবদা কিবোইদবনি, ফজবা ফজদবা অশেংবা অওইবদু দোং দোং হেক্তা হায়দোক্কদবনি হাযবসিদা অচেৎপা ফিবেপ লৈনা হৌবকই।

বীবেন অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা লাইবিক মযাই ওইনা ফবকই। জোনষ্টোন স্কুলদা টেন ফাওবা তম্লকই। যাম্না নৌনা ক্লাস সেভেন তম্লিঙৈ অদুৱাইদগী হৌনা সাহিত্যদা যাম্না থৱায যাওবকই। কযামুক যাম্না থৱায় য়াওবগে হাযববু খৃৎনা ইবগা *কোম্বীবৈ* হায়না মিংথোন্দুনা সাহিত্যদা থৱায় য়াওবা মহৈবোয়শিং পূনশিন্দুনা ৱাবেং, শৈবেং, ৱাবীমচা,

ড্রামানচিংবা য়াওনা মশামক্লা এদিটব ওইবগা পুথোবকই। নীলকান্তগী শৈবেং য়াম্না পাম্না পাবকই। "মণিপুব" হায়বা নীলকান্তগী শৈবেংসি শৈবেং থীবা তান্নবদা ফার্ষ্ট তাবকখি। মহাক্কী শৈবেংনা বীবেনগী অইবদা ঈথিল পীখিদবা নত্তে।

মহৈবোয় অমা ওইনা বীবেন লিদবশিপকী পার্ট য়াম্না লৌবকই। মশা পাজবগী ৱানি লাউবদি যাম্না কল্লকই। ষ্ট্রাইক অয়াম্বদা মাণ্ডজিন থানা হেক্তা য়াওবকই। ক্লাস নাইন-টেন তম্বা অদুৱাইদগী কাংজম পদ্মকুমাবগী মতুং ইন্দুনা সাহিত্যগী থবক থৌবম কয়া চেল্লকই। নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী অচণ্ডবা কর্ম্মি অমা ওইনা অৱাবা থিদনা চোকথবা নাইদনা থবক তৌবকই। সমিতিগী অহানবা সভাপতি কৈশাম কুঞ্জবিহাবীনি অদুগা মহাক্লা ফাওন্দব সেক্রেটবীনি।

শ্রীবীবেন ইং ১৯৬১ দা জোনষ্টোন স্কুলদগী মেত্রিক পাস তৌদুনা মখা ডি এম কোলেজদা তমথৈ। ইং ১৯৬৫ দা বি এ পাস তৌই। এম এ তম্লিং তম্লিং ইমুং মনুংগী শেল থুমগী ফীভম ফত্তবনা তম্বা ফংখিদে। বি এ পাস তৌববা মতূংদা মশামক্লা তম্লম্বা ডি এম কোলেজদা মণিপুবী ডিপার্টমেন্টকী ডেমোনষ্ট্রেটব ওইনা থবক চণ্ডই। থবক তৌবা চহী অসিমক্তদা যাম্বেম কৃষ্ণচন্দ্রগী মচানুপী ককনা দেবীগা যৃম্বানবগী পুন্সিদা খোণ্ডদায়। মচানিপা অহুম, মচানুপী অহুম পোকই। মহাক্লা থবক তৌববা মতূংদা এম এ ডিপুটেসন্দা থাই অদুবু মশা নাবকপদগী এম এ লোইশিন্দনা থোবকই। নীংবা কায়খি। পুন্সিসে য়াম্না নীংবা থুংদনসু হৌবকখি হায।

শ্রীবীবেন থবক্তা যাম্না চেকশিনবা, কৃপথনা খনবা নিপানি। মহাক্লা ওজা ওইবিণ্ডে মনুংদা মশাদু শোকচিল্লক্কুনা পার্কিসন্না নাদুনা নীংথিনা চুম্না চৎপা ণ্ডমদ্রবসু ক্লাসতি চাং নাইনা মতম চানা ক্লাস লৌই। সাহিত্যদা থৱায় য়াওবা মী ওইবনা সাহিত্যগী সবজেক্ট তাকপদা চোকথব্বা নাইদে। মাগী ওজা ওইবগী শিনফমদা সাহিত্য নৈনবগী থবক অসিনা ষ্মাইদগী নুংণ্ডাইজবা অমদি পামজবা ওই। সাহিত্যগী মবমদা ৱাবী শাবদি চাক চাদ্রবসু যাই হায। খৃ কুম ২০০৩দা ওজাগী শিনফমদগী পোথায।

শ্রীবীবেন শৈবেংনা হান্না ইবা হৌববসু ৱাবী মচাসু অদুমক ণ্ডল্লিণ্ডৈদগী ইবা হৌবকই। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস নাইন তম্লিণ্ডৈদা ওল ইণ্ডিয়া বেডিও ইম্ফালনা গুৱাহাটিদা লৈবিণ্ডে ইং ১৯৬০ দা ৱাবীমচা অনী পাথোকখি। লুপা তবা তবাগী চোক ফংখি। মাগী ৱাবীমচা *লৈচিল্লকী থাজ* (১৯৬৭) নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা ফোণ্ডই। মসিনা শ্রীবীবেনগী অহানবা ফোণ্ডবা লাইবিক্লি। অইবসিনা পুন্সিবু মযেক মহাও থোক্লা ফজবনা থল্লবা লৈকোল অমগুম্না উবা ণ্ডমদে। মীওইবগী পুন্সিনা লমচৎ য়াওদনা লৈবা য়ৌনা চিংথবকপদা অমোৎপা নমথীবনা পীক থঞ্জিল্লকপা, শেংদবা নুংশিংনা শাফূ কন্না হুমজিল্লকপদা খাণ্ডবা ণ্ডমদে, পোখাফম খণ্ডদে। অদুনা মথন্তা থোকচবকই খাম্বা

যাদবা ৱাহে়ং কয়া অশেংবা অচুম্বদু মক ইকোক কোক্লা। অদুবু অশেংবা অওইবদু শাফ্ লৈনা হায়বকপা ৱা ওইবনা কাউবা ঙমদে। কাউবা ঙমদবা ৱাবীনা, ৱাহৈশিংনা শ্রীবীবেনগী মমল লেপ্পী।

শ্রীবীবেন্না মাগী ৱাবীমচাগী মচাকশিং তশেংনা উকবা তাকবা পুন্সিদা থোকখিবা অমদি থোক্লিবশিং মাগী কল্পনাগী জগত্তা চঙদুনা অহিংবা মান্না যেক্লকই। মাগী ৱাবীমচাশিংদা মশাগী অচেৎপা মীৎয়েং লৈ, মীওইবগী নুংগী মচবিৎশিং যাম্না শাফ্ লৈনা সমাজসিগী পুন্সিবু মশক খঙনা উৎপা ঙম্মী। অইবগী ৱাবীমচাগী লাইবিক অনী ফোঙলবা মতৃংদগীদি অনৌবা ৱাবীমচা ইবকখিদ্রে, ইনিংবসু ফাওদ্রে। মহাক্না ইনিংবদি যুম্লেম্বম ইবোমচাগী 'ঈশিং' গুম্বা ৱাবীমচা ইনিংই অদুবু ইবা ঙমদে হায।

শ্রীবীবেনগী শৈবেংশিং তাংথক নাইনা চত্তে, শাউবগা মৈবীক কাপথোবকই, ঈংথবগা ইপোম হৌদবা ঈশিংগী ঈচেলগুম্বনি। *তোল্লবা শাদুগী ৱাখল, মসিনা ইম্ফালগী ৱাবীনি হায়বসিদগী মপাল নাইদবসিদা ঐ* যৌবকপদা খংহোং হোংলকই অদুগা অমুকসু অথেঙবদা ইবকপদা অতোপ্পা শক্লোন অমা লৌবকই। অদুবু মাগী শৈবেংগী ষ্টাইল অমসুং এপ্রোচ শীংথানিংঙাইনি। মাগী শৈবেংশিংসিদা সত্তলতি যাওই। শৈবেং ইবগী মতাংদা অইবনা হায, "*ঐহাক পূকচেল শেংদনা ইবা ঙমদে, ঐনা ইগে হায়না ফনা যাম্না হোৎনবফাওবদা ঐগী নুংদগী পোক্লকপা, পূক্লিংদগী মশা মবোমদোম থোকচবপা নত্তনা কবিমত্তা ইবা ঙমদে। ঐনা থেংনবিবা অকোযবগী ফীভম অসিনা ঐবু নমদুন ইহল্লি।*"

*শ্রীবীবেন এঙ্গ্রি পোয়ট অহুমগী মনুংদা অমনি। এঙ্গ্রি পোযর্টশিংনা হায়গী ট্রেন্দাশং* থুগাযবা পাম্মী। অদুনা অইবসিনা হায়, "ঐখোযনা অনৌবা মহাও, অনৌবা ট্রেন্দ কয়া সাহিত্যদা দিভেলপ তৌবা পাম্মী। অইবা অমা ওইনা কবি অমা ওইনা পুন্সি অসি থিবগী লোইবা নাইদে। ঐদি অশেং অশেংবদুমক ইবা পাম্মী। ঐনা শীজিন্নবিবা লোনশিং অযূক নুমিদাং শীজিন্নবা লোন ঙাক্তনি। ঐনা মসিবু শীজিন্নবদা অকাম্বনি হায়না খন্দে। মীনা শাউববা কালদা অকাম্বা ৱাহৈ শীজিন্নে, ঐহাকসু শাউনিংলকপা মীকৃপ্তা ৱাহৈদুমক শীজিন্নে। *সাহিত্যনা নুংতিগী থোক্লিবা পুন্সিদা বিল্লেক তৌই। অইবা অমত্তনা ইমাজিনেসন* য়াওদনা ইবা ঙমদে। অচুম্বগা কল্পনাগা তোৎনবগা কলম থাই।" অশেংবমকসুনি শ্রীবীবেন্না মাগী পুন্সিগা মাগী অইবগা তাশিন পূনশিন্নবগী মমি মাগী ৱাবীমচা, শৈবেং অমসুং লীলাদসু মমি তাই।

শ্রীবীবেন ৱাবীমচা অমদি শৈবেংদতা নত্তনা ড্রামা অমসুং থিযেটবদসু যাম্না থৱায য়াওবকই। অবাম্বম সমবেন্দ্রগী ড্রামা "দষা" যেংলুবদগী ড্রামা ইনীংবগী ইহুল ফাওবকখি অমসুং মখা তানা ড্রামাদা থৱায যাওবমদবসু য়েংনীংবগী ঈথিল পোক্লকখি। টি এস এলিয়ট, চেকোভ, আইওনেস্কো, বেকেটনচিংবগী লাইবিক পাকবদগী এবসর্দ থিয়েটবগী

মাযকৈদা চঙশিন্দুনা চাংয়েং তৌনিংলকই। শৈবেংদা হান্না উবম্বা মযামদু ড্রামাদা ওম্হোক্লুনা পোইটিক ভিজন্দা *হল্লকপা, খোঙচৎ, অনী* অমদি *কৈবাক* নচিংবা লীলামচাশিং ইবকই। অইবনদি মসি লিটবেবি কোলাজনি হায়ববসু যাই হায়। পোইটিক ভিজন লাক্লবদি ইবা ঙমদে বেকেটকী *ৱেটিং ফোব এ গোদো* দা ঙাযখৈ ঙাইবগা গোদোনা লাক্তবা, আইওনেস্কোগী "চিয়াব" দা এমটিনেস ওব দি চিয়াব ভিজন্দা উবা অদুনা মাগী লীলাদা ইনফ্লুযেন্স তৌখি, মখোয়গী মমি তাখি অদুবু মদু হূবানবা নত্তে, ফোর্স তৌবসু নত্তে মখোযগী পোইটিক এক্সপেবিযেন্সতা সিযাব তৌবনি, চাংযেংনি হায।"

এবিযান থিযেটবনা পুথোকপা শ্রীবীবেনগী মিনিট ৪৫ মুক্কী *হল্লকপা* অসি লীলা কম্পিটিসনদা ফার্ষ্ট প্রাইজ ফংখি। লীলা অসি ইংবাজিদা অবাম্বম লোকেন্দ্রনা হন্দোক্লুনা দিল্লিদা ফোঙবা থিযেটবগী মশক নাইবা জর্নেল *ইনেক্ত* তা ১৯৭২ গী জুলাই ইসুদা ফোঙথ্রে।

শ্রীবীবেন লাই থাজবসু নত্তে, থাজদবসু নত্তে। ঈশ্বববু থাজবা হাযবসিদা শ্রাদ্ধ চঙই। শ্রদ্ধা তৌদ্রবদি থাজবা ঙমদে। ববীন্দ্রনাথ টেগোবগী ' But the lamp has not been lit and I cannot ask him into my house' হাযবসিদা লৈবি হায। মহাক্লা মখা তানা ফোঙদোকই, "পুন্সিসি অসুম অসুম খঞ্জিলুলুবগা মপান নাইদবা অমদি লৈ। ঐদি মী ওইবগী থৱায অসিফা ওবা পৃথিবীদগী থোবকপ্রা, ইলিমেন্ট কয়ামুক্লা ইন্টিগ্রেট তৌবদগী থবাযসি থোকখিব্রা হাযনা খল্লি। মবমদি ইন্টিগ্রেট তৌগদবা ইলিমেন্টশিং অসিদি কদাযদগী লাকই হাযবদা পৃথিবীদগী লাকই। ঐখোযগী থৱায (পঞ্চভূত) অসি তিন্নবা ঙম্বগী শক্তি অদু লৈবগা থৱায পুথোবকপনি। ইন্টিগ্রেট তৌবা ঙল্লক্তবা মতমদা (তোখায তোখায তাম্রবা) থৱাযসি থোক্লক্তববা হাযনা খল্লি অদুগা সসটেন তৌনবসিনা পৃথিবীসিদা শক্তি পূম্নমক লোইনা যাওবববা হাযনা খল্লি। মসিদা গ্রহ, উপগ্রহগী শক্তি ফাওবা যাওবববা নীংই। তশেংনমক পুন্সিসি কবিনো হাযদনা সুম থিকুবদা, সংসাবসি কবম হাযনা তৌবিবনো খঞ্জিল্লুবদা সংসাবসিদা মপাল নাইদবা অচৌবা পৱাব অমদি লৈ হাযনা খল্লকই অদুগা মপাল নাইদবসিদা ঐসি বিন্দুদৌনা উবকই।"

শ্রীবীবেন সাহিত্যগী সংস্থান কযাদা যাম্না ঙল্লিঙৈদগী হৌনা যাওবকই। নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী ফাউন্দব সেক্রেটবী, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ ইম্ফালগী জোইন্ট সেক্রেটবি, ষ্টেট কলা একাদেমী ইম্ফালগী জেনবেল কাউন্সিল অমসুং একজিক্যুটিব বোর্ডকী মেম্বব ওইবম্মী। সাহিত্যগী চেফোঙ কযাদা অমদি পাউ-চেশিংদা সাহিত্যগী নৈন-ৱাবেং কযাসু তত্তনা ফোঙলি। হৌজিক হৌজিক মেমোযব বিমিনেসেন্স অমদি ওটোবাইওগ্রাফিকেলদা যূম্ফম ওইবা "কবি কবম্বা লীলানো, ৱাহৈ পীযু, ইমা ৱাহৈ পীযু" হায়বা শৈবেংগী লাইবিক অমা পোক্লফম খববদা মচেৎ মচেৎ ফোঙলি। লাইবিক অসি

লাক্নদবা "কবি কীর্ত্তন নংনবা ফোঙনীংবগী অপান্বা লৈ। মসি নত্তবা চোইনা চোইনা লৈবা শৈবেং কযামকমসু লৈবি। হৌখিবা চহী ডিসেম্বব ৩১, ২০০৪ দা অইবগী যূমদা "কবি কীর্ত্তন" অমা পাঙথোকখি। পামজবা থবকসিমা পাঙথোকখিবদা অনাবা ফাওবা ফৈ হায়। কবিগীদমক কবি কীর্ত্তন পাঙথোক্লিবনো হায়বগী মতাংদা অইবনা ফোঙদোক্লি, "ঐখোযগী কনাগুম্বা ইনিংথৌনা মবুধৌ পূন্নমক লাকশিঞ্জদুনা খুকমজবগা নিংথেম কীর্ত্তন কৎনৈ। মসিদগীনি ঐখোযনা তানবিবা 'নিংথেম কীর্ত্তনগী হঙ্গাম চম্ফুৎ থুম নমদে' হাযবা ফাগীসি থোবকখিবনি। খুল্লত্তসু কনাগুম্বা মপা মপূ পুকোক্তগী হৌবগা মপা পোকপা মপু ফাওবা পূক্লিংদা শূপ্না লাকশিঞ্জদুনা কীর্ত্তন অদুম কৎনৈ। মদু শুমাঙদা খল্লগা নৎত্রগা লাইশঙগী মান্দবতা সংকীর্ত্তন কচ্চবগা চাক পীজনৈ অবাক অবাকপা বার্ত্তন তৌবা তৌদবা থিদনা। মসিগী মওং অসি মপা মপু পুকোক্তগীনা মপা পোকপা মপুবোক ফাওবা পূল্লপ শূপচিন্দুনা কচ্চবনি। মতৌ অদুগুম্না ঐসু লম অসিগী ৱাকমা অশৈবশিং পুকোক্তগী হৌবগা ঐখোযগী সাহিত্যগী তাঙ্ককী ৱাকমা অশৈবশিংবু শূপচিন্না খুকমজবনি অদুনা কীর্ত্তন কৎপগী ভাবতনি।"

হৌজিক ফাওবদা শ্রীবীবেনগী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি ১। *লৈচিল্লকী থাজ* (ৱাবীমচা, ১৯৬৭), ২। *তোল্লবা শাদুগী ৱাখল* (শৈবেং, ১৯৭০), ৩। *হল্লকপা* (লীলামচা, ১৯৭৩), ৪। *মসিনা ইম্ফালগী ৱাবীনি* (শৈবেং, ১৯৭৮), ৫। *কৈবাক* (মণিপুবী লীলামচাশিং খোমজিনবদা যাওবা, সাহিত্য একাদেমী নিযু দিল্লীনা ১৯৯৭ তা ফংবা) অমদি ৬। *সনাগী কৈবাক* (শৈবেং) নচিংবনি। শ্রীবীবেন্না মমিপুবী সাহিত্যদা তৌবিবা দান মযামসিবু শকখঙবা ওইনা খৃ কুম ১৯৭৩ ইংদা শৈবেং লাইবিক *তোল্লবা শাদুগী ৱাখল*দা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমীগী এৱার্ড পীখি। অদুগা *মপাল নাইদবসিদা ঐ হাযবসিদা* ইং ১৯৯০ দা ভাবতকী সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড, ইং ১৯৯২দা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ ইম্ফালনা যামিনী সুন্দব গুহ গোল্ড মেডল অমসুং ইন ১৯৯৪ দা মণিপুব সাহিত্য পবিষদ বিষ্ণুপুব ব্রাঞ্চকী ডা খোইবোম তোমচৌ নীংশিং সনাগী মেডল পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। *ডি কলচবেল ফোবমগী "দিনেশ্ববী সাহিত্য মনা" সু ইং ২০০২ দা সনাগী কৈবাক* হাযবা শৈবেংগী লাইবিক্তদা পীখি। ৭০শুবা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ ইম্ফালগী চহীগী মীফম মে ১৬তা শ্রীবীবিবেনবু "কবিবত্ন" উপাধি পীদুনা ইকাইখুম্নখি। খৃ ২০০৫ গী মার্চ ৩ দা ভাবতকী সাহিত্য একাদেমী, নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি অমদি জে এন মণিপুব ডান্স একাদেমী ইম্ফালগা খূৎশম্নদুনা শ্রীবীবেনগী "কবি সন্ধি" অমসু পাঙথোকখি।

অইবা অসি মতম কয়াগী মমাঙদগী পার্কিনসন্না নাদুনা মশা শোল্লে, চৎপদা ৱানা চৎলি। অদুবু ইবগী থৌনাদি হন্দ্রি। লাইবিক্তা নত্তনা সাহিত্যগী চেফোঙ অমসুং পাউচেশিংদা মণিপুবী সাহিত্যগী ক্রিটিকেল ওইবা ৱাবেং কয়া চোইনা চোইনা ইদুনা

ফোঙলি। কবি সম্মেলনদা থরায় য়াওনা শৈবেং থীবি। পুন্সিগী থেঙজিল্লক্লবা মীকৃপসিদা ববীন্দ্রনাথ টেগোবগী "গীতাঞ্জলি" দা পৃক্লিং লৃপ্লি।

"ঐনা শক্কে নীংজবা ঈশৈদো/
ঙমদ্রি ঙসিফাওবা/
হৌখ্রে পুন্সি শেন্নিঙৈ বিনাগী সুব/
ইবুংঙো মাগী খৃভম শেন্নিঙৈদা/
ঐগী অচম্বা থম্মোয় লকানুংদগী থম্মোয় মৈবা চৃখৎহৌদে/
কবম্না লেঙশিনবীবক্নো হাযসিবা থম্মোয লকানুংসিদা।"

(*গীতাঞ্জলি*)





## থৌদাম বাবাতোম্বী

থৌদাম বাবাতোম্বী হোজাইগী সাহিত্যগী থবক থৌবম কয়াদা অচৌবা থৌদাং যাদুনা লাকখিবা অইবশিংগী মনুংদা শীংথানিংঙাই ওইববা অইবনি, হন্দোক্লোইনি লোযননা সোসিএল এক্টিবিস অমসুনি। মহাক কাছাড় জিলাগী ববাক তুবেল তোর্ব্বান্দা বিনাকান্দিদা ১৯৪৩ এপ্রিল ৪ (মবি) নিংথৌকাবা নুমিৎতা তাইবং ফাওবকখি। অপোকপগী মিং থৌদাম বতন অমসুং অপোকপী থৌদাম ওংবী থবোমচা কৌই। শ্রীরতন মচা তরানি। নুপী অনী (মচিন মনাও এক পোকমিন্নবা) লোল্লি। বাবাতোম্বী নুপী অহনগী মচানি অদুগা মচিন মনাওশিংগী মনুংদা মানা খ্বাইগী অহলনি। ইং ১৯৪৮দা কাছাড়দগী হোংলক্কুনা নগাওঁ জিলাগী হোজাই নতুন বজাবদগী কি মি ২৫ বোম চৎলগা শিঙ্গাবৈ বস্তি খুলেনদা হৌজিক হৌজিক লৈবি।

বাবাতোম্বীনা লৈবিবা হোজাই মপান মণিপুবদা ববাক তম্পাক্কী হেক মথংদা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্কী খ্বাইদগী হেন্না মৈতৈ পুংনা তাবা লমদমনি। হৌজিক হৌজিক লমদম অসিদা তাবিবা খুলশিং অসি অচৌবা মচা যাওনা হুম্ফুমাথোইগী মথক্তনি। খুলশিং অসিগী মমিংশিং অসি লম লমদুদা ইহান হান্না খুন্দাবকপা মীগী মমিং নত্রগা হৌবিবা উবি উপাল অমসুং লৈবম লৈবন্না পোৎশিংগী মতুংইন্না থোনবসু য়াওই। খুদম ওইনা— গোবীন্দ কৌবা মী অমনা ইহান হান্না খুন্দাখি হাযদুনা গোবীন্দপুব, হৈগ্রু পান্বী যাম্না হৌই হাযদুনা হৈক্রু হৌবী/হৈক্রু পোকপী, খুং খুং তুবেল মপান্দা তাই হাযদুনা খুং খুং মৈতৈ খুন, থম্বাল নীংথিনা শাৎপা মফমনি হাযদুনা থম্বাল হৌবী কৌই।

নগাওঁ দিষ্ট্রিক্ট হোজাইদা খুন্দাদুনা লৈখিবসি চহী তবেৎ খুন্তাকপদা কাছাড়দা চেল্লক্কুনা খুন্দাখিবশিং অদুগী চাবোল শুবোল ঙাক্তনি হায়। মফমসিদা ইহান হান্না খুন্দাবা হৌখিবসি ইং ১৯১৭ তা যমুনামুখ কৌবা মফমদা তোম্বা তোম্বী কৌবা অহল অনীনা ইহান

হান্না খুন্দাবা হৌখিসু হায়। মথংদা ইং ১৯২৭ কী মার্চ থাদা নগাওঁ জিলাগী যোগীজান লমদমগী মনুংচনবা বাজবাবীদসু খুন্দাবা হৌখি অদুবু ঙসিদি হোজাইদা মৈতৈ অসুক্কী মতীক য়াম্না খুন্দাদুনা লৈখ্রে।

বাবাতোম্বী অঙাং ওইবিঙৈ লাইবিক তম্বদা অদুক হান্না নিংবা থুংবা ওইবক্তে। হোজাইদা লৈবিবা মৈতৈশিংগী শিনফম অসি চেংপাক মুডী শুবা অমসুং লৌউ শিংউবনা মকওইবা শিনফম ওইবকপনা বাবাতোম্বীগী মমা-মপাসু চেংপাক মুডী শুদুনা মচাশিং য়োক্লকই। মতমদুদা নুপীশিং অযাম্বা লাইবিক লাইশু তম্লবমদে। অতম্বা খবা য়াওববসু নিংথি নুংঙাইনা হাযবিবমদে।

বাবাতোম্বীগী মতমদদি মৈতৈলোন তম্বা স্কুল অমত্তা লৈতবনা অসামিজ মেডিযমদা তম্লকই। হোজাইদা মৈতৈমচাশিংগী মনুংদা মেত্রিক তম্লকপসি বাবাতোম্বীগী বেটচনা (Batch) না অহানবনি। ইং ১৯৬০ দা মেত্রিক পাস তৌই। হায স্কুল ফাওবদি অসামিজ মেডিযম তম্লগা কলেজদদি ইংলিস মেডিযমদা তম্মী। পি ইয়ু সি ১৯৬২দা পাস তৌববা মতুংদা বি এস সি ১৯৬৫দা লোইশিল্লি।

বাবাতোম্বী অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা ড্রামা পামজবকই অদুনা ড্রামা ইনিংবগী ঈথিলসু পোক্লকই। *লৌশিংতা লৌশাল তম্বা হাযবা* ড্রামাসি ইহান হান্না ইদুনা ১৯৬৯ দা শান্নখি। মীযাম্না পাম্লবা ড্রামাশিংগী মনুংদা অমা ওইখি। মহাক্না বি এস সি পাস তৌববা মতুংদা দাক্ষিণ হোজাই হায স্কুলদা ওজা ওইনা থবক চঙই। মৈতৈ খুঙ্গংশিংদা মৈতৈলোন তম্বগী খুদোংচাবা লৈতবদু সাহিত্যদা থৱায য়াওবা মৈতৈমচাশিং চোংথোবক্লনা প্রাইমারি স্কুলদা মৈতৈলোনগী লাইবিক তম্লবা হোৎনবদা বাবাতোম্বীসু অচৌবা থৌদাং য়াবকই। পুন্না হোৎনমিন্নবগী মপান্না হৌজিক্তি হোজাইদা মৈতৈশিংগী খুঙ্গংদা প্রাইমারি স্কুল অমসুং লৱাব প্রাইমারি স্কুল তবামাথোই হেন্না লৈবে। হায স্কুল অমসুং ইংলিস স্কুলনচিংবসু লৈবে। হোজাই কোলেজ, হোজাই গার্লস কোলেজ অমদি লংকা কোলেজদা মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট লৈবে। হোজাই কোলেজদা এডভান্স মণিপুরী তম্বগী খুদোংচাবসু লৈবে।

ঙস্লিঙৈগী মতমদগী হোজাইদা সাহিতগী ঈচেলসি লৈবক্লে হাযবা যাই। ইং ১৯৩০দা যোগীজান বাজবাবীদা লৈবা হিজম বতন সিংহনা মণিপুরদা ফোঙবা *ললিত মঞ্জুরি* পত্রিকাদা আর্টিকল কযা ইদুনা ফোঙখি। ইং ১৯৭৪ দগীনা হৌজিক ফাওবদি খোঙজেল খবা যাংশিন্না মখল মথেল কযাগী লাইবিকশিং ফোঙলে। মনা মথুম অমদি উপাধি ফংলবা অইবা কযাসু লৈবে।

মপান মণিপুরগী মনুংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অসাম, নগাওঁ দিষ্ট্রিক্ট হোজাইনা অহানবা সাহিত্যগী সংস্থাননি। সংস্থান অসি ১৯৬১ ওক্তোবর ১৭ তা লিংখৎখি। সংস্থান অসি লিংখৎনবা হোৎনবদা শ্রীশিজগুরুময়ুম নীলবীর শর্ম্মা শাস্ত্রী, মোইবাংথেম চন্দ্র সিংহ

অমসুং যুম্বাইলাৎপম নন্দলাল শর্ম্মনচিংবা হোজাইদা লাক্লুনা হোজাইগী সাহিত্যদা থব্রায় য়াওবা মীওইশিংগা উন্নদুনা সংস্থান অসি শেমখিবনি। হৌজিক্তি সংস্থান অসি সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লিদা এফিলেট তৌদুনা রেজিষ্ট্রেশন নম্বর ১১০ দা শক খঙবিবে।

পবিষদ অসি লিংখৎনবা হোৎনবদা থৌদাম বাবাতোম্বীসু অচৌবা থৌদাং য়াবকই। পবিষদ অসি লিংখৎলবা মতুংদা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ অসামগী ব্রাঞ্চ কমিতি তকক লিংখৎখি। ইং ২০০০ দা পবিষদকী জোনেল ওফিস হাংবদা বাবাতোম্বীনা অহানবা চিযাবপার্সন ওইবকই। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ নগাওঁ দিষ্ট্রিক্টকী কমিতিগী প্রসিডেন্টসু ওইবম্মী। পবিষদকী শঙলেন অসি হোজাই কৈথেল অনৌবা বামপুব লম্বীগী চিঁদাইদা ১৯৮৭ দা মীযামগী মতেংনা লম বিঘা অমা কোনশিন্দুনা শাবা হৌখিবনি। পবিষদকী ওফিস অমদি হোল অমগা চাউনা শাবে। হোলগী মমাঙদসু অহাংবা লম ফজনা লৈবি। ইম্ফালগা সাহিত্যগী সংস্থানশিংগী মশাগী ওইবা শঙলেন মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ অমদি কলচবেল ফোবম নত্তনা মশাগী লম অমত্তা লৈজদ্রি। হাযবিবা অনী অসিসু অপীকপা লমনি। অতৈ সংস্থানশিংদি ভাবা ব্রাযবগা লৈবা ঙাক্তনি। অদুবু হেন্না নুংঙাইবিবদি হোজাইগীদি পবিষদকী শঙলেন অসি ওম্ভোক্লা ফজনা লৈবে। মসি মযামগী হোৎনবগী মপাললনি।

পবিষদ অসিগী লাইবিক অমদি নীংশিং চেফোঙ কয়ামকমসু পুথোকখ্রে। মখোযশিংদুগী মনুংদা খোমজিনবা শৈবেং, ব্রাবীমচা, টেক্স বূক অমদি সাহিত্য একাদেমীগী মনা ফংলবা মীওইশিংগী ব্রাবীমচাশিং অসামিযা লোলদা হন্দোক্লুনা ফোঙখ্রে। হন্দোকপা অমদি টেক্স বূক ইবদসু বাবাতোম্বীগী পোৎথোক কযামকম যাওবি। মহাক্কী ফোঙলবা লাইবিকশিংদি– *চহী হুম্ফুগী পাখঙ* (লীলামচা, ১৯৯৪), *ইচা লৈশাবী ইমৌ পাখঙ* (লীলামচা, ২০০৫), *ব্রাখল লৈবাং* (শৈবেং, ২০০৬) অসিনচিংবা। অইবগী ফোঙদ্রিবা ড্রামা অমদি শৈবেংনচিংবা কয়াসু লৈবি।

বাবাতোম্বী ইং ১৯৬৭তা খুবাইজম বাধামণিগা লুহোঙই। অঙাং নুপীঙাক্তা অনী লৈবে। ইং ২০০৩ দা দক্ষিণ হোজাই হায স্কুলদগী হেড মাষ্টব ওইনা থবক্তগী পোখ্যাবে। অদুবু সাহিত্যগী থবক থৌবমদদি য়াম্না থব্রায যাওনা চেল্লি। মখা তানা লাইবিক ফোঙনিংবগী অপাম্বা আশা লৈবিবা অইবা অসিদগী অফবা মব্দ চঙবা লাইবিক কয়া পুথোবক্কনি হায়না আশা তৌবি।



শৈবেংনা পুন্সি ওইবি, পুন্সিনা শৈরেং ওইরি।
পোকপা শিবা অনীনা লৈবায়গী নাকল
নাকল ওইবগা লৈবায় অনীগী কাগুপ্তা,
পুন্সিগী ঈচেল চেন্থবি। ঐগী শৈরেং ঐগী
পুন্সিগী শৈবেংনি। ঐগী অচুম্বা ঐগী অচুম্বনি
অদুবু ঐগী অচুম্বা ঐগীতা নত্তে, পূম্নমক্কী
পুন্সিগী অচুম্বনি।

—য়েংখোম বিহাবী

অতেনবা পুন্সি ব্রাবী কুন্থ্রামাথোইগী তোঙান
তোঙানবা কবেক্তবশিং হকথেংননা
থেংনকবসে অমম্বদা নোংথাং কূপ্লকপনি।
অ[illegible]বা লৈচীলনা নুমিৎপু চামবক হন্না
[illegible]মজিল্লবসু লৈচীলনা চঙখিবদা নুমিৎ মঙাল
[illegible]াক[illegible]খোয়গী পুন্সিনা লৌশিংগী
মৈ[illegible]ন। যাচন্দননা তক্ক-তক্কগা
নু[illegible]বা মনম হেনবগুম মখোয়গী পুন্সিদি
লৈহৌরগনি মাঙবা নাইদনা।

—সুবদনী

